# লোতংগু লাহাথদবো শাহবোঝা

( চৌঙ্‌দা শাৎপা ইংল্লাটৈ )

নিংতোম্বা মনিজাও পণ্ডিত

অফোঙবা
[illegible]
নিংথোম থোংজাও,
ইম্ফাল




অনীশুবা ফোঙবা
তাং ২৩ । ৩ । ১৯৯৪
লাইরিক মশীং ২২৫০

লাইরিক্সি নম্বদা চীঙঙা মথা মৈস্নাম লৈকায়দা লৈবা ইবুংঙো হৈস্নাম দেবান্না লুপা ৫০০ (চা-মঙা) মতেং পাংবীরকখি।

লাইরিক্সিগী মমুংদা য়াওরিবা মেপসি ককরা লাইক্রাকপম লৈকায়দা লৈবা সৌক্রাকপমচা গোজেননা লৌরাংশঙদগী অশেংবা অরীবা তুবেলগী শকুম অসি তাক্তোকপীরকুনা হাপ্না কংজখি।

লাইরিক ফংফম—J. Book Store Kakwa,
Bazar, Imphal.

মমল্ লুপা ৫০.০০

# পুনেমজরি ইমাবু

তাইবঙ্ মালং শন্নিবী
মঙালগী তুঙ্নফম্ ওইরিবী
লৌশিংগী মৈরা ওইরিবী

মারকৈনা ফিজেৎ ওইরিবী
থবীগী য়্যম্না নওঙ্নী
হীমরু য়াইমরু ওইরিবী

হীরী লিন্শাং কোয়রীবী
খোইমোম লাইরু অতেঙ্বী
থরায় হংচৈ ওইরিবী ॥

হৌফম্ লাক্ফম্ ইমানী
থৃংফম্ চঙ্ফম্ পল্লেম্নী।
ঙসি কৌবস্ নহাক্নী

নোংদম্ নোংখাই ওইরিবী
ইন্নেং কৌবস্ ইমানী
হংচিং থোন্বস্ পল্লেম্নী

ঈন্গী থৃর্জী ওইরিবী
পেগী চহুম্ থোক্লিবী
অচং চংতগী পম্বুংফম্নী ॥

কোরোদা নৈরে ইমানী
মালেম্দা নৈবে ইমানী
তেংনা পালিবী পল্লেম্নী

শীন্না থ্বংনা নৈবীনী
শীনা হৈবী পল্লেম্নী
তাইবঙ্ শেম্বী ইমানী

কোরো মালেম্ শাংখেবী
নাদবা মৈউ লিংলিবী
শিদবা মপাল্ থারিবী

তাইবঙ্ কোন্থৈ অতাম্বী
থবায় মীপোক্ তম্লিবী
চয়োল্ তরেংনা মচুনি ॥

অপাম্ কল্লক্ মিহোবা
লোনীঙ্ ঈখো লাংলিবা
অশাও ময়াম্ কারিবা

পংকুচেল লিম্বুপ্ নাইরিবা
রারেম্ নাশি থাংলিবা
চাউনীঙ্ ফম্বাল্ কানীঙ্বা

তাইবঙ্ ফাওরে ইমানী
থম্নুং য়োবে পল্লেম্নী
ইমাগী লংনথোঙ্ ওইবনী ॥

পল্লেম্ ঙাংলো থুয়া-খা
খোম্লাং ঈখো লাংলবা
লীবী থম্মোয় লকা-তিং

নাউরা লক্তগী চীন্নায়দা
মীংলূ পিরাং ঈরোয়না
পল্লেম্ ইমাবু পুনেম্জরি।

মনিজাও

# ৱাহৌদোক

"মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বা" হায়না কৌবা লাইরিক অসি "কংলৈ শঙ্লেল পুবা" কৌবা লাইরিক অমদগীনি। অসিগুম্বা মৈতৈ নিংথৌ অসি ইং ১৬৬৪ দগীনা ১৬৯৭ ফাওবদা মৈতৈ সনা লৈপাক্তা সনা ফম্বাল লাংলম্বা অমনি। মতম অতুদা থোকখিবা থৌথোকশিংবু নিংথৌরোল লম্বুবা, নিংথৌরোল মঙা, চৈথারোল কুম্বাবা, পাখংবা খোঙ-গুললোল, তাংক্রু লমলেল, উকা লাথা, মিয়াৎ, লাথ্প লারৈ, লাংগোল চৌঙগোয়রোল, কৈকোই অমদি চেংলৈরোল" নচিংবা মরী লৈনবা তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিংদগীসু শস্তোক্তুনা মতাঙ্-মতাঙ্, মফম য়েংনা লীক্লম তানা হাপ্লা, থেৎপা য়াবা অতুগা অরীবা ৱাহৈশিং থরসু অনৌবা ৱাহৈদা হন্দোকপনচিংবা কয়াবু লাইরিক্লিদা চনশন্দুনা হাপফম থোকপশিং হাপ্লবনি। অসিমক মৈতিংঙু পাইখোম্বাগী মতমদা থোকখিবা মরূ-মরূ ওইবা থৌথোক-শিংদি য়াওরবনি।

"মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বা" হায়না কৌবা লাইরিক অসি-মক্তি মৈতৈ নিংথৌরোল (মৈহৌবরোল-ইতিহাস) গী মন্নুং চনবা অশেঙবা তাংকক্ হারবদি শক্তম অমনিসু হায়জনীংই। মরমদি লাইরিক্তিগী মন্নুংদা মৈতিংঙু সেনবী খাগেম্বনা পানখিবা সনা হাক্তক ফাওবদগী হৌনা থোকখি-থোকখিবা থৌথোক-ৱাথোক, চৎনরোলশিংগী অরেপ্পা মতম্নচিংবা খঙ্নবা মতম-মতমতুগী চৈথাখিবা মীতুগী মমিং-মথাশিং, অতুগা কুমশীং অচৌবা হায়রগসু খঙ্নরিবা "লাংব-চক্কী কুমশীং অমদি ইং শোক্ শকাব্দঃ, থাশীং, থবান, নুমিৎ" নচিংবা কোন্ন-কোন্ননসু পীরম্মী হায়বদি য়াওরম্মী। মসি চৈথারোল কুম্বাবা লাইরিক্তা শোক; থাশিং, থবান্ন-চিংবা পীরম্লিবতা নত্তনা "কংলৈ শঙলেল পুবা" হায়না কৌবা লাইরিক অসিদসু থোকখিবা শোক, মতমশিং মচা খায়না ইতুনা শাগোম্ননা মরীক চুম্না য়াওরম্মী। মসি খুদীংমক হায়রুবগী মরমদি ইতিহাস অমা ওইবদা লৈজরিবা ইরৈবাক ইরমদমসিগী কান্নবা খরদঙ্বু ফংগদ্রা হায়না খঞ্জতুনা ইথোকচবনি। অমত্তবু লাইরিক অসি মৈতৈ ইতিহাসকী শরূক অমনি হায়-রুবদা লাইরিক্লিদা মী অমগা অমগা ৱারী-ৱাতায় শানবা অৱায়-অথুম য়াঙ-

রল্লিবা অসিনা লাইরিক্লিবু পাবীরিবশিংনা খরদি ওন্নবা ঙক্লা থোকপস্‌ ম্নাই। অতুবু মতাঙ্‌ অসিমক খঙ্‌না খঙ্‌না হায়রিবা ইতিহাস লেংবশিংগী মহৌশাগী ওইবা নোংচুপলোমগী চংনবী ময়ি অদোমদা চঙ্‌শীল্লুদনা, মথায়-থায়নঙৈদগী হৌনা ইরমদম অসিগী চংনবী খুৎই অমা ওইমা শেংনা লৈজরম্লবা, মৈতৈগী য়েলহৌঙৈদগী শাগোম্নরক্লবা খুংয়ি ময়ি অতুদা লৈজরম্বা মশাগী লীক্লম-লীখূন অতুমক পরিং পথাপ কায়হন্দনা ইবা পামজরুবগী লাইরিক্লিদা চংথজরাবনি।

মরম অমনা লৈপাক অমগী চংনবী চংন-পথাপ (চংনরোল) ওইরিবশিং অতুবু অতোপ্পা লৈপাক অমদা চংনদ্রে হায়তুনা হেক্তা হুন্দোকপদি য়ারোইনা, কনাস্‌ চংলদে। মপা নাং, মপূ নাংকৗ হান্নদগী চাউনা লৈনরক্লিবা মতুদি মশা-মশাগী মরৈবাক্তুনা সুকথা-থানদনা য়াম্না চেশীম্না মতু কদায়দা করিদা সোয় ঙামখিগদগে হায়না হেন্নতুম ফজহন্নবা ঙৌখিঙৌয়ানা লুনা তৌতুনা মাঙ্‌হন্নদে, য়োকথংনরিবনি। ম্রাফম অসিমক মহাক্কী পোক্লফম মরমদম্‌ মরৈবাক অংগীদি য়াম্না খোয়জঙ্‌-খোয়দানা পাম্মুববা থব্রায় ললগুম্বনি হায়বসি অয়াম্বনা খঙ্‌নরবা ম্রাফম্নী। অতুবু থাদোক্লদনা চংলিবশিংবু মপা মপূবু শক খঙ্‌বা, ঙাক্লা চংলবা, লৈপাক অতৈ খ্বাইগী মমাঙদা থোইদোক্লমক লেমজনীংঙায়, চাউথোকচনীংঙায় ওইরবা, লৈপাক মচা তাবা অমনি হায়নস্‌ লৌনগনি, লৌবস্‌ লৌনরিবনি।

অসিগুম্বা মী অমগা অমগা ম্রারী-ম্রাতায় শানবনচিংবা য়াওরমদবা নিংথৌরোলশিংদগীদি; ম্রারী-ম্রাতায় শানবা, থৌদৌ-থৌথোকশিংগা শাগোম্নবা ইতুনা য়াওরম্লিবা নিংথৌরোল লাইরিকশিং অতুনা মতুবু অপাবা, অতাবা মীশিংনা লোইনা লায়না কূপ্পা, য়াম্নস্‌ মমূং তানা হেন্না শেংনা খঙ্‌বা ঙম্নগনি। মসিমক নিংথৌরোল অমা ওইবগী হেন্না অচুম্বা হেন্নতুম ফজবা, অশেঙ্‌বা অমা সোয়দনা ওইফমস্‌ থোকই হায়বসিমক্‌ ঐগী চেংনা থাজবনি। অসিগুম্বা ম্রাবী-ম্রাতায় শান্নবা, থৌথোক-ম্রাথোক্তা

কোন্নবা অক-কন্তা ইদুনা য়াওরম্বা মৈতৈ নিংথৌরোলশিং অসিদা ঐখোয় না য়েংলগা লৈরিবা লৈপাক অদুগী চৎনরম্নীবা; তৌনরম্লিবা থৌথোক-শিং অশেঙবা শক্তমশিং অফববু ওইরবস্নু, ফত্তববু ওইরবস্নু পুম্নমক্তু শক-য়েং মিংশেন অমদা শক য়েংলগা তশেংনা উবগুম্না লাইরিক অসিদগীস্নু খরা মখৈদি খঙবা উবা ওম্বীগনি।

লাইরিক্লিদা মৈতৈ হায়বা ফুরূপকা মতম কুইনদগী শাগোম্নরক্লবা, থা-দোক্লবা য়াত্রবা অমা ওইনা লৈরক্লবা চৎনরোল, চৎনা পথাপশিং অয়াম্বদি লাইরিক্লিদগীস্নু থেংনবীগনি হায়না মসিদা করি করি শরুকশিং মতম অদুদা "লৈপাক রায়েন থৌদা থৌবু. হৌনা থৌগল্লোল, থকশী-খাশি চৎনরোল, রাঙাং-শঙাং, লীচৎ-শাজৎ, পুন্সিগী লোয়নগদবা অরেপ্পা মরূপনচিং করম্না চৎনরম্বগে. তৌনরম্বগে হায়বগী মরমু ইরৈবাকচা পুম্নমক্কা লোয়মনা খরদংবু ওইরবস্নু খঙ মিন্ননীংদুনা মুংশিজরবা মৈতৈগী অহলৎলম্মন, ইপা ইপুশিংনা মমল য়াম্ন-য়াম্লবা হী-য়াই ওইরিবা লাই-রিকশিং কয়াবু চেৎনা লীশনবীদুনা থম্বীরম্বশিংদগী খচদং থেংনজরুদুনা লাইরিক্লিবু ফোঙদোকচরকপনি। লাইরিক্লিবু হবুংঙো ইবেম্মশিংনা অসোয়-অঙাম, অরাল-অহুই. চিৎথাহৌবা অমদি নীংবা থূংবীদবা থেংনবীরকপদা তাকপীরকপা খিবীক চরৈ ফিগাও শানা য়াজগনি। মতুংগী থূৎনমদা অমুক হেম্না ফজহঞ্জগনি।

লাইরিক অসিবু নম্নকপদা খুদোং চাদবশিং কয়ামুক থোকখিদুনা অপাবশিংনা থক-খা খবা ওম্নবা থেংনবীরবস্নু ঙাকপিগনি।

মণিজাও

হৌরম                                                            য়াওকম লামায়

# মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বা

—( 0 )—

## মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবনা পানবা

লাংব-চক্কী কুমশীং ৪৭৫২; কোংদা লাইপাখংবগী কূনশীং ১৬৪৪; খৃঃ গী ১৬৫১, শকাব্দঃ ১৫৭৩; চৈথাবা শাইরোম মীৎশাংগী কুম, ইঙেন থাগী থামৈদা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবনা হৌ কংলৈ লম্মা-হনবনা কোনবা পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী কংলা মপুঙয়ায়দা ময়ুম তরেৎকী লুচিংবা (১) পিবা ওইহনা চৎলম লূতীন খায় (২); থৌদা রায়েন নোংদম্না ময়ায় কোয়রেল তানফংলে।

মনাও ইবুংঙো নোংপোক খোঙফেন থৌবা তোনানবা রাংগোল নিংথৌ (৩) মথংখনবা ওইয়ে।। ময়াম্বুং অহল পাংখোংচোম্ববু লৈপাক রায়েল থৌদা থৌ পুরে। মনাও ইবুংঙো তারোংখায়ববু লালজিং পুরেল হাপতুনা লাম্মী তেংগোল পুম্বগী থৌদা শিল্লম পুহল্লে। ময়াম্বুং ইবুংঙো ক্যায়নাববু

---

১। পিবা=নিংথৌ। ২। চৎলম লূতীন খায়= লৈপাক খায়গী অকক্পনা চৎনবী পথাপ (চৎনরোল), চংনফম খোকপা হৌন-চৎনবী, আইন। ৩। রাংগোল নিংথৌ মথংখনবা= যুবরাজ, নিংথৌগী ভমথং।

মৈতিংঙু খুঙ্গাওবা মিংগোববদি চৈথাবা নাউরিয়া খোম্বগী কুম (চৈথারোল কুম্বাবা কৌবা লাইরিক্তনা খুঙ্গাওবা নিংখৌবু চৈথাবা লাইতোংবা ক্যাংগী কুমদা পোকয়ে হায়রি) শকাব্দঃ ১৫৪৪, খৃঃগী ১৬১৭ শুবদা মপাবুং মৈতিংঙু সেনবী খাগেম্বনা পারমচৎ পুরমচত্তগী হৌনা চৎন-তৌনরকপা ইমোইনু অহোঙ অচাওবী"না তাইবঙ নাউয়োক নাউকোল রাবু মায়চৌ নোংদম্বনা নোংদম শঙলেল (পণ্ডিত লোয়শঙ) দা বারী লীরগা, মৈতিংঙু সেববী খাগেম্বনা ঈরাৎ থৌরমচিংবা তাজখিরময়ে। মতুংদা শগোল পাউজেলহনা লৈপাক মীয়ামদা খঙহন্না ইরাৎ থৌরম কায়দনা তৌহনা খোইনা চেৎনা ইমোইনু অহোঙবীবু লাৎচখিয়ে' কুম অসিদা মৈতৈ লৈমা কোবরোল তাইপোমপীনা মচা ইবুংঙো অমা মৈতিংঙু 'থাঙতা খোয়নায়' পোকয়ে।

খুঙ্গা তরক্কী লাকপা হাপ্তুনা লাকপা তরক্কী মথক্তা থৌয়েং থৌদা শীলহল্লে। মনাও ইবুংঙো মোনসাম্ববু শামু হুঞ্জবা থৌ হাপলে। লুপ্লেল লাকপা, চীঙঙে চীঙচারূপ লাকপা, থাইজরূপ লাকপা, লুপারূপ লাকপা, শঙ্লেল মপু নোংদম্বা মরু লৌরেম্বা, মরু গোনোক থেংগ্রা, লাংগোল লুখোই, কমেং ফদিবা, শামুরৌ চিংগোং, য়াংগোইখেমা, য়ুমনাম তোম্বা, য়াংমু পাজি, খুরিখুন তেপি, থোঙ হিমাইবা, য়াহংবা খৈরোম্বা, অসিনচিংবা অঙম্বা ফমদৌ ৬৪ (হুম্ফু-মরী) হাপ্তুনা সনা থৌগল ওইহনা থৌদা মোংদম্বা হৌরে।

শামু শেনবা শঙ্গায়না য়াংগোই শামুগী লৈতেং ফজনবা থৌশীনহনা লৈপাক পুম্নমাগা পুক্নীং য়াখল লিচিং অমতা ওইনা লুংঙাইবা হৌরে। শেম্বাং লোনবা তোনচম মুরা। লাংবন থাদা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবা মহৌ চীঙদা লাল নাবা লেঙয়ে শামু শেনবা মাউট মাচা শঙগায়না শামু মরাম্ববু সনা খোঙ-নেৎ থৌগল তৌহনা অকন অথৌ লাম্মী ৩০০ গা লোয়ননা য়াংগোই তুবেল লান্দুনা মহৌ খুনগা লাল শোক্নরে, লাল ঙময়ে। লালদি লেংচোং ফারকয়ে। মেরা থাদা ময়াঙ খাঙদা লাল তৌয়ে ঙম্নকয়ে। লমতা থাদা কারৌদা

মচা ইবুংঙোনা অমুক কায়দনা সনা য়াখং অকনবা পাউজেন্দুনা লৈপাক শীনবা থুংনা ইমোইনু লাইবেম্বীবু লোইদাম য়াকচিং থাগী ১২ (তরানিথোই) নি পানবদা ঈরাং থৌনিজখি। নুমিত্তুদগী পোইরৈ সনা লৈপাকপু চাকহোঙ ঙাহোঙলে, পোইরৈ খুঙ্গাও-লৈচাওরে; শেলহোঙ-থুমহোঙলে হায়দুনা "থাঙ-তা খোয়নায় শেলহোংবা" হায়না কোললোয় মিংগৌয়ে। লৈপাক নুংঙাই য়াইফরে, পোইরৈ খুঙ্গাও লৈ-চাওরে হায়বদগী মপারীগী কোললোয় মমিংবু "মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবা" মিংথোক্লল ফংখি।

মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবনা মেন ফম্বাল তোংবদি থৌদাম তখেননা চৈথাবা কুম মৈতিংঙু নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৪৬, শকাব্দঃ ১৬৫৩ তুবা কালেন থাগী কোরৌ হুমনি পানবা ইরাইদা সনা ফম্বাল তোংয়ে (কংলৈ শঙ্লেন্জগী)।

"খাগেম্বা লাঙচৈ" "শীংখল লাংখল" হায়না কোবা লাইরিক্তা য়াওরিবদি মৈতিংঙু খাগেম্বা সনা হাকথক্তা মৈতৈগী মায়চৌ লৌরেম্বা খোংনাংথাবা কোবা অসিবু "অপোইমচা লংনা (অনংনা) কৌই হাইরি। অদুগা নিংথৌরোল শীংকক্তদি অপোইমচা হায়রমদে, লৌরেম্বা খোংনাং থারা হায়না য়াওরি।

লাল তাইয়ে। ঙমহুনা হল্লকপদা লৌরেম্বা খোংনাং তাবা মাঙ্গচৌনা মৈতিংঙু খুঞ্জাওবদা হংগৎয়ে;— লাইনিংথৌ, মিঙ্গুখোং অসি লান্দ্রুনা সনা খোঙলেংবা অসিবু খুদোং কয়া ফংলোয়ভ্রা নীংয়ে। নোংদম্বা মায়চৌগী রা তাবদা, লফুনা পোঙ শাহুনা মায়চৌ অনীগা, মৈতিংঙু খুঞ্জাওবগা লোয়ননা লাইজ ঈরালহুনা লেঙলকয়ে।

---

# হি মায়খুম্বা অমদি মপারীগী

চৈথাবা খোঙকাইজম মরাম্বগী কুম (মৈতিংঙু নোংদা লাইগী কুমশীং ১৬৪৫; খৃঃগী ১৬৫২; শকাব্দঃ ১৫৭৪) অসিদা মনাও ইবুংঙো রাংগোল নিংথৌ নোংপোক খোঙফেলথৌবা তোনানবা নাউশোম চনূ ফাংতবী পিৱেং লৈমা তাভজখোম্বীবু লুহোংলক্তুনা পাম্নরে। মৈতিংঙু

---

১। পান = খুনচা নাইচা, মৈতৈগী হাম্না লৈবমলিবা য়ুম্নাকশিং অসি থাবম লাইফম, অহল্লূপ নহাকম হায়না মরী পোক্না থাযদোল্লম্মী। মথোয় অসিগী অমমম্বু পানা হায়না কৌয়ে। থাবম পানাগা, লাইফম পানাগা অনী অসিবু খুঞ্জা কৌয়ে। অহল্লুপকা, নহাকপকা পানা অনীবু নাইজ্জা হায়না কৌয়ে। য়েক তবেংনা পানা মরী থায়না নি থৌগী পাম্বোম ওইনা থৌগল তৌয়ে। থবক পূম্নমক পুইয়ে। পানা মরীমাগী মমিংশিংদি অহল্লূপ, নহারুপ, থাবম, লাইফম মবা অসিনা খুবাই, রাংথৈ, খ্বাই, য়াইস্কুল লৈবায় ওই, মরীমক্না পানা থৌগললে। খুবায় অহল্লূপ পানানা অঙোম চেংলৈ। রাংথৈ নহালূপ পানানা নিংথৌজা, খুমন। খ্বাই লাইফম পানানা লুৱা, যানতেক (লুৱাং মথল অমা)। য়াইস্কুল= থাবম পানানা মোইবং, ঙানবা অসিনি। অহল্লূপকা নহালুপকা পানা অনীমকপূ রাঙম লাইফাংথৌ বৌয়ে। অহল্লূপ্না অহলসিংগী থকসি খাসি নাইনা থৌগল্লে। নহালুপ্না লৈপাক ঙাকপগী থবক তৌয়ে। থাবমগা, লাইফমগা পানা অনীনা পোইবৈ মৈতৈ লৈপাক্কী লুৱা হেনবা, ফিজেৎ-লৈতেং ফজবা লমচৎ নীংথিনবা থৌগল তৌয়ে। থাবম পানানা লৌউবা, শীংচনবা

খুঞ্জাওবস্থু ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা য়াওসোম চনু য়াওসোম্বীবু লুচোংলক্নু না লৌয়ে। কালেম্বাদা য়াংগোল নিংথৌ ভোনানম্বনা মাইবম চনু লাইরৈমাগ; অঙোম চনু পোয়রোম ফবীগা; শোয়বম চনু ঙাম্বুরোলগা ইবেম্মা অহুম অসি লৌহূনা পানমৈয়ে। য়াকচিং থাদা (১) পানা-শিংবু হি তাম্নহল্লি। মৈতিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবনা (১) শ্রীবিষ্ণুগী থৌগল ভৌহূনা হি মায়থুম্বা মথক্তা য়ুমথোন অমী শাববু তোংহূনা কুমমৈ য়েংয়ে।

কুম অসি মফম খুদিংমগী লাল তোয়না হৌরক্লুনা মনাও ইবুংঙো লালজিং পুরেল তারোং খায়বনা লালমী ভেংগোল পুহূনা কোয়না হুয়েল লাল তাক্তনা সনা কোম্মং য়োৌরকপা ঙমদনবা লাল কম্না ঙাক্লুনা য়োৌরকপদি অমতা ঙমখিদে। কোরৌ হুমিৎ খুদিংগী শাগী লালগী ঈরাঙদা চ্লৌবনা লোইদাম লমতা থাগী থারোই, শজীকু থাগী থাহৌ চৈথাবোলবু নাম্থোকখিহূনা শজীকু নিন্দুংগী থামৈদা চৈরাওহূনা ফম্বাল ভোংনবা থৌশীল্লে।

---

লল ওনবা. চাবা থকপগী থৌগল তৌয়ে। মসিবু পোইরৈ খুনফাংগৌ কৌয়ে। মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ থৌগল পানা মরীনা শীল্লগা তৌরে।

"শঙ্‌লেল্ পুবদা"—খৃঃগী ১৪৮৭; শকাব্দঃ ১৩৮৯ হুবদা মৈতিংঙু কাম্বনা নিংথৌ খুবম ফংয়ে। নোংদম্বা মায়চৌ লৌরাংচাম্বগা, থাঙকং চাম্বগদা কংলৈ পুঙমায়োনবু শিন্নহূনা থনম্লগা লমলেল খুরোই হাওরা লমলাংদোংদা লেঙথহূনা লৈ। মরমদি শকাব্দঃ ১৩৬৯ হুবদা মপাবুং মৈতিংঙু নিংথৌ-খোম্বা সনা হাক্তক্তা মোইরাং নিংথৌ মেনখোম্বা সনা হোঙবনা হো ঙাংঙোই লম্ম হনবগী কংথৈ থৌগারম্ববু থৌগাহন্দহূনা লৈখি। মৈতিংঙু নিংথৌ খোম্বনা পিবা ফম্বাল ফম্বদা নিঙাই থরা তৌরম্বদগী শাওহূনা ময়ুম মোইরাং অসি নাপন থরা চাউগদৌরি হায়হূনা মচা ইবুংঙো ক্যাম্ববু অঙবা তরুক্তা, লাম্নী ৩০০ (চহুম) গা লোয়নহূনা মোইরাং লাল তারকপদা, লাল অহু থরা সোক্লম্লগা মোইরাং নিংথৌ সনা হোঙবা মেনখোম্বা লোৎখিহূনা থিবা ফংখিদম্লে।

কালেন থাগী থাহৌ নোংমা পানবা কোহৌ য়ুমশাকৈশদা চৈথাবা থৌনাউজম তখেন (লাংব-চক্রী কুমশীং ৪৭৫৪; নোংদা লাইগী কুমশীং ১৬৪৬; খৃ:গী ১৬৫৩; শকাব্দ: ১৫৭৫) গী মুমিত্তা নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্ব', থেংগ্রা অনীনা লৈপাক্নী অক-ফম্ভা থঙ-হন্দুনা চৈথারোল পানখংলে। কালেম্বাগী নিলমাংগী হুমনি পানবা কোৌরৌ ইরাই মুমিত্তা য়োয়রেল থাবী লেংনা তিন, অমাই অনপ লৌশিন্ন', অশৈ থোলফাং লেংনা, পানা অঙম্বা তরুক্না ঈরু মায় তাত্তনা ইবেম্মা য়াওসোম্বীবু লৈশাক্নী মমা শীঙরোল হনবী হাপতুনা

---

লাল অতুদা য়াওবা মোইবাংগী ০া০ম। মোংরা বাংরুং সনারোংকী পোনহেনবা, লুপাবোংকী বাবু থনবা কেকেরোংকী তিলহৌ থাচা, লাথোং তোৌকী রাপু নাউচা ঙাংখা রাংকী অনিং অরাপা. ঙাংখাং নকী উরা লা মৈ-রম্বা, হেঙ্গং চাংপা, য় ওরা পা মচাফাপ, লৈই লাম্ভব, মুতুম লালহিং, লমজাংবা মখোয় অসিনচিংবা ফাদুনা মখোয় থৈনীক্না চংলম লতীন অকায়বা পৌবুজাবাই হায়দুনা মালেম লৈপায়পুঙ থোন্দুনা শরী রাশকখবা, মোইরাং লৈকোয় বাশক পুঙদা পুখত্তুনা নুমিৎ তরেৎ ন চুপ্প নুমিদাংবাই হেক হেক পুখোক্লুনা চৈ ২৩ (বুন মঙা) ফুরগা অরাশঙ কোইতদা থমখি। মোইরাং লম হেল্ল হায়দুন। অদুদা মচাম্বুংঙা ক্যাম্বু লম্মাংদোংদা শঙলেল অমা শাদুনা হৌ কেগে লম্মহনবা, হৌ ঙাংঙোংন। কোনবা লমহেনবগী থৌদ। নোংদম্ববা মনাই মীথনখায় ১০০ (চামা) গা লাংগোই শগোল ৫০ (য়াঙখৈ) গা লোয়ননা থমদুনা লমহেনবা অনীগী থৌবুদুনা থম্বা হৌখি।

খৃ:গী ১৪৬৮, শকাব্দঃ ১৩৯১ শুবদা কবো ক্যাংবু খুদুম চনগে নীংদুনা পোং নিংথৌ চৌফা ফাখোম্বা (চৌফা খেকখোম্বা চৌফা খিখোম্বা) গী মফমদা মনাই তরুক থাদুনা লাল পাংনবগী মরম ঙাংনহনখি। লাল পাংগনি হায়রক্লুনা মতুং খৃ:গী ১৪৬৯, শকাব্দঃ ১৩৯২ শুবদা মৈতিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌনা মৈতৈ লালমী পুদুনা কবো ক্যাংবু লাল নাবা চংলি। খারি খোংবাম্দা ইরোই অমা লৈদুনা ঈরাংলি। পোং নিংথৌগা উনদুনা কবো ক্যাংবু পুন্না লাল নাবদা ঙমদুনা লোই চললি। মতুংদা মরাক্তা লম চাম্মা পাকপা নুংথি তুরেন্দা হিদা পোঙ শাদুনা মথক্তা সনা লীফক থাদুনা পোং নিংথৌ চৌফা ফাখোম্বগা, মৈতিংঙু ক্যাম্বগা ফম্ফম অমতদা ফম্মীন্নদুনা য়ায়ী শান্নে। মদুদা পোং নিংথৌনা হায়, "ঐদি ফম্বাল

মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবা ময়ুম তরেৎকী শিবা থুবম শিন্নদুনা সনা ফম্বাল তোংলে। লৈপাক নোংথৌ তুবা উয়ুংগী থক্তা ফম্বাল খোঙ্গুম্বা মতমদা ইবেম্মা য়াওসোম্বীগী সনা হকচাং কয়া নুংঙাইতেয়ে মতুংদা অমাইবা কোনসাবা য়াঙৌনা খরায় লায়কম্নহনবদা, মতুং মেরা থাদা সনা হকচাং খরা নুংঙাইরক্তুনা হি মায়থুম্বা তোংদুনা লমলেল থাংগদা উতোংচাক চাবা ইবেম্মশিং ময়াম লেঙয়ে। মতুংদা হিদা খোঙ্গাররক্লগা ইবেম্মশিংদি নোংপোক থোং হিজগাংদা হি থাদুনা কুমথহৌরগা, হি মায়থুম্ববু পৌনম হিথাংফমদা হি থাংদুনা পুন্দুনা থমখিয়ে।

---

চহি ৩০ (কুম্থ্রা) নি। ঐগী চহিনা ৪) শুবে" হায়ববদা। মৈতৈ নিংথৌনা হায় — 'ঐদি ফম্বল চহি অহুমদমক ঙাযবিয়ে। ইশাগী চহিনা ২৭ (খুনত.বং) শুবে" হায়দুনা চহি মশীং হংনবদা মশু মপু খোক্তনা নুংঙাইহনৈয়ে। মতু' কাম্বা নিংথৌগী তঙম্বা থৌচবপ লাকপা খুদা লৈশং হোম্বগা পোং নিংথৌগী (মণিপুর) লৈপুরা চাকপাক টেঙ্গা লম য়েন্নে। মৈতিংঙু নিংথৌগীন নোংপোক্লেমদা নুংথ (নিংথি) বাংমা লান্দুনা লোইচাব তিলাল চৌংগা লম মইরু মৈতৈ নিংথৌগী লম ওইদুনা মায়চৌ থাঙকং চাম্বগা থৌদ্র নুংদা লাইহাবব ইদুন মৈতৈগী লমখৈ খঙনবা লৈবাক্তা যৎদুনা থময়ে। মখারোমদা ভখেল পিশাচাউ মইগা। নোংচুপলোমদা কছাব মালুগ্রাম মখৈ। অবাংলোমদ তহাওশিব সাগব'। লম অসিগী মনুংদ পোং নিংথৌনা খুৎ শিংডম্বা হাযনা লেপ্লনা মশু মপু লম য়েন্নবে।

মতুংদা মৈতৈগী সেত্তা য়াইসেম্বা পু ১২ (তবা নীথোগ) ঐবগা, কবাগী নবান পেবে খোংবগা। ওন্নদুনা হন্নব'স ভৌবদা পোং নিংথৌগী মঙক্তা পুন্দুন পুজমলিবা 'লই' অদু অহুম্লক হন্না চোংলক্লে। মতুংদা পোং নিংথৌনা হায– 'ইশু ইনাংথ। ঐগী ইক্তা পুল্লিব স শ্রী'বলু হায়বিব' লাইদুনি। নিংথৌ ওইবন লম চৎপদা ভগবান অসিগা লোয়নদুনা চৎলবদা, থৌরম খুদংদা মায় পাক্তব লৈন্দ্রনা লাইনি। লই অসিগী নোংদমদগী পোং নিংথৌ ঐন মথম হুদীংদা ইনীং তম্বা ঙমজবন। লই অসিনা ঐগী ইযমদা লৈরকপসি চহি খুমজ ৩০ (কুম্থ্রা) শুবরনি। ইপুথৌ শুথাম খোম্বনা পেললোংদা লাইবু নীংদুন লৈরিংঙদা নুংথিল পোপ্তা হুনবা মতমদা কোরৌ নোংথৌদা নোং খোংবগুম,

কোয়ৌ হুমিং অসিগী অহিং য়ুথক থানবা মতমদা য়াম্না থেকনা থেকনা খোংলকয়ে। মতম অদুদা নোংলৈ নুংশিং অকনবা অমা মফম ঈথও থওহৌদনা লাকুনা অয়েপ্পা লৈতনা নুংশিং য়াম্না পংশীংতা শীংখ্রে। মতম অদুদা হীরূশও মচাশিংনা হি মায়থুম্ববু চিংথদুনা হীরুশওদা থম্বা চিংথংকে হায়দুনা পৌনম হিথাখেন্দা লাকয়ে। মতম অদুদা হি মায়থুম্বদি নোংলৈ নুংশিংনা হুম্বগী মতুং ইন্না লমলেন অয়াং হারম পাংনা হনগংনা তাউথংলকুনা থুনা য়াওনা

---

নোংহাং বুপ্পগুম খোংনা ঈলং লংনা বাংলেন ঙাইহাক ঙাল্লম্নগা ইপুথৌগী লাইনিংবা হেক লোইবা মতমদা ইপুথৌগী মাংদা তাদুনা লৈবক্নদগী মতুংদা ইপুথৌগী খোমলেন মঙলানচান্দা ঈবাং পুরুম পুম্বা তাকপীবমদুনা মতুংদা সনাগী ক্নাগোক অমা কত্তুনা শ্রীবিষ্ণুগী খুদা ওইদুনা ইবুংঙোগী শঙলেন লৌক্লাই যাত্রা মখাওদা থমদুনা তহংবা উহৈদা। কংচদুনা থমজবরুবা লাইনি। তংবু মৈতৈ লৈপাক্তা চংলনি হায়দুনা ঐগী মঙলানচান্দা তাক্লম্বনি। তংবু ইপুনা পাম্মুদুনা হায়দোক্তুবু যাদ্রে। ইশু ইপু হন্নবস হায়নদা অসিদা ঙকশম অসিদা চোংনা চংলগে হায়রসি হৌজ থেংথাও অহূম্নক শুবরু। মসিদা ঐনা পাম্মুয় হায়দুনা লৈবকস্থ চংশিনদবা মবৈবে। মবম তসি ইশু নিংথৌগী মফমদা মফম হদুনা ইপু শিন্নবগে" হায়দুনা পোং নিংথৌগী মঙকশমদা শিন্দুনা পুবরুবা লাই অদুবু মঙক্তুগী হুক্তোক্তুনা মৌতংঙু ক্যাম্বগী ঙক্তা হুকপীদুনা (সনা মুহব ৬০ না শাবা।) সনাগী ক্না গাক অদুগা কত্তুনা লাইবু পুকম লৈপায়বম্নগা পুক্নীং অন্নাব অম ওইনা পোং নিংথৌ মবৈবাক্তা হনখিযে।

মৈতিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌস্থ নালমীশিংগা লোয়নননা খুন্নোই হাওবা লম্মাংদাং সনা সঙগাযদা লাই অসিবু লৌথোক্তুনা লুখুম উবেপ (যাত্রা) মখোঙ ময়াদা থমখি। বুম অসিদা শ্রীবিদ্যাবাগেশ্বর শ্রীবিদ্যানিধি, শ্রীবাম চার্য্য শ্রীশুদ্ধি নবায়ন বাপু মথায় মবীনা বা থন্নে। হিন্দু যাতি অসি মুসনমান্না চঙদুনা ঐখোয়গী হিন্দু ধর্ম্মবু মাঙহন্নবা খোবাঙই হায়বগী ঈ-পাউ অমতা তাবা লৈতবা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈবন্দা শ্রী বদ্যশুব, শ্রীবিপুল শর্ম্মা মপা মচাগা থেংনদুনা লৈমিন্নখিয়ে।

মতম অসিদা নাদুনা লৈরবা মৈতিংঙু ক্যাম্বগী খোমলেন মঙলালচান্দা অহলগী মতম ওইরবা অমা লাক্তুনা হায়রে "ক্যাম্বা নঙনা শ্রীবিষ্ণুবু মীরায়দুনা ঈবাং থৌবম তৌদনা লীসন্দুনা থম্বননি। শ্রীবিষ্ণু সনা ক্নাগোক মনুংদা

চৎখিয়ে। হীরূশঙ মচাশিংস্থ হি মায়খুম্বগী খোঙলম মতুং ইন্না পন্দনা কন্না তান্নরকয়ে। হি মায়খুম্বনা লেপ্তুনা অন্নাং পাংনা তাউথৎলকপনা মিন্থ লৈমা ইরেল থরা হেনগৎনা য়ৌরক্লগা ঈখঙ-খঙহৌদনা মফম অতুন্নাইদা মাঙখোকখিয়ে।

হীরূশঙ মচাশিংস্থ হিগী তৌখিবা থৌওং অতুবু উনবদা খোইনা ওক্লরতুনা ভাথেঙবা অহিং অতুদা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা নিংথৌদা হিগী থৌদোক মরমশিংবু হংগৎলে। অহিং অতুমা হৌ-খিতুনা, মতুং নোংঙাল্লবদা শঙলেল মপু নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বা

---

লৈববু ব্রাহ্মণবু থিতুনা পুরুম ঈরাংচৌও। সনখোমনা মহি ওইতুনা চাক থোংলগা চুহি, ঘি, কর্পূর তিন্দুনা হৈ-লৈ কতুনা পুরুল্লগা শ্রীবিষ্ণুগী লৈনম মখাক অতু নিংথৌ নঙনা নপুক শেংনা ফজতুনা চপ্লৌও। সনা হকচাং ঈরিবতু খুদক মতুদগী ফরগনি" হায়না তাকপীরময়ে। মৈতিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌস্থ খোমলেল মিকপ থোরকপদা ঈনুং ঙাল্লমতুনা মনাই শগোল তৌবা অতুম কংলৈ পুঙময়োম্বা থাতুনা শঙলেল মপু নোংদম্বা মায়চৌ অনীবু কৌরুতুনা খুরোই হাওবা লম্মাংদো দা বায়খুলরে। মায়চৌ নোংদম্বা অনীগী মফমদা মৈতিংঙুনা ব্রাহ্মণশিংনা লৈবগী মরম হবদা হায়— 'মৈতিংঙু নপাবুং সনা হাক্তকুগী মীরৈবাক বাপু লাক্তুনা সনা কোনুং কংলাদ। লৈরম্বনি। অতুবু তাংখুল লান্দা মফম থঙখিদবে। মরম অসি থাংকং চাম্ববু অতুক খোরচৈ পায়তুনা হোরীতুনা য়ে হনসি হায়রুনা য়েংহনবদা, মখোয়শিংগী লৈফমবু তাক্তুনা মথঙ-মথঙ থিরকখিয়ে। ব্রাহ্মণশিংস্থ পাউ অসনা তাবদা মখোয়গী ঈ লৌতুনা ঈরাংকদবনি হায়না ওন্ননা লৌখিতুনা পংকিদা কিতুনা পংচেন্দা চেনখিবদগী থিবা ফংলক্তরে। মতুদা মায়চৌ নোংদম্বনা হন্না হোরীতুনা ব্রাহ্মণশিংগী লৈফম শেংনা তাকলে। বাপু মখোয় তরূক্তি নোংঙান তু উবা মতমদা খুরায় পৃথিবগী লাইকোন্দগী কৌক্র পাংনা থরা চৎলগা মার্জিং উকোন্দগীনা খা পাংবা অসিগী নোংপোক নোংচুপ হায়রপ তানা থোকপা হায়রিবা তু থুপ অসিদাঈরূ-মায়তা থোরক্কনি। মতুদা মখোয়বু ফারকউ হায়না তাকপদগী অথৌবশিং মফম অতুদা চত্তুনা ঙাইরুই। বাপু তরুকমা মফম অতুদা অঙনবা অয়ুক্তা ঈরূ মায়তা থোরকপদ। মখোয়বু ফাতুনা সনা কোনুংদা পুরকয়ে।

খেংনাং তাবনে, গোনোক খেংগ্রানে অহল অনীবু তম্পাক য়ুমদগী কৌথক্লুনা কাইবীরোল শঙলেন্দা মৈতিংঙু পোইরৈ খুম্বাওবসু লেঙশীন্দুনা ছি মায়খুম্বা য়ুমথোল অনী লোঙবনা মাঙখিবা অসুম্বু হংয়ে।

মতুদা মক্ক মচা খোংগ্রানা মৈতিংঙুগী সনা খুম্বাখাদা হংগৎয়ে. "মৈতিংঙু সনা ইবুংঙো! ছি অসিদি শ্রীবিষ্ণুগা, ইনিংথৌগা য়াওদনদি অতৈ কনা অমনা তোংবা য়াবা নৎতেয়ে। ইবেম্মশিং ঙাক্না তোংলুবনা লূপখিবনি। ছি অসিনা খা পাংনা খোঙ্গু মদা লূপলক্কবদি লাইগী থোং (১) শঙ্গেনবম নৌনম থোংদগী হৌনা খা মাযকৈদা লৈবা (২) তুবী লাংওন পুবগা য়াহীপ চাকচা তিন্নদবনা লূপতুনা মাঙখিদবনে। ছি মায়খুম্বা অসিদি লোংদম্বা মপুগী লাইমিং শুনা ফংলবা, খঙলবা লাংওন ছিনি। তৌজক্লা খোইয়ুম মাঞ্জিংগী ঈরেল পুঙদা লূপতুনা লৈরিয়ে। মফম অসিদগী হাওরৈ খারোমদা খোঙ্গুমকপনা নবুখৌ পৌনম ঈরেল ছিথাংফম অসি ফাওবগী মমুংদা

---

(৬)

মৈতিংঙু ক্যাম্বনা থৌরম পঙ্খা হংতুনা ঈরাৎ থৌনি তৌহনবদগী শ্রীবিষ্ণুনি হায়বা খঙলে। মৈতিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌসু সনা হকচাং ঈরম্বা ফরক্লুনা মমৈদা খুরোই হাওবা লম্মাংদোং মিংগোরম্বু ঙমদর্ম অসিদা শ্রীবিষ্ণুবু যুরা লাইয়ুম শাতুনা লাংখিবা অহানবা মফমনি হায়তুনা "বিষ্ণুপুর লম্মাংদোং" হায়না ঙসি ফাওবা খঙনরি। খৃঃগী ১৪৭৪ শুবদা মৈতিংঙু ক্যাম্বা নিংথৌ কংচৈদা হোংগৎলক্লুনা বিষ্ণুপুর বোনুংবু চৎনা খোকনা পানখি।

১। শঙ্গেনবম নৌনম থোং= মৈতিংঙু খাগেম্বগী সনা হাক্তক চৈথাবা নোংপোকপা থারোন, শকাব্দঃ ১৫৭৩ দা লাইগী থোং অমা তুরেল অচৌবদা শাবদা শঙ্গেনবমগী চিংসোনবু নৌনা য়ান্দুনা শিরে। লাইগী থোং অদুবু শঙ্গেনবম লাইবা নৌনমথোং কৌনরে। মমৈদা শঙ্গেনথোং হায়না খঙনরে।

২। তুবী লাংওন পুবগা= শকওঙ শক্তমদি তুবী লাইরেলগুম্বা মতীক ময়ায় লৈনা লম কোনবা (পুবা), মশক মওঙ ওন্দুনা লৈবা লাই।

খোঙগা-খোজ মতুনা। (১) য়াথোক য়াহীপতুনা লৈরনি ; সনা পূক্লীংদা চিংনবা তৌবীগনু। অমুক থেম-নৌনা কোথোকপা য়াবা হি নত্তে। হি অসিগী মশক্তি পস্থৌ নপাবুং ইবুংঙো (২) খোইয়ুম লাইরক-চনবু তানথ্রগা (৩) লাংওন শৈরোই অহূম্নক শুবদা মপোৎপু মীতৌ তম্বা শানা চহি কুমজা থরা শান্নবা থোক্লখিগনিয়ে। মতুং মবক্তি নোংপোক খোঙাখিদুনা পোংগী লমদা শাওন তৌদুনা লৈরখিনিয়ে।

মৈতিংঙু পোইরৈ খূঞ্জাওবনা ৱা মথা অমুক তানা নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বগী মফমদা হংজৈয়ে,— "অতুগা (৪) মরু নোংদম্বগী লাইনিংদনা কমদৌবীবা? মরুগী নোংদম্বু ঙাইজরিয়ে।"

"মৈতিংঙু সনা ইবুংঙো! হাওরৈ থা পাংনা খোঙ্মগদবা ৱাকয়ৈ হিরেলনা অবাং পাংনা খোঙাখিবা অসিদি চহি কুমজা অহূম শুবদা লাকনি। মতুং চহি কুমশীং মাপন শুবদা অমা থোক্লক-খিগনিয়ে।

"মরু! মতুদি করি করম্বা ওইগদৌরিবা?"

"মতুদি মৈতিংঙু সনা ইবুংঙোগী মরমদা পুয়াদা ময়েক মচু লানা তাখিববু কোকহনগে হায়দুনা খোইয়ুম অনীনা লাংওন অমা ওইনা শাওন্দুনা তাইবঙ মপোক্তা পোক্লক্তুনা, লৈতুনা তাখিবা অমুবা ময়েকপু মূৎলগদৌরিয়ে। অতুগী চহি কুমজা মাপন শুবগী মতুংদা সনা পূক্লীংদা থরা চেকশীনবীগনিদো। লাইনিংথৌগী মরমদগী সনা পুয়াদা ময়েক মচু লারবা অমুবা ময়েক্কা লাইরকচনবু কায়না (৫) খোচৈ থাগদবা থৌওংবু ওইরগদৌরিয়ে। অতুবু কুমজা অহূমগী মতুংদা

১। য়াথোক য়াহীপতুনা= অমুক থোরকপা অমুকম্তু তুমিন্না মাঙথোক-থ্রগা পোথাতুনা।

২। খোইয়ুম লাইরকচনবু তানথ্রবা= লাইগী লাইরমলেলদা তিনথ্রবা, শিথ্রবা।

৩। লাংওন শৈরোই অহূম শুবদা= মপোক মথঙ মথঙ ওল্লক্তুনা অহূমম্লক শুবা অরোয়বা।

৪। মরু = কুরু, গুরু। ৫। খোচৈ = ইনবা [illegible]।

লৈরম্বা (৬) খোইয়ুম অনীগী মশক্না অমতা ওইবা মহাক্না সনা পুয়াগী ময়েক অমুববু সনাগী অমুবা ময়েক্না শিন্দুনা লাইরকচন লূভীন শেম্লরগনিয়ে। হায়রিবা মতম অসি সনা পূক্নীংদা মুন্না বাখল তৌবীগনিদো।" মরু মায়চৌ নোংদম্বগী রা অসি তাবদা, মৈতিংঙু পোইরৈ খূম্ভাওবা সনা পূক্নীং অবা তুরৈ চনবা ওইদুনা লৈখিয়ে।

মনাও ইবুংঙো নোংপোক খোঙকেন থৌবা তোনানংগী ইবেম্মা নাউসোম চনূ থাংতবী পীথেং লৈমা তাওজখোম্বীনা মচা ইবুংঙো য়ায়মা "সনা হিংচোল থুম্লাকপা" পোকয়ে। মতুং হীয়াঙগৈ থাদা সোয়বম চনূ ইবেম্মা ওাম্নারালম্ন মচা ইবুংঙো "মচাফবা" পোকয়ে। পোয়নূ থাদা অঙোম চনূ পোরোম ফাবীনা মচা ইবুংঙো য়ায়মা "অচৌ থুম্লাকপা" পোকয়ে।

## খোইয়ুম লাই ওইখিবা

চৈথাবা হাওরোইবম মুবগী কুম (মৈতিংঙু নোংদা লাইগী কুমশীং ১৬৪৭; খৃ.গী ১৯৫৪ : শকাব্দ: ১৫৭৬ শুবা) অসিদা মৈতিঙু নিংথৌরেল পোইরৈ খূম্ভাওবদি মপারী অমতা শাৎলক্লা, মমোম অমতা ফুয়রক্লববু থাজ কুমজা খরা হেল্লক্লে। মতম অসিদা মপারী ফংনবা, মমোম পোক্লবা হায়দুনা ভীনখোঙ লাইখোঙ খঙ-হৈরবা লৈপাক্কী অহে অশিং অমাইমা. অমাইবীবু পুক্নম ঈরাৎ থৌনিহুনা তৌবা য়াবা মথৈ তৌদুনা, য়েংবা য়াবা মথৈ কয়া তরা থোক্লা য়েংলক্লে। মহুদম্ন খোইয়ুমগী নোংদমখোল অমতা ফংদবনা মপারী মমোম শাৎলকপা লৈখিদয়ে। মৈতিংঙু পোইরৈ খূম্ভাওবদি মচাগী মরমদা অরা শুংঙাইতবা অচৌবা অমা ওইরক্তুনা বাখলনা সনা হকচাংবু অনা লায়পূ ওইরক্লে। মৈতিংঙুনা (১) সনা হকচাং

১। সনা হকচাং ঈরবদা= নিংথৌ মশা নারবদা।

ঈরবদা, অমা ইবা হিদং ওইনাম লায়বা কৌবা নিপা অমনা সনা থৌগল ফংনা অনা লায়কম্লহুনা লায়খেংয়ে। মতম অসিদা লৈপাক্কী মমা ওইরিবী ইবেম্মা লৈমরেল ফমথোল কাবীস্থু মচা পোক্লবা মরম অসিদগী য়াথলগী লায়থুং অমা ওইখি।

মৈতিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা সনা হকচাং ফরকুনা কোরৌ নোংজা অমা ফমেদৌ মঙাইরোইশিংগা লোয়নহুনা লৈপাক্কী মমা ওইরিবী মদাইরেম য়াওসোম্বীবুস্থু য়াওনা লৈপাক অসিগী নীংথি-নীংথিজরবা অচৌকপা চীঙগী চীঙখোঙ চীঙয়া তমলোলশিং কয়াবু কোয়না চত্তুনা সনা মীৎয়েং তারকয়ে। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙো লালজিং পুরেল "তারোং থায়বা" শু লম কোয়বাময়াম্নুং নিংথৌগী সনা থৌগল তৈনা তুংইন ফংবা ওহনুা লোয়নারকয়ে।

পূক্লীং হুনবগী মশক কয়াবু ওটরবা মহৌশাগী ফজ ফজরবা চীঙগী চীঙয়া নাপোমশিংদা মশা মউ মরেঙ ফল্লবা চাউর-চাউরবা য়াংল য়াংলবা তসা উজাও উরেলশিং কয়াস্থু শীংথাবা ভমদনা হৌ। অসিদা নত্তনা অচৌকপা চীঙগী চীঙখোঙ চীঙয়া তমলোলশিং, চীঙল নাপোমশিংদা শত্থ য়াংগেল, হাওনাশিংনা ঈশঙ-ঈশঙ শংনা শন্দোক্লা হৌ; হানৌ শত্থ য়াংগেলশিংদা রি-রি হুম্বা মালংবনা ওস্তুনা হাইনা হুম্বা শীংলকপদি কযাগী মতীক নীংথিজনা লেঙ লেঙ চৎপা মানা উ, থোঙ্গৌরবী, মুংওল্লবী চেক্ল'চা কয়া অমা লোক-কোহদগী, পামেলগী উকৈ কৈরাথক্লা কায়দোঙলহুনা থোইল্ল থোম্থাং নাইনা মখৌ পোঙনা নোয়না থোংলল; শত্থগা তাউজিং হৈরাঙ কথামা মচৈ মরোং চুম্বা চুম্বা পাল্লম্লিনা; হৈরাঙ কৈরাং কযা অমস্থুমকা ফম্বা শীঙরেল কৈশাং তয়মলিবা কয়া অসিবু সনা মীৎযং তানা মপঙ মথঙ সনা খোঙলেঙলকয়ে!

মতম অসিদা মনাও ইবুংঙো লালজিং পুরেল তারোং থায়বদি মফম ঈথঙ থঙাহৈদনা "খোইযুম লাই" ওইহুনা লৈহৌরে। থোদোক অহুবু উবদা মতম পুম্বদা ময়াম্নুং নিংথৌগী মেংকী শয়েঙ

পাম্বোম পাংগল ওইরমজিবা মুংশিরবা মনাও ইবুংঙোনা মঙ্গুং মতম চাদনা থাঙজু-থক্তা ওইথোক্তনা ওইখিবা মরৈ মথৎপ লাংওন মতৌবু রাখল্লবদা, মৈতিংঙুগী সনা পুক্লীংদা থোইনা হেন্না অন্না মুংঙাইজবা, নীংঙম্লক্তবা মৈচাক কয়ামুক ফংবদগী, মখা অমুক তানা সনা খোঙলেঙবা তৌদনা সনা কোম্মুংদা লেঙশীল্লকখিয়ে।

চৈথাবা খৈক্রাইজম ময়াম্বগী কুম (মৈতিংঙু নোংদা লাইগী কুমশীং ১৬৪৮ ; খৃঃগী ১৬৫৫ : শকাব্দঃ ৪৫৭৭ শুবা) অসি হৌখিয়ে।

---

## মপারী নৌনা তানফংলকপা

চৈথাবা হৈস্নাম খোরৈগী কুম (মৈতিংঙু নোংদা লাইগী কুমশীং ১৬৪৯ ; খৃঃগী ১৬৫৬ ; শকাব্দঃ ১৫৭৮ শুবা) অসিদা মনাও ইবুংঙো তোম্নাম্বগী ইবেম্মা অহুম্মা য়ায়মাবী সোয়বম চনূ ঙাম্নুথুম্বী মচা ইবুংঙো "তাংখোম্বা" পোকলে। মতুং অমুক অঙোম চনূ পোরোমফাবীনা মপারী অমা পোকচখিয়ে ; মমিংনা "শামৈরাং" হায়না কোলোয় মিংথোল্লে। মতুং ইকুয় কুইদনা ইবেম্মা নাউসোম চনূ থাঙতাবী পীথেংলৈমা তাংজখোম্বীগী শীনয়োমল্লংদগী নৌনা মপারী নাউবা অমস্তু তানফংজরে। মমিংনা "লাইনিংখোম্বা" হায়না কোল্লোয় মিংহুল তমলে।

মপারী লাইনিংখোম্বা নাউরা অসিনা কোয়ৌ নোংমা নোংমগী খঙহৌদনা অশুম হৌজল্লক্তুনা লোইদাম থাবৎম নীপাল শুরক্লে। মতম অসিদা নোং কোয়ৌ অমা পল্লেম মমা তাঙজখোম্বী ইবেম্মনা ময়ূম শঙ্গায় মাংগোল খেঞ্জংলাংগী থা থংবা ফমলেললোমগী উখোঙ-তেন ময়াদা মচা ইবুংঙো লাইনিংখোম্ববু য়াহীপহন্দুন্না থনম্লগা, ইমুং মঙ্গুংদা থবক ইনথাং থরদঙ নোম-লিক্তুনা লৈথিরময়ে।

মতম অসিদা মৈতৈলোন্ নিংথৌরেল পোইরৈ থুঙ্গাওবসু সনা থৌগল মঙাইরোই কনাবু তুংইন থৌগল য়াওদনা অবাং পাংনা মনাও ইবুংঙো বাংগোল নিংথৌ তোম্নাম্বগী ময়ুম শঙ্গায়রোম তন্না সনা খোঙলেঙথোরকয়ে। মতম অসিদা মশানৌ তোম্নাম্বগী শঙ্গায় মাংগোল মপা য়ৌশিল্লকুনা মৈতৈলোন্না য়েংশিনখিবদা কমলেল খা থংবগী উখোঙতেন ময়াক্ষুদা উপ্রাক্লা য়াতাক্ষুনা নোক-খেনা শান্নকুনা লৈরমলিবা লাইনিংখোম্ববু সনা মীৎয়েং থীংখিয়ে। মায়খোঙ লকা লান্না ঈঙনা তনৌনা শুন্দাংনববু ওইরিবা নীংথিজবা নাউবাগী শকওঙ মতৌবু মৈতৈলোন্না উরুবদা, মীৎকম হোংদনা য়েং, সনা পূক্নীংদা থোইনা খোয়জঙ-খোযদানা মুংশি মুংওন লাংলকুনা মীৎলাং অনীমক্কগী পিরাং চাইজি মরাঙ হৌ, চতুম চতুম শিম্বরকয়ে।

নীংখিবা চঙখোনবা নাউবা মতৌবু সনা মীৎয়েং সংত্রিক্লা তারক্ষুনা থম্মোয় লকা-মুংগী মপারী মযোম অমতা লৈতবগী নীং ঙম্নক্কবা অবা মুংশি মুংওনবা মৈচাকখোলবু ফংলকপা ওই: মুংশিরবা য়াবা মপাউনা মপারী নাউবা য়েংনা তেংথারকয়ে; “হাঃ করিনোনে! ইশানৌ ইবুংঙোগী শঙ্গায় মাংগোলসিদা লৈরম্লিবা নাউবা অসিদি ওস্থোক্ল' খোয়দা নবু মুংশিশ্রেদকো! মীৎলাং থন্না য়েংনিংবগী পেনবা কৌবা নাইদ্রবা, মুংশিবগী ঙমথৈ পান্দম অমা লৈদ্রবা, পারী মুংশি চেংলৌ শকহেনবা! নহাকপু পল্লেম লাইবক ফবী কনাগী তাঙনা নৌনা ফংলকপা মপারীবু ওইরিগবা? পল্লেম লাইবক ফবী, য়াইফরিবী! নঙদি নপারীসিবু পোকচবগী হরাও মুংঙাই মথোয় কানা মুংঙাইজবা কয়ামুক্কো মতম খূদীং অহিং থিদা, মুংখিল লৈতনা মুংশি চান্না অপেনবা কয়াবু তানফংজবা ওইরিনিদো। অতুবু কোয়ৌ ঙসিদি খুম্নাওবা ঐগী মীৎলাং অসিনা পারী নঙগী চেংলৌ শক্তম নীংথিজববু শকউরুরগা নিংথৌ ঐগী থম্মোয় লাইয়ুমসে কায়না, থক অবা পোত্থাকম থঙলক্করেদো; থৈনমু মুংশিশ্রেদকো পারী নাউবা অসিদি” হায়না লাইনিংখোম্বা

মাউৱাবু ৱাংলেল ঙাইহাক মীৎকুপ্তুনা সনা মীৎয়েং তারা, মীৎলূ নাপোম অনীমক্তগী লেপ্তুনা শিন্থরক্লিবা লাইক পিরাংবু সনা হকচাংদা থোল্লিবা চৎর নমথাং মচীনা হেক তৈথোকয়ে। অতুগা মৈতিংঙুদি মনাও ইবুংঙোগী শঙ্গায় মাংগোল মপাদা য়োরম্লগা তম্মা সনা শঙ্গায়বোম তম্মা লেঙশীল্লকপব মপারী মমোম ফুযরক্তবগী সনা পূক্লীংদা তত্তনা চাক্লক্লিবা থাঙউমত্রবা মৈচাক ৱাখলবু খল্লু খল্লুরগা শীঙলেল "নাউওয়তোং" কৌবী লৈরংগী মতোগা পুন্সি লৈরাংগা পাংথক ওইহুনা শৈথারকযে,— "এগী য়ামচেং পুন্সি অসিদি লৈনম চেন্দ্রবা শীঙলেল 'নাওয়তোং' কৌবী লৈরাং মাগুম্মা তাইবঙ মপোক্তা থূঙ্গাওবা এনা নিংথৌ ওইনা পান্দুনা লৈরাংগুম ঙসি শাৎলরবস্থু ঙসি ফাওবদা ঈপারী ইমোম অমতা ফুযরক্তবা অসিদি মপাল শাৎলক্তবা মহৈ য়ালত্রবা কান্নদরবা অরেম্বা মপোক পুন্সিনি। এগী ঈরাইবক মপোকসে ওাস্থাক্লম্থ মপোক ফত্তা, নোংদমখোল থীনস্থু তম্লমথ্রবোই। নোংদম্বগী অৱাবা পুন্সি ঈপাকপু থাঙদূনা লৈবা ঙমলিবসে, মতম কযা মুংশাংনা অমুক হি তুনা লৈখিগদবনো এবু!" হায়না সনা পূক্লীং লকা-মুংগী অৱাবা মৈচাকখোল কয়ামকপু চাক্লা তেংথাহুনা সনা শঙ্গায়রোম তম্মা লেঙশীনখিযে।

* * নাওয়তোং (উতোংলৈ) কৌবা লৈবাং অসিবু নীংথিনা চঙথোলবা লৈ অমা ওইবম্লবস্থ লৈনম চেন্দবনা মাবুদি বানদবনি হায়না লৈরোলগী মবমদা ইরম্বা লাইরিকশিংদা অম্লম্মা শংথানরি,— "নাওযতোং কৌবী লৈরাংনা অথোয় নাপন কাবগুম লৈবাং কনাংবু তেমশীংনা, শীঙলেল কনাগদি চাংদম্মা, মরোঙ মকা যম্মা পামেল উমং নুংদা হৌ, চাউদম্বা ফা, শাংদম্মা; শীঙলেলবু লৈশক হেললা, লৈরাং মঙাল নাইনা ফুগায়না লৈশাৎ তম্ববু, শীঙলেলবু লৈনম চেন্দা, তাইবঙ পূক্কিং পূকহূনরবী, নুংশিবা লৈবাংগী লৈনমদি, শীঙলেল মাগদি লোয়নদা, তাইবঙ মীওই কনানবু লৈরাং ওইবী মহাকপু লৈরাং লৈনি লৈথারদা, শীঙলেল লৈনি শীথা-নদা, থোয়জঙনা খোয়দারুবা য়াওদনা, পাম্নরুবা কনাবু লৈনদা, কানফম থঙত্রব, লৈরাংগুম শীঙলেলবু অরেম্বা মওয়ার।" অম্লম্মসু য়াওরি।

মৈতিংগু নিংথৌরেল পোইরৈ খুগ্গাওবনা ওইখিবা থৌথোকশিং অহুবু মনাও ইবেম্মা তাঙজখোম্বীনা সংসংনা মীৎয়েং শানখেহৌয়ে। মহু উবদা ইবেম্মদি থম্মোয় লাইয়ুম শোক্লা চাক্লা থাওদূনা লৈহৌয়ে। ময়াম্বুং নিংথৌরেল পোইরৈ খুগ্গাওবনা লেঙখিবগা, মথংংদেল নোংপোক থোঙকেনথৌবা তোম্নাম্বা মনাও ইবুংঙোম্ব রাংলেল ঙাইহাক লেঙথোক্লুবদগী ময়ুম শঙ্গায়দা থুনা হঞ্জিল্লকুনা রায়থুংলরে। মতম অহুদা মদাইরেম ইবেম্মা তাঙজখোম্বীনা মথংলেলগী মকাই-কমদা ময়াম্বুং নিংথৌনা থম্মোয় লাইয়ুম চাক্লা ওইখিবশিংবু অমতা চিংথদনা মরীক চূম্না পাউদমজখিয়ে।

রাংগোল নিংথৌ তোম্নাম্বনা মদাইরেমগী মপূক্নীং সোক্লা য়াম্না মুংঙাইতনা চীনগোয় পাউদমজবশিংবু মুন্না তারবদা। ময়াম্বুং নিংথৌনা ওইরমগদবা থৌওং মতৌ কয়াবুম্ব সংসংননা নীংশিংলুরগা, মনাও ইবুংঙো তোম্নাম্বদি থম্মোয় শোক্লা মুংঙাইতবা কয়া ওইরহুনা মশানৌবু য়েংনা চীনগোয় রাহোম্নকয়ে; "করি রানো ইশানৌ ইবেম্মা! নঙ ঐনা পোকপম্ব য়াম্বুং নিংথৌ ক লৈ মপূরেলনা পোকপনি। য়াম্বুং নিংথৌনা পারী নাউরা অপিশক অসিবু খোয়দানা মুংশিনবু পাম্বীবা থোক্রবদি, কৈদৌবগে ইপারী লাইনিং-থোম্বা নাউরা অঙাংসে, য়াম্বুং নিংথৌরেলগী মকাইকমদা পুহুনা হৌজিকনক কংখিনবা তৌরসি সনা পুক্নীংনা থুংনবা। নঙ ঐগীদি নাউরা অঙাংগী অঙাং ঙাকুম্ব লৈবা আসনা, মতম খুদীং ভাবা পোখাঃ-নফম ওইহুনা লৈরবনি। য়াম্বুং নিংথৌদি মপারী মমোম অমঙম্ব ঙসি ফাওবা লৈবা নত্তেদো।"

"নদাই ওইবীনা পঞ্চনীংলিবম্ব সনা য়াথং তাকপীরিবা অহুমক্নী। মনাও ইবুংঙোনা নচা ইবুংঙোবু ময়াম্বুং নিংথৌগী মকাইকমদা য়ৌখিনবা তৌবীবনা লাইনিংথোম্বা নপারীগীম্ব থোইনা য়াইকবা লম্বী তা-ফংজখিনবু থোকলোয়দ্রা, অহুম্ব থম্বীসি?"

"অহুনিবে ইবেম্মা; ফবে ফবে অমুক পল্লগনো। পারী নাউবা অসি হৌজিকমক য়াম্বুং নিংথৌগী মথম্মাংদা পুচুনা সনা খুয়া-খাদা কংলুনবা তৌরসি" হায়না রা ভানম্বুনা মনাও ইবেম্মা তাঙজ-খোম্বীনা নৌনা ফংজরক্লিবা মুংশিজম্ববা মপারী লাইনিংখোম্বা নাউর অপিশকপু শামু নমদা থোংগৎলদুনা চবৈ নাহোং শা, মালজৌ থপকিনদুনা তম্মা পোশিল্লে। অদুগা মবুংভোগী তুংইন থৌগল ইম্মা লোয়নরক্লুনা ময়াম্বু নিংথৌগী সনা শঙ্গায় তম্মা পন্দনা খোঙলোয়রক্লে।

ময়াম্বুং নিংথৌরেল পোইরৈ খুঙ্গাওবম্ম সনা শঙ্গায় মাংগোল খেঙ্জলাংগী ফমলেল মাঙসোকলাংদা লেঙশীন্দুনা সনা মায়থোঙ খেঙ্গমলাং, ইমক মকচানা মালেম লৈদা লুক, মপারী মমোম শাৎতবগী অরা মুংশি মথোয় কানা চুবা থেল্লে মচিংলাং, মুংভাইতবা রাথল কয়া হন্না তৌদুনা লৈরময়ে। মতম অসিদা মনাও ইবুংভোম্ম ময়াম্বুং নিংথৌগী সনা নাক্তা রায়থুংলরে। অদুগা ময়াম্বুং নিংথৌবু খুরুমদুনা হংগংলি, "(১) পোইরৈ লৈপাক লৈমাবা- (২) কংলৈ নিংথৌ ইনিংথৌ (৩) সনা মিতম ঙানবা, (৪) হুয়েল লালজং শাফ বা! য়াম্বুং নিংথোরেল য়াইফবগী সনা খুয়া-খাদা মরম অমতা হংগৎচগে হায়দুনা ননাওনা খুরুমজরিয়ে।"

"ইশানৌ ইবুংঙো রাংগোল নিংথৌ! ইয়াম্বগী ইফমদা শানৌ নঙনা লাকপবু করি হায়নীংবা মরম লৈবগে? করি রাবু ভানসিগে? ঈমাগী ননীং থুংদবা করিনো? চিংনা পরৈ থমদনা হায়নীংবা কয়া

---

১। পোইরৈ লৈপাক লৈমাবা= পোইরৈভোম্না খুম্বোকপা লৈপাক অসিগী মপী মপা ওইবা।

২। কংলৈ নিংথৌ ইনিংথৌ= কংলা (ইম্ফালগী কংলা) মপাঙয়ায়দা ইনীং তম্মা পাললিবা নিংথৌ।

৩। সনা মিতম ঙানবা= অরংবা ফজবা সনাগুম মীওয়বা মরক্তা মিংচৎনা লৈভেং ওইদুনা ঙানবা।

৪। হুয়েল লালজং শাফাবা= তৌনিং থবক থৌরম থম্‌নীংমক্তা শাফম লানফমদা ফবগুম থৌনা ফবা।

লৈরবস্থ (১) পায়মা থৌথাক থমদনা থাক্তনা হায়যু তাশী ইয়াম্বদা ?”

“য়াম্বুং নিংথৌ কংলৈ মপুরেল ! ননাওনা হংগৎচববু (২) য়োল্লগদ্রা ? অতৈ মরম অমগী থোইদোকপদি নৎচদে। ননাওনা হন্দক্তা নৌনা ফংজবা নাউরা অঙাং অসিবু নাউয়োকচবদা থুদোং কয়াবু চরোয়দোরে। অতুইস্থ মথক্তা মমানস্থ নাউকোনজবদা ওমদরে। মসিবু সনা নোংদম্বীতুনা নাউরা অসিমদি য়াম্বুং ইবুংঙোনা নাউয়োকপিতুনা পল্লেন ইমা শক্লবী ইতৈমা শীজরেল হনবীবু নাউয়োক-নাউকোল তম্বীযু হংগৎচগে। পারী নাউরা অসিবুনা য়াম্বুংগী সনা থূয়া থাদা কোরৌ ঙসিদগী কৎচরম্লগে হায়দুনা ননাওনা লাকচরিবনে।”

“সুংঙাইদা ইশানৌ (৩) চীঙখোঙ য়ায়মবা, পূকচেল চাউবা, ইয়াম্বগী ইবুংঙো ! ইশানৌগী য়াবাখোলসে তাবদা, ইয়াম্বগী ইপুবসে থৈনা পূমপেন পেনথরে। পোইরৈ অসিদা ইয়াম্বগী ইনাও ওইবা ফজবা ; ইশানৌনা রাংগোল নিংথৌ মথং থনবা ওইদনা কনানবু ওইগদগে ! কদায়-কদায় ইচাদি ? পারী মাবু লৈতবগী কোরৌ শীংবুম নোংশা না অরা পোথাফম লৈতনা, লায়থুং লাইমল ওইরতুনা, অঙাওবগী পান্দমগুম নোংগাংদনা লৈরক্লবা ; পারী মাবু উদবগী অরা ঈথৌ লাংলম্বা পূম্বসে রাংলেল মীৎকুপসিদগী থঙাহোদনা কোক্লগেদো ইয়াম্বদা অতুক পীযুদনা।”

ময়াম্বুং নিংথৌগী সুংশি থৌজাল নোংদমখোলবু নীংথিনা ফংজরববা ; মনাও ইবেম্মা তাওজখোম্বীগী শমু চমদা চটে নাহোং শাতুনা পোরক্লীবা নাউরা থাবুম নীপান্দা মঙায়জরিবা লাইনিংথোম্বা

---

১। পায়মা থৌথাক থমদনা— পক্লোং রাখলদা রা মথাক অমতা থমদনা (থাক্তনা)।

২। য়োল্লগদ্রা= লালবা থোক্লগদ্রা।

৩। চীঙখোঙ য়ায়মাবা= শীংথা-নবদা চল্লবা, মশক নাইরবা ময়ায় ওইনা চাউরবা (মী). নিংথৌগা হেক থংনরবা, মথঙ থনবা।

মপারী থোইনা মুংশিজববু চরৈ মাঙ্গৌ থোক্কী থোক্লা লৌথরক্লুনা মনাও ইবুংঙোনা ময়াম্নুং নিংথৌগী সনা থুক্তা থূদোগুননা লানশিঙ্কুনা হেক কংশীনজ্রেয়ে। অদুদা ময়াম্নুং নিংথৌগী সনা পুক্লীংদা হরাও মুং-ঙাইনা অপেনবা কয়ামুক ফং, সনা মায়থোঙ লমঙাম্না সনা খুৎ অনীমা তনতীং তিংথোরক্লুনা নাউবা অঙাংগী নাকথং শেগা অনীমক্তা থাংচপ্পনা পায়রগা কোনথংতুনা তম্না হেক লৌশীল্লী। লোইংাম থানিলগুম শুমজনা থোক্লবা, চেংজৌ মায়থোঙ লকাবু লমঙাম্না শকহেনবা মপারী অদুনা মায়থোঙ মকা লাম্না হরাও মথোয় কানা নোক-খে-লাউরদুনা মপন খূঞ্জাওবা নিংথৌরেলবু লক্লংগী মতা থোক্ল, মতৌগুম্না ওই; লৈরাং থম্বাল লৈকাগুম তঙাং তঙাংননা থেংং-শৌববা নাউরাদুগী থোঙ অনীমকপু তনচোঙ চোংলদনা হুম্না-হুম্না কাইহৌরকয়ে। মপারী নাউবাগী তৌথোরকপা মওং মতৌ থোইনা নাংখিজবা, ফজবা কয়াবু ওই; মুংশিবা মুংওনবনা তিল্লবা শকথোঙ মতৌ শুজ্জাংনববু শকউরবদা, মৈতিংঙু নিংথৌরেলনা নাউবাগী খজ্জীন শদোন্দা খদাঙবু থম্লগা, চীনবাম্না মথবাক্তা থমদুনা মুংশিবগা লোয়ননা হেক চপ্লী। মতুদা নাউরা অদুনা খোল থোক্ল খেক-খেক লাউনা অহুম্নক তম্না নোকখি।

মৈতিংঙু পোইরৈ খূঞ্জাওবগা, নাউবা লাইনিংখেম্নগা মুংশি চাম্নদুনা হরাওমিম্নবা মায়থোঙ মতৌ উবদা, মনাও ইবুঙোগা, মনাও ইবেম্মাগা অনীনা ময়াম্নুং নিংথৌবু খুরুম্নম্লগা ময়ূম শজায় তম্না হুম্ন-মক্তা য়েংলমদনা হনখি।

মতম অসিদা মৈতিংঙু খূঞ্জাওবা নিংথৌরেলনা মদাইরেম ফম-থোল তরেৎ থোংবী লৈশাক্তী মমা ওইবী য়াওসোম্বীবু মপারী শাংতা; মমোম অমতা ফুয়রক্লবনা অবা মুংঙাইতবগী লৈচিম্না কোরৌ মতম নোংশাংনা কূপ্লক্লবী শীজরেল হনবীবু মপারী ফংহলনীংজুবগী মরম্না সনা পুক্লীং লকাবু খোয়রাডননা য়াবা খোলফম মপাউ চাউরম্না হেক

কৌথোরকয়ে ; "ইবেম্মা নঙবু তারীবরা করি তৌরিবগে ? মপারী অসি লৌশিল্লরো ; ঐ ঙমদ্রে মাবু শাল্লহুনা লৈবগে।"

মবুংঙো মৈতিংগু নিংথৌরেলগী সনা য়াথং নোংদমাখাদবু ইবেম্মা য়াওসোম্বীনা (১) নাতাকরগা অহোয়নহুম য়াম্না ঙকপনা— "করিনোনে হায়রবীখিবা সনা য়াথং অসিবু নোংদম কারবু ওইহন্‌গনা !" হায়না ৱাখন্দুনা পিদোল্লবী অমগী মতৌগুম মপুক্রৈং তয়াং তশোইননা থম্মোয়রবু মুংশি চন, মুংনওবা ওহ ; তফিং তফিংনা শঙ্গায়-মুংদগী মপাল-লাংদা চেপ্পোকচরকয়ে। মতুদা মনিংথৌনা সনা শঙ্গায় মাংগোল খেঙ্গংলাংগী ফমলেলদা সনা ফম্বাল লাংতুনা নাউবা অঙাং অমবু ফেবম্মরগা নোক খেনা শাল্লহুনা লৈরম্লিবহু হুকথেঙননা হেক উরক্লে। ওইখোক্তুনা ওইথোক্লম্মনা ওপ্পোকপা মতৌ মওংহু শক-উরক্লগা লৈপাকী মমা ওইবী ইবেম্মদি খোমলেল মংলানচান্দা ওইবগুম পুমঙক ঙক্লা খোকথ্রহুনা হংগৎলকয়ে, "লাইয়িংথৌ ! খোইয়ুম লাইগী মচা মগুওম্বা পারী চেংলৌ শকহেনবা অসিবু পোইরৈ মফম কৈদা পাঙবা তাইবঙ কনাগী লৌনা তানফংজবা মুংশিরবা মপারীবু ওইরবনো ? পীজনীংবদা পেনবা লৈরোইদবা, পাম্মুবদা মতোল লোয়্রোইদবা নাউরা অসিগী মুংশি চেংলৌ শক্তম্মু শকউজবদা ননাইদি মীংফম হোংবা য়াদনা, হপুক্রৈং খোয়দানা, ওপ্পোক্লম্মু মুংশিজখ্রেনা। কোমৌ নহাল মথৌদি পারী অমতা শাংতা, ইমোম অমতা লেঙবগী অরা মুংবংনবনা ইথো শিনশাং ওইজরক্লবী, কোরৌ নোংজা অমতবু নোংগাংদনা থম্মোয় লাইয়ুম চাক্লা লৈজরক্লবী ননাইদি পারী নাউরা অসিগী মুংশিরবা চেংলৌসিবু শকউজবদগী খঙহৌদনা অরা মুংবংনরম্মশিং পুম্নম্ম কোকচখ্রে। ননাইবু মপু সনা নোংদম্বীহুনা পারী নাউরা অসিগী ওইরক্লিবা মরমশিংবু কোক্লোয় ঝিগৈ তশেংনা তাজংখঙজনীংথরে লাইনিংথৌ ?"

---

১। নাতাকরগা = নাদা তাকরগা।

"ইবেম্ম ! পাল্লী নাউবা অসিদি চঙদ্ নোংদম্বা লাইগী খোইথুম নোংদম থৌজালখোলনা কোয়ৌ ঙসি হায়বা মুমিংসিদা নোংদম্বীরক্তুনা তশেংনা ফংজরবনি। পাল্লী নাউবাসিদি তাইবঙ কনা অতোপ্পা লম্নাননা পোকপা মপাবী অমা ওইগা নংহুদো। ননাও ইবুংঙো নোংপোক খোঙফেল থৌবা ইশানৌ বাংগোল নিংথৌগা, ননাও ইবেম্মা তাঙজখোম্বীগা মখোয় অনীগী নৌনা ফজহুনা অহিং মুংথিল অনীমক্তা মুমিং থা য়েংবগুম য়েংলহুনা লৈজবা, মুংশিজরবা মপাল্লী নাউবানিদনা। অদুবু ইশানৌ ইবেম্মা! ঐখোয অনীনদি কোয়ৌ নোংজা অমতা নোংগাংবা লৈতনা অৱা হুকশোং লাংহুনতা লৈরক্রবা, মুংবং বাখল মতৌন্ য়েংবা, উবদা জমত্রহুনা নোংদম্বা লাইগী চঙদ্ থৌজালখোলনা লেপ্পা নোংদম্বীরক্তুনা ননাও ইবেম্মগী শমু ননদা থোংনা পোক্তম্লক্তুনা, ননাও ইস্ংঙোগা মপোয অনীনা হৌজিক্তা ময়াম্বা ঐঙোন্দা 'কোয়ৌ ঙসিদগী য'ম্বুংদ' কংচরম্লগে, পাল্লীন্ নাউয়াকপা ঙসদরে' হায়হুনা খূদোঙননা লাসশিল্লক্তুনা থনমলিবনে। অদুগা মতম পূম্নদা ইশানৌ ইবেম্মা নহাকপুম্ব মপোয় অনীনা অতৈ অতোপ্পা কনা লম্নানবা অমনি থনবা ঙমদনা. পল্লেম অপোকপী মনাগুম শক্তা থঞ্জরবী শানৌ নঙস্ নাউথোক-নাউকোলহনবীবু হায়দুনা পাল্লী ম'বু থনম্লিবনিদো, পঙলেপনা। সে-সে ইবেম্মা, কোয়ৌ ঙসি অসিদগী হৌরহুনা পাল্লী নউবা অসিদ্ কনা লম্নানবা অমনি অমুক হন্না থল্লুবগনু। নপুক্তগী তারকপা তশেংনা নপাল্লীমক্তী থন্দুনা চেৎনা চ'ম্না লাংগেজবা ওইজরোসে" হায়দুনা মদাইরেম ইবেম্মগী মকমদা নাউবা লাইনিংখোম্বন্ লানশিন্দুনা চেৎনা থূংশীম্লখিয়ে।

লৈপাক্তী মমা ওইরিবী য়াওসোম্বী ইবেম্মদি মপাল্লী লাইনিংখোম্বা নাউয়াবু তাঙনা নৌনা তানফংজরবদা, মতম খূদীং মপূক্লীংদা কয়াম্নুক পেম্না, খোয়দানা হায়নীংঙায় ঙমথৈ অমা লৈতনা হুংঙাইজেয়ে। ইবেম্মনা মশাবী মৈতিংঙু নিংথৌবেলগা মতম খূদীং

ঈরোয়নন্না লাইনিংথোম্বা মপারীবু মুংশি চান্না হন্না হন্না লংনরক্‌পনা শান্নমিন্নবা য়াওদুনা লৈরিয়ে। লৈমা নিংথৌ অনীনা নহাক্ মথৈ মপারী ময়োম অমতা ফংদুবগী মপুক্নীং থরায় হকচাং শীন্না কুপ্লম্বা অরা মৈচাক রাখল পুম্বা পুমংকোক কোকথি ; মপারীগী রাখলসিদা অনৌবা মঙাল অমগা লোয়ননা হরাও নুংঙাইজবগী ঈপাক্কা মথোয় কামিন্নহনা লৈথি। ইবেম্মা লৈপাক্কী মগা ওইরিবী য়াওসোম্বীনা মচা ইবুংঙো লাইনিংথোম্ববু মুংশি থৌজাল মায়য়োক্নবা চোয়নৌ সনা কোন্দুগ কোনবগুম মতম পুম্বদা লাংগোন্দুনতা লৈথিবনা তুম্বা, চাবা নীংশিংবা লৈখিদরে। কোরৌ শীংবুম অমতা লোয়নবী মঙাই-রোইশিং কনা অমত্তগী মথুত্তা অমুক শীরা, লৌহনবা, নাউকোনহনবসু তৌদনা মপারী (১) নুংজানবা নাউবা অচুপতা চেৎনা চানা থাগোন্নবা মতম কয়াদা লৈম্নরকয়ে।

---

## পাইত্রি তানফংলকপা

লোং কোরৌ নোংজা অমদি মপারী লাইনিংথোম্বা নাউরাবু পল্লেম মমা লৈমা য়াওসোম্বীনা মপন পম্মৌ মৈতৈলোন্গী মনুং কমজাওগী কাংথোল য়ারি পাবন থক্তা পুশিল্লকুনা রাংলেল ভাইহাক্তং থোমলেন তুমখুল তালহল্লে। মপারীবু নাউশুম্লগা পল্লেম মমা লৈমদি মকম অচুদগী মপাল লাংদা থোরকয়ে। পল্লেম মমা রাওসোম্বী ইবেম্মমা মপারীগী নাক্তগী থোকবিদগা মতম ইকাম কান্নদনা রাংলেল থরদংগী মনুংদা ইথত থঙহৌদনা লাইনিং-থোম্বা মপারীদি অকনী তুজুং ফংবা অমা ওইমা অয়াক অথঙনবা

---

১। নুংজানবা = নুংশিনা চানবা।

য়াৱা খোনফম কায়না, হেক্তাই মপাউ চাউনা মীকপ্প'ক্লে। মপারীনা য়াৱা খোনফম কায়না মীকপ্পকপবু পল্লেম মমা লৈমনা নাত্তারগা "হীঃ কৱিবু তৌরবনো পারীসিবু য়াৱা খোনফম কায়না মীকপ্পকইনা।" হায়না ঈশাই কোক্ ঈ কানা নাউবা অঙাংগী নাক তম্না পরপ্ পরপ্ লেঙশীল্লকতুনা মপারীবু কোনখত্তুনা নাউ থেম্লকয়ে। অদুদা ল.ইনিংথোম্বা মপারীদি থেম্ল-থেম্লগত্তুনা অহোয়নননা বপ্পা হেনগৎলকলে। মপারীগী য়াৱা মীকপখোল ভা·উরগা পল্লেম মমা লৈমদি তৌফম থঙদনা পল্লেমগী কৈরা মতম্পাক্তা পমখত্তুনা নাউথেম্লবম্না নাউরা মথৌ শিন্না ওইনা চৌংলেল নোংলাউ থীবগুম য়াৱা খুরুপ হৌ, হেকভাই মপাউ চাউনা হেন্নদুম মীকপ্পক্লে। পল্লেম মমা লৈমনা মপারীবু শমু নমদা অমুক থোংগৎলদুনা চরৈ নাহোংশা, মাল্লৌ থোক্ৰনা পোরগা নাউথেম্লবম্না ময়াদেয়ে। মপারীবু পাইথু লেংহাইননা থীকলেল থাদা পম, খজাই লেংলে ই চুপ্পা পোতুনা নাউথেম্লকয়ে;— পারী ইবুংগো নাউরঃ চাউদবা নঙবু করি মতৌনোনে! ইচাগী য়াৱা মীকপ মতৌ অসিবু ইমাবু করি ওইরসিগে! ইপারীগী শমু মীৎলাংদা ইমুং মন্নুং আসদা চৌঙ্ক্ ফত্তবা, খোইয়ুম করম্ববু উথিদুনা অম্নুক থীনম্না মীকপ্পীবনো? পারী নঙবু কপ্পা তোকলোনে" হায়দুনা থেম্বদম্না অকী মিপাইবা ওৎরক্লে।

মতম অদুদা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবনা চিংমবা, অৱাবা কয়া ফংনা, সনা শজায় মন্নুংগী থাঙ্তা কাবুম হাঙদনা চঙদুনা থিবা য়াবা মথৈ খি হুমদুনা য়েংলক্লে। থিবগী অরোয়বদা মৈতিংঙুগী ফমলেল কাগী মায়খল ফকতোপগী মন্নুং থংবরোমদা "পাইত্রি" খাউ অমনবা অমা নীংথিনা য়ান্নদুনা লৈরম্নিবদু থেনরক্লে। মৈতিংঙু নিংথোরেলনা পাইত্রি খাউবু উবদা ইচিং চিংনা পায়রুবা মতমদদি নাউথেম্বদা ভমত্রবা মপারী লাইনিংথোম্বা নাউরাদি রাংলেল থরদংদা মীকপ্পম্ববু হেক তোকখিয়ে। "পাইত্রি অসিবু পায়বদা পারী ইচানা কপ্প তোকখিন।" হায়দুনা থেংলিবা পাইত্রি অদু হাইদুনা

মচাবু লকনৈয়ে। পাইত্রি অত্তুনা হাইবা উবদা লাইনিংখোম্বা অত্তাংবু পেক্লা খেক্লা নোকুনা হৱাও মথোয় কানা পাইত্রি অত্তুদা মথুং অনীবু লামশিন্দুনা পাইত্রিবু পাযুগদবগী থৌরাঙলকয়ে। মচা ইবুংঙোগী মতৌ উবদা পাইত্রি অত্তুবু মায়য়োমদগী কৌথোক্লুনা কম্থোক্লগা মচা ইবুংঙো লাইনিংখোম্বগী ভকসমদা হুকচিল্লগা থম্বদগী কপ্পা তোক্লগা শাল্লত্তুনা কৈখিহনয়ে।

## ঈথৈ খোং থিংবা

মৈতিংগু নিংথৌরেল পোইরৈ খুম্লাওবনা পাইত্রি অসিগী মরম্বু 'সনা পূক্লীংদা চিংনবা মরম কয়া ওইরত্তুনা শঙনীংবদগী নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বা খোংনাং তাবা (অপোই মচা লংন) গা, কোনোক থেংগ্রাগা মরু মচাগা অহল অনীবু ভম্পাক যুমদগী কৌথংলুত্তুনা (১) নোংদম শঙলেন্দা লেঙশীন্দুনা "পাইত্রি" খাউগী হৌরকফম মরম্বু পাউহংজৈয়ে। মত্তুদা মরু মচা গোনোক থেংগ্রানা মপানু মৈতিংগু সেনবী খাগেম্বনা পালজিংৈ, সনা হাকতক্লা থোকখিতৌখিবা থৌরমশিংবু অত্তুম্মক কায়দনা, লীথুন চুমনা মচা ইনুংঙো

(১)

১। নোংদম শঙলেল = পণ্ডিত লোয়শঙ।

*** মৈতিংগু সেনবী খাগেম্বগী সনা হাক্তক্লা লৈরব্বা মায়চৌশিংগী মমিং মথা য়াওবা "লীংখল লাংখল" কৌবা অমদি "পণ্ডিত লাংওন" কৌবা অরীবা লাইরিকশিংদা অদুগা এৈনা ফোঙদোকচখিবা 'মতমগী খোঙলৈ তাকপা পুয়াশিং" হায়রিবা লাইরিকশিং অসিদম্মু য়েংবীয়ু। অদুগা "লীংখল লাংখল" কৌবা অমদি "পণ্ডিত লাংওন" কৌবা পুয়াদা য়াওরম্বগী মতুং ইন্না মখাদা

S Gojen Meitei

পোইরৈ খুঞ্জাওবা নিংথৌগী সনা খুযাখাদা মগুং শীৎনা হংগৎলকয়ে।

খরদঙ্ পঙ্গগে –"লাইনিংথৌ খাগেম্বা হাকথঙ্গা তৌরম্বা য়ারম হায়গে। লাইনিংথৌ খাগেম্বনা অংপাই মচা লৎনে, য়ুমনাম তোম্বনে, সনা মসনানে,

"লাইরেল মৈতিংঙু-ও! ননাই থেংগ্রাম্ব য়াওনা থেংনজখিবা, তাজখিবা, থৌরম কয়াশিংবু মথং শীৎনা সনা মাঙদা হংগৎচগে। ননাই থেংগ্রাদা ঙসি হংবীরিবা মরম অসিদি তরাইতরাইনা ওইখিবা অচম্বা পাইত্রি অমদি নত্তেদো সনা ইবুংঙো। পম্থৌ নপাবুং সেনবী খাগেম্বনা পাম্লিঙৈদা, চৈথাবা ঙাংলোল তোরোগী কুম (মৈতিংঙু নোংদা লাই পাথংবগী কুমশীং ১৬২৮; খৃঃগী ১৬৩৫; শকাব্দ ১৫৫৭ শুবা কুম) অসিদা মুন্ফাল তুরেল অচৌবা অসি শীংজমৈ খুল্লক্তা লাইজ ঈরম অচৌবা অমা ওইহনা চেল্লম্ববু তোরৈ তুখেক য়াম্বদগী লাইজ ঈশিংগী ঈচেন্দম্ব অপনবা কয়া ওইবনে; য়াই খুল্লি (য়াইস্কুল) লৈকায় অসিবুস্থ খরা পীকমল্লে। খুরাই, রাংখৈ, খ্বাই, য়াইখুল্লি লৈকায় মরীমা অসিবু চাউদম শাংদম্বা মান্নহনগে হায়না লমলেল শীংজমৈদগী হোৎনা তুবৎ নাতৈ শম্লকপনা, লমলেল ককরা মমাঙনে, কোয়রৌনে অসিনা ক্যামকৈ তাবা ফাওবা লৈপাক মীয়াম খ্বাই চঙনা তুরেল অচৌবগী লাইজ ঈরম্ব অনৌবা ঈখোং অমা লৈতৌখিয়ে। লমলেল মোইরাংখোম

---

(২)

খাইথেম তেলবনে, কোনোক থেংকরানে কুরু মঙামাদা শিদবা য়েন পীয়্লো। মপোক খঙনবা পীয়্লো হায়ববু নিরবদা। কুরু মঙামানা শিদবা নাদবা য়েন, মপোক খঙববু লাইনিংথৌ খাগেম্বদা তাকলে। কুরু মঙামানা হায়রে, "য়িখোয় মঙামানা তাকপা রা অসিবু খঙলবদি মপোক অহুম্লক নিংথৌ ওইনা পোকয়ে। পোকও। অকোনবগী মপোক্তা মৈতৈ লৈপাকী তীনখোঙ লাইখোঙ খিদনা নুংঙাইনবা থবকপু তৌও" অসুম্না হায়রদনা, কংলাগী মেন্দা রাশকুরে। অসিগী মতুংদা লাইনিংথৌ খাগেম্বগী মপুক মনুংদা নীংলে। রা অসিবু নিংথৌ মচা অমদা পীখিরবদি ফৎতরে। কুরু মঙামা অসিবু হাৎলগে নীংলদনা, অপোই মচাবু নুঙকোয়রবীদা চঙহনখিরে। সলাম সনাবু ত্বৈলকৈ খাতা লপহনখরে। য়ুমনাম তোম্বদি শীংজমৈদা লপহনখরে।

মথা, চীঙঙা চীঙগী নোংপোক থংবদা পন অমা কন্না থিংলগা, মক্কম অসিদা শঙ লিংহ্রনা পন থিংনবা হোৎনরকপবু, পন অসিনা থিংবা হেক লোইবগা অহীং অমা লেলদ্না নোং ঙাল্লগা লাইজ ঈশিংনা মৌথংলক্ক্না হেক হেক নীংখায়বা ওইরক্লে। অনৌবা লৈতৌদ্না লাইজ ঈরম সেমলিবা তুরেল খোংলম অদোমলোমদদি থক চেনথোকউ হায়বা ময়াদে। অস্নুম তৌহ্না পন অসিবু থিংবা হেক লোইবগা হন্না হন্না নীংখায়রকপা অসি হৌজ থেংখাও মরীরক শুজিল্লক্লে। মতম অসিদা পন শঙলিবা তনবা নীপা অমনা সনা কোম্বুংদা লাক্ক্না পন্থৌ নপাবুংদা হংগৎলৈয়ে,—"হে মৈতিংঙ্ নিংথৌরেল য়াইফবা-ও, কংলৈ লৈপাক মপূরেল, পনম মুমিং থোকপগুম্বা, নমু তাইবঙবু থৌদা ৱায়েল নোংদমলিবা, কংলৈ শীংকাপ তমলিবা মপূরেল ও! ননাই পন শঙলিবনা কাওবী চিগা লূক, চরৈ ঙকতা য়েৎ, খুৎফাং চাংজৌ লোম্মনা পুনেমজরিয়ে।" অহ্র নোংদা নপাবুং সেনবী খাগেম্বনা

(৩)

খাইথেম তেনবদি ৱায়থৌ য়াইঙং য়িংখোলদা লৃপহনখরে। কোনোক থেংকন্নাদি কুমক্কিদা লৃপহনখরে। কুরু মঙামানা লৃপলমতাইদা হায়রময়ে—"হে খাকেম্বা! নঙতি ৱাশক কাইরে। খুৎসু খুৎলায়না য়েংথিরগনিয়ে। তৌবসু য়িখোয়না হায়খরিপা য়াথংদি সোয়রোইয়ে। নপোক অহূম্নক্তি নিংথৌ ওইনা পোকও" হায়রময়ে। অসিগী মতুংদা নিংথৌ খাকেম্বনা মপূক্লা নীংউরে। কুরু মঙামাসু লৈতরে। ঐসু মাঙলগে হায়না নীংলদনা মাগী হী য়াই লাইপোৎ মচৈ পূম্নমাবু য়োংকি উপূদা ঙম্না লীসনজরবদা। ঐনা পোক্তরিবা মখৈদি অতৈনা সি হাংবা ঙমদরসনো হায়রময়ে। অহ্রগা খাকেম্বদি চঙনা নোংগাখিয়ে। অসিগী মতুংদা খুঙ্গাওবনা নিংথৌ অমুক ওইরে। মতুংদা পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরে। অহ্রগী মতুংদা চন্নাইলোংবনা নিংথৌ ওইরে। নিংথৌ অহূম অসিদি সনাগী উপূ কাঙখিবা ঙমদে।

পাউহংয়ে;— "হে ইদাইরেম, [১]অথৌ লিচা হেপ্পা! বৈদৌনোংগী-নো? পায়মা খৌথাক থমদনা হায়য়ু তাসে।"

"হে ইনিংথৌও! তাবীসি। নদাইরেম্মা সনা খুযা খাদা হংগৎ-চরিবদি লমলেল মোইরাংখোম মখা, চীঙঙ্গা চীঙগী নোংপোক চীঙ-থৈ পাংবদা ঈথৈ খোং থিংলিবা মফম অসি তয়ুম নদাইবেম ঐখোয়না অনৌবা ঈরমদা লাইজ ঈশিং চেন্নবা হোৎনজববু, থিংবা হেক লোইবগা অহীং অমা লেন্দুনা নোংঙাল্লগা লাইজ ঈশিংনা মৌখৎ-লক্কুনা হেক-হেক নীংখায়রকপনা হোজ ৎেংখাঙ মরীরক শুজিল্লক্লে। মরম অসিবু মপু সনা নোংদম্বীনবা ননাইনা সনা খুয়া-খাদা হংগৎচ রিবনে" হায়না হংগৎলরে। মতুদা পন্থৌ নপাবুংস্সু য়াওতুনা শঙলেল মপু লৌরেম্বগা, ননাই থেংগ্রাগা, লম পুবা মাংনৌ মচা মাপনগা, [২]অশায় অশমশিংস্সু লোয়ননা পনফম অতুদা সনা খোঙলেঙ-লক্কুনা ঙমনা য়ায়থুংলরে। অদুগা নপাবুং ইবুংঙোনা শঙলেল মপু নোংদম্বগী মফমদা পাউহংবীরকখিরময়ে; "নোংদম্বা মরু! ওইরিবা মরম অসিবু করিননো? করিগুম্বা অমনা পন অসিদা হোজ-হোজ লৈথিনগায়বা ওইরমানে?"

১। অথৌ লিচা হেপ্পা—অথৌবা লিংজেল হকপা। ২। অশায় অশম—পানা মরাগী অঙম্বা।

(৪)

অসিগী মতুংদা লাইনা পোকপা লাইনিংথৌ গরিবনিবাজনা নিংথৌ ওইরে। সনা হাক্তক্তা সনাগী উপু হাংদোক্তুনা হী-য়াই পুম্নমক শীজিন্নরে। কুরু মঙাস্সু মমিং অমা ওইনা পোক্লরে। সলাম সনানা "নিংঙোলবা অকোঙ" কৌনা পোক্লরে। খাইথেম তেনবনা 'য়ামফেম ফৌগাকচাউ' কৌনা পোক্লরে। 'লৈশাংখোং খোমা'বু কৌবনে। কোনোক থেংগ্রানা 'মোইরাং লালহাম্বা' কৌনা পোক্লরে।" অসুম্না ইরম্মী।

পন্থৌ নপাবুংগী সনা য়াথং তাবদা, মায়চৌ নোংদম্বা লোরেম্বনা হংগংহয়ে;— "মৈতিংঙু নিংথৌরেল য়াইফবা-ও! সনা য়াথং হংবীরিবহ্ন অচুম্বমক ওইগনিয়ে। 'কংলৈ খোম্বা কোংগোল পাখঙব'না ওইরমানে।"

"অহুদি ইবুথৌ কংলৈ খোম্বগী [1]ঈরাৎ থৌনি মরম্বু [2]পুরুম খাজংনা করি করম্বা পোৎচঙনা কৎচরগা, হায়জরগা কুবীগদ্রা?"

"মৈতিংঙু সনা ইবুংঙো! মহুদি নবুথৌদা হংজরগা মরমশিং ঙম্না খঙগনিয়ে।"

"হে মায়চৌ নোংদম্বা-ও! অহুদি মকুনা অমুক্তা হংবীগদ্রা? করি বমদৌনা ইবুথৌদা হংবীগদগে?"

"অহুদি, হে লাইবেল মৈতিংঙু-ও! লাইজ ঈমুংবুংদা লূপ্লগা লৈরমগনি। মরম পূম্বা হংজবা য়াগনিয়ে।" অসুম্না নপাবুংদা হংগংপা, নোংদম্বা মরুগী চীনগোয় ময়াথং তারগা, মতম অসিদা নহারোল লম পুবা লৈপাক্লা শকখঙ, মায়খঙলবা মায়নৌ

১। ঈরাৎ থৌনি—পুজা তৌবা ২। পুরুম খাজংবা—খুরুম্না হায়জহুনা চঙজবা।

( ৫ )

'কংলৈ শঙলেল" দা য়াওরিবদি— 'মৈতিংঙু মুংয়াম্বনা পানবা চৈথাবা হৈম্নাম রাকচিংগী কুম, (নোংদা লাইগী কুমশীং ১৫৬৯, খৃংগী ১৫৭৬ শুবা: শকব্দঃ ১৪৯৮ শুব,দা নোংদম্বা শঙলেন্দা অঙাং অনী লাক্কনা মরু নোংদম্বা অনীবু খনগনি হায়দনা লাকয়ে। মরু নোংদম্বা মায়চৌ লোয়াং চাম্বনা হংবদা 'ঐখোয় অনীদি ইপা ইমা মশক খঙজহৌদ্রে, য়ুমদি য়ুমদিন্নদে। ঐগী নাউকোনবীনবা কনা হন্না লৈতবনা কোইজাইনহুনা কোয়না চৎলকপদা, মরূপ মহাকপু ঐগুম্না নাউকোনবীনবা লৈতহুনা কোইজাইনরকপা ওইরমহুনা ঐখোয় অনী অরা অনংগী পূম্বা শান্নহুনা ইচীন ইনাওগুম্না নুংশি চান্নহুনা চহি থিনবদা ঐনা চৈথাবা তোনোক লৈচোলগী কুম (শকব্দঃ ১৪৮১) দা পোকয়ে।

মচা "রাংগোয় খেমাগা, নম্বোল থোঙহিমাইবগা" অনীনা মপুক্তা চিংনবা, থাজদবা ওইহনা শঙলেল মপূ নোংদম্বা অহলগী মফমলাংদা "মরু খোইয়ুম লাইথংনবা ও! লাই ঈমুংবুংদা অমুক লুপত্রবসু ঈপাল-লাংদা শঙলেল মপূ অহলনা খরা কৌখৎপীয়ু। ঈমুংবুংগী রাদি কনানসু খঙবা ঙমলোইয়ে" হায়না হেক চঙশীল্লক্তুনা হংগৎলৈয়ে।

অহুনোংদা মায়চৌ নোংদম্বা অহলনা চীনগোয় রাহোমলকয়ে; "হে ইচা ইনাওশাখোয়! নবুথৌ মতীক হুকপদি কৌখৎপবু কদৌ নোংগী য়ারোইদবনো? তৌইগুম্বহুং তুবী মসোঙ চাউববু ঙমদাইনবা ঙম্লগত্রা?" হায়না হংলকয়ে।

অহুনোংদা মীথা-নদবা তুবী মতীঙ খঙদবা, ঙকচাউ থেকপা রাংগোয় খেমাগা, নম্বোল থোঙ হিমাইবগা নহা মখোয় অনীদি রাহে খোনফম কনজাওননা নমু কনাবু তাংসকতা, তাইবঙ কনা মীথাদনা পাউথুমলকয়ে;— "হে মায়চৌ খোইয়ুম লাইথংনবা ও! অহলনবু তুবী মসোঙ চাউববু লাইজ ঈপাল লাংদা কৌবু

---

(৬) ইনাওনা চৈথাবা থোংঙাইবম নিংথৌগী কুম (শকাব্দঃ ১৪৮৩) দা পোক্লকপা ওইরমহনা, ঐনা ইনাওদগী চহি অনী হল্লমহনা ইশানোংগী পান্দমগুম লোয়্নহনা মফম খুদীং লৈমিন্নহনা লাকপনে। ঐগী চহি ১৫ (তরা মঙা) চঙলে। ইমিংনা লৌরেম্বা খোংনাং তাবা কৌয়ে। মরু নোংদম্বা অনীবু পুরুম লৈপায়জহনা নোংদম রায়েন থৌবু ঙমদাই কাইবীরোলবু তমজহনা মরু অনীগী থৌগল তুংইনজগে লাকচবনে, হায়না লোয়্নশঙ কাবা হৌখি।" অসুম্না য়াওরি।

কোনোকশিংনা অহানবা মৈতৈ লৈপাক্তা থোরকখিবা অসি মৈতিংগু নোংয়িন ফাবগী মতমদগী হৌরে। মহু মখাদা পীজরি।

খৃংগী ১৫২৩ দগী ১৫২৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতিংগু নোংয়িন ফাবগী মতমদা থোরকপা গোনোক মনিরাম কৌবা অমা লাকয়ে। মানা হাওচোং চনু ঙৌবী পান্নহনা মাগী ঈদি অরাম্বমদা চঙখিয়ে।

কৌখৎপিরবদি কৈদৌ নোংগী [1]তাইঙম্বদি ঙমক্কম থোক্ইদনা, অহননা কৌখৎপিদবগী ৱাদনি।”

নহা মখোয় অনীগী ৱাখুম অসি তাবদা, শঙলেল মপু খোইয়ুম লাইথংনবনা পায়মা-ম্নুংদা থুল্লকয়ে; “ইচাশিং অসিবু ইহুৎ ইরেং শিনবা ঙম্লগদ্রা; হায়বিবা পাউখুম অসিবু কমদৌবগে? মখোয় অনীবু মথৌ তৌবা ঙম্নগদ্রা? তনবা মতীক য়েং, তুবী মঙল অৱাববু অত্তুক য়েংবা তাইদনা” হায়না ৱাখল্লত্তুনা শঙলেল মপু নোংদম্বনা অমুক মখা পন্থদনা খোইয়ুম মতীক চাউবা কংলৈ খোম্বা কোংগোল পাখঙববু লাইজ ঈপাল-থক্তা খুৎকাপ্লী অহুম্লক তন্না কাপ্পুনা [2]চাইরেল পুখম অমদা তরা চেঙকুপ খরা হাপ্লগা তাউরোইনাইগী সনা কোনয়ায় হুল্লক্লে। [3]ঈহৌরোল শকুনা তাইরবদা। লাইজ ঈম্নুংবুংদগী ঈপাল লাংদা তুবী মসোঙ চাউবদি সনাগী হীয়াঙ হিরেল তাউবগুম থিঙেলগী



( কংলৈ খোম্বা কোংগোল পাখঙবা )

১। তাইঙম্বা—খুকম্বা, য়াননবা হোৎনবা, ম্যাহনবা। ২। চাইরেল পুখম কম্বী, চাইবেল খুন্দা লৈবা মী (চকপা শল্লাই) শিংনা মক্কম অচ্ছুগী লৈপাক্লা শাবা পুখম অমা। ৩। ঈহৌরোল— লাই ঈকৌখৎপদা সনা লুপা কোনয়াই থারগা শোনবা লাইরোল অমগী মমিং।

পনখোঙ পনয়্না অতুদা তাউখৎলক্কুনা কোবৌ মুমিৎকুম মসোঙ চাউ, থবাওম মণ্ডাল নাইনা ঈলঙ লংনা ময়া কাবগা, মথ্রপ ময়াঙ থেক্লা [1]য়াথোক্কুনা লৈবক্লে।

মতম অতুদা লাংগোই খেমাগা, নম্বোল থোঙ হিমাইবগা মায়নৌ নহা মখোয় অনীনি খণ্ডনা অখণ্ড-শা, হৈতনা অহৈপা শারুবনা মরু তাওজ মায়রক্লকুনা লাংবল উয়্রঙ শীংচাগুম রা চেক ভাংখিদনা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। মতম অসিদা তুবা মতীক হকপবু উনববদা, তিল্লিবা লৈপাক মীয়াম পুম্নমক্ম মহৈ মহৈ মিপাই কোক-ঈ কানখিবে। "করমনো। কবমনো" হায়না য়াব্রা ইপোম ঈহৌ চাউনা নিলনাবক্লে। মতুদা লাংগোল লুখোই মায়নৌ মচানা নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বা অহলগী মফমলাংদা হংগৎলকয়ে; "হে নোংদম্বা মরু-ও! লাইজ ঈপাল-লাংদা য়াথোক্কুনা লৈবিবা খোইমুম মহক চাউবা লাই অসিবু কংলৈ খোম্বা কোংগোল পাখঙবা ওইরোইদ্রা? হাক্তদি পংলু লুবা, পঙফৎ-ফত্তবদি খোক্তবোইনা" হায়না হংগৎচৈয়ে।

"চুমমি লুখোই তুমিন্না লৈয়ু" হায়না খাময়ে। মরু নোংদম্বগী রা তাবদা, মচা শকপা লাংগোল লুখোইমক্ম মরুগী নাক্তা ফমতুনা তুমিন্না রা মখা তাদনা লৈখিয়ে। অমুক্না কংলৈখোম্বা কোংগোল পাখঙবনা হীয়াঙ হিরেল তাউবগুম [2]চীবেল লাংয়েল পানতুনা মথুপ

১। য়াথোরক্কুনা—থোরক্কুনা। ২। চীরেল লাংয়েল পান্দুনা—অথোইবা মচী চীবোঙ পান্দুনা।

খৃঃগী ১৮৪৫দগী .৫৮২ ফাওবদা পানখিবা মৈতিংগু চলাম্বা সনা হক্কক্তা থোবকপা গোবদেশতগী লাকপা কৈলাম্বর মিশ্রানা মতু মরুবা (লোয়্নরকপা) পান্নদুনা রঘুনাথনে, শ্রীনাথনে অনীমা পোকক্লে। রঘুনাথনা ম্লিংঙেল লাকপিনে, কবো চনু পোরাসিনে। শাইখোম চনু চিন্দিনুনে অহুম্মা পান্নয়ে। রঘুনাথগা, কোনোক থেংগ্রাগা মতাও শানৈয়ে। কোনোক থেংগ্রাগী মতু শিরবদা রঘুনাথগী মতু অতোম্বা শাইখোম চনুবু থা অহুমগী গর্ভগা লোয়্ননা কোনোক থেংগ্রাদা পীয়ে। মানা কেসোপনে, জীবনাথনে অনীমা পোকয়ে। কোনোক থেংগ্রাগী মচা জীবনাথনা মোইরাং ময়ুম চনু কোলা পান্নদুনা মুকুন্দোনে, বীনোংনে, লেম্বনে, মতোলনে কৃষ্ণচরননে, ললিতানে, রাধানে ৭মা পোকয়ে। গুরু ময়ুমদা চঙখিয়ে (বামোন খুম্বোক লোল)।

ময়াঙ থেক্লা, ঈলঙ লংনা ময়া কাথোক্লগা য়াথোক্তুনা লৈরিবা মওং মতৌ অকী তুজুংনববু অউবা, অয়েঙবা তাইবঙশিংনা মীৎয়েং অমতা ওইহনা থোইদোক্লা অকী তুজুং ফংনা মিপাইনবা অমা ওইনরক্লে। তিললিবা লৈপাক মীয়ামগী অকী তুজুংনা য়ারা খোনফম থোক্লা পুমনীল নিন্নরকপশিংবু হন্না না তাববদা, মায়নৌ মচা কমেং ফদিবনা শঙলেল মপু নোংদম্বা লৌরেম্বা অহলগী মফম লাংদা, "হে মরু নোংদম্বা, খোইয়ুম লাইথংনবা-ও! কবি মতৌনো তৌবীবিবা অসিবু? মচীন ব্রারকপা ঙমদ্রিবা [1]লুতুং ব্রাখন্দবিবশিংগী মরা-মপাউ তাশীনবীহনা অম্ননা তোয়না তৌঙম্নবদি, লৈপাক মাঙবা তাবে। মতীক মঙান চায় চাদে খঙদনা মরম অমতর্ খরদঙ খঙজ-হৈজরুরগা, থৌরম পূম্বদা অখঙ অহৈ শাহনা লৈপাক্কী মাঙন-তারুবা তৌবিবা মচৎ নাইদবা, পঙঙাঙদা ঙাঙ-শকচবা ঙহাকনে। অঙাংগী মচীন মরা লৌবীগন্নু" হায়না হংগৎলকয়ে।

লাইবেল মৈতিংঙু-ও! ননাই থেংগ্রাস্নু মতাঙ অসিদা অশুম লৈথোকপদি য়াবক্রুবনিনা "ইচাশা। নোংদম্বা মকনা হৌজিক্তি তুবী মসোঙ চাউববু লাইজ ঈন্নুংবুংদগী ঈপাল-লাংদা কৌবদি কৌথোকলেদো.। নখোয় নহাবোল মাযনৌ নমিং নথা চৎলবা ঙহাক্লী। [2]য়াঙদোঙবা, লুচিংবা, হৈ-শিংলবা ঙহাক্লী; [3]তাইঙম্নবা অহুক তৌঙমলোদনা। তুবী মতৌ উনবদা পনফম অসিদা লৈনবিবা লৈপাক মীয়াম পুম্বস্নু অকী তুজুংবা ওইহনা কায়নথিগদৌবে" অম্নম্না ননাইনা লাউথোকচবে। মতাঙ অহুমক্তদা ব্রাংগোয় খেমাগা, নম্বোল থোঙ হিমাইবগা নহা মখোয় অনীমক্তি মবায় তাঙজ মায়ব্লকনা ব্রাঙাঙদনা লৈথোকখ্রে। মতুদা ইচা শক্লবা লাংগোল লুখোইনা পন্তৌ মপা শক্রবা শঙলেল মপু নোংদম্বগা ননাই থেংগ্রাগদা হায়জরকয়ে,—"নোংদম্বা মরু! মখোয় ঐখোয়নবু তুবী মহক

---

১। লুতুং ব্রাখন্দরিবশিংগী — তুংগী থৌরম উনা ব্রাখল খন্থবা ঙমদ্রিবশিংগী।
২। য়াঙদোঙবা অখন্নবা ৩। তাইঙম্নবা—য়াননবা হোৎনবা, খুরুম্বা।

চাওবা অসিবু করম্না তাইবা ঙম্বা হৌনবরা? নহানা মাইবা শাবদি মং থক্লে হায়বত্থু ঙসি থোকলে। মশক অসিবু অমুক্তম্থু উজখিদ্রিবা অতুদা, মরু নোংদম্বা অনীনা য়াওবীরিঙৈদা শক উজনীংতুনা তৌবনে। মচীন-মখা থোকপা পঙঙাঙ ঙাওতুনা থকশী খাশি, হৌনা থৌগল্লোল খুল্লোল খণ্ডদ্রিমানে। [1]য়াম্বা থৌগন্দ্রিব ওহাক্তনি। [2]অয়োল অরাল কয়াবু মরু নোংদম্বা অনীতুনা ঙাকপীয়ু" হম্থুন্না হন্না অমুকম্থু হায়জরক্লেদো।

## পাউতাক হংলুবা

মতম অতুদা লন পুবা মায়নৌ মচা রাংগোয় খেমাগা, নম্বোল থোঙ হিমাইবগা নহা মখোয় অনীমানা ফমতুনা লৈবা য়ারক্রুবদা, চঙশীল্লক্তুনা শঙলেল মপু লৌরেম্বা অহনগী মফম লাংদগা, ননাই থেংগ্রগদা পুরুম্মতুনা হন্না হায়জরক্লে;— "নোংম্বা মরু! ননাই ঐখোয়নবু তাইবা ঙম্বা ঈতীক ইপা নত্তেয়ে। ইপুথৌগী মশকপু মরু নোংদম্বা অনীনা ফম্বাল লাংলিঙৈদা খণ্ডজ-উজনীংতুনা কৌবু কৌথোকপারবদি মরু অনীনা তাইবীগদবা লৈবনা হংগৎচরুবনি। মরুগী নয়াথং নোংদম্মা তাইঙম্বীরো; লৈপাক ঈহৌ-হুনিল চাউমল্লক্লে।"

রাফম অসিবু না তাবদা শঙলেল মপু নোংদম্বা অহলগী মীৎলাংবু হেক পাঙথোরক্তুনা মচা মনাওশিংদা য়েংলগা রাদি ঙাঙদনা হীরী কোন্দনা লৈরময়ে, "কংলৈ খোম্বনা করি তৌরক্কদগে হায়তুনা; তৌঙমদনবা থেম নৌতুনা।" খুদক অতুদা রাংগোয় খেমাগা, নম্বোল থোঙ হিমাইবগা অনীনা মালেম লৈমায়থক্তা কোওয়াঙ রা চৈনা পক্লা তাবগুম্না মরু নোংদম্ব! অহনগী মখোঙ থুয়ারেলবু পায়রতুনা—"মরুনা তাইঙম্বীনবা

১। য়াম্বা থৌগন্দ্রিবা=মথক থোংলবা অহল লমনশিংগী মফমদা (চৎকদোবা চৎনরোল) হৌনবী থৌগল্লোল মশক খঙনা কায়দনা চৎপা হৈদ্রিবা।
২। অয়োল অরাল কয়াবু=অরাল অহুই, অসোয় অঙাম কয়াবু।

নোংদম্বীরসি। নখোঙ খুয়ারেল লৈঙাঙ অনীদা পঙলবা নচা ননাই অনীনা তাইঙম্বীনবা মরমবু চরৈ ফিগাও শানা নিজগে। মরুগী নোংদম্না চানবীবা নচা-ননাই মীয়োক-মীচান নীংথিববু লৈপাক মীয়াম খ্বাইগী মাঙদা লেম্নজবা অমুক্তা ওইজহৌগে; নহা ব্রাখল থেনবননি; ব্রাখল শৈশক তমজন্ত্রিব। নচা অনীনি। লুতুং ব্রাখল মাঙওয়নন। চৎপা ঙমজহৌনবা থৌবু চৎলম তাকপীববু ওইবীগনি। নখোঙ খুয়া শোকনা চরৈ ফিগাও শানা নিজরিয়ে।" অসি হায়জনা অহনগী নাক্তা চঙজত্তুনা পুরুমজরে।

মৈতিংঙ্ নিংথৌরেল য়াইফ-থোইবা-ও, মতাঙ অ'সদা ননাই থেংগ্রাস্থ শঙলেল মপুগী নাক্তা চঙশীনজত্তুনা—"মরু! মতাঙ অসিব্রাইদা ওক্রসি। অহন্না তাইবা নত্তনা অঙাংশিংনা তাইবা ঙম্বা মতীক মঙম চারোইদমানে। লাইজ ঈপাল লাংদা য়াথোক্তুনা লৈরিবা অসিবু তাইবঙ পান্দা অমুক্তা মীৎয়েং শানখৈ তাবীয়ু—লৈপাক মচাশিং ব্রানবল্লগনি। নফম-লাংদা হঞ্জিল্লসি; নতেফমদা তেশীল্লসি" হায়না হংগৎচরম্মী। মতম অসিদা অফ ফত্ত কয়া হন্না থোকচীল্লক্লে। ননাই থেংগ্রানা ব্রাফম অসি হংগৎচববু নোংদম্বা অহলনা না তাবীরত্তুনা, ননাই থেংগ্রাবুস্থ য়েংলগা 'হে লুখোই! নঙবু অত্তুক কংলৈ খোম্ববু তাইঙমজহৌদনা?" হায়না নোং-দম্নকয়ে। অত্তুদা পারী শকপা লুখোইনা নোংদম্বা অহলগী মফমলাংদা হংগৎয়ে,—"নোংদম্বা মরু! লমদম অসিবু নকশীলমল্পী। নচাগী [1] শৈদম-শৈহৌ ওইজগে। মরুনা তাইনানবা তৌবীয়ু; ননাইবু তুংইন থৌগল ফংবা ওইজগে।"

মচা শক্লবা লাংগোল লুখোই মায়নৌ মচাগী চীনগোয় মপাউ স্থংশিববু না তারবদা; শঙলেল মপু নোংদম্বা লৌরেম্বনা থৌদা নোংদমত্তুনা তাইঙমবা পোৎলম চৈরমশিংবু মচা শকপা লুখোইদা শুনা শীল-লাংহল্লে।

---

১। শৈদম শৈহৌ=ঙম্বা হৌবা।

মতুংদা কংলৈ খোম্বা কোংগোল পাখঙববু [১] অনৈ চাচা য়ুকৌরগা, সনা লুপা অনীনা কোরৌ মালেম থক-খা অনীমাবু তূনা নমনা তাইরক্লে। লৈপাক মীয়ামগী য়াৱা মীনীলখোল অকী তুজুংনবা ওইবা য়াৱা খোনফম ঈৱায় ইনিলখোল চাউনববু না তাবদা; অহন্নস্ম কাংলৈ খোম্ববু থুনা লাইজ ঈন্নুংবুংদা লুপথখিনবতা ঙমতাইদ্রুনা পাউজেল পাউতাক্তি হংহৌদরেদো। অদুদা তুবী পাখঙবদি লাইজ ঈরোলম্নুংদা লূপথখিরে। অদু নোংদা মায়চৌ নোংদম্বা লৌরেম্বনা হায়রকয়ে—"করমনো! ঐদি তুবী কোংগোল পাখঙববু পাউহংহৌদরেনা। লাইজ ঈন্নুংবুংদা কূমদূনা অদুক পাউতাক হংলুগদবা ইচাশা! কনা কনা লৈবনো? নখোয় অমতা অদুক চৎসিদনা" হায়না নোংদম্লকয়ে। অহলগী য়াৱা নোংদমখোল তাবদা, লম পুবা মায়নৌ মচাশিংদি মরায় তাঙজ মায়ৱক্লদুনা ৱা চেক ঙাঙদনা তুমিন্না লৈনখিরে।

মতম অদুদা ননাই থেংগ্রানা নোংদম্বা লৌরেম্বা অহলগী মফম লাংদা হংগৎচৈ;—"মরু! কনানবূ চৎঙম্বা য়াওগদগে? কনাস্মু চৎঙম-লোইদবা ঙহাক্তনি। অদুবু, নয়াথংবু হীকতোকফনা নচা-ননাই শক্লবা লুখোইবু থাবীগদবা মঙায়রে" হায়না হংগৎচৈদো। অদুদা নোংদম্বা মরুনা না তাবীরদুনা, পারী শকপা লুখোই য়েংনা "লুখোই নঙবু অদুক নবুথৌবু থাগোম্নরুও। পন থিংবা ঙম্নবা পাউজেল পাউতাক নিরক্তুনা খরা হংলকও" হায়না নোংদম্লকয়ে।

নোংদম্বা মরুগী পাউতাকখোল না তারগা, পারী শকপা লুখোইনা—"মরু! নচাবু করম তৌজরকউ তাকপীরিবনো?" হায়না হংগৎচৈয়ে।

১। অনৈ চাচা য়ুকৌরগা = শনখোম, চাকহাওপী চেঙকুপ, হৈ মনম নাইবা হৈঙ্কাং (লফোই) নে, চুহি, খোইহি তোত্তুনা ঈৱাং থৌনি ত্তৌবা। লৈৱায় য়ুংখাংবদি—"ঈশিং মপান্দা লাত্তোল্ল ১২ শেত্তুনা ওম্ন-য়েং নাইনা থানি। লাদি পুন্না থাও। চেঙ খরা খরা ১৭ ওইনা থানি। য়েংদো উত্তোং ১৭ তা য়াম্না পুকয় ওইদুনা লেং শাদুনা মমাঙদা খিলও। য়োং ফিরাক্ অনী, সেন ২, ফমফি ১, হৈ, লৈ, পানা কা থানি।"

"লুখোই ! চৎলবদি রাঙম্নবা তৌবকউ। রাঙমদনা হল্লকপদি তৌগন্নু" হায়না মচা লুখোইগী মফমদা চেৎনা শিন্নদুনা তাকপীবে।

মতম অসিদা নোংদম্বা শঙলেল মপুগী নোংদম অমদি ননাই থেংগ্রাগী ইরা ইপাউবুস্নু লুখোইনা না-তাবগা, নোংদম্বা অহনগা, ননাই থেংগ্রাদা পুকম লৈপায়নবমদুনা; মতুংদা শামান্নবা লমপুবা মায়নৌ মচাশিংবুস্নু পুরুম্নমদুনা হায়জবকয়ে;—"মায়নৌশিং য়াঙদোঙবা পুপ্পনা লাইনিং পবে চেৎপীবমগনিয়ে। মরু নোংদম্বা অনাগী থৌদা নোংদমখোনবু পুজদুনা লাইজ ঈন্নুংবুংদা থৌংনু খিগে" হায়না হায়জবমদুনা, লাইজ ঈন্নুংবুংদা কুমদুনা লুখোই লুপথখিয়ে। লুখোইনা হেক লুপথ-খিবগা, শঙলেল মপু নোংদম্বা লৌবেম্বস্নু মীৎলাং অনীমা উইশিনখিদুনা লীক চত্তুনা লুখোইগা, কংলৈ খোম্বা তুবী পাখঙবগা লাইজ ঈন্নুংবুংদা শকউনববদা, কংলৈ খোম্বনা কবি হেনখিগদগে, হেনবা ঙমদনবা লাইজ ঈন্নুংবুংদা থম্মোয়গী মীৎলাং লম্না হাংদুনা মচা লুখোইবু চেৎনা থাগোন্নদুনা, ঈন্নুংবুংগী পাউহং ওইদুনা লাইনিং পবে থাদনা লৈখিয়ে।

লুখোইগা, কংলৈখোম্বগা তৌনবিবা মওঙ-মতৌদু উববদা, মরু লৌরেম্বা মায়চৌগী চীনবানবু মোমোন তৌদুনা, মায়থোঙ মকা লাম্না হাইফেৎতং নোক্লকয়ে। মরু নোংম্বা অহলগী মায়থোঙ লকাবু শকউজবদা, ননাই থেংগ্রাস্নু চীনবান মোমোন কাঙ, থম্মোয়দা হরাও তুজংজবা ফংনা মোমোন নোকচৈয়ে। মতুংদা কংলৈ খোম্বগা, লুখোইগা মখোয় অনী থেংনদুনা পাউহংবদা, কংলৈখোম্বা কোংগোল পাখঙবনা পাউথুম পাউতাক্লে। তৌবিবা মতৌ অদুবু উবদা, মরু নোংদম্বা মায়চৌগী মায়থোঙ অদু খবা লাংশিল্লক্লে। মদুবু ননাই থেংগ্রানা উজবদা—"লৈপাক মচাশা! নিনগন্নুসি, মরু নোংদম্বগী লাইনিং পরৈ কায়-গনিয়ে। মরুগী মায়থোঙ লাংশিল্লে" হায়না তিল্লিরা লৈপাক্কী য়ারা ইনিল ঈরায়খোলবু ফা-নবা খূজিন থৌরাঙজেয়ে। মায়চৌ নোংদম্বা অহন্দি মতম অদুদা পুক্লিং খবা রাখিরম্লয়ে। "করমনো! পাউহংবদা

পাউতাক্তে" হায়দুনা "করিগুম্বা লুখোইনা হল্লক্লবদি কমদৌবা! তাই-ঙমদ্রুনা পাউহংনবা থৌশীন থৌরাঙদবা য়াদে" ৱাখল্দুনা লুখোইবু তেঙবাঙ হীরী চেৎনা নাউকোল্লক্লে। কংলৈ খোম্বা কোংগোল পাখঙবনা য়াঙমদনা লৈখিবা অসি ৱাংলেল পূঙলুপ মঙা শুজিল্লক্লে। লৈপাক মীয়াম পুম্বম্নু 'লাংগোল লুখোই মায়নৌ মচাবু লাইজ ঈমুংবুংদগী ঈপাল-লাংদা ফাওগৎলক্করে" হায়না ৱা-ৱা লাওনা নিলনারক্লে ।

মত্তুদা ননাই থেংগ্রানা "লৈপাক মচাশা! নখোয় ঐখোয়গী শঙলেল মপূ নোংদম্বা ৱাঙাঙদ্রিয়ে। নখোয় ঐখোয়না লাঙ্বদা মরুগী লাইনিং হীরী কায়গনি। তুমিন-তুমিন্না অমুক্তা লৈনখিসে" হায়না হায়জবদগী লৈপাক মীয়ামস্নু শঙলেল মপূ নোংদম্বগী ওইরিবা মতৌবু মহৈ মহৈ য়েংনত্রুনা তুমীন তুমীন লৈনরক্লে। মতম অত্তুদা লাইজ ঈমুংবুংদা কংলৈ খোম্বা তুবী পাখঙবদি মশা পূম্বদি তাশীন-পীকশীন্না তেনশীল্লক্লুনা লুখোইগী মফমদা "পুরুম থৌনি তাক্লমলে।" মতৌ অত্তুবু উবদা শঙলেল মপূগী পুক্নীং ন্নুংঙাইবা, মায়থোঙ মকা লাম্বা ওই। অত্তুদা ননাই থোংগ্রানা অহলগী মায়থোঙ লকা মতৌ উজবদা —"লৈপাক মচাশা! লাইজ ঈমুংবুংদগী লুখোই লাক্লগনি" হায়না মীয়ামগী মফমদা লাউথোকচে। ৱা অসিবু লৈপাক মীয়াম্না না তানবদা —"লাংগোল লুখোই লাইজ ঈমুংবুংদগী ফাওগৎলক্লগনি" হায়নরকপনা ৱা ৱা লাউনা অমুক পুম্নীল নিললে।

মতম অত্তুদা মরু শঙলেল মপূগী মায়থোঙ অমুক লাংশিল্লক্লুনা পুক্নীং অৱাবগা লোয়ননা লাইনিং পরৈ চেৎনা হীরী চন্দুনা লৈ। মত্তুদা মৈতিংঙুও! ননাই থেংগ্রানা অহনবু—"কমদৌরিবনো! হায়না য়েংলকপবু, মরুগী মাইথোঙ লাংশিনখিদা' হায়না ৱাখল্দুনা লৈরিঙৈদা, লুখোইদি লাইজ ঈমুংবুংদগী ঈপাল লাংদা ফাওগৎলক্লে। ৱাংলেল পূঙলুপ তারেৎ শুবদা লৈপাক মীয়াম চঙশীল্লক্লুনা লাইজ ঈপাল-লাংদগী ঈচা লুখোইবু লৌখৎলগা লাইজ ঈচুম তৈথোকপীরে।

# পাউদম পাউজেলবা

লুখোইনা লাইজ ঈচুম তৈথোক্লবদা, ব্রাংলেল ঙাইহাক লৈরগা নোংদম্বা অহলগী নাক তম্না পাউদমজগে হায়না চঙশীল্লকয়ে। মরুস্মু মতম অত্তুদা মীৎলাং হেক পাঙথোরক্কুনা মীৎলাং অনীদা পিরাং লাইজ ঈহৌনা পাউমেল্লকয়ে—"হে লুখোই! ইচাদি শমু হকচাংত্তু চোকথনা ব্রাবদি মর্রারে। অত্তুবু, লৈপাক্কী য়াইফ থৌরাঙদি ব্রাঙম্লক্কেদা।"

অহলগী ব্রাবু তাবদা, ইচা লুখোইনা পায়মা মুংদা ঙকচা-ননা হংগৎলে,—"হে পম্থৌ নোংদম্বা মরু-ও! কংলৈ খোম্বা তুবী পাখঙবনা তাকপীবকইনা নচাদা" হায়না হংগৎচৈ।

"হে পারী লুখোই! মত্তুদি ইপাস্সু খঙলে। মহুৎ মরেং শিন্নবা পুরুমলোন্দি নহাক্তি হংলক্কেনে।"

মত্তুদা লুখোইনা পায়মা ঈরৈ চন্না "তাকপীরিবত্তু অচুম্বনি; নচাদি মত্তু হংজহৌদ্রে" হায়ত্তুনা মরু নোংদম্বগা, লুখোইগা ঙাঙনা শানরিবা ব্রাফম অসিবু পম্থৌ নপাবুং লাইরেল মৈতিংঙু, খাগেম্বম্সু না তারবদা; লুখোইবু য়েংলগা "হে মায়নৌ মচা! ইবুথৌ কংলৈ খোম্বা পাখঙবনা করি হায়ঙম-তাকঙম্বীবকপনো, মরুনা ব্রারৌরিবা অসিবু?" হায়না লুখোইদা মপু সনা য়াথং নোংদম্না পাউহংলকয়ে।

মত্তুদা লুখোইনা—"হে লাইরেল মৈতিংঙু-ও! মপু সনা নোংদম্বী-গনিদো। 'নবুথৌ কংলৈ খোম্বনা নমু তাইবঙ মী অমা পন থিংবদা হাপ্পু, পন থিংবা য়াগনি' হায়না ননাই লুখোইদা তাকপীঙময়ে। মত্তুদা ননাই ঐস্মু ইপুথৌদা কৎচগনি হায়জরময়ে" হায়না পাউদমত্তুনা হংগৎলে।

মত্তুদা শঙলেল মপু নোংদম্বা লৌরেম্বনা লুখোইদা হায়খিয়ে —"অত্তুনি ব্রাঙমদবা, ব্রাতায়দবা হায়বত্তু। থিঙেল পন মচা অমা থিংবদা তাইবঙ মী অমা হাপ্প, হায়দুনা পনথিং খুদীংগী তাইবঙ হাপ্পুনা থিংলবদি করম তৌবা হৌনবগে? পন মচা অমা থিংবদা হাপ্লসি হায়বদা, তাইবঙ

কনানা হরাও হরাওনা য়ারক্কদৌবা ? পন থিংবদবু হাপ্পবা মী লৈহৌরবরা ? পনফমদা হাপ্পবা তাইবঙবু লৈরব্রানে, নঙহাক্না য়াবক্লীবা অসিবো ? অদুগা পন থিংগনি হায়দনা লৈপাক মীয়াম খ্বাই চঙনা অস্মুক ব্রানা লৈতৌদুনা হোৎনরুরবা পন অসিবুস্মু করম্না থিংদনস্মু তোক্কনি ?"

শঙলেল মপূ নোংদম্বগী চীনগোয় ময়াথং না-তারগা, নপাবুং সেনবী খাগেম্বনা—"শঙলেল মপূ নোংদম্বা ! শাওবীগনু। পন থিংবদা হাপ্পবা তাইবঙ মী অসি খাগেম্বা ঐগী নাক্তা লৈয়ে। মদু খঙদূনা মায়নৌ মচা লুখোইনা ইপুথৌগী নীংবা থুংনবা পাউখুম্লম্বনি। হয়েংগী কোরৌ হুমিত্তা ইপুথৌগী মফমদা নমু তাইবঙ ঐনা কৎচগনিয়ে।"

মপূ সনা য়াথং পাউবু তাবদা, শঙলেল মপূ নোংদম্বা লৌরেম্বনা "তুংদা থোক্ল ওইরগদৌবশিং অসিবু করি মরম লৈবননো" হায়না হন্না ব্রাখল খন্থদুনা য়েংলকপদা, তুংগী থোক্লগদবা মরম্মু উর-খঙলদুনা, য়েৎনবা তোক্কুনা—"সনা পুক্নীং থুংনবা থৌবাঙ থৌশীনবীবনা থো পাঙবা ওইরনি" হায়না পন্থৌ নপাবুং ইবুংঙোদা হংগৎলে। অদুগা ব্রা মখা তানা নোংদম্বা লৌরেম্বনা নোংদম্লকয়ে;—"হয়েংগী কোরৌ হুমিত্তা পুরুম ঈরাৎতি হৈ-শিংলবা ইচা ইনাওশা ! য়াহৌ ঙন্না থিঙেল পনফম অসিদা য়োননবা তৌরকও" হায়না য়াঙদোঙবা, লম পুবা মায়নৌ মচাশিংগী মফমদা খঙহল্লী।

মতুং অদুদা নপল পন্থৌ নপাবুং নিংথৌরেল সেনবী খাখেম্বনা পোইরৈ স্নানা লৈবাক অসিগী নীপুম থুদীংমক্তা তাননবা, লৈকায় মবীমক্তা কোয়না চৎহন্দুনা পোইরৈ শীনবা থুংনা শগোল পাউজেলহল্লী —"হয়েংগী কোরৌ হুমিত্তা ইন্নুং ঙানবদগী হৌনা পন শঙলিবা তনবা নীপা য়াঙ্খে অসিদগী হেন্না পনফম অসিদা তাইবঙ কনা অমা চঙ-ক্লরোইয়ে। নিংথৌ ঐনচিংবা পনফম অসিদা হান্না চঙদুনা লৈরম্বা, চঙলম্বা তাইবঙ মহাক অদুবু ফাদুনা হাপকদবনে। তাদবা, খঙদবা

মখৈস্থ ঙন্না খঙহৌবো' হায়না খঙহল্লে। "অদুগা পন শঙবশা! হয়েং ঈহুং হেক ঙানবগা নখোয়স্থ পন অসিদদি চঙশীল্লুবা তৌদনা, লাপ্তক্লা নাবোল নাথপ্না লুমদুনা, চঙশীল্লকপা মীবু য়েংদুনা লৈগদবনি। পনফমদা চঙশীল্লকপা তাইবঙ মহাক অদুবু নঙখোয়না ফাদুনা পন থিংবদা হাপকদবনে।" সনা য়াথং অকনবা মবোল পুম্বা অসি লাউথোক্লম্লগা, পন্থৌ নপাবুংস্থ পনফমদগী সনা কোম্ভুংদা লেঙখ্রে। শগোল পাউজেল অসিবু মযুম লৈপাক পূম্বদা শগোল পাউজেন্দুনা লাউথোক্লবদা তাদবা, খঙদবা য়াওনদ্রে; মীপূম খুদীংমক তা-নখ্রে।

## সেৎন থাইনবগী ফিবম

পন থিংনবগী মায়কৈ শবা শন্না পাউজেনখিবা কোবৌ নুমিৎ অসিদা "আব্দুল মিয়া" কৌবা [1] পাঙল নীপা অমনা নপাবুং মৈতিংঙুগী সনা থৌগল থৌদাং থৌগাইবা লোইদাম থাবুম অহূম [2] লাল্লুপ খোঙ্গাবা

---

১। পাঙল — মুসলিম; বংগলা (বঙ্গলা) লৈপাক্কগী লাক্কুনা লৈখিবনি হায়দুনা পাঙল কৌয়ে। ২। লাল্লুপ খোঙগাবা — লৈপাক অসিদা লৈরিবা খুঙ্গাশিংনা মা-মাগী মযুমগী মথৌশিংদু কাইথোক্লগা সনা কোন্থুংদা থৌগাক্লনা লৈপাক্কী, নিংথৌগী থৌ পূবা, (মমাংঙৈ মৈতৈ লৈপাক্তা নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা খুঙ্গা (প্রজা) শিংনা মা-মাগী মরৌ-মশীং, ইংথান্নচিংবা অমত্তা থাজন' থীনরমদে। থাজনা থীবগী মহুত্তা খুঙ্গাশিংনা চহি অমগী মনুংদা নীপা অমনা থা ৩/৩ চুপ্না মযুম থাদোক্তুনা লাল্লুপ পুনৈ। অদুগা নুমিৎ ৪০ নিগী মনুংদা নুমিৎ ১০ নি লাল্লুপ কানাদুনা লৈপাক্কী অমদি নিংথৌগী থবক মথল-মথা অয়াম্বা ভৌই। লাল্লুপ কাদুনা থবক সুরিবা মীপুম খুদীংমক অসুমন ফংনদে। লাল্লুপ কাবগী খুদোং চানবা মৈতৈ লৈপাকপু পান্দা ৪ থোক্লা থায়দোক্লম্মী। মদুদি :— 'খাবম, লাইফম, অহল্লুপ, নহাক্লপ' হায়না মরী থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মখোয় অসিগী অমমম্ব পানা কোই। মসি মৈতিংঙু নোংদা লাইরেল পাথংবদগী হৌনা লৈরক্লে। মৈতৈ লৈপাক্তা লৈরমলিবা

কোরৌ হুমিং লোইরহনা অয়ুক্তা তারা চাকলেল চানদ্রিহৈঙে মাঙদা মবাল মোংবা শঙলেল-য়ায়দা কুম্লকু্না রায়থুংলরে। অহ্নদা মাগী [1]তাঙ্লোয় মরুপ্নী পুন্সি তূশাং শীংনা লেঙদনা লৈপুল খয়োম ওইগে খন্না থমজবী, কাওরেল শনগুম তেনা হন্না রা, থৌরী কোঙগোয় য়াইগুম থংলেল

---

পানা অমদি মুল্লাকশিংগী মতুং ইন্না মথৌ মশিনসু কন্না মরুম থোক্না থান্না দোক্কু্না থৌ পুন্নগী। নীপা অহ্না মশাগী চহি ১৭ তবদগী হৌহ্না চহি ৪০ (মিক্ক) তবা কাওবা নীপা মথৌ লাল্লূপ কারগী। কনাগুম্বা নীপা অমগী মচা নীপা মন্নাম পোক্লবদি মচা অহল (পিবা) হ্না নিংথৌগী লাক্না লৈহ্না নিংথৌ শেনবগী থবক তৌই। মচা অনী তবনে, মন্নী তবনে, অতোনবনে অসিনা থোং শাব, শঙ শাবা অসিনচিংবা থবকশিং তৌই। মখোয় অসিবু লৈকায় শঙশারোয় হায়না কৌই। অহুম তবা মচা নীপা য়ায়মাবা অহ্না লালমী ওইনৈ। মসিবু নত্তনা মুল্লাক-মুল্লাকী মতুং ইন্না মা-মাগী মথৌ-মশিনসু তোঙান-তোঙান্না তৌবা য়াওই। মহ্ন "লোয়মবা শিয়েন" কৌবা লাইরিক্তা মচা থায়না তাক্কু্না য়াওরি। মহ্ন ভৈগ্যচন্দ্র নিংথৌদগী হৌনা সনা লৌবা, লৈমা মৈতৈ, মচা শীজ পাম (নিংথৌনা লৌবা নূপীগী মপাম) মখোয় অসিবুসু লাল্লূপ থৌ কাদেঃ থৌ কোক্লগী। সাহেপ্পা মৈতৈ লৈপাক লৌরবা মতমদা বৃটিশনা শ্রীযুক্ত চূরাচান্দ সিংহবু নিংথৌ হাপ্লবদা খৃঃগী ১৮৯২ গী এপ্রিল থাগী তারিখ ২১ দা মেজর মেক্সওয়েল্লা লোঁ পরি অমদা লুপা ৫ লৌগনি। অহ্নগা লাল্লূপ কাবা তোকদবনি হায়না লাউথোকখি। অমুম তোহ্না লাল্লূপ কাবা তোকখিরগী। মুমথোঙ থূদীংগী লুপা অনী অনী য়োই। চহি-চহিদা লৌরবা অসিসু ইং ১৮৯৯-১৯০০ দগী পুমতোক তোকখ্রে।

১। তাঙ্লোয় মরুপী — মহ্ন (নূপা-নূপী লোন-লৈনহ্ননা পানমিন্নরকপদা অক-কত্তা হীরম থোরম কন্নামুক্তা পূকচেল্ল থোয়জেল অমত্তা ওই, নুংশি চান্নবা তাথোক-তাশিন তৌহ্না অমত্তা ওইমা লোয়নামিনৈ হায়বদগী মুম্বালথী নূপীশিংবু তাঙ্লোয়; রাথল লম্বা থাজমফম ওইবীবু মরুপী হায়নসু কৌই। অহ্নগা পহৌ মপাগী লম্ হেন্নবা ই অহ্নবু পল্লেম মথানা লোইদাম থাবুম তন্না চুপ্পা লুমনৈনে হায়বগী 'থংলেল মরুপী কৌয়ে। "খিরেল মৈয়ম লীমগী)"।

মশাবী আব্দুল মিয়াগী পায়মা মুংদা কয়াগী মতীক মুংশি চান্না খোয়জগুবী, তিল্লাং খোয়দা-নকম ওইরিবী মশানৌ আমিনা কোল্লোয় মিংগোবী অমগা পাম্নতুনা লৈমিন্নরময়ে। আমিনা কৌবীগী শকগুঙ-শক্তম, শাহৌ-শাবান্দা চুঙ-ক্বিরাল চানা অপাম মিকারবী, নীংথিবী চেংলৌ শক্তম অমা ওইবিবী, হৌনা মরমচৎতসু ফজবীনি।

মতম অসিদা আমিনা কৌবীদি চীগুঙু খোইয়ুম খেৎফদবনা খোযজী-খাদা হৈরাঙ মমি তমহুন। তাউজিং মরু পনখিবসি লোইদাম থাবূম অহূম চঙলময়ে। অহু নোংদা মশাবী আব্দুল মিয়াগী মফমদা মশানৌ আমিনা কৌবীনা মপুক্লীং হরাও-হরাওনা হৈরাঙ মচা য়ানখিরে হায়বা মরম্বু ফোংদোকচনিংহুনা চীনগোয় ব্রাহৌদোকচখিরম্মী;-"থংলেল ইশাবী-ও! নশানৌনা ব্রারম অমতা চীনগোয় পাউদমজনীংহুনা ঈরাল খোঙ্গুল্ল-কপবু ঙাইজরম্লিবনি। কোরৌ ঙসি ঈরাল ব্রায়থুংরবা অসিদি ননাও ওইবীসু কয়া মুংঙাইজরে।"

মশাবী আব্দুল মিয়াসু মশানৌনা ফোঙদোকচনীংলিবা ব্রাফমহু খঙনীংহুনা ব্রাহংলকয়ে," হায়য়ুদনা শানৌ ইবেম্মা? নহাক্না হায়নীংলিবা ব্রাফমহু করি ব্রাবম লৈবগে, করম্বা মতাঙনোনে? হায়য়ু তাশিদনা কমদোবা?"

"হে ইশাবীও! ইথংলেল নহাক্না নহাল নোং লাল্লুপ খোঙগা লেঙলম-দাইদা ইশাবী নঙগী নোংদম থৌজাল পীনরম্বা নশানৌ তাল্লোয় নরুস্বী ঐবু [1]হৈবাঙ মচা য়ান, তাউজিং মরু পনখিরেদো। থংলেল ইশাবীও! হৌজিক্কি যুমলেপ চাবা ওইনবা পাবী ইমোম ফংদবসু লেপ্না ফংজরগনিয়ে। ব্রারম অসিগীদমক্তা নশানৌনা চীনগোয় পাউদমজগে হায়দনা থংলেল ইরাল খোঙ্গুমলকপবু ঙাইজরম্লিবনে" হায়না পাউদমজৈয়ে।

আব্দুল মিয়াদি মশানৌ আমিনানা খোয়জী খা মিহুল তমহুনা হৈরাঙ মচা য়ান, লাকলু ক্বিয়ানখিরে হায়বা পাউ অসিনা হেক না-তাবগা, য়াম্না চঙক্লনা, থুক লাউনা চিংনরকপা, মুংঙাইতবা অমা চাউনা ওইরক্লুনা

১। হৈরাঙ মচা য়ান, তাউজিং মরু পনখিবা — মীয়োনখিঞ্জা।

ৱাখল্না মায়থোঙ খেঙুম লাংশিনখরে। মশানৌ আমিনাবু মোংবা মরালয়ায়দা মথম্তা লৈহৌবগী খল্লুৱগা চিংনরকপনা ৱাখল লৈখে তা ঙমদনা উনবী কনহৌ নীক, য়াইবী মনুং হৌ, তিল্লাং মখোয় থোইনদুম শাউরক্তুনা (আমিনা কৌবীবু) মুংশিবা মশক খঙলক্তুরে। মথংলেন্না আমিনাবু [1] য়াথং অখা থোক্লা অশাবা মীচৈ পীরকলে; "হে তাল্লোয় চুমবী, ৱারম অচুম্বা, য়াথং অরেপ্পা ঙাঙদবী। নঙনা য়াৱা নাশি থাংনা ওইদবনা হৈজা অওই শা; নশাবী ঐবু পুকওল পাউওলহন্দুনা ঙসি নঙনা তৱাই-তৱাইনা য়াৱা চীনফেন ফনা কাঙথোরক্লিবা অসিবু তশেংনা চুম্নরবনে। নঙগী লৌনম ৱাসিবু না তারগা, নশাবী ঐদি থম্মোয় নিংদোল পোম, ৱাখল চাংজৌ লাম ঙমদেয়ে; অমম লৈখে ওইখরেদো। নমু মীরমচৎ হৌনদববু নঙনা চত্তুনা লাকলৌ ফিয়াল্লম্বা অদুবু তনবা কনাগী তাউজিং হৈরাঙ-হৈরুনো ? নঙনা তনবা নীপাচা কনাগা [2] পানা লম্লান্না [3] হৈরাঙ মউ থারুৱগা, নশাবী ঐগী তশেংবা ঈনি হায়রক্লিবসিদি নঙগী নত্ত নৱাহৈবু নশাবী ঐদি অমুক হন্না না তাররোই, হায়গনুও; মোমমু ওইবীগী হৌনা লমচৎ নত্তেয়ে। নঙবু খল্লুবদা নশাবী ঐদি ইদোম থোইনা তাঙজ ঈকায়য়ে; [4] হুয়াই শেনগোয় নীকয়ে।"

মশাবী আব্দুল মিয়াগী য়াক্লবা য়াৱা মীচৈ অথীবা, খোনফম ওন্নবশিং না-তাবদা, মশানৌ আমিনা কৌবীদি লৱাই শাৎনা নুংঙাইতবা অচাকপা কয়ামুক ফংবা ওইরদুনা মশাবীগী মফম্লাংদা হন্না য়াৱা চীনগোয়রকই;—"ইশাবী ইবুংঙো! নদাই ওইবীদা তাকপীরিবা য়াক্ল-য়াক্লবা য়াৱা খোনফম অসিবু থংলেল করি ৱাবু কৌবগে! নদাই

১। য়াথং অখা থোক্লা—য়াক্লবা খোনফম, তমথিরবা ৱাহৈ ৱাঙা ফত্তবনা (পুথোক্পনা) হায়দোরক্পনা। ২। পানা লম্লান্না—লম্লক্তা লোন্না থংপনা (নীপাগা) তিন্নবা। ৩। হৈরাঙ মরু থারুৱগা—মরু (মীরোনবা) হল্লুৱগা। ৪। হুয়াই শেনগোই নীকয়ে—ঈকায়বনা লৈফম খঙদনা থক থক নীক্লা থোকয়ে।

ওইবীবু অশাই মখৈদি নুংশি চান্না লংনবীরিবরা হায়না (ননাও) খঞ্জরুবনে। ব্রাফম অসিদা নশানৌবু অসুক চিংনা পৈরে থম্বীরিবা অসিবু ঐবু ব্রারক থৌবাওদবী তাহনবীগনো। নশানৌদি ডাওদ্রিয়ে; করিগী ডাওগদৌরিবনো থংলেল ইশাবী-ও ? ব্রাফম অসিদা ব্রাখল লম্মুক্তুনা ডাওবীরিবদি মাঞ্জ নহাকনে। [১] উনবী কনহৌ নীক্লা য়াইবী মন্নুং হৌ, অশাউবা লুতোল কাবীখিগনো। ব্রারম অসিবু অমুক্তা তিল্লাং থয়োৎনতুনা থংলেল খন্থবীখো-ও ! কোবৌ মাসু খক মাওদ্রি; থাজ মাসু মরৈরিয়ে। ইথংলেল খোইয়ুম লাইওনবা ইবুংঙো নওহাক্লা মপু সনা থৌগল লাল্লুপ থৌগারমদাইদা ইবুংঙোগী নোংদম্না নদাই ওইবীদা তাইবঙ মরু ঈহুল তম্বীরমতুনা য়ুমলেপ চারা ওখিবা তশেংবা হৈরাঙ হৈরুনে। নশানৌগী খোইয়ুম লাইওইরবা ইথংলেল ইমান-মচা নওবু করম্না হুল্লান্দুনা নশানৌনা অপাম লাংগোল হক, ব্রাখল কোৎলৌ করাম্না পূক্লীং ফিরোল নাই, পায়মা লৌথুপ কোইজা-ননা লৈকায় পনবান লান, নওবা মীৎয়েঙ তোরান্নতুনা তাইবঙ অতোপ্পা তনবা নীপাচা কনাগী পানা লমলাল চাদবী, তাউজিং লোনহায়নরুদবী ননাওনি। নশানৌদি তাঙ্জ লিনগুম ঈরৈ অনী শুনা লোঙজদ্রিয়ে; পূক্লীং লোইয়ান চত্তবী ননাওবু থংলল লান্না লৌবীগনো" হায়না মপী পিরাং লাইজ ঈহৌনা কয়া হায়জরকখিয়ে।

আব্দুল মিয়ানা লোইদাম থাবুম অহুম চূপ্পা লাল্লূপ থৌগাখিবদা মশানৌ আমিনা নুংশি খোয়দাজবীবু মথন্তা মতম খরা নোংশাংনা থাদোক্লম্বদগী থোক্লম্লিবা মতৌ অতুদা কল্লক খম্বল চাউবা পূকচেল খোয়জেল অমা ওইনসু ওন্ননা চাউনা থোকখবে। হন্থনা থল্লুরগা চিংনবগী চিংনবমক্তা, পেন্দবগী পেল্লক্তবা কয়াসু হন্না ওইশিল্লক, থাজরম্বা পূম্বসু লোইনা পুন্সাঙ মাঙশীকলে। মতৌ য়েংনা নুংওনবী মশানৌ মনেম মচা খোয়দাজবী আমিনা কৌবীনা হায়জরকপশিং পূম্বা না তারুরগা অহোয়-অহোয়ননা

১। উনবী কনহৌ নীক্লা - মৈ থোক্লা শাউবা।

[১] য়াইবী কনহৌ নীক, কনচাও মখৈ লৈতনা য়াৱা মীচৈ থী, য়াক্লবা খোনফম্না অশাবা মীচৈ হন্না পীরকয়ে; "হে তাল্লোয় চুমদবী! অতুবু করি য়াৱা খোলনো ওন্থোকয়ে! নশাবী ঐনা কোরৌ নোংজা খরদঙ ইয়ুম মোংবা শঙলেলয়ায়সি থাদোক্লম্বদা, নঙনা নথংলেল ঐবু মীরায়না নমদা হুল,' য়াৱা নাশি থাং, পায়মা লোঞ্জা লোম্থুগনা নতৌ লিংজেল ফত্তবনা নপুক্লীং মহৌশা ওইতুনা কোরৌ নোংজা খূদী'গী ননী' তম, নখা থোক্লা চরৈ ফিনৌ হোংনা শাম্পেংবী; [২] চেংলৌ তেনবান য়াম্বীনে। পায়মা ঈরাঙ তোয়না হৌ, অপাম ঈখৌ লাংবী, চীনবান লাংবন খোইরেল হিকুম থুমথোইববী নত্ত নরাহৈ তৈনা নশাবী ঐবু পুকওন পাউওলহনবীনে; পুক্লীং ফিবোল নাইবীনে। তাঙজ লিনগুম হু পুবী নঙনা নথংলেল ঐগী হৈনা ইতুংদা পাখং লাংজেং মথোক্লকপা, চেংলৌ শকহেনবশিংবু মীৎয়েং শানথৈ তাকবগা, পুক্লীং ঈখৌ লাংনা অপাম লাংথাক হৈবীনে। নঙদি নত্তবা শাজং কয়া হন্নরক চৎলবগু লঙজ অয়োল খক কিদবীনে। তাল্লোয় লীচং নাইদবী, খোন্নৌনা মৌনম্বী নঙনা নমু মীতোপচাগা হুংওন পুক্লীং লিতিন্নবা [২] লমলক লুখুন্না হৈরাঙ লোঞ্জা–চা, লৈরাং লোঞ্জিন চিন, তাউজিং লম্মুক্লকতুনা খোয়জী-খা মিহুল তম, লাকলৌ ফিয়াল্লম্বদি নথংলেল ঐবু রাশাদবীনে, পুন্সি লৈখা তাহনবীনে। [৩] মন্নুং থোংকা পরৈনবী, মোমনু লীচং তমথিবী নঙদি ঐগী মোংবা শঙলেল-য়ারদা রাংলেল মীৎকুপ অম-ফাও লৈফরোইয়ে, শমু খোঙ্গুল তাক্লরগনো; নপাম খোঙদানা নতু খোঙগুমখরো চৎখিরো মফম অসিদা অমুক লৈরগনো; নশাবী ঐদি খাঙঙম্লক্কবে।"

"মৈতিংঙু নিংথৌরেল-ও! মতৌ অম্লম তৌতুনা ননাই থেংগ্রানা রা মখা তানা মথং মথং অমুক হংগৎচরক্কে।" "মথংলেনবু

১। য়াইবী কনহৌ নীক্লা, কনজাও মখৈ লৈতন – কল্লক মিৎহৌবগী লোয়নন। থবায় শোক্লাশা উতুনা। ২। চেংলৌ তেনবান য়াম্বী — মমীৎচোইবী মমীৎ য়াম্বা য়াম্বা য়েংশল লাকনবী।

খোইয়ুম লাইওইননা খঙ্গরিবী, উনবী খুবম হোংদনা পুক্লীং লেপ্পা নীংজবী, য়াম্বা শুজা নমদবী, থংলেল পুক্লীং চাচন্না চংপী, তনবা নীপাচা কনাদা চেংলো মীংফম পোইদবী, নাকোং রাপৈ তারুদবী, শীন্নৌ মোইরেং য়োংকুম পুক্লীং রাচুম সুবী, চীঙশাং খোইরেল হিগুম পুক্লীং ঈঙনা তপ্পী, য়াথং খোঞ্জেল থুমখোইবী মশানৌ আমিনা কৌবীদি থংলেনগী চীনগোয় ময়াথং য়াক্ল-য়াক্লবা য়াম্বা মীচৈখোলশিং না তারগা লোইবী চীঙজাওলা থক্তা ননগুমলে। আমিনা কৌবীদি হক্লা খাঙফম লৈফম খঙলক্তনা মীংলু পিরাং ঈহৌবক মীংকোম লাইজ মীংফম তাউনা মশাবী আবুলগী মফম্নাংদা য়াথং অরেপ্পা, মুংশি কোল্লোয় অমেংবনা হীকহাইননা হায়জরকলে "হে থংলেল ইশাবী ইবুংঙো, পায়মা করি খোয়নো পাম্বুবা! মোমমু মুজা ওইবী ঐখোয়গীদি মপুরোইবনা খোইযুম লাইনি চেংনা হায়নৈদো। মপুরোইবগী মতীক্লা মুজা ওইবীশিংগী মতম পুম্বদা চেংলো শক্কোয় হেন্নৈদো। ননাওগী খোইয়ুম লাইওইরবা! ইথংলেন ইমান মচা নঙবু তাইবঙ পান্দা কয়ন্না ছল্লাল্লসিগে। চেক্লা ওইবা থরায়নদি থংলেন নঙবু থাদোকচরোইয়ে। মোমমু ঈরমচং ক্তবনা পুক্লীং মখোয় তোং, অপাম ময়ায় কা, তাইবঙ মীতোপচা কনাগী হৈয়াঙ লম্লান চা, তাউজিং লম্মুক্লরুদবীনে; থংলেল নমদা হুন্দবী ননাওনে। থংলেল চীনগোয় নয়াথংবু হীক্তোক্তনা লেম্না থক মাঙহজরক্ত-বীনে। তাইবঙ তনবা নীপাচা কনাগস্থ য়াথং পাউশানা চীনবান মোইকাই কাঙ, কোল্লোয় পাউশানরুদবী শানৌনে। নশানৌগী নত্ত লীচংনা তনবা নীপাচা কনাদস্থ [৩]মীংমৈ শেনগায় তোরাম্নদবী, নাকোং রাপৈ তারুদবীনে। নমু মীরমচং ছোনদববু নশানৌদি থক চত্তবীনে। থংলেল নকাদা লোঞ্জা লোম্থুপ্পনা লঙজ অয়োল লৈজদবী, রারম অচুম্বা, য়াথং অরেপ্পবু চাজন্না চংপী ননাওনে। ননাই তোল্লবীবু লাম্না লৌবীহুনা থংলেল লুংনা খোঙ

১। লমলক লুথুম্না—লম্নত্তা নীপা ঙাঙনবা। ২। মনুং থোংকা পয়েনবী—লোম্ন-থুপ্পা [কনা খঙহন্দনা] নিপাগা তিন্নবী। ৩। মীংমৈ শেনগোয় তোয়াম্নবী—মীংচিনা হম্না রূতোপ্পা অমবু য়েংলুদবী।

মীয়ামশিংগী মরক্তগী কনা কনাবু মাঙ্ন-তাক্লবা তৌবা অসিস্তু ঙাইবঙ্ কনানা চংন তৌনদবা অঙকপা চংলম অমনি। ঐনা ঙসি কোরৌদা লৈপাক শরা শন্না লাউথোকখিবা পাউজেল অত্থুনস্তু ঙসি অহীংদগী হয়েং ফাওবদি পন্নফম অসিদা তাইবঙ কনা অমা লাক্লুনা অমুক চঙলগদবা লৈত্রেয়ে। অত্থুগা হয়েংদগী কোয়ৌ হুমিত্তা পনফমদা মী হাপ্তবস্তু য়াদে; অত্থুনদি কমদৌবা? ঐগী থবক্তি ঐন তৌজরগা, ঐনা নীংবা থুংগদবনি। পন থিংবদা হাপ্পবা তাইবঙ অসি অতৈ কনা অমা নত্তনা, খাঁগেম্বা ঐ ইশান্নক হাপ্প। তাইয়ে নিংথৌ ওইবনা হান্নখিবগী ময়াথং তুংইন্না থাগেম্বা ঐনা লৈপাক্কী মী অমা ওইনা চত্তুনা পনফম অত্থুদা ফমত্থুনা লৈরুরগা অদূ মঙায়। ঙাইখো থাগেম্বা নঙবু তাইবঙ কনানা ফাবীগনি? কন্নিগী ফাল্লোয়দগে? পন শঙলিবশিংনা ঐবু, নঙদি লৈপাক অসিগী মপী-মপা ওইবা নিংথৌনে; ময়ুম তরেংকী লুচিং পিবানি; মত্থু চুম্মী। হৌজিক চংকদৌরিবদি খাগেম্বনে। ঐদি নিংথৌ অমদি ময়ুম তরেং পুবা পিবাগী ময়াথং ঙাক্লা চংপা, নিংথৌগী ময়াথং অত্থুগী মখা পোন্নবা মনাই অমনে। লৈপাক মীয়াম স্তিনবা মতমদা, লৈপাক খ্বাইবু থঙনবা নোংদম্লম্বা অত্থুদি নিংথৌনে। মরম অসিদা ঐবু কনানস্তু চিংনফম, থন্নফম করি মরম অমত্তা লৈতে। তাদবা তারো, থঙদরা মখৈস্তু লোইন্না ঙম্না থঙলো হান্নদুনা নিংথৌমকস্তু মচীন্না থোক্না লাউথোক্লমলে। নিংথৌগী মনাইনস্তু লাংগোই শগোল তোংল্লুনা পাউজেলখরে। পাউ অত্থুবু তান্না তান্না, থঙন্না থঙ্না লাক্লুনা পনফম অত্থুদা লৈরম্বা মীবু হাপ্তরবদি নিংথৌগী ময়াথং, ময়ুম তরেং পুরা পিবাগী লেঙফ-হোংফত্রবা ময়াথংদি অরেপ্পা মৈতৈ চংলম তারেদনা; মহাক অত্থুদি ফাদুনা হাপ্পকদবনে। মখোঙনা থোংনা লাকচরবদি নিংথৌগী মত্তীক ঙাকপত্রে।" অসি হায়না রাখন্দুনা মৈতিংগুগী সনা পুক্লীংবু তংতান্না লেপ্পবদা, মপাল চাংজৌ নাইত্রবা অরাবা রাখলশিংবু থরদি হম্বুরত্থুনা হয়েং কৌবা ইস্নুং ঙাম্নকপা মতম্বু ওইরক্লবগা থেঙগদবগী কমজাও ক্রাংথোজ পাবনথক্তা লেঙশীনগা থৌরাঙ তৌনা ঙাইহুনা লৈথিয়ে।

# পনফমদা ৱাইথুংলরবা

মতম অসিদা ঈরীল তুরেল মপান্দা তাদুনা পাঙবা পাওল আব্দুল মিয়ানা মাগী তাল্লোয় নাউপুরিবী, নাউৱা চিংনরিবা অতুগী মরমদগী থোই-দোক্লা চিংনা পরৈ লৈখিবনা. মপূরোইবগা অয়ূক্তগী চাদ-থক্তনা য়েৎন-নৈনরকপনা [1]কোরৌ হনবা মালেম অঙানবস্থ নুমিৎ মথোঙ চঙখিত্নুনা অমম লৈখে তাল্লক্লে। মতম খোঙৱায় অশুম অশুম থেঙজীল্লক্ত্ুনা তুম্ন-হীপ্নবগী মতম ওইশিল্লক্লে। খোইয়ুম লাইগী চীঙু্ নোংদমখোল কনখিবনা মথংলেল আব্দুল মিয়ানা আমিনাবু খল্লূ-খল্লুরগা [2]য়াইবী মন্নুং হৌ. তিল্লাং মখোয় শাউ, নুংঙাইখিদবনা অশুম চাকশীল্লক্ত্ুনা ‘তুরেল মোংবা ঈরম তূশা খায়বগুম হৈরাঙ লোঞ্জা চাত্নুনা লৈরাং লোম্জিন্নরুবী ওক্তবী নূপী অসিমু অমুক হন্না ঐগী ইরাল মোংবা শঙলেল য়ায়দা পন্থত্নুনা থমথরোই ; পুন্সিগী অরোয়বা ওইনা মাবু সেৎন-খাইনখিরগে” হায়না মবুক্তা চপ য়ুংনা লেপ্লত্নুনা “হে তাল্লোয় ওক্তবী, লমকেৎপীও ! নঙগা য়াৱা কোল্লোয় শাংথনা অমুক চীন-ফেম্নত্নুনা কানররোয়য়ে। মোমন্থ লমচং তমথিবী নঙদি ঐগী মোংবা শঙলেল য়ায়দা হৌজিক্তি ৱাংলেল মীৎকুপ অম-ফাও শমু খোঙ্গ্ুল তারগনো ; মপাম খোঙদানা, নহু খোঙ্গ্ুমখরো, চংলো. মফমসিদা লৈয়গনো” হায়না আমিনাবু মপাল-লাংদা তাম্থোরক্লগা, আব্দুল মিয়াদি থোঙগী নাত্তে লোন, শীংচেপ কাঙফৈ থাজন্দুনা কৌবমক তাদনা ফমজাও কানা হীপথখরে।

মতম অসিদা আমিনা কৌবীনা থোক্লিবা থৌদোক অসিবু হন্থনা খল্লুরগা নুংঙাইখিদবনা পন্থেংলবা কায়না মৈচাক্লা মীংলূ নাপোম অনীমক্তা লাইজ পিরাংবু হন্নদি শিন্থরক, পুন্সিগী অরোয়বা পন্থেং ন্নোনা ৱাখল তৌরকয়ে,—“মশানৌ ওইবী ঐ অসিনা নীপীমচা ওইবীগী মীংয়েঙ নত্তবা শাজং চত্নুনা অকায় অরাল অহুই অমতা কনাগুম্বা তনবা নীপাচাম্শিংগী

১। কোরৌ হনবা মালেম অঙানবা—নুমিৎ। ২। য়াইবী মনুং হৌ, তিল্লাং মখোয় শাউনা=থরায় শোক্লা শাউত্নুনা।

মফমদা। [১]হৈরাঙ লম্লালচা, তাউজিং লোলহায়নরুবস্থু লৈখিয়া নত্তেয়ে। মসিদা মশানৌ ঐগী [২]শীনয়োমনুংদা লৈরিবা নাউরা অসিবু মাগী মবুক্তা চিংন পরৈ থমখিবনা ঈপী ঈরা তানা হন্না হন্না কয়া হাম্লজববু [৩]অখা থোক্লা য়াথং নুঙগায় হুনবগুম অহোয়নত্নুম হকনা তাথীবীথরে। মরম অসিবু হয়েংগী ঈন্নুং কোরৌ ঙাল্লরুবদি যুম্নলোল কৈরোম্নরিবা. কৈরোয় লৈকায়গী ইশুং ইমান্নবী ইরেংগা. ইচেম-ইনেম, ইবুঙ-ইপ্‌া, অহল-লম্মনশিংনা লৈকায় খুনগং শরা শম্লা মহৈ মহৈ তোয়না তানা খঙনরক. নাপা চীক্লা মুশু মুশু ঙাঙমত্নুনা অখাবা মীৎয়েঙনা ঐবু [৪]চৎলম থৌলিংদবীনি হায়দুনা নমথিবা অপূম্বা অমগুম পামদবনা মীপাউথোকপিত্নুনা লৈকায় য়াথোক চাউবীনি হায়নারগনিয়ে। অসিগুম্লবা অথীবা মীৎয়েং অসি মতম নোংশাংনা নাপা শীংজা য়ৈবগুম তোয়না হেক হেক তাদূনা তাঙ্‌জ ঈকায়বা হন্না হন্না ফংলক, তাইবঙ মালং পানসিদা থম্মোয় নিংদোল পোমত্নুনা হিংগদবা শরুকপুদি তাইবঙ শমু হকচাং কানদবসে থাদোক্লমত্নুনা থম্‌ং সরা তান্, [৫]অমল থরৈ কূমখিবনা তোংজবত্নুম ওইরগনিয়ে। ইথংলেনগী চিংনরিবা লম্বী অসি কোরুবা থৌ পুখ্রগে। ঐনা মতম নোংশাংনা হিংত্নুনা তাইবঙ্‌সিদা লৈরবদি মাগী ঈকায় শেনগোয় হাঙনা মায় ফিক্লক খুম্বা তাবনি। ইপাম লমদম মুংশিবী. পোইরৈ লমদা হন. [৬]ইত্নু য়ুমদস্থু অমুক খোঙদারয়োইয়ে। ঙসি কোয়ৌ মুমিত্তা লাংগোই শগোল তোংত্নুনা কংলৈ মপূগী পাউজেল অকনবা লাউরম্বা অত্নুগী সনা য়াথং মতুং ইন্না ইন্নুং লৈনা থেঙ, নোংয়াই চবুক লোল্লকপা মতম অসিদগী ঐনা চত্নুনা পনফম অত্নুদা য়ায়থুংত্নুনা লৈরুরগা অত্নু মঙায়য়ে। হয়েং ইন্নুং তৈনা ঙাল্লবদা পন শঙলিবশিংনা ঐবু ফাত্নুনা

---

১। হৈরাঙ লম্লাল চা, তাউজিং লোলহায়নরুবস্থু=অতোপ্পা নীপাগা লোম্ন-থ্‌প্পা (পাম্নবা) ঙাঙনরুবস্থু। ২। শীনয়োম নুংদা=গর্ভদা, অঙাংবু শীম্ন-থুংনা য়োমশীল্লিবা নাউয়োমগী। ৩। অখা থোক্লা—ভমথিনা। ৪। চৎলম থৌলিংদবী=লমচৎ নাইদবী, ঙরুবী। ৫। অমল থরৈ কুম- শিবা, অমনবা কাম্নদবা হকচাং থাদোক্‌না। ৬। ইত্নু—ইন্নুং নক্কগা ইপরা।

# আমিনাগী পাউলামক

অয়ুকী কাইরে য়েমথোং অঙনবা চীথেং ফিজুল হুলকপা। মতম অমিদা ইমুং ওানবা মতমু য়ানা খৌরাংনা (খাওনা) লাইরক্তুনা য়েংলিংবনা খোয়-য়াওনরবা, ভূপম, হীপকম, চাকম খওদনা লৈরক্কবা লাইরেল মৈথিংওু য়াইফবা সেনখী খাগেম্বা পন্থৌ নপাকুম্নু য়াংলেন লাইহাক তুমখুল ময়চং ওইনা উইরোল-উইরোল চেম্লুবদগী কাইরে য়েমথোং অঘিবমু না তারক্তুনা খোমলেল মিকপ থোরক্লে। "মতম থোংবায় খেংখিবা মরে, নোংঙাল অযুক য়াকৈম্নগে" হায়দূনা য়াভাম্রবদগী লেঙখৎলক্তুনা কাংথোল য়ারি পাবন থক্লো ফমদেংনা। [1]তাইবঙ থরায় অপকমাবু লাংবন কাওরেল শনসেলবগুম অয়ুক কোম্থানা মুমিদাং কোনশেনবীরিবা [2]অপোক লীহুয় নোংদম্বা [3]চীঙঙ মতীক অঙনবা, খোইযুম ময়ায় অরাবা শিদ-নাদা য়াই ওইরিবা "হয়ি" মিংলেলবু শোল্লক্লে। লমহৌ খোংশাল্লগে হায়দূনা অহীং খোয়্রেল তুমখুল তাল্লুবগী তাংজ শম্লাঙ চোইনা তাবর সনা খংনা শীংনা নাম্না খোমজীল্লে। খাওশেং চরৈ নাম্থোক্লবসু চরৈ ফিজী খোম্না খাওশেং চরৈ লাক্লা সেংচিল্লে। অহীং মীয়েং নাউগুম্লবগী সনা পূক্লীং মুংবংলুবসু য়াথল লৈচঙ-লৈতানা নাতোন লমদাঙ অনীদা তত্তনা হোল্লিবা পাবোং লোনবা উনবী নিংশাবু মতাঙ শাংনা চনীং য়াকম য়ৌনা হন্দোক হঙ্জিন শাম্নতুনা য়াথল লৌশিং চোইজাইনরম্বসু চেংনা ফাজীল্লে। অতুগা সনা খংনা মালেম লৈমায় সোক্লা "মালেম লৈমা শিদবী"বু লাইবক থেল্লাই সোক্লা পুক্লমজরবদা, উনবী নিংশানা লৈবা ঈহুলবু ওয়-য়েং য়েংহনা মতাঙ শীংনা চিংশিল্লগা, মালেম লৈদা সনা খোঙলেঙ থরক্লে। মপাল লাংগী ম্যাংগোল খেঙ্গংলাংবু য়ৌরবদা, নোংপোক চীথেং ওন্দনা তুথপ অহুমগী

---

১। তাইবঙ থরায় অপকমাবু—থরায় পাল্লিবা মীওইবরু। ২। অপোক লীহুই নোংদম্বা—অপোকপা নোংদম্বা মপু। ৩। চীঙঙ নতীক অঙনবা—নোংদম্বা মপুগী তৌ-ওবা ময়ায় মঙাল অরাঙবা।

মন্নুংদা "খোইয়ুম মঙাং শিন্নবনা পুবা কোল্ল্পকী নৌনা খেঙ্গোংলকপা চীথে ফিত্থপ'' য়েংত্থনা "য়াইফ মহৈ তানফংজগে'' হায়না থম্মোয় লকান্নুংদা উনবী পরৈ চেংনা থাগোম্মত্থনা থুরুমজরক্লে। অত্থগা চীঙঙ্ লাইনা থাবা লাংলেল কোঙয়াঙ য়া, শংগাই চেপশী পয়াবু পোরোঙ কারন স্থনা চীনকুপ চীনশেঙ মায়শেঙলত্থনা, চরৈ ফিজোল থুনা থোঙ্গীলখিরে। অত্থগা নবুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংববু চেংনা থাগোম্নরগা "ঐগী ঈথৌ পাথোক্লরগে'' হায়দুনা মঙাইরোইশিং কন' অমতা সনা থৌগল তুংইন খোঙলোয় য়াওদনা, সনা খোঙনেং ওইনবা লাংগোই শয়াঙ থক্তা লেঙথংখিত্থনা লমলেল ঈথেথোং য়োনবা থুনা য়াঙনা লমহৌ খোঙশাল্লক্লে।

নোংঙাল তুবুম হুল্লকপগী অমম অঙাল শিন্নরকপা অঙনবা মতম অসিদা পন শঙলিনা তনবা নীপাচা য়াথেদি ঈথৈ পনথিংলিবা পনফমদগী খরা লাপ্তক্লা লৈনরিয়ে। মতম অসিদা পনখোঙ ময়া অত্থদা চরৈ ফিমু অমনা মকোক মরু থুমজিল্লত্থনা মায়থোঙ মকা ফোংদনা দোম ফম্লত্থনা ম্নংশি অরা লালনংনা লৈরিবী আমিনা কৌবীবু পন শঙলিবা খ্বাইনা মথঙ মথঙ লাপ্তক্লা চেংলৌ শক উনরক্লে। পন শঙলিবশিংনা "লৈপাক মচাশা! পনফম অসিদা লৈরিবা অসিবু কংলৈ খোম্বা কোংকোল পাখঙবনা তাইবঙ নীপী চাগী শক্তম অমা ওইত্থনা শালওল্লগা 'য়াথোক্ত্না কংফাল অসিদা লৈরলেদন।'' হায়না মহৈ মহৈ ঙকচাননা ঙাঙনখিরময়ে। য়াংলেল ঙাইহাক ঙকচাননা লৈনরবদা ইন্নুংবা নোং পুমঙাল ঙাম্থোরক্লবদদি তাইবঙ চনুরা অমা খোইমোম মপোক লাংওলগুন্নবী নীংথিরবী শক্তম অমা ওইরমলে। পনফম অত্থদা ফমত্থনা লৈরমলিবী আমিনাগী নাক্তা পন শঙলিবশিংনা চঙশীল্লক্ত্না আমিনা কৌবীবু নপাবুং মৈতিংঙ্গী মপূ সনা য়াথং কায়ফদনা অরা মপাউ অমুক হংলুবম্ন তৌদনা ঈথৈ খোং থিংলিবা পনফম অত্থদা মহৈ মহৈ হাপফদবগী থৌরাঙ তৌরক্লে।

১। য়াথোক্ত্না—থোরক্ত্না।

মতম অসিদা পম্থো নপাবুংন্তু "লৈপাকী য়াইফ লম্বী ওইহৌনবা কোরৌ ঙসিশিদি ঐগী পুন্সিগী অরোয়বা ওইনা তাইবঙ মপোক সোরফদনা থাদাক্লগদবনে। খোঙরায় থেঙ্খিবা তারে, য়োরগে" হায়দুনা সনা পূক্লীংগী চপ য়ুংনা লেপ্লহুনা তফিং তফিং, তহা তহা ঙস্তানা পনফমদা লেঙলক্তুনা হেক রায়থুংলরে। অদুগা পনফমদা সনা মীংয়েঙ্ শানথৈ তারকপা মতমদদি পন শঙলিবশিংনা আমিনাবু পনফমদা হাপকদবগী খুজিন থৌরাঙলম্লিবদু শক উরক্লে। পন শঙলিবশিংনা থৌরাঙলম্লিবা অদু উবদা, মৈতিংঙুগী সনা পূক্লীংদা থোইনা পূমঙক্ ঙকচাননা মপূ সনা য়াথং নোংদম্লকয়ে; "ঙাইখো-ঙাইখো, পন শঙলিবশা! নখোয়গী থৌরাঙ অদো, ঐন্তু লাক্লে হৌজিক্তি। কনানো মহাক অদো? মহাকী মরম অমুক্তদি হংখিসে। মরম অদো নঙখোয়বু তশেংনা মুম্না খঙলবরা?"

মপূ সনা য়াথং মরোল না তানরকপদা, পন শঙলিবশিংনা আমিনা কৌবীবু থাদোক্তুনা থম্লগা লাইরেল মৈতিংঙু নপাবুংগী সনা মখোঙ খাদা নোল্লুক্লা খুবাং চাংজৌ চেপ্না লোম্না রাকংচখিয়ে;— "মৈতৈ ময়ুম তরেৎপু থৌদা রায়েল নোংদম্লিবা, [1]ময়ুম তরেৎকী পিবা লুচিংবা, [2]পোইরৈ লৈপাক লৈমাবা, [3]কংলৈ নিংথৌ ইনিংথৌ, [4]সনা মিতম ঙানবা, হুয়েল লালজং শাফাবা, মৈতিংঙু নিংথৌরেল য়াইফবা-ও! মপূ সনা নোংদম তম্বীসি। [5]থকশী-খাশি লীক্লাং শৈরেং শৈবুজদ্রিবা তযুম নদাইরেম ঐখোয়না মপূ সনা থুয়া-খাদা [6]পুরুমজরিয়ে। [7]য়োল্লবা কাদা ঙাকপীও; লাল্লবদা কনবীগনিদো ইনিংথৌ" অসি হায়দুনা আমিনাবুস্থ য়াওনা পুরুমজরকয়ে।

১। ময়ুম তরেৎকী পিবা লুচিংবা=য়েক তরেৎ (অঙোম, মঙাং, লুরাং, খুমন, মোইরাং, খা-ঙানবা, শরাং-লৈশাংথেম (চেংলৈ) কী মপী মপা ওইরিবা নিংথৌ। ২। পোইরৈ =য়োইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কিগী মপী মপা শকপা নিংথৌ। ৩। কংলৈ নিংথৌ=ইম্ফাল কংলা মপুঙ মায়দা নীংতম্না পাল্লিবা নিংথৌ। ৪। সনা মিতম ঙানবা=অরঙবা সনাগুম মী মরক্তা মতীক মঙাল লৈনা পানবা। ৫। থকশী-খাশি শৈবুদবা=থক খা খঙনা (থক থোংবা, মখা থোংবা মচা মনাওদা ঙাঙগদবা রা) ঙাঙ শকনি খঙনা। ৬। পুরুমজরি =খুরুমজরি। ৭। য়োল্লবা কাদা=লাল্লবা (মতমদা)।

নপাম্বুং সেনবী খাগেম্বনা আমিনাবু য়েংহনা চীনগোয় পাউহংলকয়ে — "ইবেম্মা নঙ্‌হাকপু কনানো ? মফম কৈদগী মফম কৈদা চৎকে হায়না লাক্লিবা ? কোল্লোয় নমিংনা কবি কৌবগে ? কোরৌ ঙরাঙ্‌গী মুমিত্তা লাংগোই শগোল তোংহনা পাউজেল অকনবা চেনখিবা পাউবু নঙদি তাহৌদব্রা ? মফম অসি য়ৌনবা ঐঙোন্দগী নঙনা কয়ম্না হাল্লম্লিবা ? মরম অসি খাগেম্বা ঐঙোন্দা অতুক মুন্না চীনগোয় পাউদম-ও ?"

মপূ সনা য়াথং তাবদা আমিনানা [১]পায়মা রাখাক থমদনা খুবাং চাংজো চেপ্পা লোননা হংগৎলকয়ে —"লীক্লায় ইবুংঙো নিংথৌরেল য়াইফবা, খোইয়ুম লাইগী লাইমৈ হুইথবকপা লাইনিংথৌ ! ননাইবু সনা নোংদম তম্বীও। ননাই ঐদি তাইবঙ মীনে। ঈরীল তুরেল মপান্দা তাজরিবা পাওল আব্দুল মিয়াগী মনাই মুবী "আমিনা" কৌবী ননাই ঐহাকনে। সনা য়াথং পাউজেল কোল্লোয়বু ননাইনা তাজবদা ইনিংথৌগী সনা পুক্লীং থুংনবা, সনা য়াথং কায়দনবা, লৈপাকী অন্নাবা কোকহৌনবা অহীং তূমখুন তানবা, নোংয়াই ঈচীক হুনবা মতমদগী ইয়ুম ঈরালয়ায়দগী মফম অসি য়ৌনবা লাকচহনা লৈজরম্বী ননাইনে। পন শঙলিবা ইবুংশিংগী অথোয়বা মরাল লৈবা নত্তে লাইনিংথৌ।"

"হে মোম্মু, শককোয় হেনবীও। অহুদি খঙলে ইবেম্মা ; নঙগী য়ারা কোল্লোয় অসে। খোইয়ুম লাইগী চীঙগু নোংদম্মা নহাক হৌজিক পন থিংবা য়ান্দবা অসিগী য়ানবগী হাপ্পদি তারবনে। অতুবু, ঐনা লৈপাক অসিগী রায়েল থৌদা পুবা নিংথৌনে। ময়ুম তরেংকী চৎলম লূতীন শিম্বা পীবা, মৈতৈ ময়ুম তরেংকী থৌদা পুবা পিবানে। অহুনা ঐনা পীগে হায়খ্রবা, তৌরগে হায়না নীংখ্রবা, খনখ্রবা, থবক থৌরম অদুদি সোয়ফদনা পাঙথোক্লগদবা খাগেম্বা ঐনে। মতম অসিদা নঙবু ঐনা হায়নীংবদি, ইবেম্মা ! নহাক অসে খোইমোম লাইমক্লা তমজনফম ওইবী, তাইবঙ মপোক্তগী অথোয় চঙথোল্লবী, তাঙনা থোক্লবা নীংথীবী চেংলৌ

১। পায়মা রাখাক থমদনা=মবুক্তা রা অথুপ্পা থমদনা।

কনে। অদুবু নঙ্নদি খাগেম্বা ঐগী লৈপাক অসিদা ঐগী মী ওইদুনা লৈরম্লবনিনা অদুক মহায়বা হায়বদুনে। ঐনা হায়বা য়াফম অসিদা নঙনা খাজদদুনা হায়দবসু তৌগনো। নহাক্না খাগেম্বা ঐগী ইফমদা অপাম্বা, অনীংবা মরম অমতদি নি-ও। নহাক্না নিবা য়াফম অদু নিংথৌ ঐনা লেঙদনা নোংদম্লমগে।"

মৈতিঙ্গু সনা ইবুংঙো! নপাবুং নিংথৌরেলগী সনা য়াথং নোংদম অসে না তাবদা আমিনা কৌবীদি বা চেক ঙাঙদনা তুমিল্লা লৈথোকখরে।

মতম অসিদা লৈপাক মীয়াম পুম্বা "পনখোঙ্দা নূপী অমা লৈরমদুনা ফারে" হায়বা পাউবু শারা শন্না না তানরক্তুনা নহা মুবী, হন্নু হনা, অঙম অথৌ খাক্তনা, লম পুবা মায়নৌ মচাশিংসু থিংঙেল পনফমদা মখোঙ থোংনা ওম্লা লাক্লদুনা লৈপাক মীয়ামগী ঈরাঙ্ ঈহৌ চাউদম্না চেংলৌ শক য়েংনরক্লে। মতম অদুদা শঙলেল মপু নোংদম্বা অহনগা. ননাই থেংগ্রাগদি য়োজরুদ্রিয়ে। পোইরৈ মৈতৈ অতাবা অয়াম্বা হুপ্না য়েংনদুনা—"করি মরমগী মবুক্তা অমুক মুংঙাইতবা, চিংনবা ওইদুনা মফম অসিদা লাক্তুনা লৈরম্লিবা! মফম অসিদা মী চঙ্দনবা হায়বগী ঙরাঙগী কোরৌ মুমিত্তা লাংগোই শগোল তোংদুনা পোইরৈ শীনবা থুংনা মপু সনা য়াথং অকনবা পাউজেন্দুনা খঙ্হনখ্রবনে। অদুবু [1]অনু নহা ওইরিবী, চেংলৌ শকখোঙসু হেললিবী অসিগী শিনফমগী দমক্তা পাউজেন্দুনা খঙ্হনবা ওইনা থোক্ল-রেদনা। খোইয়ুম নোংদম্বা লাইগী চীঙঙ্ নোংদমখোল অসি ওম্মোক্লসু কনখ্রেদা। সোয়ফত্রবা লেঙফত্রবা পাউজেল ওইদা" হায়না লৈপাক্লা য়াউরা ইপোম ঈহৌ চাউনা তোয়না অনী তিলে ঙাঙনা, অহুম পুল্লে হায়না-রকখিয়ে। মতম অসিদা আমিনা কৌবীনা লৈপাক্লা ঙাঙনা শানরিববু হন্না হন্না না তারুরগা, তিমেন তাশোন্না থুমনা তেনবাল্লবা য়ারৌ শানা ওম্ল-থোইনা খাঙদুনা চোংবগুম ঈকায় মুংশি লাললনংনা অবা চৈথেঙ হন্না হন্না ফংলক্লবদা, খাওঙমক্তদুনা মীৎলু লাইজ ঈহৌনা লাইরেল মৈতিঙ্গু নপন

১। অনু নহা=মমুম পাল্লবী মো নহা। নাতাক্লরগা=নাদা তারুরগা।

পম্ব্লো নপাবুংগী সনা খুয়া-খাদা হংগংলকয়ে ; — "পোইরৈ লৈকোয় কম্বা, লাইরেল মৈতিংঙুও ! মপু সনা নোংদমখোল তম্বীরো ; ননাইবু পন থিংবদা য়াওজখিরগে। লৈপাক্কী মীংয়েঙ খাঙদূনা ননাইবু লৈহনবীরগনু ।"

"ইবেম্মা খোইমোম লাংঙল শাকবী ! নহাক অসিগী চীনগোয় নয়াথং অসে ওম্হোক্লা কনখ্রেদা ! সোয়ফ-লেঙকদ্রবরা ? অহুবু নিংথৌ ঐঙোন্দা নওনা অপাম্বা, অনীংবা মরম অমতদি নিয়ুবা। মরম অহু মৈতৈ পিবা ঐনা নওগী ননীং থুংনা পেলহল্লম্নগা, ঐগী তৌগদবা ইথৌ তৌরগে। কররুম্নু নওনা ঐঙোন্দগী হাল্লম্লিবা ?" অসি হায়না সনা য়াথং হন্না হন্না নোংদম্বীরকয়ে ।

মতম অসিদা আমিনা কৌবীনা খোইনা অকী তুজুংননিংঙাক্ত ওইনম্নু তাবদদি থোক্লরবা, চীঙশাঙ খোইরেল হিগুন্না থুমথোইরবী মুংশি য়াবা মপাউখোল, কোল্লোয় অমেঙবা, য়াথং অনোনবনা শৈথানা মপু সনা মাঙদা খুরু খুদক্লা শন-শা, মালেম লৈনা লৈতানা চরৈ ফিগাও শানা য়াহুনা নোক্লুক্লনা হংগংলকয়ে ; -- "ইরাবক ফংনা মপোক নোংদমখোল থীরবী, ননাই পাঙলম্নুবী ঐগী শিরমদাইগী পম্বেংবু থুংলরবা, তাইবঙ মপোক থাদোক্লমদাইগী অরোয়বা মতম অসিদা মপু সনা য়াথং নোংদমখোল অথুম্ববু ননাইদা হন্না হন্না ভাকপীরকপা, হৌজ থেংখাঙ অনীরকপু শুজিল্লক্লে । [১]ইরমচং কাঙথং নাইদবী, [২]থকশী থাশি, হোনা থোগল্লোলম্নু ননাইনদি করি থোইনবু খঙজদা ; [৩]লৌশিং নাউরা শৈদমপাল, পায়মা লিন্দাংউ শাংজদ্রিবী ননাইবু থৌলিংদবীম্নু হন্না হন্না থোকচিল্লক্লেদো ; অয়োল অরাল পুম্বা চঙজবী ননাইবু ঙাকপীও। লৈপাক্কী মপুরেল য়াইফবা ! কোরৌ মুমিংকুম থোজাও নতীক নয়ায়না চীঙবুরোই তম্বুরোইবু ঙাল্লিবা, কোল্লোয়

১। ইরমচং কাঙথং নাইদবী=লমচং (নাইদবী) চুমদবী। ২। থকশী-থাশি=মথক থোংবা অহন্দা অমদি মখা তাবা মচা মনাও নহাশিংদা থক-খা থায়না চংকদবা শীজন্নগদবা রাহৈ খোনফম। ৩। লৌশিং নাউরা শৈদমপ্পাল পায়মা লিন্দাং শাংদ্রিবী=লৌশিংদা অঙাংঙম রাখল খহুনবগী পাংগল (ভুংগী রাখল) উদ্রিবী।

মিংচৎ অথোয়বগী চীনগোয় নথোজালনা সনা নোংদম্বীববু খূয়া-খাগী ননাইনা সনা খূয়া-খাদা করি মরম্থু থৌজাল মাগ্নয়োক্লনা নিজরগা মপূগী সনা পুক্লীংদা খরদঙ্ থুংগত্রা অনী তরা থোক্লা পায়মা ব্রাখল তৌজরুববু লাম্বা ফংত্রবা নক্লাইদি থোইনত্ত্ম অমম্ লৈখৈ ওইররে। মপূ সনা খূয়া-খাদা ননাইনা পংহং হংগৎচরুরগা [1]থকশী কারন ব্রানায়দা, খাশী লীক্লেঙ্ শৈনাইদা, মপূ কারন ব্রাওয়নন [2]লঙজরুবা কয়াবু হুম্না থে ক্লগত্রা? অহুবু, মপূগী হেনকত্রবা কোরৌ নোংমদোলগুম্ ব্রাংলবা সনা নোংদমখোল অহকপা নয়াথংবু মালেম লৈদা তাহন্দা, ন ব্রাই কোয়রেল থক্তা থোং, চরৈ ফিগাও শানা য়াহুনা নিঙমজবা ওইজগে পীনবীদবদি তৌবীগনো। ননাই আমিনা কৌবী ঐগী শীনয়োম্নংগী লোইদাম থাবুম অহুমগী [3]পঙবা চেঙঙাচা নাউরা অমবু লোয়নজরিয়ে। ইরমচৎ কাঙথং নাইদবী ননাইনা [4]অমল য়াইথোঙ কুম্বা অসিদা শীনয়োম্নংগী পঙবা চেঙঙাচা নাউরা অসিবু [5]লোয়য়িল খময়িন্নগদৌরিয়ে। মরম অসিগীদমক্তা লীক্লায় ইবুংঙো নিংথৌরেল য়াই-কবগী সনা খূয়া খাদা নিজনিংবা মরম অসিমতা ননাইনা নিঙমজগে।"

"অদুনীনে ইবেম্মা! মঙবু ঐনা নিয়ু হায়রিবা নচা অহুগী মহুৎ মরেং শিন্দুনা খাগেম্বা ঐনা চংপা ওইরগে" হায়না মৈতিংঙুগী সনা য়াথং অরেপ্পবু না তা-নবদা তিল্লিবা অঙম্বা লৈপাক মীয়াম পুম্বদি থম্মোয় মরাঙ হৌ-থরাগ্ন মিরেল পাইনা ব্রা নখিবনা— "মাঙলে মাঙ্লে করমনো! সনা য়াথং নোংদম অসিবু!" হায়না ব্রা ব্রা লাউনা নিম্নারক্লে।

মহুদা আমিনা কৌবীনা ব্রা মখা অমুক তাথনা হংগৎলকয়ে;— "মহু

---

১। থকশী কারন ব্রানায়দা, খাশী লীক্লেঙ শৈনাইদা=-অহন্দা হায়গদবনা হায়দা অঙাংদা ঙাঙগদবসু ঙাঙদনা থক-খা কারন তানা থোকপা ব্রাহে ব্রাতা। ২। লঙ্জরুবা =লালশিলুবা, দোষ তৌরুবা। ৩। পঙ্বা চেঙঙাচা=অঙাংগী ব্রাইবী থরাঁয়, জীকম্মা, ব্রাবা চেঙঙাচা। ৪। লোয়য়িল খময়িন্নগদৌরিয়ে=শিবদা তংন-থানদনা অরোয়বা অথম্বা ফাওবা (লোয়নগদৌরিয়ে) শ্যাগোম্নগদৌরিয়ে। ৫। অমল ব্রাইথোঙ কুম্বা= শিবা, থরাগ্ন থাবা, অমনবা হকচাং থাদোক্লবা।

নৎচদেয়ে ইনিংথৌ, ননাইনা হংগৎচরিবদি। ননাই ঐগী শীনয়োমন্নুংগী পঙবা চেঙঙাচা নাউরা অসিদি ননাই ঐগা লোয়ননা চৎলগদবনে।"

"করিনো ইবেম্মা! নঙনা হায়রীবা রা অসিবো? শীনয়োম নুংগী পঙবা চেঙ্ঙাচা নাউরা অত্তুবু য়াইবী মথ্বায় কল্লু হায়দ্রবদি করি হায়রিবা? রাকম অত্তুদা ঐবু রাখল চাংচো লাম্বা ফংঙমদনা মমনা থোকখ্রেদা?"

"লৈপাক্কী মপূরেল য়াইক্কবাও! মপূ সনা নোংদম 'তম্বীগনিদো।' শিবা হায়বা অসিযু তাইবঙ্ ঐখোয়গী [1]হকচাং পোংথ্রাং অসিদা মাওথিবা নৎতবরা?"

"মানিনে ইবেম্মা।"

"অত্তুদি পঙ্বা চেঙ্ঙাচা নাউরা শীনয়োম নুংগী অসিদি তাইবঙলেনদা থোকঙমদ্রিবা মশক্কী। মসিদা কয়ম্না শীনয়োম নুংগী অসিনা শিগদৌবগে? শিগু শিদবা শীনয়োমন্নুংগী পঙবা নাউরা অসিগী মহুৎতা ইনিংথৌনা মহুৎ-মরেং কয়ম্না শিন্দুনা লেঙ্বীগদৌবা?"

"মহুৎনি ইবেম্মা। [2]অংগো অংগা প্যাল্লিবা পঙবা চেঙঙাচা নাউরা অত্তুবু কনবদি নহাক অসি থিংঙেল পন অসিবু থিংবদা হাপথিবগী মহুৎতা খাগেম্বা ঐবু হাপ্লগা, ঐনা মহুৎ-মরেং শিনথ্রবদি শীনয়োমন্নুংগী পঙবা চেঙঙাচা নাউরা অত্তু নঙগা লোয়ননা চৎলরোয়, তাইবঙ লেন্দা থোকঙম-হৌবনি। মসি মাবু কন্নবগী মরমদা নঙনা নিজহোগে হায়না নীংজত্নুনা শীনয়োম-নুংগী নাউরা অমগা য়াওনা ঐনা চৎপদা য়াওখিগদৌরি হায়খিবা নত্তবরা? মরম অত্তুনা ঐনা নঙগী মহুৎ-মরেং শিল্লগদবনে।"

লাইরেল কোরৌ ইনোংথৌ! মপূ সনা য়াথং তাকপীরিবা মরম পূম্বা অত্তুদি সনা পূক্লীংনা অমরোমদা (ওন্ননা) পুবীথ্রম'নে। ননাইনা হংগৎচরিবদি মত্তু নৎচদেয়ে। শীনয়োম-নুংগী পঙবা চেঙঙাচা নাউরা অসিনা হন্দক হোংঙম্লক্কুনা থোক্লগে থৌরাঙবা ময়ুম য়ুম্ফম অসিদা থোকঙম্লবদি মনিং

---

১। হকচাং পোংথ্রাং=হকচাং পোলাং। ২। অংগো অংগা=নীপা নীপী, লাবা অমোম।

থুংদবদগী ময়ুম য়ুম্ফম অমা হোংলগে হায়না খনখিবনা ননাই ঐগা লোয়ননা চংখিবতনি। মসিদা ননাই অামিনানা ইনিংথৌগী সনা থৃয়াখাদা পায়মা নুংগী ব্রাখল্লা হায়ভমদ্রবা থৌওভবু পান্দম মপা য়েংনা খিজিক্লা হংগৎচনিংলিবদি শীনয়োম-নুংগী পঙবা চেঙভাচা নাউরা অসিনা ময়ুম য়ুম্ফম মপোক লাংওল্লক্কুনা হোংগদৌরিবা অসিগী দমক্লা মনীং থুংবা য়াবা ময়ুম য়ুম্ফম অসিদদি সনা খয়াখাদা পীনবীবনু নিঙমজগে নোংদম্বীয়ু হায়না ননাইনা হংগৎচরিবনে।"

"ওম্বোকইদা পায়মা পুকচেল চাউবী ইবেম্মা। নঙগী ব্রাখল লুতুং পাউতাক অসি নীংখিজেযে, ওম্বোরক্সু ফজেদা; হেন্না কবি অমুক শীংথাদুন হায়সিবনো; ওম্বোক্লা হকনা লুখ্রেদা। ঐনা নীংলম্বনা অমা, নহাক্লা খল্লম্বদনা অমা ওই। ব্রাখল থৌরম থুপু মপু অনী অসি পুন্সিন্নতুনা অমতা ওইবা য়ারবোইয়ে। ঙরাঙগী কোরো নুমিত্তা নিংথৌনা হায়খিবা ময়াথং অকনবা শরী ব্রাশকখিবা অতু, ৎসি নুমিদা পন থিংবা লাকপা নিংথৌগী ব্রাশক্লা কনখিতুনা পনসু, নিংথৌগী ময়াথংসু তেক্ত-কাদনা থিংখিবা ওইসনু। থৌপু-নবা থৌশিল্লগে থৌরাঙবসি ইবেম্মা! নঙনদি হায়খিদবনিনা ঐনা থৌশীনবা ঙমদরে। পঙবা চেঙভাচা নাউরা অতুগী মরমদা নঙনা করি পাম্বা, করি হায়নীংবা অমা পায়মা 'ব্রাথাক[1] থমদনা হায়রোদো? মরম অদো ঐনা সোয়দনবা তৌরগনিয়ে।"

"মপু সনা নোংদম তম্বীগনি। ময়ুম য়ুম্ফম অসিদগী লৈবাক অসিগী মপী মপা ওইতুনা পানঙম্বা ওইবা, মৈতৈ ময়ুম য়ুম্ফমদা মপোক লাংওল থোকওম্বা অসিদদি নোংদম্বীবা নিজবনে ননাইনা।'

"নুংঙাইদা ইবেম্মা; পায়মা লৌশিং চাউবী! নঙগী ব্রাদি য়াওদেদা। অতুবু নঙনা ময়াদ্রবনিনা, নিংথৌগী শরী ব্রাশকখিবা ময়াথংদি সোয়বা য়াদে। শীনয়োম নুংগী পঙবা চেঙভাচা নাউরা অসিনা মপোক লাংওল্লতুনা ময়ুম য়ুম্ফম অসিদা লাকলে হায়বদি করম্না খঙবা ঙমগবা?"

১। ব্রাথাক—ব্রা মথাক, ব্রাফম অমতা (খাকপা লৈঙনা) থম্বা তৌদনা

"ইনিংথৌ! মথৎদি মাগীদমক্তা ননাই ঐগী য়াল্লিবা [১]'পাইত্রি' অসিবু সনা খুত্তা খুৎশীন্নবা থমজরমগে" হায়দুনা পাইত্রি খাউ অমা আমিনাদগী পুথোরক্লুনা ইল্লিবা চরৈ ফিজীদা হাপ্লগা খুদোঙ্ননা নপাবুং নিংথৌরেলগী সনা খুত্তা লালশিল্লক্লুনা কংলে।

পাইত্রি অদুবু ওয় থংবা সনা খুৎনা পায়রগা, সনা খুৎ য়েংনা পাইত্রি খাউগী মনুংদা হুমজীনখিদুনা য়েংবা মতমদদি করিগুম্বা মচাক অমতা য়াও-রমদরে। 'পাইত্রি' অসিদি [২]'নাউদা লৈতবোরে' হায়না ৱাংলেল ঙাইহাক ঙকচা ননা মৈতৈলোন্গী সনা পুক্লীংদা তরেৎ তরা থোক্লা ৱাখল তৌরুরগা, তিল্লিবা লৈপাক খ্বাই মীয়ামদা য়াৱা খোঞ্জেল চাউনা লাউথোরকয়ে;— "খাগেম্বগী লৈরিবা অঙম অথৌ, লৈপাক মীয়াম পুম্বা! তাদবা খঙদবা তাহৌ খঙহৌরো। মতুঙগী থৌরম নীংশিংনবা, কাউদনবা ওইনসে। তামিনা কৌবী অসিগী শীনয়োম-মুংদা লৈরিবা লোইদাম থাবুম অতুম চঙলবা 'পঙবা চেঙঙাচা নাউৱা অসিনা ময়ুম য়ুম্ফম হোংবদি [৩]'হৌ কংলৈ লম্ম-হনবনা কোনবা সনা লৈপাক অসিগী মপী মপা ওইগদবা ময়ুম য়ুম্ফমদা চঙদুনা থোকওম্বা ওইসনু।' তাইবঙলেলদা থোক্লক্লদবা থাজ কুমজা, থাশীং ৱাংমলখিবনা পল্লেম মমাগী হৈনা তুংইনববু ওইখিবা তারে। শীনয়োম-মুংগী পঙবা চেঙঙাচা নাউৱা অসিনা তাইবঙলেন্দা থোকওম্লকদবদি খাগেম্বনা হৌখিবা কংলৈ পিবা ইপূথৌ নোংদা লাইরেল পাখঙবগী নাউদা ঈ মথং লেংনা শমথব-মক্তা তশেংলবদি, কংলৈ পিবা ফম্বাল লাংদা ফমদুনা থোদা ৱায়েল নোংদম্না খাগেম্ববু ইহুৎ-ইরেং শিন্না পানঙম্বা লেপ্না ওইসনু। পঙবা চেঙঙাচা নাউৱা অসিনা পোকলে হায়বা খঙগদবদি খাগেম্বনা পায়রিবা

---

১। পাইত্রি—খাউ। ২। নাউদা লৈতবোরে—মখা পোক্লক্লদবা অঙাং লৈতবোরে! ৩। হৌ কংলৈ লম্ম-হনবনা কোনবা—ম্লেক তরেৎকী তোঙান তোঙানবা লমশিং লৈরম্মী মথৎদি— হৌ কেকে, হৌ ঙাংঙোই, হৌ হৌখুরোই, হৌ লাংলোই হৌ লোললোই, হৌ থারৈ হৌ লেমলৈ, হৌ থাঙরায়, হৌ সেললোই হৌ লংমাই, হৌ কংলৈ অসিন-চিংবা খায়দোক্লুনা তোঙান তোঙানবা মফমশিং লৈ। অসিগী মনুংদা ইম্ফালগী কোনুং অমনবা কংলা হায়না খঙনরিবা খুম্নাই, ৱাংখৈ, খুৎহাই, য়াইস্কুল মরী মফনা কোনবা লম।

পাইত্রি অসিবু লৌরবা মশক অত্থুনি। মরম অসিবু কাউদনবা খাগেম্বনা কোবে- ঙসিদগী 'পাইত্রি' অসি থম্নফমদা থম্লগবনে। ঐদি পাইত্রি থম্বা হল্লগে।" "অত্থুগা পন শঙবা, পন থিংবা নঙখোয়দি ঙসি কোয়ৌ মুম্বিংসিদা আমিনা কৌবীনা হায়জবা মরম য়াত্থু নঙখে য়না কায়দন েৌগদবনে। মাগী মনীং থুংনবা নঙখোয় খ্বায়না থৌশীন গৌবাঙবীহৌরো।" সনা য়াথং মরোল পুম্বা তাক্লম্লগা লাংগোই শয়াঙ থক্তা লেঙখৎখিত্থুনা অঙম অথৌ-শিংগা ঙাইরোইননা সনা শঙ্গায় কোন্নুং তম্না েঙখরে। তিল্লম্লিবা লৈবাক মীয়ামশিংসু থিংঙেল পনফমদগী মহৈ মচৈ ঙম্না কায়নখরে।

## শীঙ মৈচমপন মিংহুল্লবা তুংদ উংখিবা

থিংঙেন ঈথৈখেং থিংলিবা পনফমদগী লৈপাক খ্বাই ঙম্না কায়নথ্রবা তুংদা, আমিনা কৌবীনা তরা চাকলেন অনীরক চ'বক্তা, লাইজ ঈয়োৎ-লক্তবগী উনবী চফম শীৎ, তরা পীবুক লামশিল্লক, অরাম খৌরাংববু থোইনা পোকখিরত্থুনা, তরা চানবা পন শঙলিবশিংগী মফমদা হায়জরকায়;—"ইবুংলোয় পন শঙলিবা, পন থিংলিবশিং! খ্বাইগী মফমদা ঐবু মরম অমতা নিজগেবা!"

পন শঙলিবশিংনা—"হায়য়ু হায়য়ু ইবেম্মা কবিনো? করি হায়নীংবা মরম লৈবগে, ৱারন অত্থু হায়য়ু তাসি।"

"ইবুংলোয়শিং! শোয়দনা শিরগদবা ঐদি কোরৌ ঙরাংগী অয়ুক্তনী হৌত্থুনা তরা খুৎপুন অনীরক হুক্তা, লাইজ ইয়োৎলক্লিয়ে। নচনবু তরা থোইনা লামখিবনা উনবী চফম নীক্লা পুকওল্লে। খৌনাও চরমসু কংখি, তিল্লাং ঈরীক পক্তবনা চীনবানবু থক খাসু কংশিল্লক্লে। তাইবঙ থরায়বু হিংনরিবা তরা মাবু খরদঙ থোংজত্থুনা চান-থক্লবা তৌজখিগে। থম্মুং শরা তান্দুনা শিবা তারবসু নচনগী অরাম খৌরাংলিবা অসিদদি কোকহঞ্জখিগে।

চাবা থকপা পন্দোল লোম্লবগা ঐবু থিংঙেল পনথিংবা য়াওবা ওইহনবীয়ু।" ন্না অসি তাবদা পন শঙলিবশিংনা আমিনাগী থোং-থাক্কুনা চানা থক্লবা মপোৎ মচৈ নিংথিনা খুজিন থৌবাওবীগ্গনা পীবীরে। অতুদ, আমিনা কৌবীনা থিঙেন পন অতুগী লাইজ ঈরাঙমাদা চানা থক্লবা থৌবাঙজে। পন শঙলিবা নীপা অমনা আমিনাগী তন্না লুকথোঙ তম্নবা মৈ, শংলৌ য়েনফুৎ মৈ, খাম্বী মৈত্রেং অবাববু শীং খুদাপ (খুলাপ) লাংছুই লাংনা অকংবদা চুখৎলগা লানথোক্লুনা থমলে। খাম্বী মৈচাক্লিবা শীং মৈচম অতুবু আমিনা কৌবীনা মথুৎনা পায়খৎলগা তবা ফু হৌফম ঈরাঙমা তা লাম্হোক্কে হায়না থিংলিবা পনতুগী খোংফৈত্তুদা খোঙকাপ নাউবৈ থাংনা নেৎ তোংলহুনা লাল্লকয়ে। ঈথিংলিব পন অতুগী ময়ায় মপামক হেক য়ৌশিল্লকপা মতমদি মফম ইখঙ খঙহৌদনা নেৎলিবা খোংফে অত নাম্হোক্কুনা মৈচম শীং অতুগা লোয়নননা পনখোঙ অতুগী লাইজ ঈবোল ন্নুংদা আমিনা কৌবীদি তাখিবে।

মতম অদা পন শঙলিবা মখোয় ময়াম চেনশীন্নবক্কুনা য়েংলবদা, আমিনা কৌবীগী মশক্কা, শীং মৈবা মৈচম অতুগস্যু উবা ফংদনা মফম অতুদা অদুম মাঙথোকখরে। পনথিংব মখোয়শিংস্যু থৌদোক অসিদা পুমঙক ঙক্লতুনা নিপা অমনা সনা কোম্লুংদা চেনখৎলক্কুনা থোকলিবা থৌদোকশিং মরম পুম্বা পন্থৌ নপাবুংদা হংগৎলবে। পাউ অসিনা তাবগা নপাবুং মৈতিংঙুস্যু শঙলেল মপু লৌবেম্বা অহনগা, ননাই থেংগ্রাগা অমুক হা কুমহুনা মফম অহুদা ঈরাৎ থৌনিঙ্গুনা পনফম অতুগী কোল্লোয় মমিংবু "শীং মৈচম পন" হায়না মিংছুল তম্খবে। পোইরৈ শৈশকপা, রঙম চেংথা-নবনা মতুংদদি শীং মৈচম পন হায়না কৌরম্ববু "শীংঙমৈ" হাযনা মিংগৌ-খিরে। য়াইস্কুল লৈকায়বু খরা চাউনবা য়ুম্ফাল তুরেল ঈখোং অমনববু লাইজ ঈথৈহুনা "তুরেল অহনবী" হায়না কোল্লোয় মিংহন্দুনা মৈতিংঙুগী সনা পুক্লীং থুংনা য়াইস্কুল লৈকায়বু নীংথিনা চাউহল্লে।

পন্থৌ নপাবুং সেনবী খাগেম্বনা পাইত্রি খাও অতুবু সনা শজায়-ন্নুংগী

ইমুং লুখুম কাগী মায়খল ফকতোপ্তা নীংথিনা য়ানশিন্দুনা থমখিরময়ে। পাইত্রি অসিগী মরমদা সনা পুক্লিংদা মুংঙাইতবা, চিংনবা অমা ওইহুনা কয়া থোক্লা রাখল তোহুনা লৈখিরময়ে। মতম অসিদা আমিনা কৌবী অহুবু লৌবা মপুরোইবা আব্দুল মিয়ানা মশানৌ আমিনাগী পাউ অহুবুনা তারক্লহুনা থোক্লিবা থৌদোক অসিদা থোইদোক্লা নীংবা কায়বা, মুংঙাইতবা, অচাকপা কয়ামুক ফংবা ওইরহুনা তাবগা অহুম্মক পনভম অহুদা লাকখি-রমম্লে। আব্দুল মিয়ানা রায়থুংলববা মতমদদি তাইবঙ কনা অমতা পনফমদা লৈনরমদ্রে। মফম গহুদগী সনা কোম্নুং তাম্না কাখৎলক্তুনা পস্থৌ নপাবুংবু পুকমলৈযে। মতুদা পস্থৌ নপাবুংনা মখোয় অনীগী থোকখিবা মরম অহুবু হংবদা, আব্দুল মিয়ানা ওইখিবা থৌদোক পুম্না মথংশীৎনা হংগৎপদগী; সনা পুক্লিংদা চিংনরম্না খবা কোক্তুনা, নোংদম্বা মপুগী কোল্লোয় মিংলেল অথোয়ববু নীংশিংহুনা লৈখিয়ে।

পাঙল আব্দুল মিয়ামু পস্থৌ নপাবুংবু খুকম্লমদনা মশানৌ আমিনা নুংশি খোয়দাজবীনা কয়ারক হন্না মাঙদা হায়জরকখিবশিংবু হন্না হন্না নীংশিংলুরগা, থোকখিব থৌদোক অসিদ… মথং মথং খন্থকরগা অচাকপগী অচাকপা মক্তনা মতম অমতদা ( আব্দুল মিয়াগী 'থম্মোয় লকাদা ওক্তনা রায়থুংলরবদা; রাখল লায়থুং মৈচ কখোল কোরবা ঙাংলৌ লম্বী অমা ফংখিদরে। লাইজ ফংবা লেমলৈগুম, মরূ লেলফু য়াওদ্রবা পামেল উনা তৌবগুম তাইবঙ মালং পানসিদা হিংলি নৈরি হাযবদা মঙায়খরে। আব্দুল মিয়াদি মুংঙাইতবা, অচাকপা, নীংঙম্লক্তবা, ঈনায মায়থী ফংবা কয়ামুক্কী রাখল্ল। চাউনা থুম্লাৎলক্তুনা অঙাওবগী পান্দমগুম সনা কোম্নুংদগী হনখি।

মৈতিংঙু নিংথৌবেল যাইফাবাও! মতৌ অম্মুম তৌহুনা লেমনা মাঙকদনা লৈবমলিবা পাইত্র অসিগী মরহু লীখুল চাউনা থৌদোক্কা কোম্লনা থনমখিবনিদো' হায়না নোংদম্বা শঙলেন্দা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবগী সনা মাঙদা অম দ লৈপাক্কী মনা ওইরিবী ইবেম্মা য়াও সোম্বীগী মফম্লাদা গোনোক খেংগ্রানা মথংশীৎনা হংগৎখিরময়ে।

কোরৌ মুমিং অচৗবা, থবান মাকমৈ অশেঙবা (থবী চৈচেন্নদবা, থবা লাপ্পনংদবা) অমদা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবা নিংথৌরেল্লে, ফমদো অঙম্বশিংনে, শঙলেন্দ মপু নোংদম্বা লৌরেম্বা খোংনাং তাবনে, গোনোক গেংগ্রানে নোংদম্বা শঙলেন্দা লেঙশীল্লে। মপারী নাউরা লাইনিংখোম্বগী কোল্লোয় মিংচুল অমুক নৌহৌনা তম্নবা মরম্ থৌশীল্লে। মতুদা নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বনা মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গাওবগী সনা মাঙদা হংগৎলকগে, -"লাইলেল মৈতিংঙু-ও! থবী চৈচেন্নদবা কোরৌ ঙসি অসি নপারী নাউরা লাইনিং খোম্বগী কোল্লোয় মিংচুল অমুক নৌনা তম্বদি পম্মৌ নপা ইবুংঙো খোইয়ুম লাইবমলেন্দা তিনগ্রবা সেনবী খাগেম্বনা শরী রাশক্তা কোম্লনা চেৎনা সনা সঙ্গায়নুংদা থনম্লবা মাঙফদ্রবা পাইত্রি খাউ নিদো। অসিগুম্বা খাউ অসিবু নপারী নাউরা ওইববু নাউথেম্বা ঙম্লক্রবদা, হন্দক্তা নৌনা তানফংলরেদো। মাঙগী থোথোক রারীবু চাউনা লৈরিবা পাইত্রি খাউগী কোল্লোয় মিংগা, নপারগী কোল্লোয়গা অনীনা অমতা ওইনা তিন্দুনা কোরৌ ঙসিগী অমুক নৌনা মিংচুন মিংলেল তম্বদি 'লাইনিংখোম্বা পাইখোম্বা' কোল্লোয়নরসি" হায়না মপারী নাউরাগী কোল্লোয় মিংচুল তমখিয়ে।

'নিংথৌরেল লম্বুবা" কৌবা লাইরিক্তা পাইখোম্বা বৌখিবগী মরম্সু রাঙরি। মতুদি—"নম্ব মৈতিংঙু সেনপী পাইখোম্বা-ও তৌনা কৌয়ে। সেনপী পাইখোম্বা কৌতারিঙৈতি মৈতিংঙু পোইরৈ খুনখোমপা তম্নমু নাইখোমপা-ও তৌনা কৌয়ে। মৈতিংঙু পোইরৈ খুনখোমপাতি হাওরৈ নোংপোক লা পাংপারম সেনপী রুপাইকোল পাইখু লমনুংশি কৌপাতি কতৌ নোংকিনো? নম্বরা চীঙখোঙ পোইরৈতোনগা মতে লৈমা লৈনাউতাপিকা সেনপী সিতাপা, কপো নাতাপাপু খুনখিরকপাতা, চীঙখোঙ পোইরৈতোম্না সেনপী মীরু মীরৌনুংতা চঙলাপাসু মতে লৈমা লাইনাউতাপিমা পামেন রুপু পায়না কোম্না কপলমম্নে। অতু নোংকীপু পাইকোল-ও তৌনা কৌয়ে। পাইকোল থোন মরকতি সেনপি কোংঙান তারুং চানা থাঙলেল মখুংসু সুনা মনক্তা খৌতু কেনমলাকাপু লাইচা মীতা তুমনা লমকনপাপু পাঙন থরুক মেনতাংচানা

পাওন মীরমথৈ থরুক অতুম্বাপু করম মুনখিপানো। পামেল রূপু পায়না কোম্না কপলময়ে। অতু নোংকিপু সেনপি রূপায়কোল পাইকোল লমনুংসিত। খৌসাপানে। হুরেল লালনিকিতি পাইখু নিংথৌ লকয়া লালথোম্বাংপু কায়না হুলপে ( লাল ওমলে। ) তুপী সনা মচুংলেলকি খিংথোংখিয়ে। লাইরেল মৈতিংঙু পোইরে খুনথোমপা তম্নম নাইখোমপা কৌপাতি কতৌ নোংকিনো ? নুরা কাপো সেন্কোই তোংলে। লাইরেল মৈতিংঙু সেনপি পাইখোম্বা পাইখু নিংথৌ লকয়া লালথৌম্বাংপু কায়না হুলপা-ও তৌনা কৌয়ে।" অসৃম্না ম্নাওরি।

"পাইখোম্বা" কৌবা মৈতৈ নিংথৌ অসিগী মিংথোল্লিবা অসি মিয়াং' নত্রগা "মিয়াংশীংকক্" হায়রগম্ম খঙনরবা "মিয়াং শীংকক্ নুংলোল" কৌবা লাইরিক অসিদম্ম য়াওরম্লিবদি "লালশোনবীদা নিংথৌ মচা অমা লৈবে হায়বা পাউ তাবদা। মীয়াম্না অদুদি নিংথৌগী শামু যাইশা খরে অসিবু থিহনসি হায়দুনা শামু থাদোক্তুনা থিহল্লি। মীয়াম্না কবিনে। হংবদা লৈপাক অসি নিংথৌ পান্দরে ; অদুগী নিংথৌ থিরিবনে হায়না পাউথুময়ে শামু অদুদি মীগুম্না শিংবা শামুনে। মহাক্কী মতুং ইন্না মী চত্তুনা থিবদা, নিংথৌ মচা অদুদি পাই অমা য়াল্লগা কৌজেং ফাবনা লৈরম্মী। অদুবু শামুনা উবদা, চেনশীনখিদুনা শামু অদুগী মনাওম্না কোত্তুনা ফারে। মনম্গন্দা হাপকৎলগা পুরক্তুনা কোম্নুংদা থম্লরে। মীয়াম্না নিংথৌ লাইনা থাবনি হায়নদুনা মহাকপু নিংথৌ হাপলে। শামু অদুবু লৈপাক মীয়াম্না পেল্লদুনা লফুনচিংবা অহাও-অথুম পিজরে। শামু অদুনা চাবা লফুবু মতোন চোংদুনা হৌরকয়ে। অদুবু মীয়াম্না "নিংথৌ পোকপা লফু" হায়না কৌয়ে। নিংথৌগী মমিংদি পাই য়ান্দুনা কৌজেং তাল্লময়ে হায়বগী 'পাইখোম্বা' হায়না কৌয়ে।" অসুম্না য়াশরি।

অসিগুম্বা "মিয়াং শীংকক্ নুংলোল"। "মিয়াং" হায়বদি মরাল অমদগী মানা ফংজবা চৈরাক; হায়বদি ফত্তবা ওৌরুবা মরালদুগী মতুংইন্না মশাগী

ফংফম থোকপত্নু মানা ফংজবা হায়না; অদুগা "শীংকক্" হায়রগনা অকক্লব্রবা সোয়কফদ্রবা অমনি হয়না; "মুংলোল" হায়রগা অরোল-অথুপ ওইরিবা মুংগী অক-ফত্তা থোক্লিবা থৌদোকশিং অদুগী মরোলশিং নত্রগা মরম হায়নগুম খঙনগনি।) কৌবা লাইরিক মমিং অসিমক্তা "মিয়াৎ" কৌবা লাইরি ক্লবু তশেংনমক তাক্লিবনি। অসিগুম্বা মিয়াৎ শীংকক্ কৌবা লাইরিক অসিমক "অঙোম কবি (গোপি) সেখর" কৌবা নীপা অমগা, মৈতিংঙু গবিবনিরাজ পামহৈবা নিংথোগা অনী অসি য়াম্না কন্না য়েংথিনখিরম্মী। অদুনা চাউরবা মরম অমা ওইরদুনা পামহৈবা নিংথৌবু লৈখা তানা কবিনা মাঙনবা অকনবা থবকশিংনা চাউনা লম্মন শিংখিরবা, মদুতগুম নত্তনা লাইরিক অসিমকসু ওইনা অকনবা খুৎ থাখি-বমক্নী হায়না লৌবা য়াই। অদুগা পামহৈবা নিংথৌগী মরম ভাক্লা মপুঙ ওইরবা "মিয়াৎ শীংকক্" লাইরিক অসিমক্সু লাইরিক্লিবু কনাগুম্বশিংনা পামজবদগী থরা হাপ-সেন্নগা "পামহৈবা লারৈ লাথুপ" হায়নসু অদুম্মক্ শকখঙনরবা অমনি।

মথক্তা পল্লিবা লাইরিক অসিমক 'কংলৈ শঙলেল পুবা' কৌবা লাইরিক অমদা য়াওরম্বা মতুং ইন্না ঐনা শমপৎ শমপৎলা অমা ওইনা মখা তানা মতাঙ অসিবু শরদঙ শত্তোকচদুনা পঞ্জনীংলিবদি খৃঃগী ১৬৯৭ তগীনা ১৭০৯ ফাওবদা মৈতৈ সনা লৈপাক্তা সনা ফম্বাল লাংলম্বা মৈতৈংঙু তুবী চরাইলোংবা কৌবা নিংথৌসি সনা হাত্তগা হান্না নোংদম শঙলেল (পণ্ডিত লোয়শঙ হায়রগসু খঙনরিবা) অসিদা লৈরম্বা মৈতৈগী শক্লায়রবা মায়চৌ (পণ্ডিত) লৌরেম্বা খোংনাং তাবা (থাবা) (অপোই মচা লৎনা). গোনোক থেংগ্রা অহল অনী অসি মতম অসিদদি মরক-মরক্তা মতম নাহনা লোয়শঙ কারকপা নত্তনা তোয়না কারক্রে। অত্তে লাংগোল জুখোই শঙলেল পুবা, নিংঙোম্বা অকোঙ, শলাম সনা, য়ুম্নাম

তোম্বা কমেং ফম্দিবা, শামুরৌ চিংগোং মোইবাং শাথি ( মোইরাংললগাম্বা খাইথেম তেনবা, কবুই তোম্বা, য়ামবেম লৌগাক, ব্রাংমু পাচি ললশোনবী কৌতি, ব্রাংগোই খেমা ( লৈশংখোং খোমা খোঙ্গাথন তেপিপা, নম্বোল থোঙ হিমাইবা অসিনচিংবা অয়াম্বা লেংযশঙদা কাতুনা, থৌ পুহুনা লৈনরম্মী।

চৈথাবা মোইরাং কোংয়াম্বগী কুম নোংদা লাইরেল পাখংবগী খুমশীং ১৬৯৮; খৃ গী ১৭০৫; শকাব্দঃ ১৬২৬ শুবা কুম অসিদা "অঙোম সেখর" কৌবা চহি ১৫ ( কুনমপা ) চঙলবা নীপা পাখং অমা লাংঙন লাংদাই শঙলেন্দা লাকুনা শংলেলগী থৌ পুরম্বা, পণ্ডিতশিংদা ঈরাং থৌনিনচিংবা পুম্বা তমহুনা লোয়শঙ্ ফম্বা, কাবা য়াওরৈ।

চৈথাবা নোংচেনবম খেংম্বগী কুম: নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৯৮; খৃ গী ১৭০৫; শকাব্দঃ ১৬২৭ শুবগী মসুংশিদা বেম্মা মৈতৈ লৈমা শাংপম চম্মু মুংখিল চাইবী মকক্ লাইখোম্বীগী শঙগায মাংগোন্দা হাওবম ঘনশ্যাম শেলুংবনে, পণ্ডিত থোঙহিমাইবানে, পণ্ডিত শামুরৌ চিংগোংনে, পণ্ডিত থ্রম্মাম তোম্বনে, অসিনচিংবা ফমহনা ব্রা খবা খন্নহনা লৈ। মতম অহুদা অঙোম সেখর অসি অহৈরাইদা ঙাহো-থেংগৌ চহনা ঙাংনরিবা ব্রা অহু তাবগুম তান্দবগুম তৌহুনা লৈরম্মী। মহুদা ময়াম্না মাবুদি ব্রা ঙাংনবহু য়াওরে। হায়বসু হায়বীদে। কমদৌরিবনে হায়না হংবসু তৌদে। মহুদা মবুক্তা থাথীবা ব্রাখল ৫২ বহুনা মৈতিংগু চবাইলোংবা নিংথৌগী সনা নাক্তা লাকুনা মানা থোবপ ব্রারম খবা পংতম তম- শিনবদগী, হায়রিবা পণ্ডিতশিংগা শেলুংবা, ঈব। মুংখিল চাইবী, মচা ইবুংঙোনচিংববু সনা পুক্লিংদা চিংনবা পোকখিরম্মী। কুম অসিগী কুমমৈদা শঙলেল ফম্বা পণ্ডিতশিংবু সনা পুক্লিংদা চিংনবা ওইবদগী অঙোম সেখরবু

শঙলেনপু পুবা চমথং হঞ্জবা হানা খৌবম পুম্বা মথুক্তা শিন্নহনা "নোংদম্বা শঙলেল, লাংদাই শঙলেল" অনীবু পুহন্দুনা পণ্ডিত অঙোম সেখরনা পৌশীন থৌ পুবে। পণ্ডিতশিং থৌ কাবম্বা অয়াম্বা থোইনা থৌ-গানখ্রবে।'

অঙোম সেখর পণ্ডিত অসি মীবৈবাক নোংচুপলোমগী মমিং লৈরবা "শ্রীবাল্মিকি রামায়ন" নচিংবা লাইবিকশিং কথাবু মৈতৈলোন্দা ফজ ফজনা মরীক চুমনা হন্দোক্লম্মী। মতুদা মাগী য়াম্না হৈথোই শিংথোইনা ফজনা ইথোবকপশিংবু উবদগী মৈতৈলোন চরাইলোংবা নিংথৌনা নুংশিবীহনা মহাকপু "কবি" হায়না মিংথোল অসি পিবীহনা ফংখিরব। "অঙোম কবি সেখর" হায়না কৌনৈ। মমৈদনা "অঙোম গোপি" হায়নস্ত লৈপাক্লা শক খঙনখিরম্মী।

মৈতৈলোন তুবী চরাইলোংবনা নোংগাম্বরদ, মচা ইবুংঙো গরিবনিৱাজ পামহৈবনা চৈথাবা খোনাউজম খোঙচমগী কুম; চাংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১০১; খৃ গী ১৭১৯; শকাব্দ ১৬৪১ দগী হৌনা নিংথৌ খুবম হেক ফংহনা (ভৈ পাক্রী মপু ওহনা) পাল্লববা মতম অসিদন লোয়শঙ শঙলেলগী মপু অমা ওইবিবা অঙোম কবি সেখর পণ্ডিতপু লোয়শঙদগী ইন্থোকখিহনা ফম তাহনখি। অহনগা হাম্না লোয়শঙ কাহনা লৈরম্বদগী ইন্থোকখিবা মৈতৈ পণ্ডিতশিংবুনা অমুক হন্না কৌখতুনা লোয়শঙ শঙ-লেন্দা থৌ পুনহনা হান্নগুম লৈনখিরম্মী। মরমদি অঙোম কবি সেখরনা পামহৈবা 'নিংথৌবু মপ বুং চরাইলোংবা নিংথৌগী মফমদা পুকথিল রা ওইহনা নত্তবশিংবু তমশিনখিবা অহনা মপাবুং চরাইলোংবনা অকাওবা লৈতনা সনা পুক্রীংদা পুকলৌ-রারৌখিহনা মচা ইবুংঙো পামহৈবু অমদি মমা ইবেম্মা মুংথিল চাইবীনে, পণ্ডিত শেলুংবা যাওনা চাউনা রেংথি নহনখি। মবম অসিদগী মচা ইবুংঙো পামহৈবদি মতমহ মতাঙবা য়াদবনা

মতম শাংনা কযামুক চান্না নুংঙাইখিদবনা কবি সেখরবু অমুক্কুং মতাঙ চাবকপা ঙাইহুনা লৈখিবম্মী। শানু রাকম নিংথৌ রাকম হায়বহু ওইহুনা গবিবনিরাজ পামহৈবনা নিংথৌ ওইববা মতম অসিদদি অঙোম কবি সেখর পণ্ডিতপু অরাফম, খুদোংথীবনচিংবদি পীকদনা, মাগা হোয়-মাই অমতা হাযনদনা ফম তাহনখিবনি। নিংথৌ পামহৈবগা কবি সেখরগা হীরম কযামুক্তা কবিংম্বা মরী অমতা লৈনখিদবে, তংনখিবে।

মরম অসিদগী মনীং তম্না সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত লোযশঙদা ঙাক্লবা পণ্ডিত অঙোম কবি সেখর কৌবা লৈবাক্কী শক্লাযববা, মমিং-মথা চংলবা অফাওবা নীপা অমনা "ফম তাবা, মিংচং মাঙবা" হায়বসি মচাক্কী মফমদদি শিখিবনসু শরুক চাম্ম-চাম্মা হেন্না ফববনি হায়না অহীং নুংখিল অনীমক্তা অরা পোখাফম খঙদনা, অকনবা ৈচথেঙ অমা চাউনা ফং, যান্না চান্না নুংঙাইতনা মতম পুম্বদা ৈোল্লদুনা লৈখি। মসিনা অচৌবা মবম অমা ওইবহনা পামহৈবা নিংথৌবু অমুক্কুং লৈখা তানবা মতাঙ চাবা অচেঙবা ঙাইহুনা মখল মখা লম্মন খুম্নবা লৈরকপা নীপা অমা ওইরকখি। পাঙথোকপসু মসিমক মানা মথং মথং মতাঙ চানা চানা পাঙথোকখিরম্বশিং কয়াহু লৈ।

মসিগী শমপং-পমপংপা মবমশিংদি :—

"চৈথারা ঙাংঙোম চাউবগী কুম ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭০৬ ; খৃঃ গী ১৭১৩ ; শকাব্দঃ ১৬৩৫ শুবদা মৈতৈ লৈমা অরাম্বম চনু লিম্লোইঙম্বীনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই শবাযলাকপা পোকয়ে।

কুম অসিদা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌ, অঙম্বা, অকন-অথৌশিংগা লোয়ননা নোংচুপ হাবমগী চীঙ লম যেংবা সনা খোঙলেঙলকই। মতম অসিদ। অবাম্বম সনা কৌবা নীপা অমগী ·মুপী রায়েনমম চনু থম্বাল কৌবী অমু নহা ( মৌ মহা ' অসি মপুরোইবা নাহুনা লৈবদগী মপুরোইবগী মচুং শিন্না খোইদোম পাংকী চীঙজীন্দা শন থরনে, ইরোই থল্লগা লোয়ননা

শেন্দুনা মফম অসিদা শনশেন শনঙাক্তুনা লৈ। মৈতিংগু গরিবনিৱাজনা মুমিদাংৱাই সনা কোন্নুং পাংনা খোঙ্গারকপা মতমদা, ইবেম্মা থম্বালনা শন, ইরোইশিংবু থত্তুনা ময়ুম মরালয়ায়দা হোইগংকদবগী কোয়চেন চেন্দুনা শনশিংবু থত্তুনা ময়ুম খোঙ্গানববু উবদা, মৈতিংগুনা পায়মা রাখল অমা খনখিত্নুনা ইবেম্মা থম্বালনা থৌবুরিবা থৌরাঙবু য়েংত্নুনা সনা খোঙনেৎ লাংগোই শগোলবু খূর্জা য়ৈখত্তুনা খাম্লগা য়েংত্নুনা লৈ। মতম অদুদা মফাং মুংশিংনা রি রি হাই-হুম্না নীংঙায়দনা শীত্তুনা থম্বাল হায়বা লৈরাং অদুগী মুংশিবা মনম মীপূম খূদিংগী শীন্ন-থুংনা য়েন্দুনা পূৱীং লাঙতক্লবা, মথুম মরাঙ হৌবগী মশক্তা শীন্ন-থুংনা নমহল্লি। মীপূম খূদিংমক্লা "হীঃ থম্বালগী মনম অসিদি মফম কৈদগীনো! অসিবাইদসু লৈশাং তম্বা উদে, মুংওন্নসু মুংশিখ্রেদা। হুমলিবা মুংশিং অসিনগা লমশাঙ লাকপগী ওয়াঙলম্ববু শমু তুখোং খূদিংদা শীন্না ঈঙবনে; মফম অসিবু মুংঙাইখ্রেদা।" হায়দূনা সনা থৌগল ওইনা পোখাত্নুন লৈনৈ।

কাওরেল শনবী ইরোইবু হোইদুনা ইবেম্মা থম্বালদি মরাল-য়ায় তন্না খোঙ্গারকপা অদুদা, মৈতিংগু পামহৈবনা হংভি—"ইরোই, শনবু শেল্লিবী! ইবেম্মা নঙ অসিবু কনানো? চংলিবা অদুনা মফম কৈদা চংলিবা? নঙবু কনানা ইরোই, শনবু শেলহল্লিবা? করি মরাল লৈত্নুনা শিক্লম অসিদা থৌদা নোংদম পীরিবা কনানো?" হায়দূনা মুন্না থম্বাল কৌবীবু য়েংত্নুনা লৈরম্মী। পাউহং অদুগী পাউখুম্সু পাউখুমজবা ঙমদ্রদুনা; নিংথৌনি, ময়ুম তরেংকী থৌবুবা পিবানি হায়দূনা লাপ্তক্লা পুরুম্লগা রায়েনবম চনূ থম্বালদি শন, ইরোই হোইগত্তুনা চংখি। মতম অদুদা ময়ুম খূদিংবু থোক্লক্তুনা মাগী মাগী ইরোই. শনবু কোনজনৈ। ইবেম্মা থম্বালসু মরাল-রায়দা হুনখ্রে। (মফম অসিবু মতুং "ইরোই শেনবা পূঙ" কৌখি। খোইদোম পাংসু অদুম লৈ।)

ইবেম্মা থম্বাল অমু নহা (মৌ নহা) না মপূরোইবা অরাম্বম সনানা

নাবন্নী উশিনগী লেমলৈ ঙা নৈগে হায়দুনা নোং ঙানবগী অযুক্তা থ্বাইরম্বন কৈথেন অচৌবদা কাজরকই। মতম অদুদা মৈতৈলোনগী মনাই অকন-অথৌশিংনা থম্বালবু উরদুনা নিংথৌ পামহৈবগীদমক ফাদুনা সনা নাক্ত পুশিল্লক্লনা ইবেম্মা থম্বাল রায়েনবম চনূবু কৎলি। মতুদা ইবেম্মা থম্বালনা কপ্লুনা হায়জে —"ইনিংথৌ সনা নোংদম ত্বম্বীয়ু : মনাইবু থাদোকপীয়ু। মনাইদি খূয়া লুথুম ফমশেন্নচনা নারিবগী উশিন ঙা লৈবা মনাইশুবী ঐনা লাকচবনি। অমাইবশিংনা শুকম থৌনিগদবগী ঙাইদুনা লৈহৌরিবনি ; মপু সনা নোংদম ত্বম্বীয়ু।" হায়না কপ্লুনা হায়জববু কনা অমতনা মাগী রাবু তাবীবা তৌদনা ফাদুনা থমখি।

অশোমদা লায়েংলম্বা মাইবম্সু ঙাইবা ঙমদ্রতুনা মুংথিল ওইনা উশিন শিল্লসি হায়রম্লগা হনখ্রে।

সনা কোম্নুংলোমদগী অকন-অথৌশিংনা নারোন্দা চৎখিদুনা য়ারৌ শা তানবা শানা লাক্লে। অরাম্বম সনানা মশানৌ ইবেম্মা থম্বালবু হল্লকপা ঙাইদুনা মাংগোল ফমলেল দাবী ময়াগী উখোংতেন্দা ঙাদুনা মুংশা য়াইদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা য়ারৌ লমওক শাবু ইংখোল অসিদা চেনশীনখ্রে হায়দুনা লাউদুনা মখোয় খরনা চেনশীল্লক্লনা অরাম্বম সনাগী পুকনোংদা তিমেন তা অদুনা লেংদুনা লায়কন্নবা য়াদনা খুদক অদুদা অদুম মথ্বায় থাখবে। মখোয় অকন-অথৌ খিবীক্লা নিংথৌ পামহৈবদা অরোনবা রানা পাউদম্লবদা, ইবেম্মা রায়েনবম চনূ থম্বালনা নাশোন ওইনা খরা তাখি-খঙখিদুনা সনা শঙ্গায় মনুংদা তেংথা নাউয়েদনা মথংলেল মুংশিববু খুংলাম তোয়না কৌদুনা কপ্লক্লে। মতৌ অদু উবদা ইবেম্মা অরাম্বম চনূ লিক্লে.ই-ঙম্বী, হ ওবম চনূ চন্দ্রাবতী অনিনা চঙলক্লনা ইবেম্মা থম্বালনা কচোই কম্মাং লোন্দুনা কপ লাউববু থেম্মু হায়দুনা কপ্লম্বা অদুবু থেম্লদুনা তোকহনখি।

ইবেম্মা থম্বাল অরাবা রাখম্না থুঙ্খংখিদুনা অরাম্-খোরাংবা খঙখিদরে।

ভূমনীংবা লৈতনা লৈরক্লবদা, নিংথৌ পামহৈবনা ইবেম্মা অসিগী মপুক্লীং কানবা মথংল-মথা অয়াম্বা রাহৈ খোনফম্না মরম ওইদুনা থেম-নৌদুনা হায়রবদা, ইবেম্মগী অব্রাবা মৈচাকপু কোকহনবা ডমগ্রদুনা নিংথৌ পামহৈবা সনা পুক্লীংদা য়াম্না মুংঙাইফম খঙদনা লৈখি। অরাম্বম সনানা শিখিবগী 'মথৌ য়াংগেনবা মুমিং শুদুনা মৈতৈলোন্ পামহৈবনা মরম পুম্বা থৌশীন-থৌরাঙদুনা অতাই ঈবাংনা মথৌ য়াংগেল্লে।

মতম অসিদা কম তাহনা লৈখিবা অঙোম কবিনা থৌরাঙ অসি রাখল্লুবদা "মতাঙ অসিদা ঐনা থৌ পুদুনা রাঙম্লবদি নীংবা শোয়দনা থুংগনিশে। অদুদি খরদি হোৎনদুনা অফবসু নত্তবসু অনীমক্কী লম্মন মরম অমতনা শিংবা ডম্লবা থৌরাঙবা তাইদনা। মসিবু ডমগ্রবদি ইমিং কবি সেখর কৌবগী মরম করিনো? পামহৈববু লম্মন শিংনবগী মতাঙ চারে" রাখন্দুনা লোয়শঙ কাবা শাহনা নারোন্দা ইবেম্মগী নাক্তা চঙলক্লে। "পোইরৈ মৈতৈ লৈমা রায়েল কারাল রাকাওবী! রাখল লিম্বোই শাফবীবু পুরমজরি।" কবি সেখরগী রা তাবদা, ইবেম্মা রায়েনবম চনুনা কনাবু ওইরিগবা হায়দুনা লুকথদুনা লৈরম্বদগী মায় হাইগৎলক্কুনা হেক য়েংখি। মদুদা "ননাই সেখর পণ্ডিতপু কাউবীববরা?" রাহৈ অসি তাবদা ইবেম্মসু ডক্লদুনা "পণ্ডিত কম্রি থবক্কীদমক লাকপা? করি মরম তাকপীগদবা লৈবীবা?" হায়না হংখি।

পণ্ডিত কবিনা হায় - "ইবেম্মগী সনা পুক্লীংগী অব্রাবা মরম অসি ননাইশিংনা য়াম্না লুনা হায়রম্বদগী ননাইনা লাকচরিবনি। মদুদা ইবেম্মনসু তৌবীগদবা থবক্তি তৌবীদদুনা থরায় মুংঙাইতবনি, পুক্লীং রারিবনি হায়দুনা চাদ-থক্কনা কপ্পুনা পুন্সি ময়েং তানবা থৌরাঙলগা, য়েক্লবা মুংঙাইতবগী লম্মনবু লম্মন শিংবা ওম্বা হৌনদে। ইবেম্মসু অমুক্তং খম্বদুনা য়েংবীয়ু।" রা অদু তাবদা থম্বালনা হায়—"মরম অসিবু ঐবু অঙকপা রাখল লাম্বা কংদবা ওইনা খোল্লি। মরমদু শেংনা হায়বীয়ু।"

"ইবেম্মা! ঐ কবি সেখরনি। ঐ অসি নিংথৌগী মী ওইরমগনি খনবীদুনা, ইবেম্মগী রাশক লম্বীনা থুম্মংখিদুনা থম্লগা, ঐবুতা থৌদুনা পাংঙাংতা ঙাংহন্দুনা, ঐগী রাতা খঙদোকপা হংনা লুনা শিংলিদা। মরম অসি ননাইনা উদুনা ইবেম্মবু রাখল লিম্হোই শাফবী হায়না হংগৎচরিবনি। কোরৌ মালেম অঙানবা মানা খঙ্বা ওইসনু; ননাই ঐ পূকথিল চঙবা লাকচবা নংচদে। ইবেম্মগী অরাবা রাখলগী লম্মনবু শিংবা ঙম্নবা রা তান্নজগে লাকচবনি। ইবেম্মগী অরাবা রাখল অদু ননাইনা তশেংনা খঙজে। সনা পূরুীংনা চিংনবা পূম্বা থাদোকপীয়ু।"

রা অদু তাবদা, ইবেম্মনা হায়— "পণ্ডিত! ঐনা রাবনা করিনো? শিংগদবা লম্মন্না করিনা শিংগদবনো; মরম অদু খঙহনসি?"

"লুখ্রেদা ইবেম্মগী সনা পূরুীং চেৎখ্রেদা। ঐ অসিনা শাশিন্নদুনা পূকথিল চঙ্বা লাকপা ওইরম্নবদসু করি থোক্কদগেশে। সনা পূরুীংদা খনবীরিবা রাখল অসি মীবুসু ইখঙ-খঙহন্দবা ঙমমিবা অসি রাখল লিম্হোই শাফবী, রাশক করাল রাক্কাওবী কৌনৈয়ে। ইবেম্মগী ননাই ওইদনা কবি সেখরনা কনাগী মনাই ওইগদগে? মরমসিদা ননাইসু মফম অসিদা লৈবসি কনাগুম্বনা খঙখ্র-উখ্রবদি থরায়মক মাঙবা য়ানা লৈবা মরমনি। মরম অসিদি রাশক্লরগা তৌগদবা থৌরমনি। কনা তাহনবা য়াবা মরম নত্তেদো, ইবেম্মা।" অসুম্না রা ঙাংনদুনা মখোয় অনীমক রাশক পন্দোল্ লোম্না ঙাংনখি। কবি সেখরনা রা মখা তানা হংগৎখি—"ইবেম্মা! তৌবীরিবা থৌরাঙ মতৌ অদুনদি লম্মন শিংবসু য়াররোই। শিংলবসু ইবেম্মগী মিংচৎ থীবা ওইগনি। মসিদা ইবেম্মনা তৌবীগদবা থবক্তি নিংথৌবু হান্না রাশকহনবীগদবনি। রাশক্তি 'ইবেম্মবু লৈপাক্কী মমা ওইবী লৈমরেল হাপ্পা', 'ইবেম্মনা পোকচবা নচা অহন্দা নিংথৌ থুবম পীবা' হায়না রাশকহনবীদুনা, য়াথং অসি লৌশীনবীদুনা ইবেম্মগী চরৈ নমথাং মচাদা রাহৈ অদু চেৎনা পুন্সিন্দুনা থম্বীগদবনি। নচা ইবুংঙোগী মমুং মতম চারবা

মতম অদুদা চরৈ মমথাং মচীদা চেৎনা ক্বিশিন্দুনা থমখিবা রারম্ব কিশি পরৈ থোক্লগা খুবম লৌশীন্দুনা মতুংদা রাশক্কী লম্মন লাংবু থা-থাহনা নচা ইবুংঙোগী য়াহৈফহৌবা, ইবেম্মগীসু রাশক্কী লম্মন শিংবা, মরম পূম্বা তাঙ্জ লিনসু শিহন্নবা, চৈগ্না তেক্কনবা, মতম অদুদা ইবেম্মগা ননাই কবিগনা মমুংদা মরম পূম্বা শীনগদবনি মফম অসিদা ননাইসু পংচঙ্ চঙলকপা ফত্তে। সনা পূক্লীংদা মুন্না রাখল তৌবীরগা মরম পূম্বদা সনা পূক্লীং থুংগদবনি। ননাই ঐসু হঞ্জখিরগে" হায়রম্নগা মফম অদুদগী কনা খঙহন্দনা খোকখি।

ইবেম্মা থম্বালদি কবি সেখরনা তাক্লম্বা পাউতাকপু অশুম রাখল্লুবদা, মরম অসিনা চুমগদবোইনা হায়না রাখন্দুনা লৈখি। মতম অদুদা মৈতিংঙু পামহৈবসু ইবেম্মগী মকাদা লেঙশীল্লক্কুনা -"ইবেম্মা! নঙনা নীংবা, নঙনা অপাম্বা করি লৈহনা ঐনা নঙগীদমক্তা থৌরাঙবা লম্বী অসিদা নঙগী চিংনবা ওইখিবা মরম অদুদদি ঐগী ইফমদা খঙহল্লু। নঙনা অপাম্বা মশক্লা করিনো? য়ানিংদবা মশক্লা করিনো? নঙনা হায়বা মরম অদো ঐনা সোয়দনা ননীং থুংনবা খুজীন থৌরাঙগে?"

মদুদা ইবেম্মা থম্বালনা হায়জখি -"লাইনিংথৌ লৈপাক্কী মপুরেল! সনা খুয়া-খাদা ননাইবু হংগৎচৌ সনা য়াথং নোংদমু তাকপীরবদি লেঙদবা নিংথৌগী শরী রাশক অমতদি হান্না পীনবীয়ু।"

"নুংঙাইদা ইবেম্মা! ঐগী রাশক্তা ননীংবু থুংগদবা লৈরবদি ঐ নিংথৌনি। পরিবনিরাজ পামহৈবা ঐনা লৈপাকসিদা পানখিবা নিংথৌরেল-শিংগী মথংলেংনা শমথরকপা নাউদা, মৈতৈ পিবা লেপ্ন-মক্তা ওইরবদি নঙনা ঐগী ইফমদা হায়বা নিবা মরমু সোয়দনা থৌবুদ্রবদি লৈপাক অসিদা ঐগী চাদ-নাউদানা অমুক হন্না মৈতৈ পিবা খুবমু তানফংদবা ওইথ্রসনু; ইবুধৌ পাখংবনসু লেপ্না খঙসনু। নঙনা হায়বা মশক অদুতদি ননীং থুংনবা ঐ লেপ্না য়ারবনি।"

"তাকপীরিবা শবী ৱাশক্কী মতুং ইন্না সনা খৱাথাগী ননাইনা হংগৎ-চগে . মপু সনা নোংদম ভম্বাগনি। পিবা ফম্বাল তোংবদা ওয়ত্থম থোগল লাংজত্না নমাইনা সনা নোংদমদগী ফংজবা ইচা অহন্না মৈতৈ পিবা খুবম্মু পীনবীবা নিজরি।"

"অত্তুরা ইবেম্মা ? অত্তুদি মশানা লেঙদ্রবা ওইবনি। নিংথৌনা থৌবুগদবা মশিন্নী। মরম অত্তুগী ৱাখন্দা চিংনবা তৌবীগন্নু। মরম অসিনা ননীং থুংবা ওইরবদি নচানা মপা ঐগী হুফমদা মৈতৈ চংলম অকায়ববু থৌবুরবস্মু ইচানা তৌরকপা মরম পুম্বা নিংথৌ ঐনা য়াজবা মরম ওইগ্রগে। লেঙদবা ইবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ঐগী শরী পন্দোল লোমখিববু লেপ্পা খঙবা ওইরসন্নু।" অম্মুম্না মৈতিংগু গরিবনিৱাজ পামহৈবনা শরী ৱাশক্কা লোয়নত্না সনা য়াথং নোংদম্ব পীনরে। মুমিং অসিদগী সনা থোগল ইবেম্মা ৱায়েনরম চনু থম্বালনা থৌ পুখি।

চৈথাবা ইরোম কাংজাম্বগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭০৭; খৃঃ গী ১৭১৪, শকাব্দঃ ১৬৩৬ তা মৈতিংগু পামহৈবা নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা মতমদা ৱায়েনবম চনু থম্বালনা ওয়থম 'ফম্বাল লাংত্না "গোমতী মহারানী" মিংহুলখি। ফম্বাল তোংবা মতুং থা অমা শুরকপদা, ইবেম্মা গোমতী ৱাংগোল শঙ কুমত্না মচা ইবুংঙো অমা পোকলে। পণ্ডিতশিংনা থাশীং কুমশীং পানাত্না মচা ইবুংঙো অসিগী মমিংবু "সনাহল মরাম্বা শামৈরাংজিৎ শাই" অহুম অসি মিংথোন্দুনা মিংহুল তমখি।

চৈথাবা হাওরোইবম কিয়াম্বগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭১২; খৃঃ গী ১৭১৯; শকাব্দ ১৬৪১ শুবা কুম অসিদা মৈতিংগু পাম হৈবনা সনা শঙ্গায় অনৌবা অমা শাগনি হায়দুনা পণ্ডিত, অহৈ-অশিং কুমদুনা লাংথবান্দা সঙ্গায় য়ুক্ষম য়েংত্না, মতুং মুমিং থা য়েংহ্না লোইদাম হীয়াঙ্গৈ থাগী নিল্‌মাঙগী ৫ নি পানবা নিংথৌকাবা অয়ুক্কী পুং ৫ তাবা মতমদা শঙ্গায় ভূরেপ হুন্দুনা শঙ্গায় শাবা হোরে।

কুম অসিদা ইবেম্মা ব্রায়েনবম চনূ গোমতী ব্রাংগোল শঙ কুমদূনা মচা ইবুংঙো সনা তাঙ্গাশাই পোকয়ে। ইবেম্মা চাঁওভাখম চনূ হেমাবতী মচা ইবুংঙো সনা তুলব শাই পোকই। ইবেম্মা অরাম্বম চনূ রোশমনিনা মচা ইবুংঙো সনা মেঘ শাই পোকলে।

চৈথাবা থৌদাম হৈতোনগী কুম; নোংদা লাইরেল পাখংবগী কুমশীং ১৭১৪; খৃঃ গী ১৭২১; শকাব্দঃ ১৬৪৩ দা ব্রায়েনবম চনূ গোমতীগা, অঙোম কবিগা মুংদা ব্রা তানরগা. ইবেম্মনা মৈতিংঙু পামহৈবগী মফমদা হংগংলি—"লাইনিংথৌ! সনা নোংদম তাকপীখিবা মতুং ইন্না হৌজিক্তি মচা অমগী ফংফম থোকপত্ত পীনবীরো।" হংগংচবা মতুং ইন্না মতম অসিদা মৈতিংঙ্ পামহৈবা নিংথৌদি লাংখ্রবান্দা সনা শঙ্গায় অনৌবা অমা শারিবত্তদা হোংজিন্দুনা মচা ইবুংঙো অহল শ্যামশ ই শুরায় লাকপগা লৈম্মিন্নে। মচা ইবুংঙো মরাম্বা সনাহল শামৈরাংজিৎ শাই খাকি লাম্থাববু কংলা কোম্মুং শিন্নতুনা মৈতৈ ময়ুম তরেংকী কংলৈ পিবা থৌ পুহন্দুনা মথৌ মঙম অপূম্ব। শিন্নহনা থম্মী। ইবেম্মা ব্রায়েনবম চনূ ধস্বাল গোমতী কৌবীগী মফমদা পণ্ডিত অঙোম কবিগী মথ্বায় (খব্রায়) মঙাবু কংনা রাশক্তুনা ইবেম্মগী মনাই অচানবা মপূনঃ য়াবা মশক অমা ওইনা মতম পূম্বদা লাপ্পবা লৈতনা, ইবেম্মগী ব্রা তানফম ওইনা লৈখ্রে।

চৈথাবা মোইরাংথেম খোদোনগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭১৭; খৃঃ গী ১৭২৪; শকাব্দঃ ১৬৪৬ অসিদা মৈতিংঙ্ পামহৈবনা মহন্ত শান্তদাশকী তাল্লোয় ওঙনবা ইবেম্মা লৈমা কজেং ঙানবীবু লুহোংতুনা ব্রাথা শুনগী লৈমগী অউন চীঙ লৈমা চীঙ পীতুনা চীঙদোল তেমথোক্তুনা গুরু পাং, গুরু লমহাওনচিংবা অওঙ্-অউন তমতুনা লৈহনখি। লমতা থাগী নিন্দুংগী ২৮ নি পানবা ধনিষ্ঠ নক্ষত্র মহাবারুণী গঙ্গ স্নান নুমিত্তা ব্রহ্মপুত্র তীর্থ ইরিল তুরেন্না সূর্য্য বংশ শাগৈনি শাখি ওইরতুনা বংশগী তেজ মঙাল চাওথংনবা গৌর ধর্ম্মগী লাইমিংবু মহন্ত শান্তদাসকী মফমদা

দিক্ষা তৌহনা ব্রাহ্মণনা চন্দাল থিলহন্দুনা বৈষ্ণবকী খুয়া ইখুনলবু লম্বাই কোইহবেল থক্তা হাপ্পুনা। সূর্য্য বংশ শাগে নিংথৈবু বৈষ্ণব ধর্ম্ম মনান্দী খিন্দুনা গৌরিয়া হায়না মিংথোন্দুনা ধর্ম্ম আস লেপলে।"

ধর্ম্ম অসি লেপ্লদা অঙোম কবিবু মৈতিংঙু পামহৈবনা হৌসে, তাক্কে। পামহৈবা 'নংথৌনা অঙোম কবিবু মুংঙাইতবা, থাজদবা মরম অমা লৈবনা, মতুদা অঙোম কবিন। মবুক্তা হেন্না তাথীবা অমা ওইরে।' "নহা ওই-বিঙৈদা তৌখিবা থবকপু হৌজিক ফাওবা থক্নম থম্বা হৌনব্রা?' ওয়াং নহান্তা ঙায়বগুম্বা, মাগী নীংবা থুংনবা ঐনা থৌরাঙখিবদি নীংশিংদবা" হায়দুনা মৈতিংঙু গরিবনিৱাজবু কমদৌরগা মাবু মায়থীবা পীবা ঙমগদগে? মবম অসিদা রাখন্দুনা লৈখি। মতুং অদুদা ইবেম্মা লৈমরেল কমথোল কাবী গোমতীগী মনাই অচেৎপা অমা শাগনা মখল মখা অয়াম্বা পুকথিল রা চঙদুনা হাওবম মশ্বি শ্যামাগা মখোয অনী লৌতুনহনা ইবেম্মা গোমতীগী মনাক্তা লৈখ্রে।

মৈতিংঙু গরিবনিৱাজ পামহৈবনা অঙোম কবি সেখর অসিবু চাকতিন চাবা ফাওবা য়াওহনখিদবে। মমাঙতৈংগ মলোম থক্ কাউবা য়াখিদে। মবমদি পামহৈবা নিংথৌনা অঙাং ওইবিঙৈদা হাওবম ঘনশ্যাম শেলুংবগা মবক-মবক্তা মুংগী রা অচেৎ-অচেৎপা হেক হেক ঙাংনৈ হায়বগী মরমদগীসু নোংমদি অঙোম কবি সেখরনা তাদুনা মৈতিংঙু মপা ইবুংঙো চরাইলোংবদা পুকথিলখোল চঙদুনা মৈতিংঙু পামহৈবগা, ঘনশ্যাম শেলুংবগা অনীবু মপাবুং ইবুংঙো তুবী চরাইলোংব। নিংথৌনা মবুক্তা অকাওবা লৈতনা মালোম থমখিহনা, নিংথৌ চরাইলোংবনা শিবমদাইদা মচা ইবুংঙো পামহৈবা নিংথৌবু লৌখত্তুনা পূরক্লীং অমকপা লৈতনা মরম পুন্নমক শিন্নখি।

চৈথাবা ব্রায়েনশম পামমৈরাগী কুম; লাংব চক্রী কুমশীং ৪৮২৪; লোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ৭৯৬; খং শী ১৭২০; শকাব্দ: ১৬৪৫ শুবা কুম অসিদা মহন্ত শান্তদাসনা লৌহেম্বা, পেংগ্রা মায়চৌ অনীগী অরেম্বা রা

কনা ভাকপগা রাখল্লি—“লৈপাক অসিদা লৈরিবা মরু অমী অসিদি শিন্নবিদা। হায়খিবা অসিনদি মৈতৈ পুয়াগী মখুংদা থম্মগী মরম পুম্বা লেওবা মশক ওইত্না পুত্না লৈরে। অত্নদি ঐনা ভৌরিবা রাখল পুম্বদি লৈপাক অসিনা খণ্ডনকম লৈতে। মথোংগী অশেঙবা মরম লৈরম্বিবা অসিনা। অত্নদি মথোয়গী লৈরিবা পুম্বসি মাঙহনখ্রবদি লৈপাক অসিগী চংলম নমলাও অসি শান্তদাস ঐনা হোদোক্লনা চংঙমগী চংঙহনি খণ্ডগনি, লৈরম্বা অশেংবমক ওইরবসু” হায়না রাখনা অয়েপা ওইত্না নিংথৌ গরিব নবাজ পামহৈবগী মফমদা হায়দুনা তীনকম লাইকম থুদোকদা লৈবা পণ্ডিতশিংগী মথুংগু ওইনবা, মৈতৈ নিংথৌরোল ময়ুম পিবা লুচিংবনা নোংলম্বা শঙলেন্দগী খাইখিবা থুনক্তা থম্মখবা পুয়াশিংবু থুনক ইরম্পগী খোমগংখ্রে। সনা কোনুং কংলাদা লৈবাক নিংথৌ তুবগী ‘ মেন গুরংগী ) মখা পুঙ, নুরাং নোংফং পুঙদা শঙলেল অমা শাত্না অফংবা পুয়া মথৈ পৈখ্রে। কুম অসিগী মেরা থাগী থানিল মতুং, নিন্দুংগী ১৬ ( অম্না-তরুক ) নি পানবা ঈরাই নুমিৎকী নুংথিল পোপ্তা হুনবা মতমদা কোম মখুংদা শীংগা লোয়ননা পুয়াশিং থাদত্না মৈ থাখি। মতম অত্নদা লৌরেম্বা মায়চৌনা থ্রাই লাইনিংপুঙ হৈক্রু মখোঙদা শঙলেল পুবা মরূ ওইরিবা পুয়াশিং মৈকম মখুং অত্নদগী কোত্না চেৎনা কনা খঙহন্দনা পায়খি। ( অচৌবা মতাঙ অসি খরা শম্নপ্না থমলে )

চৈথাবা নিংঙোনবম কিয়াম্বগী কুম ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭২০ ; খৃঃগী ১৭২৭ ; শকাব্দঃ ১৬৪৯ গুবা কুম অসিদা ( য়াংখৈদা ঈরোমকোক ( পুথি ) কোম অচৌবা ইং ১৭২৬ তা তৌখিবা ) য়িয়োক কোম হোঙখি। কুম অসি ইবেম্মা রায়েনবম চনু গোমতী রাংগোল শঙ কুমদুনা মচা ইনুংঙো ভোরোং শাই পোকলে। অঙোম কবিনা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌবু হকথিনা তাথিখিত্না ইবেম্মা গোমতীদা রাকংত্না মখুংদা পুয়া অমা মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌগী মরমদা লম্মন শিংবা ওইনা ইবা হৌখি।

চৈথাবা থিংবাইজম ক্রবাং ( থিংবাইজম কারু ) গী কুম ; লাং-চক্রী কুমশীং ৪৮৩৯ ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭৩১ , খৃঃ গী ১৭৩৮, শকাব্দঃ ১৬৬০ কুম অসিদা অঙোম কবিন। ইবেম্মা গোমতীগী মখলদা হায় —"ইবেম্মা ! লৈপাক অসিগী নিংথৌদি মচা ইবুংঙো অহল শ্যামশাইনা শোয়দনা ওইগনি। মচা ইবুংঙো শ্যামশাইনা ইবেম্মা ঈরাংলোল খাহেংবম চনু মোইরাংলৈমানে, অনীশুবী থোংবম চনূ নন্দিনীনে, অমী অসিগা লোয়ননা থূরায় চীঙদোমপোক্কগী ( চীঙমৈরোঙ চীঙ ) মোইরাংথোম হীচম য়াইচম পাৎ ময়া নোংপোক থংবদা হোংলক্কনা লৈরিব। মরমদি ইবেম্মাদি খঙবীদমানে। ইনিংথৌনা ঐগী কোন্নুংদি লাংথবান্দা ওইগদবনি ভাকশাবদনা হোংলক্কনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইগা থানবা লৈতনা লাংথবান্দা লৈমিন-নরিদো। নচা ইবুংঙোদি কৌত্নুনা নোংমা। নুমিৎ অমতা লৈথিরবা তৌত্রিবনি। কংলা অসিদা লাইনিংথৌ পামহৈবনা লৈবসি নোংমা নীংনি লৈবদগী থক হেনখিত্রবনি। মতম অয়াম্বদা লাংথবান্দা লৈদুনা কম্বা কোন্নুং শঙলেল ওইখ্রবা অসিনিদো। অত্তুগা মরু ওইবা অমত্তু লৈরিদো ইবেম্মা, মচা ইবুংঙো অনন্ত শাই হায়বা অসি মাগা লাইনিংথৌ পামহৈবদা মচা পূম্বগী মন্নুংদা ইকায় খুম্নবা ওইনা চেকসম্না থম্বা মচানিদো। মসিমক মরু ওইবা নচা ইবুংঙো অনন্ত শাই অসিগা, লৈপাক অসিগী মথৌনা কবা লালদা হৈ-শিংলবা নংথৌ ভম্বা অঙম্বা অমা ওইরিবা চেকশা চক্র পানি হায়বা অসিগমু অমতা ওইনা থানবা লৈতনা লৈরিদো। শ্যামশাইগা, অনন্তশাইগা মচীন-মনাও নুংশিনবগী মরমদা করিক্কু হায়না খীংথাগনি। ময়াম্মুং শ্যামশাইনা হায়খিবা হীরম থৌরমদা অনন্ত শাইনা হীরোক-লৈথোকপা অমুক তৌদনা হীরম পূম্নমক্তা থৌওম্নবা থৌ পূইদো। মরম্মুং শ্যামশাইনা থূরায় চীঙদোমপোক্কগী মোইরাংথোমদা হোংলক্কনা লৈরমদো। অনন্ত শাইনা খোইয়ুম চীঙ ( হৈপোক চীঙ ) থরোই লোকমাঙদা ইংখোলদা চাউনা সেমদূনা মচী-মনাওশিংগা লোয়ননা থুং লিংলূনা লৈগ্রেদো।

হৌজিকমক নৈপাক অসি ক্লোন্নুং অহুম থোকপগুম্বা লৈরিবা অসিনি। ইবেম্মগী সনা পুক্লীংদা ভরেং ত্রুরা থোক্লা ৱাখল তৌবীগনি" হায়ন্না তাকই।

ইবেম্মা গোমতীনা অঙোম কবিগী ৱাদগী মুংঙাইতবগা লোয়নন। লাংথবান্ন তান্না লাক্কুনা মৈতিংগু নিংথৌ পামহৈবগা, মচা ইবুংঙো শ্যামশাইগা লৈমিন্নরিঙৈদা হংগংলৈ, "লাইনিংথৌনা সনা কোন্নুংস্মু লাংথবান অসিদা মপৃঙ্গ ওইহনুনা অঙম অথো পুম্বস্মু মফম অসিদা লোহনা কাখ্রে। সনা কোন্নুং অাসিবু হচা হবুংঙো অহল শ্যামশাহগী বোন্নুং অমনি হায়না লৈপাক্লা ঙাংনবা অাসবু অচুম্বরা?'

ৱা অসি তাবদা, মৈতিংগু পামহৈবা তাঙজ মরায় লুকথহনা ৱাংলেন ঙাইহাক ৱাখল্ল খন্নহনা লৈ। মতুদা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইনা হায়— "ইমা লীজ! নচাদি নিংথৌ খুবম লেপচরোই; হবুধৌ পাখংবনা লেপ্পা খঙবা ওইসমু। পাবুং সনা থৌগল পামজবগী সনা নাক্তা লৈজবনি। পাবুংবু অহনগী মতম ওইরক্লে হায়দুনা সনা থৌগল, সনা পুক্লীং থুংলক্তবা লাক্লগা মচা ঐথোএ লৈনমক সনা পুক্লীংদা মুংশগত্রা, নচানা ৱাখঙ্গহনা মকম খুদীংদা সনা থৌগল তৌজবনি। নচাগী মবমদা চিংনবা ৱাখল তৌবীগমু" হায়না ৱাশক্কনা পাউতাকই।

মৈতিংগু নিংথৌ পামহৈবনা হায়—"মহারাণী! লা থবান কোন্নুং অসিমু সনাহল মরাম্বা শামৈবাংজিৎ শাই ইচাগী ঙাক্তান। মরম অাসদা চিংনবা থক তৌগমু। ঐনা কংলা থাদোকপাদ ইচানা মনীং তমনা পানজনবা থাদোক্লহনি। ইচানা পাম্বা মরম পুম্বা ঐনা লাইনা কায়দনা তৌগনি।" ৱা অসি তাবদা মচা হবুংঙো অনন্ত শাহদি মপাবুং অম্যাদ মনা লীজ মহারাণী অমস্মুং ময়াম্মুংবু খুরুম্মগা তম্পাক য়ুমদা ৱাঙাংদন্না কুমথি। মুনিং অসিদগী সনা নাক্তা লৈবা তোকলে। পাবুংগী ৱাশক অমদি ময়াম্মুং শ্যামশাই খুরায় লাকপগী ৱাশক কায়কদে। হমাম্পীগী নীংবা

পুন্নমক থুংনবা, পাবুংগী সনা থৌগল অসি খরা থাপ্লা তৌদুনা অমুম খুরুম্বনা ইমাশীগী মনীং থুংগদমানে" হায়দুনা সনা থৌগল মুমিৎ অত্তুদগী অমুক হন্না কাখিদে। ইবেম্মা মহারাণী লাংথবান্দা সনা থৌগল তৌদুনা মুমিৎ মঙানি লৈরম্নগা কংলা কোন্নুংদা হল্লক্তুনা অঙোম কবিগী মফমদা ব্রারম পুম্বা তম্নদুনা মতুংগী থৌরম্ব খন্নদুনা লৈখি।

চৈথাবা সনাসম মায়চৌগী কুম ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭৩৮ ; খৃঃ গী ১৭৪৫ ; শকাব্দঃ ১৬৬৭ শুবা কুম অসিদা থোক্ল ওইরগদবা মতমগী খোঙলৈশিংবু তাকপীরবা মতুংদা, "অমগা হায়গে, অঙোম কবি সেখরনা পুম্না মৈ থাখিবা উবদা, মাগী নীংখিবা লম্মনবু শিংগে হায়দুনা অথুপ্পা লৌনম লৌ শেম্বা ইরেংবা পুরাবী। নিংথৌরোল ) অমা ইদুনা থমখ্রে। পু-ব্রা অদুবু য়েংফা হাংফদবা ইরেংান ( চুমদর্বনি । মদু নখোয়না লৈরিবা মখৈদি থৌঙাকুউকো" হায়না লৌরেম্বা অহন্না মচা মনাও পণ্ডিতাশংদা পাউতাক্লম্নগা হনখি।

## পামহৈবা সনা শঙগায় হোংবা

চৈথাবা ঙরাংবম মুংয়াংগী কুম মৈতিংঙ্ নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৭৩৯ ; খৃঃ গী ১৭৪৬ ; শকাব্দঃ ১৬৬৮ কুম অসিদা মহারাণী গোমতী, হাওবম মন্ত্রি শ্যামা, অঙোম কবি অহুম্না মুংদা ব্রা তানদুনা মচা ইবুংঙো শামৈরাংজিৎ শাইবু তাহল-খঙহন্দনা মুংদা লাইরিক অমা ইদুনা মৈতিংঙ্ গরিপতি পামহৈবা 'নংথৌগী মফমদা পীরে। লাইরিকী মরোন্দা— "মৈতিংঙ্ পামহৈবা পাবুংগী সনা খুয়াখাদা সনা শঙগায় লাংথবানবু নচানা নিবা ওইজগে" হায়না ইরকই। ব্রারম আস তাবদা, মৈতিংঙ্ পামহৈবা ব্রাশক্কা মখা পোনবা ওইনা সনা কোপ্লুং লাংথবানবু থাদোক্তুনা "কোম্বা" দা সনা শঙগায় অনৌবা অমা শাদুনা হোংহনা লে। মৈতিংঙ্ পামহৈবনা কুম অসিদা ঈয়োক কোম ( পুথ্রি ) অমা তৌদুনা কোম্বা মায়কৈগী ঈশাং তাঙলবা মতমদা তেংবাংনবা থৌম্নাঙই। লাইজ ঈয়োক

কোম অতু তৌবা লোইবা য়াদ্রে। লৈনুংদগী ঈশিং থোরক্তুনা মতুগী মরমদা খন্নরিবৈদা লাইরিক অমা কংলাদগী থুংলরে। মচা ইবুংঙো শাংমৈরাংজিং শাহনা পীরকপা শাত্নুনা, "পাবুংনা সনা শঙগায় কোম্বাদা ওইবীবসি কংলাগা নক্মনবসিনা নচাগী চিংনবা লমদম ওইবনা লম অসিবু থাদোকপীনবা নচানা পাবুংগী নফমদা নিজরি " লাইরিক্কী ৱা মরোল তাবদা, মচাগী নীংবা লম্বীদা থুংজনবা ৱাখল্দুনা লাইজ ঈয়োক কোম অতুবু হোৎদুনা মমিংবু "লৈখারোল ঈখোং লাংদাইবা" হায়না মিংথন্দুনা থনম্লে। মফম অসিদগী খা লম ৱাংজিংদা সনা শঙগায় সেমদুনা হোংলক্তুনা লৈ। অমুক মহারাণী গোমতীনে, শ্যামানে, অঙোম কবি অহুম্না ৱা তান্নতুনা লাইরিক অমগা ইতুনা পীরকই। মরোল অতু তাবদা, মৈতিংগু পামহৈবা মচা মনাই কনা অমম্ব খঙহনবা লৈতনা ৱাংজিংগী সনা শঙগায় থাদোক্লমতুনা ককচীঙদা সনা শঙগায় অমা শাত্নুনা লৈ।

কুম অসিদা সনা শঙগায় অহুম্বু হোংতুনা মচাগী নীংবা থুংনবনি ৱাখল্দুনা লৈরকপা মরম অসিবু মীনা তাখিগনি, খঙখিগনি হায়বগী ইরকপা লাইরিক পুম্বা পাবা হেক লোইবগা, কনা খঙহনবা, উহনবা লৈহন্দনা খূদক অতুদা মাঙহন্নবা থৌৱাঙদুনা মাঙহল্লি। মতম অসিদা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খূৱায় লাকপা মোইৱাংখোম হীচম-য়াইচমপাৎ মপান তাবনা লৌবা ইবেম্মা ঈৱাংলোল চনু লোয়খোম্বী মচা ইবুংঙো য়ায়মা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র পোকলে। ঈ তাদনা থূপখি।

মতম অসিদা মরু লৌরেম্বা খোংনাং তাবা, মরু থেংগ্রা অনীনা মরম পুম্বা পণ্ডিত লুখোইদা তাকপীরমতুনা থূপ্নফমদা থূপখরে।

চৈথাবা কোনসম মায়মুগী কুম ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমসীং ১৭৪০ তুবা ; খৃঃ গী ১৭৪৭ ; শকাব্দঃ ১৬৬৯ কুম অসিদা শ্যামশাই খূৱায় লাকপনা ৱাখল্লি. -"ওন্থোকপনি নিংথৌ হায়বা অসিগী ৱাখমদি অঙাংগুম্বা অনীং-অনীংবত্তা মতৌবা হায়বা অতু ওইরে। চহি অমগী মনুংদবু মুমহোঙ

অহুমলক হোংঙিদা। মসিনদি লৈপাক অসি ব্রায়েন থৌবুগী মবমদা অকায়বা খোক্লক্লগনি। অতুনদি সনা কংলা থাদোকপসি ফনম্ন কুইশিল্লকলে। ঐদি পাবুংগী সনা নাক্তা সনা থৌগল ওইনা লৈতুনা, সনা পুক্লীংবু ফাজম্নবা তৌতুনা সনা কংলাদা লৈঙম্নবা তৌবা তাই মসিদ, করিননে। কংলাদা খক লেওশিল্লকখিদবা অসিবু য়াম্নুং শাংমৈরাংজিৎ শাহুদা নিংথৌ খুবম শিল্লখিবদগী চঙখিদবনিসে। মপানা নিংথৌ ওইরম্বগী মচা অহন্না মপাগী মহুৎ শিল্লরবদি, মচা নিংথৌ অতুগী মনাক্তা মপা অহল ওইবা, নিংথৌ ওইরম্বা অতুবু লৈনবা হৌনদবা কবিগুম্বা চৎলম অমা লৈব্রা? পাবুংগী সনা থৌগল্লা কমদৌবিবা? ঐ চৎতবা য়াদে" হায়না ব্রাখন্দুনা সনা শঙগায় ককচীঙদা লাক্নুনা সনা থৌগল তৌতুনা লৈবরে।

কুম অসিদা কংলা সনা কোনুংদগী লাইবিব অমা পীবক্তুনা মফম অতুবু থাদোক্তুনা চৎনবগী মরম পীংক্লে। মরোল পুম্বা অতু শ্যামশাই খুরায় লাকপনা তশেং-তশেংনা খঙলদুনা "পাবুংনা থাজ খুদীংগী য়ুম হোংবা মফম অমদা তং তানা লৈজবা ঙমদনা মফম খুদীংদা য়ুম হোংবা অসিদি য়াম্নুংনা কোয়তান তানবনা ওইবে। মসি শ্যামশাইবু পোকপা মপাবু অসিগুম্বা তৌহল্লিবা আসবু ঐনা য়েংতুনা লৈবা" হায়না মবুক তাথীবা ওইতুনা হুযেল লাল তৌগদবগী থৌবাঙলে।

মপাবুং পামহৈবনা হায় "শ্যামশাই করিনো? নচী-ননাও চায়নবা হৌনদে। মতু করি লমচং মওংনো? নয়াম্নুং শামৈরাংজিৎনা তানবা নত্তে; শাগৈগী মতীক মঙাল যেংবনি। হাযখিবা ব্রাশকপু ঙাকনা চৎপরা, চংতবরা চাংদম্বনি। মরম অসিবু খন্থতুনা পঙশাও শাউবা চুমদে। ইপা ইচানা ব্রাশক্ত.না হায়খিবা মরম্নু অব্রাবা খববু কিবদগী শাগৈগী অথোয়বা ইবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখংবগী নাউদা পুম্ববু লৈখা তানা মাঙহল্লসিরা? মতুদি নপা ঐগী ইথৌ ইওম নত্তে। শ্যামশাইগী মপানা চ.কদবা ইথৌদি হায়খিবা ব্রাহৈ ময়াথংগী মতুংইন্না থৌঙম্নবা ঙাক্লা চৎকদ্রবনি। মফম অসি

খুদক অসিদা থাদোক্লুনা চংপনা হৌখিবা ইবুধৌশিং পুম্বগী লূতীনানিং। ইপাদি নোংপোক খোঙদাখ্রগে ইবুধৌ পুম্বগী মতীক-মঙাল শামদনবগী থৌবুনা। অদুগা মহন্তনা করিবু পৌরা লীহনা পারী ইগাদা তাহনখি ? সূর্য্য বংশগী শ্রীরাম্বু পোকপা দশরথনা চংলম করি চংখিবা ? মচা শ্রীরামচন্দ্রনা কনাগী রাশক ঙাক্লুনা মীওইবা মপোক্কী নুংঙাই নফম ওইরিবা হৌনফম অযুদ্ধা লৈপাকপু থাদোক্লুনা চংলুবা পৌরা অদু ইপাদা হায়য়ু ? শ্যামশাই ইচানা রামচন্দ্রগী পৌরাবু তাবা মতমদা নপা ঐদি য়াওহৌদ্রে। নোংদোল লাই কোরৌ হনবা য়ুমগী নাউদা শ্রীবামগী পৌরা অথুপ্পবু অদুক হায়য়ু ?"

[ চৈথাবা ব্রায়েনবম পামমৈরাগী কুম ; শকাব্দঃ ১৬৪৫ শুবদা মচা ইবুংগো শ্যামশাইনা শ্রীবাল্মিকী রামায়নবু তাজগে হায়বগী থৌরাঙবু সেমদুনা খাংমৈ মারহনবা চীঙ, নোংপোক চীঙদামপোক, খূবায় চীঙ, মপ চীঙথক্তা সনাহল শ্যামশাইগী শঙ্গায় য়ুম্ফমনি। মফম অসিদা শঙলেল অমা শাহনা চঙনবা থোঙ মায়কৈ ৪ ( মবী ) দা থোঙ ৫ মরী ) পান্দুনা মহন্ত শান্তদাসনা শ্রীবাল্মিকী রামায়ন পাড়ুনা মচা ইবুংঙো তাজখি। মরম অদুবুনি পামহৈবনা মপা ইবুংঙো শ্যামশ ইদা পললিবা মতাঙসি ]

মপাবুংগী ব্রা অদু তাবদা, মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খূরায় লাকপা মরায় তাঙজ লূকথনা—"মরম পূম্বা খঙজরে। পাবুংনা সনা পুক্রীংদা থুংনবা লেঙগদবা মফমদা লেঙবীয়ু। নচানা সনা থৌগাল ফংবা ওইজগে। মফম অসিদা ঙসি অহীংদদি পম্বুবীরমখো। নচানা "য়েংম চেঙজেন খরদং লৌজরুখিগে" হায়না ঙাংনড়ুনা শ্যামশাই খূরায় লাকপা মোইরাংখোমদা লেঙলক্লে।

ইবেম্মা ঈব্রাংলোল চনু লোয়খোম্বী থা মঙাগী নাউদাবু শীনয়োমম্নুংদা লৈঙমলে। শ্যামশাইনা মতম অসিদা মপাই ইবুংঙো খেলেম্বা নিংথৌগী নফমদা মচা ইবুংঙো গৌরশ্যামগা, মদাইরেম ঈব্রাংলোল লোয়খোম্বীগা

শিন্নহুনা থনম্লগা, চয়োম চেঙজেন পুহুনা সনা থৌগন্দুনা কবো লেঙবদা থৌগল্লে। অংগো চীঙ ৱাংমা লাল্লকপদা মৈত্তিংগু পামহৈবা নিংথৌ সনা হকচাংবু খরা শোকনা নাহুনা উয়ুঙ মখোঙ (উয়ু মখো) য়াংঙৌ চীঙ-খোঙদা পন্দুনা লৈ।

মতম অসিদা মপাবুংনা হাবা য়াগদবা মশকপু হুংবদা মৈতৈ লৈপাকী পোৎলম্ হাগে হায়বগী মফম অহুদা মপাবুংবু ৱাংলেন পুংগোই অমা অনৌদং লৈবীরম্মু হায়না থনম্লগা, মৈতৈ সনা লৈপাক য়োনবা থৌরাঙহুনা লাংগোন্দগী হৈরী, ঙারা, ঙাতীনগী ঙাক্ক, ফোরেলগী চেঙবু থিহুনা লৈরে। মতুং অহুদা ৱাংলেল মখায় অমতং লৈপাকী ঈ-পাউ তাগে হায়দুনা পম্বহুনা ঙাইহাক লৈ।

মতম অসিদা শামৈরাংজিৎ শাইনা মপাবুং নিংথৌবু কবো তাম্না লেঙশীনখ্রে হায়বা পাউ তাদুনা সনা পুক্নীং য়াম্না শাউনা কংলা মম্নুংবু ঈলাও-লাওই। "কনাগী খুংশীন থৌরাঙনা অহল ওইরবা পাবুংবু কবোদা পুরিবা? মচা ঐ লৈনা লৈনা সনা কংলাদা নোংমা ফানা লৈতনা মফম খুদীংদা য়ুম শা-শাহুনা থা খুদীংগী হোংলিবা। অহুবু অহুল ওইরক্লহুনা সনা পুক্নীংনা নীংবা পামজবা থৌরাঙদুনা মফম খুদীং কোয়না লম য়েং-নীংহুনা লৈব্রা থল্লম্মী। হৌজিক্তি লৈপাক অসিবু থাদোকখিহুনা মীরৈবাক কবোরোমদা চঙখ্রে হায়বা অসি কমদৌরিবা ৱাখল্লো? সনা থৌগল কনাম্মু য়াওখিদবা: সনা খোঙলেঙলবম্মু ঐখোয় খিবীক্লা থৌগন্দুনা লেঙগ-দবনি। মীরৈবাক্কবু কমদৌনা ইনাও শ্যামশাইগা লোয়নহুনা লেঙলিবনো? ইনাওশা! নখোয় খ্বায়দি মরম অসি থক তাবা, খঙবা লৈহৌদবরা? পাবুংনম্মু মরম অসিবু থক হায়বা তৌরীব্রা?"

মহুদা মনাও ইবুংঙোশিংনা হংগংলি, — "ননাই ঐখোয়দি পাবুংনা হায়রীবা লৈতে; তাদ-খঙজদবনা সনা থৌগনবু ইনজদবুনি।"

শামৈরাংজিংনা হায়— "ঐখোয় খ্বায়দদি তাকপী-হায়রীরমদবা;

ইনাও শ্যামশাইদদি তাক্নুনা সনা থোগন ইনখিবা ; ওস্তোকপনিদা ঐখোয় অনীস্নু পাবুংনা পোকপীবা ঙহাক্তনিকো। খঙলে ইনাওশা! নখোয়-ঐখোয়না পাবুংগী সনা থৌগল চেকশীনবা ব্রা্পনা পাবুংনা পাউ তাক-পিদবনি। মত্থবু হৌখ্রে, তৌথ্রবনিনা মরম অসিদা ঙাংনরুবগী কানদে। ওৌব্রামশাই! তোলেনতোন শক্রুঘন শাই নচী-ননাও ননাইশিং খবগা লোয়নন্থনা পাবুংগা, ইনাও শ্যামশাইগা কৌকদবা য়াদে। করম্নো ইনাওশা! অহল ওইরবা ইপাবু নখোয়-ঐখোয়মক লৈনা লৈনা কবো মীরৈবাক্তা লৈহনগদগে? লমদম তামখিরবদি পাবুংবু য়াম্না ব্রারগনি।"

ময়াম্বুংগী ব্রা তাবদা মনাও ইবুংঙো অনীমক চৎকনি হায়দুনা থৌবাও তৌরে। মম্নাম্বুং শাংমৈরাংজিংনা নীপা ২৫ ( কুন-মঙা ) পীথুনা মনাও অনীগা লোয়নথুনা চৎখ্রে।

ব্রারম অসি অঙোম কবি সেখবনা তারথুনা হাওবম মন্ত্রি শ্যামাগা লোয়নথুনা ইবেম্মা গোমতীগী মফমদা লাক্নুনা ব্রা তান্নে। "করমনো ইবেম্মা! নচা ইবুংঙো অহন্না তৌরিবা অসিদি মরম পুম্না কায়বা তারে। ঐখোয়না নচা ইবুংঙোবু তাহল-খঙহন্দনা মুংদা লাইরিক পী-পীথুনা মপাবুং নিংথৌবু লৈপাক অসিদা লৈতনবা থৌশীনখিবা অসি, নচা ইবুংঙো শামৈরাংজিং শাইনা থিরক্তুনা য়াম্না খুদোং চাদম্বা থোক্লগদৌরি। মনাও অনীগা, নীপা ২৫ ( কুন মঙা ) গা লোয়নথুনা মপাবুংবু লৌবা চৎহনখ্রে। মরম অসি নচা ইবুংঙোনা মপাবুংদা হংগদৌরি। করি মরমগী কবো মীরৈবাক্তা লেঙলিবনো হায়না? ঐখোয়না মনুংদা তৌবা থবক মরম অথুদি নচা ইবুংঙোদি খঙবা. তাবস্নু নত্তে। মাসবু কমদৌসিগে? মরক অসিদা মৈতিংগু মপাবুং নিংথৌগা শ্যামশাইগা লৈপাক অসিদা লাক্তনবা থৌরাঙহৌদ্রবদি খুদোং চাদবা তারে।' মহারাণী গোমতিনা হায়- -"পণ্ডিত হৌজিক মতম ওইরেনা ; লমদমস্নু তামলেদনা, তোলেনতোন শক্রুঘন শাই ইচাস্নু য়াখি। চৎখিবা নীপা ২৫ ( কুন-মঙা ) অথুস্নু সনাহনগী মনাইশিং

ঙহাক্তুনি। মবুংঙোগী ফনবা থৌরাঙবদি মখোয়স্থু য়াফম থোকইনা।" ৱাহৈ অসি তাবদা কবি সেখরনা-- "মরম পূম্বা খঙজরে ; থৌঙমবা ত্তোজ-খ্রগে" হায়দুনা লাইরিক অমা তম্না ইতুনা "মোংজাম্বা তাংহুই" দা লাইরিক অহু পীদূনা শগোল তোংতুনা তাম্নহনখ্রে। মহুদা শ্যামশাই খুরায় লাকপনা খঙখি, "মরম পূম্বসি অহুম অসিনা থৌরাঙবনিদনা। য়াম্বুং শামৈরাংজিং শাইগী থোইদোকপা মরাল অমদি খূৎশীন থৌরাঙ নত্তেদনা। পাবুংনা ঐবু খাম্বীবমত্রবদি মরাল নৈতবা য়াম্বুংগী মফমদা ঐগী লঙজবা লম্বীবু থৌরাঙলম্বা ওইরমগনিদা" ৱাখন্দুনা মফম অহুদগী পাউ তারম্নগা কবো য়োরগে হনঙম্নকপদা, শগোল তোংতুনা লাইরিক পুরিবা অহুগা তোলেনতোন শত্রুঘন শাইগা, নিংথৌগী মনাইশিংগা মুংগী ৱাবু ঙাংনতুনা লাইরিক পীনতুনা য়ানবা মরম অহু লম্মখাঙদা শ্যামশাই খুরায় লাকপনা তাদুনা ৱাংলেল ঙাইহাক পল্লম্নগা কবো য়োনবা লাকই।

মতম অতুদা মহন্ত শান্তদাসস্থু মৈতিংঙু পামহৈববু কবোদা লেঙ-শীনখ্রে, নৈতরে তাতুনা "মানা নৈপাকসিদা নৈলত্রবদি ঐস্থু মফম অসিদা নৈবা য়াররোই ; থুনা থৱায় মাঙবা তারে" হায়দূনা মৈতিংঙুগা, শ্যাম-শাইগা উনগদবগী কবোরোমদা চঙলমতুনা লোক মপান অমদা চান-থরুবা থৌরাঙদূনা নৈবা থেংনৈ। মতম অতুদা শ্যামশাইদি মাগী সাধন সাধকী পুংলূপ মতম য়োশিল্লক্তুনা মফম অতুদা পন্থতুনা, ৱা ঙাংনতুনা নৈবা য়াবা মতম্থু ওইখিদবনা, থাপা মহন্তবু পুরুম্নমতুনা, মপাবুং নাক্তা থুংলতুনা "পাবুং নচা লাকচরে" হেক তাকই।

"শ্যামশাই! নঙদি ইপাবু কুইনা থাদোকইদা, ৱাংলেল পুংলূপ অনী-অহুমদনি হায়রগা।"

"পাবুং! নৈপাকী ইরাঙ ঈ-পাউ খরবু তাদুনা ঙাইহাক-ঙাইহাক পন্দুনা নৈরুবনা খরা কুইখ্রবনি।" হায়রগা চান-থরুবা থৌরাঙলগা, মৈতিংঙু পামহৈবা নিংথৌবু তরা লূকলেল হাতুনা ৱাংলেল ঙাইহাক

ইঙ্থনা পোখাত্নুনা লৈখি। মফম অদুদা মুমিৎ নীনি পোখাত্নুনা লৈরম্লগা নুংথি ( নিংথি ) খোংবান যৌনা চণ্ডীন্দুনা মহন্ত শান্তদাসপু করিগুম্বা য়ো-রকপা য়াই হায়দুনা পোখাত্নুনা নুংথি সনা ঈচীন ময়াদা মৈতৈ নিংথৌগী হিথাথেন্দা পম্মুনা লৈখি।

মহন্ত শান্তদাসতি লোকচাওদা তবা চাক চাগে হায়দুনা থৌরাঙ-লিঙৈদা, মৈতৈ মীখাযখনশিংনা লাকপদা থেংনত্নুনা মহন্তগী ঈশিং থরুবা মনাক্তা থমলিবা খুজাইবু লৌদুনা মহন্ত শান্তদাসকী মবায়বক্তা থাহনা লোক অদুদা ওম্মুনা শিরে। মফম অদুবু মহন্ত শান্তদাসনা শিখি হায়দুনা "গোশাই লোক" হাযবম্বদগী "খুজাইলোক" হায়না কৌনখি।

মচা ইবুংঙো অনীগা মীখায়খন ( অখন্নবা মীওই ) পুম্নগা লাকপা অসি নুংথি মপান যৌত্নুনা মৈতিংঙ্ পামহৈবা নিংথৌগী খোঙগুল মথং-মথং লীদুনা চৎথবকই। মতম অসি শ্যামশাইনা হংগৎলি "পাবুং! লাকলিবা মীওইশিং অসিবু ইনাও অনীদি যাওবকই হাযববু মবুক কয়া শেংদবা খরা য়াওই, মফম অসি খুদোং কযা চাদে। ঈব্রাঙ্মা লান্নবা তৌবীসি" হায়দুনা সনা খোঙনেং হি চিংশিন্দুনা হিদা কাখত্নুনা ঈব্রাঙমা লান-গদবগী থৌরাঙঙি। খূদক অদুদা মীযামশিংমু লোইনা থুংলবত্নুনা ভৌব্রাম শাইনা— "পাবুং! নচানা পুকমজবি, সনা খূযা খাদা। ননাই ঐখোয় পাবুংবু কৌক হায়দুনা য়াম্নুংনা থারকপানি, হিমায় লৈররুবা তৌবীযু। অহল মতম ওইবগা মীবৈবাক্তা লৈবীবা মতম নত্রে, সনা থৌগল লাকচরি।"

মা অত্ তাবদা, শ্যামশাইনা হিমায়দি লৈদনা ইব্রাঙমা লান্নবা তৌঙম্মী। মত্ উবদা মীখাযখন ২৫ না শ্যামশাইবু মবুক্তা তাথীবা ওইরক্লে। খূদক অদুদা শত্রুঘন শাইনা কৌরকই। মচা অতোনবগী খোনফম্মু তাবদা, মৈতিংঙ্গী সনা পুক্লীং লাওদুনা, "শ্যামশাই। ননাওশিং লাকলে। ইপাবু কৌগে হায়দুনা লাকলে হিমায় অত্ নুংথি হিথাথেন্দা হোলজিল্লসি।"

শ্যামশাই খুরায় লাকপনা হায়জে - "পাবুং সনা পুক্লীং য়াংবীগন্নু, খুদোং চাবোয়দমানে হি 'হোপ্পিনবসি।'"

"ইপাগী ইবুংঙো শ্যামশাই! মপাগী খুদোং থীনবা মচানা তৌবা হৌনদে। ইপাবু হকচাংনগা হামফোই-হামফোইবনে; লাপ্পা, চৎলগা রাওম্লক্কদমানে।"

"চুম্মী পাবুং, পাবুং ঈরাঙমাদদি লাম্হোক্লবা তৌঙমসি। মনুংদা শরো শিন্দুনা লৈখ্রবনি। খঙদবনা খঙদ্রবস্তু অখঙবনা য়ামগ্রবনি; মতু কয়া খুদোং চারোইদমানে।"

"করিনো শ্যামশাই! ননাওশিং অসিবু নঙদি খক্ নুংশিত্রমানে?"

"পাবুং! নচা মতু নৎচদে। সনা পূক্নীংদা চিংনবা তৌবীগন্নু। হোনবদি হোনজিনগনি" হায়দূনা হি মায়ওল্লক্কুনা হিথাথেল্ সনা ঈচীন, তম্মা হোনজিনখি।

মৈতিংঙু গরিবনিৱাজ পামহৈবা নিংথৌনা হংঙি— "ভৌরাম শাই! নঙদি ইপাবু হাংকদবগী ননাও শত্রুঘন শাইগা হৌনহনা লাকলি হায়ববু চুমব্রা? ইপা লাকলে। ইচাশা! ননীং থুংনবা তৌঙমলো-লাউ।"

মতুদা ভৌরাম শাইনা হংগংলি— "নচা মরম অতুদদি থোইদোকপা খঙজদে। য়াম্বুংনা পাবুংবু অহল মতম ওইবনা মীরৈবাক্তা সনা খোঙ-লেঙবা মতম নত্রে, কৌথোক্ল তাকপীদুনা সনা থৌগল লৌথোকচবা লাকচবনি।" শত্রুঘন শাইদি পাউথুমদনা ঈকায়দুনা মরায় লুকনা লৈ। মতুদা মপাবুংনা হায়— "শত্রুঘন শাই! ইচাদি খুমদেনা করিনো? খঙলে ইপানা।" "নুংশিদা ভৌরাম শাই ইচাগী পাউথুম ইপাবু হাংকে লাকপদি মওইরিনি। অতুবু ইচাগী পাউথুম্মা ইপানা পেঙবা ওইদ্রে। করিগুম্বা, মতম অমদা, নয়াম্বা শ্যামশাইগী নাউদানা কাংলকপা মতমদা, ইচাগী, নাউদানা শিন্নদুনা নৈপাক্তী রায়েন থৌদাবা, মমুম তরেৎ লুচিংবা পিরা থৌবুজবা ওইজোকো

রা অসি তাবদা থৌবম অসিদগী "মনাও ইবুংঙো শ্যামশাইনা থৌরাঙ-দুনা মপাবুংগা, মচা ইবুংঙো অহনগা য়েংথিনহল্লম্বনিদনা। শাবৈবাংজিং

শাইনা মরাল করি লৈহনা" হায়নবদগী শ্যামশাই খুরায় লাকপবু "হাংলো-হাংলো" হায়দুনা হিনুংদা ফন-ফন হেক চোংথহুনা হিবু তন্না ফায়। খুদক অহুদা মচা ইবুংঙো শত্রুঘন শাইগী মনাই "তোনজম তোলেন্না" নারোন্দা শ্যামশাইবু তন্না রাকোক অমা হেক্তা লংশিল্লক্লে। রাকে'ক অহুনা লাইবক ময়ায়দা থাহুনা হিদগী ঈশিংদা ওন্থখিহুনা তাখবে। মীয়াম্না হিনুংদা হিবান পায়দুনা চোংখৎলকপা অহুদা মৈতিংগু গরিবনিৱাজ পামহৈবা নিংথৌবু হোললিবা নিংশাবু লেপ্লম্বদগী হি অহুনা হাইবঙদা লোংনা হিনুংদা তুখি। মীখায়থন ময়াম্না হিনুংদগা মৈতিংগু পামহৈবৰু পমহুনা নুংথি (নিংথি) সনা ঈচীনগী লৈঙোয় শেক্তা মথক্তা পুখত্তুনা মচা ইবুংঙো অনীগা লোয়ননা সনা থৌগল লায়কন্নবদা; মপাবুং পামহৈবদি মচা শ্যামশাই খুরায় লাকপগী রাখন্না থুম্নৎখিহুনা হোল্লিবা নিংশাগী পুঙলুপ কায়খরে। রা ঙাংবা ওমখিদ্রঙনা মচা অনীগী খুজেঙ পায়দুনা চিংনা সনা মীৎয়েঙ তারম্নগা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী অথোয়বা কোল্লোয মিংলেল শোন্দুনা মীৎলাং অনীমক উইশিনখিহুনা নোংগাখি। মফম অসিদা মৈতিংগু গরিবনিৱাজ পামহৈবা নিংথৌগী সনা হকচাংবু চুকশা মৈথারে। মতুংদা নুমিৎ হুমনি চূপ্না নুংথি তুরেন্দা লাংগী শে শাহুনা কোয়না খোন্দুনা শ্যামশাই খুরায় লাকপবু থিবদা, থিবা ফংখিদরে। থিবগী কান্নদ্রে হায়দূনা মনাও ইবুংঙো অনীগা, মীখাযথন ২১ (কুন-মঙা) গা থোক্লক্তুনা ময়াম্নুং শামৈরাংজিৎ শাইদা মরম পূম্বা তমখি। মৈতিংগু শামৈরাংজিৎ শাইনা মপাবুং পামহৈবা অমদি শ্যামশাইগী দমক গৌরিয়া পালা অহুম, অরীবা পালা অনী, পালা মঙানা শক শোন্না অতাই ঈরাংনা মথৌ য়াংগেন্দুনা পন্দোম লোমখি।"

অসুম তৌহুনা অঙোম গোপি হায়নম্নু খ্বাইনা খঙনরিবা কবি সেখর পণ্ডিতনা মাগী খুজীন থৌরাঙ হ-শিংবনা মৈতিংগু পামহৈবা নিংথৌগী মপুন্সিবু লৈখা তানা মাঙননবা মতম চঙনা, মতাঙ চানা চানা পায়খত্তুনা চাউনা লম্মন নীংথিনা শিংখিরবা অফাওবা নীপা অমনি। মানা "পামহৈবা

নিংথৌবু মাঙ্‌দ-মূংলোইদোবা মতম কুইনগী অশুম লৈহৌরগদবা লম্মন শিংবদি থবকশিং ওইনাদা নত্তনা, লাইরিক অমা ওইনসু মাগী মরমদা ইহ্নুা হ'ম্নবদি মতুমরুসু মতম কুইনগী অচুম্বা, লেঙ্গোইদববু ওইহৌরগদবা চাউরবা লম্মন মশিং অমনি" হায়না খন্দুনা ল'ইরিক্তি ইখিবনি। মতাঙ অসিদা মখা তানা মানা অসিমসু উখি, 'মৈতৈগী লৈজরম্বা গ্রয়া অফং-বশিং মহন্ত শান্তদাসনা খোমগত্তুনা মে থাদোকখ্রবনিনা হৌজিক্তি মৈতৈ নিংথৌরোন্দা য়ুম্ফম ওইহ্নুা ঐনা নীংতম্না খূৎ থানীংলিবসিদা হেন্না খুদোং চাবা কয়া ফংহ্নুা পামহৈবা নিংথৌবু লৈখা তাহনবা ( লম্মন শিংবা ) সি সোয়দনা ঙম্নগনি" লেপ্পা খনখিরহ্নুা, মৈতৈ নিংথৌরোন্দা য়ুম্ফম ওইর-হ্নুা 'মিয়াং শীংকক্ নুংলোল' কৌবা লাইরিক অসিবু ইখিব-মক ওইগনি। মতুদা অঙোম কবিনা পামহৈবা নিংথৌবু লম্মন শিংবদা অয়োবী থানা থারিবা খূৎথা, ইরিবা মম্রি অসি অসুক্কী মতীক চঙথোন্না নাতৈ-উতৈ মপা চানা চানা য়েকখবে। মতুদি লৈপাক অসিদা হান্নদগী অমুক্তসু থোকখিদ্রিবশিংবুনা হেক থোকহল; পোক্তিবশিংবুনা হেক পোকহল; লৈরমদবশিংবুনা হেক লৈহন্দুনা মমিং-মথা য়াওনা য়াম্না ফজনসু মিয়াং···· লাইরিক্লিদা য়াওহল্লি। মতুদি মৈতিংঙ্ তুবা চরাইরোংবা নিংথৌগী মতমদা চেংক্রক মতোল অহুম য়েংবা চৌঙঙ্ লাইগা ঙমথংনরবা "খ্বাই কেক্র" কৌবা পণ্ডিত অমগা, বিষ্ণু গোস্বামি ময়াং লম্বোইবা অমগা ( মিয়াং লাইরিক্লিদা ) হেক হেক পন্দুনা য়াওরিবা অসি অঙোম কবি সেখরগী মপুকথোক্কী পণ্ডিত অমদি বিষ্ণু গোস্বামি ময়াং লম্বোইবনি। লাইরিক্লিদা নত্তনা অতোপ্পা লাইরিক অমদা থেংনরবোই। মহাক্কী লম্মন শিংনবগী পান্দমদা পণ্ডিতকা. বিষ্ণু গোস্বামিগা অনীসি লাইরিক্লিদা লৈহনখিবনি।

'শঙলেল পুবা" লাইরিক্তা পীরিবদি - "মৈতিংঙ্ করিরাজ ( গরি-বনিরাজ =পরিপ পতি রাজ ) পামহৈবা নিংথৌ চৈথাবা শাইরোম মাম্বেগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৯২; খৃঃ গী ১৬৯৯; শকাব্দঃ

১৬২১, কুমদা অসিদা মৈতৈ লৈমা শাৎপম চনু মুংথিল চাইবী রাংগোল শঙ কুমদুনা হীয়াঙ্গে থাগী ১৪ নি পানবা ঈরাই মুমিংকী অহীংগী লোইদাম্না য়ুথক হেক থানবদা পোকখি। খূদক্তদা অমাইবীশিংনা নাউরা অঙাংবু মচীন মেন্দুনা, থৌহু নুঙগী নাউরা অমা য়াবা ইনাং মরক্তা থাদহুনা থম্লগা, অঙাংনা রাংগোল শঙগী মিহুৎথোঙ (থোঙনাও) দা লাম্থোক্তুনা থাংগাল খুল্লাকপা মুংশুনা ওক্লগা, লারৈনু খুল্লাকপীগী শম মনুংদা হাপ্লগা, নোংপোক থোঙদা থোক্লগা খূন্নায় পুথিবা তান্না পুখিহুনা অন্নাং পাংগাল হাঁওথুন্দা চাউনবা য়োকখি" হায়না অসিনচিংবা ইরি।

অহুবু "মিয়াং শীংকক্" কৌবা লাইরিক্নিদনা মথক্তা পীবিবা অসিগী চাউনা ওন্নবা অমদা পামহৈবা নিংথৌবু মপা লান্নবগী মচা অমা ওইনা পীরম্মী। মহুদি—'নিংথৌ চরাইলোংবগী ইবেম্মা মুংথিল চাইবীবু নিংথৌগা কেনা তৌনবদগী মহাক অসি শাওবা ফক্রি ফাওবা ইম্থোক্তুনা পাউনম হিদেল মমাঙদা ফৈদা হিদংগী ময়ুমদা লৈহল্লি। মহুদা বিষ্ণু গোস্বামি ময়াং লম্বোইবনা চেঙ নিবা শানা ফৈদা হিদংগী য়ুমদা চঙলকই। চাইবীনা লম্বোইববু খামহনা খূবাক ময়ি য়েংহনবদা, "নিংথৌগা ইবেম্মগা নচা পোকউ লৈতে । করি তৌরগা পোকনি? নঙনা নচা পোকে হায়রবদি ঐগী ইচা পীগে" হায়না খুজেঙ পায়বদা, ইবেম্মসু য়ারবদা ফমজাও কাহুনা মরু হুনখিবা লান্নবা মচা অমা (পামহৈববু) ওইহন্দুনা, মহনা লৈপাক রাথোক অচৌবা অমা ওইহল্ল। অসিগুম্বা লৈপাক্কী মমা অমা ওইরিবী লৈমরেলবী অমবু চঙহাৎ হাৎপগুম্বা অসি মথক্তসু থোকখিদ্রিবা, মতুংদসু অমুক হন্না (লাক্রোইদৌবা) থোক্লরোইদববু ইহুনা পীরি। অসিগুম্বা অরোল অথুপকী লনাই ওইবা অমবু অঙোম কবিনা লৈপাক মাঙদা ফোঙদোক্তুনা (খুংগোয়নহুনা) শীজন্নবা য়ান-থগীদমক্তা মতাঙ অসিদা "খাই কেক্ু" কৌবা থোক্লিবা থৌদোকশিং মীনা উবা ভমন্ত্রবশিংবু খঙ-উরবা পণ্ডিত অমবু পুথোক্তুনা মাবু কৌরগা

য়েংহনবদা, থোক্লিবা থৌগোকাশিংবু চরাইলোংবা নিংথৌদা লোইনা খঙহল্লি। লৈপাক্কী মমা ওইরিবী নুংথিল চাইবী লমচং নাইদবীনি পাউথোক্লদুনা চরাই-লোংবনা ব্রাইখোং থুল্লাকপদা চাইবী মীরোনবীবু নগো পান্নজরুরো পীথোক্লে। "থুল্লাকপা নঙগোন্দা নুংথিল চাইবী লৌকোল. পোবোও পূঙগী নোংপোক থংবা লৌকোন্দা লৈবা লৌ পরি মভাগা ফংজরো" পীথোক্লী। অসিনা কংলাগী মখা ব্রাইখোং কৌবা থুন অমদা গরিবনিৱাজ পামহৈববু পোকহল্লী।

অসিদা নত্তনা মখা তানা মিয়াং"'তা "পামহৈবনা মপা কনানো মমাদা হংবদা, মমা চাইবীনা 'নঙবদি ঐনা পোকপনি। নপানা নোংচুপ্তগী লাকপা গোশাইগী মচানে' তাকখি। মতুং নুংগিদাং অথেঙবা অমদা পামহৈবনা নিংথৌগী মনাইশিংগা তান্নরগা লোন্না চঙলক্কুনা চরাইলোংবা নিংথৌনা তুমলিঙৈদা মঙক্তা থাঙনা য়াল্লে। নিংথৌগী মমিৎ পাওদুনা য়েংবদা, পামহৈবব উবদা, নিংথৌনা হায়য়ে 'নমানা তাক্কুনা ঐব থাঙনা য়াল্লিবোরে; ঐব লোইননবা তৌরো। ঐনা নঙোন্দা করিস্থু লান্দে। নঙস্থু হয়েং নচাগী মথুত্তা শিবা ওইয়' হায়রম্লগা ব্রা ডাঙখিদরে; মমীং উইশিনখিরে। অমুগী অরোয়বা অহীংবুগী অমুক নোং ডাল্লবদা — 'পাউনম হিদেল মপান্দা, ফৈদা হিদং মশুমাঙদ', তরেৎ শেনফাও য়ৈবা, ব্রাংলেল পূঙজাও থীনবদি করিনো' হায়না শৈশকনৈয়ে। অতুদগী অমুক খুম্বা শৈখুমদি তরেৎ শেনফাও য়ৈবা, ব্রাংলেল পূঙফাং য়ৈবদি, তুবী মরু থাবদি হৌদরে; শেনবী মুকাকলৈ মরুনা থাবদি হৌহোরে' হায়না শৈখুম্মী।" মসিস্থু তশেংনা পামহৈবা নিংথৌব চাউনা মায় থীবা পীদুনা লম্মন খুমলিবা খূৎম্লি খূৎথানি। অসিনচিংবা লাইরিক্কিব কবি সেখরনা য়াম্না মরীক চূম্না কূপ্না ইন্দুনা লোইশিল্লি। মতাঙ অসিমক্তা "মিয়াৎ শীংকক্ নুংলোল" কৌবা লাইরিক অসিব পানরিবা, থেংনরিবা, অতাবা মীপূম খূদীংমক্কী থম্মোয়দা থোক্কখোবখিবনা সকসোয়মক সোয়ররোইদবা অচূম্বা লাইরিক অমা ওইনা ময়েক লানা ফজনা চিংশিলহল্লি। মসিমক্তস্থু মৈতৈগী হান্না চুন্না লৈরম্লিবা নিংথৌরোলশিংদা মীৎত্রং তৌদুনা হৌজিক-হৌজিকমক কাংখোং চাউনা চাইহল্লিবা অসিনি।

মথুদি ( খূদম ) মহৌশাদগী হৌনা হায়বদি হান্নদগী ঈরম ঈখোং চাউনা চেল্লহুনা লৈরম্লিবা অমব অনৌবা ঈখোং অমা তৌবগা। ঈথৈ-খিহুনা হান্না চাউনা চেল্লহুনা লৈজরম্বগু মাঙহনখিবগুম্না অনৌবহুনা অরীবা ( হান্নগী ওইরবা ) অমা থোক্না "মিয়াং ··· " কৌবা লাইরিক অসিনা ঈরৈবাক ঈরমদম অসিগী হান্নদগী লৈজরম্বা অচুম্বা, অশেঙবা ফজরবা শক্তমশিং ওইরিবা মৈতৈ নিংথৌরোলশিংগী লীখূল তাংকক্তদি মসিনা লম্ মূক্লহন্দুনা থক-খা ওন্ন-তৈনরবা, য়াম্না চময়হনবা, চয়েং-চনৈনবা ঈনোং অমা চৈথেঙ কন্না ( মিয়াং শীংকক্ লাইরিক্লিনা ) মতম কুইনগী পীরক্লি। মসিমক্কী শিরগা মরুনা য়ুবা হায়নরিবসি।

ঐনা খন্না থেংনজরকখিবা মৈতৈগী তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিং "থৌথোক-ল্লাথোকশিংগী মরমশিং অমদি নিংথৌরোল, লম্মীৎলোম্নচিংবা" ইহুনা লৈরম্লিবা কয়াগা ''মিয়াং···' কৌবা লাইবিক্লিদা য়াঙরম্লিবা থৌথোক-ল্লাথোকশিং অসিগা খরদবু ওইরবস্থু অচুম-চুমদা চাশীন্নহুনা য়েংলুরগস্থু থক-খা ওন্নবগা তৈনবগা থোক্লবা কয়ামুক্লিনা ঈরমদম অসিবু খাবৈ-খারা শানা লৈখা তাহন্নবদা নকনা অশেঙবা হান্নগী লৈজবম্বা অচুম্বা লীখূন লীক্লস্থু মূৎথং-নবগী মরম অমা ( মিয়াং ) মসিনস্থু চাউনা পীরিবনি হায়জনীংই।

''মীৎত্রং'' হায়বদি ( অয়েঙবগী ) মীত্তা তরং-তরং ( তশেং-তশেং না চুমদববু অচুম্বা অমা ওইনা উহল্লিবা হায়বনি। মীৎত্রং ( মেজিক ) হৈরবা নীপা অমনা মীয়ামদা ওইদবনি হায়বা তশেংনা খঙনা খঙনা অয়েঙবা মীশিংগী মমীত্তা তরং-তরংনা অচুম্বা অমা ওইনা উহনবগুম্না, "মিয়াং শীংকক্" কৌবা লাইরিক অসিবু পুথোরক্লুনা মীয়ামদা নীংথিজনা উৎপা ঙম্লবা অঙোম কবি ( গোপি ) সেখর পণ্ডিতনি।

মৈতিংগু পামহৈবা নিংথৌ, অঙোম কবি সেখরগী চাউনা য়েক্লরবা অমনি। অসিগুম্বা মতম শাংনদগী য়েংথিনরক্তুনা ( য়েক্লহুনা ) লাক্লবা অমগী মফমদা য়েক্লবা অমনা লম্মন খুম্বা তারবদি কদায় য়ৌনা লম্মন শিংবা তাবগে? মহুমক য়ৌনা "মিয়াং" কৌবা লাইরিক অসিদা নীংথিনা মরীক চুম্নমক কোঙদোক্লি। লাইরিক্লিদা থাবা য়াব-মখৈ থারে। হায়বা য়াব-মখৈ হায়রে। পনবা য়াব-মখৈ পল্লবনি।

মৈতিংঙ্ পোইরৈ খূঞ্জাওবনা মপারী লাইনিংখোম্বা পাইখোম্বা নাউরাবু মীৎকুপ অমত্তা থাদোকপা খক লৈত্তনা সনা নাক্তা চেৎনা লুনা-চান্না নাউকোন্দুনা থমখরে। কোরৌ নোংম-নোংমগী খঙহৌদনা হৌজিনখিরকপনা চহি কুমজা অহুম শুরকপা মতমদা, নাউরা অঙাং অসিগা হৌমিন-কামিন্নবা ময়েং-মমান্নবশিংদগী মপারী লাইনিংখোম্বা পাইখোম্বনা "লৌশিংবা, মতীক মথৌনা, মীনুংশি, মীয়োক-মীচান, হৈ-শিংবা, মবুক য়াখল চাউবা" অঙাং অমা ওইনা মমান্নবশিংগা মতম অয়াম্বদা লোয়নহুনা শান্নমিন্নেয়ে। মপারী পাইখোম্বগী তৌথোরকপা মওঙ্-মতৌ থোইনা ফজবা, নুংশিবা কয়াবু উবদা, সনা পূক্নীংগী হরাও নুংঙাইবা কয়া ওইহনা মতম পূম্বদা লেন্দুনা লৈখিয়ে।

চৈথাবা নোংপোকপম চাওসোংগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫০; খৃঃ গী ১৬৫৭, শকাব্দঃ ১৫৭৯ অসিগী শজিফু থাদা মৈতিংঙ্ পোইরৈ খূঞ্জাওবনা কবো মংশা লাল নায়ে, তাকয়ে। খুৎলাইসুং, তোনশেনসুং, মহৌসুং লাল নাইয়ে, ঙম্নকয়ে। লমতা থাদা লাংতে খুন লাল নাই, ঙম্নকয়ে। লান্দা খোম্মরেম্বা ফারকয়ে।

চৈথাবা চনম্বম মুবগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫১; খৃঃ গী ১৬৫৮; শকাব্দঃ ১৫৮০ অসিগী মেরা থাদা ইবুংঙো মুংয়াম্বনা চিংবা অতোং খুন্দা লাল নায়ে, ঙম্নকয়ে। লান্দা তুরাসেক, আউই অনীমা ফারকয়ে। লাইগী থোং শঞ্জেনথোংসুং মেরা সনতুবা কূম্মে য়েংবগী মী তোংবদা হাকমন্দুনা তেকথারে; ফাইরেল থাদা অমুক হন্না মৈতিংঙ্ পোইরৈ খূঞ্জাওবনা আতা খুন লাল নাহুনা ঙম্নময়ে।

চৈথাবা লাংতেম সনাম্বগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫২; খৃঃ গী ১৬৫৯; শকাব্দঃ ১৫৮১ অসিগী হিয়াংগৈ থাদা মৈতিংঙ্ পোইরৈ খূঞ্জাওবনা অকন অথৌ লান্নী তেংগোলগা লোয়নহুনা সোমসোক লাল নায়ে। পোয়নু, য়াকচিং থা অহুম চুপ্পা লাম্থেংনায়ে। অকন অথৌ খন্দুনা তেংগোন্দা মহু পী নায়ে। নিংথেমসুং তেংগোন্না য়ানবী চেননায়ে। শামু

মরাম্বস্নুং মউৎ মচা শঙ্গায়স্নুং, লাংপোকলাকপম লুসোংস্নুং, অহৈবম হিদংস্নুং লৈহৌয়ে। ফাইবেল থাদা চেন্নবকয়ে। লমতা থাদা চরোইপন শাইয়ে।

## মপারীশিং অমুক পোল্লকপা

চৈথাবা শাইবোম মানশৈ। কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৩; খৃঃ গী ১৬৬০; শকাব্দঃ ১৫৮২ শুবা কুম অসিদা মনাও ইবুংঙো তোন্নাম্বগী ইবেম্মশিং মকুম মথা শুনবগুনা. ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা তাঙজ-খোম্বী থাঙ্তাবানা মচা ইবুংঙো অমমুক মখা নাউবোল তানা নৌনা ফংজবে। মমংবু "তোনশেস ওম্বা" হায়না কোল্লোয় মিংহুললে। মথংদা মনাও ইবেম্মা সোয়বম চনূ। শানয়োম-নুংদগী 'লাংতেম্বা" কৌব মপারী অমসু নৌনা ফূয়বক্লে। মসিবু মৈতিংগু পোইবে খুঞ্জাওবনা সনা পূক্লীংদা য়াম্না পেঞ্জবা ওইয়ে। মনাও ইবুংঙো তোন্নাম্বনা মচা ইবুংঙোশিং মথং মথং পোল্লকপা অদুদা "মচা ইবুংঙোশিং য়াম্না ফংজরে" হায়বগী ব্রাখন্দা সনা পূক্লীংগী থোইদোক্লা হবাও প্লুংঙাইজবা কয়া ওইদুনা মতম পুম্বদা লেন্দুনা লৈখিয়ে।

চৈথাবা হাওবম কৈশাগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৪; খৃঃ গী ১৬৬১, শকাব্দঃ ১৫৮৩ শুবা অসি হৌখবে।

চৈথাবা থৌক্রাইজম যুমদাগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৫; খৃঃ গী ১৬৬২; শকাব্দ ১৫৮ কুম অসি হৌখিরে।

---

লাইরিকসিদা ' লাংব-চক্কী কুমশীং, চৈথাবা, পাখংবগী কুমশীং, খৃঃগী কুমশীং, শকাব্দঃ" অসি কোন্ননা হেক হেক য়াওরি। মসিদা খৃঃগী নোংদা লাইরেল পাখংবগী চহিগা য়েংনবদা খৃঃনা নোংদা লাইবেল পাখংবদগী চহি ৬ নত্রগা ৭ হল্লি হায়না তোয়না য়াওরি, থেংনজে। খৃঃগী ৭৮ শুবদা শকাব্দঃ অমা হৌখি। মসি মণিপুর ইতিহাস ইবশিংনা নোংদা লাইরেল পাখংবনা নিংথৌ ওইখিবা (ফম্বাল তোংবা) মশাগী চহি ২৬ নত্রগা ২৭ শুবা মতমদা খৃঃগীনা ৩৩/৩৪ শুবদনি হায়না ইনরিবা মতুং ইন্না লাইরিক্লিদসু ইরিবনি। মসিমক্লা তশেংনা চুমলে হায়না ঐগী থাজবা অমদি নত্তে। ঐগী থাজবদি খৃঃদগী নোংদা লাইরেল পাখংবনা চহি থরদা নওনা য়াম্না চথংনা হনবদা লৈরি। মতু ' মৈতিংগু সেন্দ্রেং-কুপংেং" পোবা লাইরিক্তা য়েংলগসু থেংনবীগনি। সেন্দ্রেংগী মপারীনি।

# মরামগী লাল

চৈথাবা লাইশ্রম অতোলগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৬ ; খৃঃ গী ১৬৬৩; শকাব্দঃ ১৫৮৫ শুবা কুম অসিদা মরাম খুঞ্জাওনা লোইপোৎ "ফিপোঙ, চমেল্‌লোল, ব্রাংকোল পূককৈরোল" কারক্তবা মতম ফনা নোংশাংলকলে হায়দুনা মৈতিংঙ্‌ পোইরৈ খুঞ্জাওবনা মতম পুম্বদা য়েংকি শয়েঙ পাম্বোম ওইরিবা মনাও ইবুংঙো নোংপোক খোঙফেন থৌবা [1] ব্রাঙম নিংথৌ অখুবা তোন্নাম্ববু মরাম খুন্দা লোইপোৎ থৌবা কুম্মু হায়না থৌদা থৌশীখিরময়ে। মনাও ইবুংঙো তোন্নাম্বনা লুচিংঙুনা ময়াম্বুং নিংথৌগী সনা নোংদম কায়ফদনা পোইরৈ মীয়াম খোম, ব্রাঙম মীয়াম তিন, মৈতৈ অকন অথৌশিংগা ঙাইরোঙ্গননা হাওশি ঙমগা চিং, অপনবা ৈলতনা মরাম খুন্দা লোইপোং থৌবা কুম্মক্লে।

( অতুঙৈ চৈথাবা মংশাতাবম খম্বগী কুম ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৩৭, খৃঃ গী ১৬৪৪, শকাব্দঃ ১৫৬৬ শুবগী কুম অসিদা মরাম খুল্লাকপগী পম্হৌ মপা চবাইকোং খুল্লাকপবু কংলৈ নিংথৌ সেনবী খাগেম্বগা চব্রাই লবুক্তা অকনবা হুয়েল লাম্হেংনবদা, সেনবী খাগেম্বনা হুয়েল লালঙমঙুনা চরাইকোং খুল্লাকপবু ফাদুনা কংলৈদা পুরক্লগা [2] কোইতিদা থমজিনখিয়ে। মতুংদা মরৌ চাউয়ে হায়দুনা শুগ্নু হৈনৌপোক্তা পুথঙুনা খুল্লাকপবু মাঙহনখিয়ে। মরম অতুগী মালোম্না মচা মরাম খুল্লাকপনা "লাকচা খুতুম চলমল্লে" হায়দুনা মৈতৈ নিংথৌবু মতাঙ চাবা লাকপদা অমুক্তং [3] "কবোং খূৎকুমগে" হাযবা তেমশীংনঙুনা লৈখিরমম্লে।)

মনাও ইবুংঙো নোংপোক খোঙফেন থৌবনা শাদা হৈরবা, লান্দা থৌরবা, [4] অথৌ লিচা হেপ্পা, থয়াঙ কোন্দাই লোনবা লাম্মী তেংগোল মরাঙ হৌ, ব্রাংঙম মনিল নাইবশিংগা লোয়ননা [5] হাওাস ঙমগা চিং,

---

১। ব্রাঙম নিংথৌ অখুবা=যুবরাজ, মথং থনবা, ব্রাংগোল নিংথৌ। ২। কোইতি= কৈশূমশঙ, জেল, মাফা মীপুল শঙ। ৩। করোঙ খূৎকুমগে -লমন খুনগে। ৪। অথৌ লীচা হেপ্পা থয়াঙ কোন্দাই লোনবা=লান্দা থৌবা শিবা কিদবা অথৌবা। ৫। হাওসি ঙমগা চিংনা=লুচিংনা, মকোক চিংনা।

অপনবা লৈতনা য়াংলৌ খোঙশাল্লকপনা লমলেল থিংবা মরমখৈ য়ৌ-শিল্লকলে। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙো নোংপোক খোঙফেন থৌবা তোম্নানবনা কোরৌ নোংথৌদা য়েংখৎখিবদদি মতম ইকুই কুইদনা অকী তুজুং ফংনা থেংনবগদবা হুয়েল লালগী খুদম চাংদম থোরক্লিবা লৈচিলগী মবোলবু শেংনা উরক্লে। মতম অসিদা মনাও ইবুংঙোনা লাউথোরক্লে; "ঐগী শাদা হৈববা, লান্দা থৌববা, পোইরৈ অথৌ লিচা হেপ্পা পুন্নমা! কোরৌ নোংথৌদা হৌজিক থোকলিবা শা-লালগী অকনবা থোক্লরগদবা লৈচিল লোলবু খঙদুনা নশা-ইশানা হৈ-াশংনা চেকশীল্লো। কোবৌ ঙসি অসিদি মফম অসিন্নাইদা শোয়দনা থেংনবগদবা অকনবা হুয়েল লাল অমা লৈবিয়ে। খোয়মা মায়ওন্না য়ামচেং ননম্ অমুক মূকফবোইয়ে" হায়না খঙহল্লক্লবদা। মৈতৈগী লান্মীশিংস্ন য়াম্ন চেকশীন্ননা ঙাক শেন্নতুনা মরাম খূঞ্জাও তম্না পনবা লৈতনা হাহ্নগৎলকয়ে।

মৈতৈনা মরাম খুন্দা লোইপোং থৌবা কুম্নক্লে হায়বা পাউ তাবদা, লমলেল থিবা কারোংদা মরাম হাওনা লালবন শানা লুমগনা লৈরমলে। মফম আসিদা মৈতৈ লান্মীশিংনা হেক থুংলরবগা মরাম লান্মীনা মৈতৈগী মথক্তা হুয়েল লাল তারকপবু, মৈতৈ থয়াঙ কোন্দাই লোনবা পুন্নমকস্নু খোয়মা মায়রৈদা, য়ামচেং মনম মূকদনা মরাম লান্মীগা মায়য়োক য়ানা লাল সোক্লখিয়ে। তিমেন নমদা হুন্না, থাঙলেল লাময়ান্ননা শয়েঙ পাম্বোম তিং, শম্ন খোঙবু থীন, তনবা যারেল খোংফৈ চীক্; মৈতৈ হনবা লৈতা, মবাম লান্মী মায়রৈদনা পানবা কৈরেল অথৌবা, শারেল নোংশা নিংথৌগুম লালফম মায়য়োক য়ানা কন্না থেংনরক্লে।

লান্মী তেংগোল অনীমা অঙকপা ফংনা থেংনরকপদি খুংকী লান-থেং থোকখিদবে। থাঙ্ পায়বশিংনা থাঙগা থাঙগা চোংশিন-চোংশিন্নতুনা য়ান্নবক্লে। তিমেন তাপাক পায়বশিংনা চূঙগা চূঙগা তিমেন খুংপায় চেংনা পায়নগনা চোংশিন-চোংশিন্না থিন্নবক্লে। ব্রাযরা তেম্বা হৈবশিংস্নু খূংশং-খূংকাপ থুনা অবেপ্পা লৈতনা কাপশীন্নবক্লে। মৈতৈ অরাম্বাই

খূৎশৎ থুবনা লাংগোই শয়াও থক্তুগী পন্নীং পনমাও পল্লক ফাওনা খূৎশৎ হাঙদনা শৎল-শৎলদুনা থেংনরক্লে। উন্না-ব্রারুকোনগা চোংশিন-চোংশিন্নদুনা কাঙড্রেন ফৈনা য়ুংনা ফূজীন্নরক্তুনা মখল মখা কযাগী মীৎকুপ নাহুম হাওদনা কন্না থেংনরকপা হুয়েল লাল্লোং মতৌবু অকী-তুজুং ফংবা ওইরক্লে।

থাও পায়নরিবা লান্মী তেংগোল অনীমা শমু মায়য়োক্লনা থাঙগা-থাঙগা লাম্থেং মঙাল নাইনা মহে-মহে চোংশিন্নদুনা লেপ্তুনা য়ানশীন্নরকপনা মৌবী পোমশঙ হাইবগুম, য়েন্দেম থরাক শোইবগুম লালশোক হক-থেঙননা থাঙনা ফংনা লাল্লু চোম্মায় করুবকপনা থরান থাগী তাউজিং হৈগ্রি ( অমূনবা ) কেনবগুম মালেম লৈমায় থক্লা তাঙজ লুরেল কেন্নরক্লে। তিমেন তাজীন্না থিন্নরকপনা লাংবন শীংজা হৌবগুম মালেম লৈমায় থক্তা লোংনা লোংনা হাইথদুনা তা-নরক্লে। ব্রায়রা তেন্থা থুবনা খূৎলৈ য়াঙনা মহে মহে কাপশীন্নরকপনা হঙা নোংজু ফূয়বগুম ওইরক্লে লান্মী তেংগোল অনীমা অমগা অমগা হাৎলো-হাৎলো, ককলো-ককলো হায়না অকী তুজুং ফংনা লেপ্তুনা লাউনরক্লা মফম খবদনা মীকপ, মীরাওখোল কয়া অমস্তু হন্না তারক; লান্মী তেংগোল অনীমা পঙশিদা শিনরক্তুনা নমু মীয়াম তু, লালফম শোইনাই য়াম, অচঙ-অশী মালেম লৈমায় থক্তা পোয়নূ ফৌবোম তাবগুম অবেপ্পা লৈতনা বোম-বোম তুনবক্লে। হুয়েল লালফম চৈরৎনদনা থেংনরকপদা লোকচ লোকচন খূদীংদা মৈতৈ লান্মীস্তু, মরামগী লান্মীস্থ ঈঙাং পাকত্তক্লা, ঈমূ পানফেন্ননা ঈতনা ঈখোং চেনবগুম ওইবক্লে। মরামগা মৈতৈগা কন্না লালবা পানরকপদা. মৈতৈ লান্মীনা মরামগী লান্মীবু মমৈদা হেঞ্জিল্লক্তুনা লালবা মায়য়োক য়াবা ঙমশিল্লক্তবে। মৈতৈনা মরাম লান্মীবু লাকশীল্লকপা মতম অসিদা মালেম অঙানবা কোকৌ নুমিংনা নোংচুপ চীঙদোল লৈথখিদুনা অমম লৈখৈ চল্লক্লে। মতম অসিদা মরামগী লান্মীশিং মখৈ কায়না লাঞ্জেন মাঙওইনখিদুনা লোইবী চীথক্লা ঙন্না হাইগৎনখিরে।

অহিং অহুদা মরাম হাওনা অমুক হন্না থৌহু নূঙদুম য়াম্না লংথরক্তুনা

নূঙগী লাল অমক হৌরক্লনা মৈতৈ অঙম্বা য়াম্মা শিরে। মতৌ অসি উবদা লালফমদা নীপা থোক্লবা মনাও ইবুংঙো তোম্নাম্বনা অমুক নীংহন্নবা তৌদনা লাংগোই শয়াং থক্তা তোংহনা মরাম লাম্মীনা লৈবা মফম্বু য়েংহনা খঙদোক্লগে হায়বগী নাকোয়ননা কারোং ঈখোং ঈরাংমা লান্দুনা চংকে লাকলে। মরাম খুল্লাকপনা মনাও ইবুংঙোগী খুজীন থৌরাঙবু উরহনা লাক্লদৌবা লম্বী মপা য়েংনা অচৌবা পামেল উ অমগী মরুমদা নায়ৈ- নাথুপনা ঙাইহনা লৈ। মনাও ইবুংঙো তোম্নাম্বস্তু খুল্লাকপনা লুমহনা লৈরম্লিবা অদূদা রাইথুংলুরবদা থৌহ নূঙদূম মতা ফবা অমনা চৈথেঙ হক্লা লংশিল্লক্লনা মনাও ইবুংঙো তোম্নাম্বগী কোকলেন মতা ফবদা থাহনা লাংগোই শয়াঙ-থক্তুগী খূদক্তা মালেম লৈমায়থক্তা লোংনা হাইথখরে। মরাম খুল্লাকপনা রাংগোল নিংথৌ তোম্নাম্বগী তাঙজ লুরেল কক্লনা লৌগদবগী থৌবাঙলকয়ে। মতু উবদা মচা ইবুংঙো "মচা ফবা"; মচা ইবুংঙো "সনা হিহোল খুল্লাকপা" চহি :১ (ভরা-মাথোই) মপূঙদা মঙায়রিবা মপাবী অনীমানা পন্থৌ মপাবুংবু কনগে হায়দূনা খোঙরায়- খোঙলৈ থুনা যাঙনা কারোং ঈখোংবু ঈবালথোরক্লনা মপাবুংগী নাক তম্না পন্দনা চেনশীলজরকয়ে। মতুদা মরাম লাম্মীশিংনা অঙাং অনীগী থৌরাঙ অত্তবু উনরক্লনা লোম্না লুম্লগা চোংশিল্লক্লনা থৌহ নূঙনা থাহনা মচা ইবুংঙো অনীমকস্তু মালেম লৈমায়-থক্তা হাইথখরে। অহীংগী লালওং অসিদা খুদোং থীনা চাখিদবনা মৈতৈ লাম্মী তেংগোলশিং ঙম্মা কায়দূনা হায়ল লালজেন্নরক্লে। মরাম খুল্লাকপনা মনাও ইবুংঙো তোম্নাম্বগী তাঙজা লুরেলগা. মচা ইবুংঙো অনীগী তাঙজা লুরেলগা. অঙম্বা খরগী লুরেলগা [১]লূরক কাঙদৈ থিনা লাল্লু চোম্মায় ককতূনা পুখরে।

মতম অসিদা মৈতিংগু পোইরৈ খঞ্জাওবদি সনা হকচাংবু খুদোং থীনা [২]ঈদূনা

---

১। লূরক কাঙতৈ থিনা থাঙ ককফম্ থিনা। ২। ঈদূনা=হকচাং নাহনা।

সনা হিহোল খুল্লাকপা সনা হিহোল হনবা, য়াইস্কুল লাকপা সনা হিহোল অসুম্না মমিং খবা খরা খৈনবা মওংদা অরীবা তোঙান তোঙানবা লাইরিক "কৈকোই" "মৈহৌরোল য়ুমজঙবা", "লাংথবাল লোল" নচিংবশিংদসু থেংনরি।

লৈবা মতম ওইখিবনা মতম পূম্বদা তানা তানা, খুত্তনা খুত্তনা মশানৌ রাংগোল নিংথৌগা, মচা অনীগী লম্মনব শিংবা ওমদনা খাঙ্ ওমদনা রানা চানা হাইনা লেম্দুনা লৈখি।

মনাও ইবুংঙো তোন্নাম্বনা পোকপা অচৌ খুল্লাকপম্ম শিরে। মচা ইবুংঙো অহুম্না মমুং মতম চাদনা নৌনা কেমখিবা, মনাও ইবুংঙোনা লৈখিদবা মওঙ পূম্ববু খল্লুবদা মৈতিংঙু পোইবৈ খুঙ্গাওবা নিংথৌগী সনা হুকচাং থোইনা অনা লাইওং হেজ্জিনখবে।

চৈথাবা লোইতোংবা কাবুংগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৫৫৭; খৃঃ গী ১৬৬৩; শকাব্দঃ ১৫৮৬ অসিগী লাংবন থা, মেরা থা অনীমক্তা থবানমিচাক মমৈ পানবা থোকয়ে। থাললাং লাল নাহুনা মী য়াম্না শিবকয়ে। শম্ভিনবা যাওম্ম, হাওবম কৈশা, থাংজম তারী, খোইস্নাম মরিং, নোংথোনবম খোম্মা, চুংখাম লীগ্রাই, লমমৈরাকপম ফিশাবা তোনলোকশং নীপানমানাচিংনা মী ৬৭ মু শিয়ে।

## পিবা খুবম শিন্নরমগা নোংগাখিবা।

চৈথাবা হাওবোংবম অথিংগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৮; খৃঃ গী ১৬৬৪; শকাব্দ ১৫৮৭ অসিগী লাংবন থাদা চীঙগাদগী হৌহুনা থাংমৈবন য়োবা ফাওবা পন অমা থোক্লে। লাংখোংমু চাউনা তৌয়ে।

হিয়াংগৈ থাগী ২৫ নি পানবা কোবৌ অন্নবা লৈপাকপোকপা মুম্বিত্তা মৈতিংঙু নিংথৌরেল পোইবৈ খুঙ্গা ওবনা কোল্লোয় অমেঙবা, য়াথং অথুম্বা, মুংশি কায়না মমুং মতম চাদ্রিবা নাউরা চহি ৯ (মাপন) দা মণ্ডায়রিবা লাই নিংথৌ পাইখোম্বগী মখুজেঙ হংজি পাযদ্না মীংশ্না ঈরা চেন্না য়াথং হীক্-হাক্লনা বাক্লোমলকখিয়ে; "পারী নাউরা অপিথক-ও! নপন ঐদি চীঙঙু লাইবক খীবা ওইখিহুনা পাবী [1] নুংজানবা নঙবু তুবেল খায়খুম্পিচানা মথীক

---

১। নুংজানবা=নুংশিনা চানবা।

মথা ফম্না- লৈরায় মুংবীথক্তা নোংমনবগুম থোক্না সেংনবা তারেদো।" পাম্নী নঙনা শজীক মতুং ইন, থবা মমৈ ব্রাযখ্রবা পম্বৌ নপাবুংগী, নয়াম্বুং অনীগী অমদি ফমদৌ অঙম্বশিংগী লম্মনবু মন্নুং মতম ·চাবদা শিংলকও; পম্বৌ নপা ঐদি লম্মন শিংলমদবে।" "পাবী নাউরা ওইবা নঙনা কোরৌ ঙসিদগী হৌনা হৌ কংলৈ লম্ম-হনবা, পোইবৈ মৈতৈ ময়ুম তরেৎকী লুচিং পিবা থৌ পুখরো। অঙম্বা লৈপাক মীয়াম পুম্বনা কোরৌ ঙসিদগী পাম্নী ইচাগা লোয়নতুনা কংলা ব্রায়েন থৌদা কুচু শঙলেন্দা ফমদুনা লৈপাক্কী মুংঙাইনবা থৌদা নোংদম খৌশীনবীবা মরম্মু অঙম্বা লৈপাক্কী মফমদা চরৈ ফিগাও শান। নিজবিয়ে। নখোয় অঙম্বা পুম্বনা পায়মা খোয়থা-লিনথা থা-নদনা পাবী নাউরা ওইববু ম্নাইফ নোংদম ওইবী-ও। পাম্নী ইচাগী কোল্লোয় মমিংদি কোবৌ ঙসি হুমিত্তগী হৌরতুনা 'লাইনিংথৌ পাইখোম্বা' হায়ন। কোল্লোয় মিংহুংদুনা সনা পুয়াদা (ঙসিদগী) [১]খোজে থাবা ওইবীখবো নোংদম্বা মরু অনীনা" হায়দুনা শঙলেল মপু নোংদম্বা লৌরেম্বা খোংনাং তাবগা, থেংগ্রা মায়চৌগ। নোংদম্বা অনীগা মফম-নাংদা হায়জতুনা নোংদম্বা শঙলেল ফম্না মাযনৌ মচা লম্বুবশিং, ময়ুম পানা তরক্কী অঙম্বা ফমদৌ নিংথৌ পুম্বগা মফমদা মচা ইবুংঙোবু সনা খুৎশীম্নরম্লগা নোংদম্বা মপূগী লাইমিং শোন্দুনা পুক্নম লৈপায়নখ্রে।

মৈতিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবনা ফম্বাল চহি মপূঙ ১৩ (তরাহুমদোই), থা ৫ (মঙা) নি। থাজনবা চহি ১৪ (তরা-মরি) নি। পুন্সি চহি সুপ্পা ৪৪ চঙবদা তাইবঙ পুন্সি চেঙজেল লোম, মতমগী অরোয়বা পাঙ্জেল থুংলরবদা কোরৌ নোংগা লম্বী তানখিয়ে।

## মৈতিংঙু পাইখোম্বা কংলে থুবম ফংবা।

লাংব-চক্কী কুমশীং ৪৭৬৬; চৈথাবা হাওবোইবম অখিংগী কুম; নোংদা লাইরেন পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৮; খৃঃ গী ১৬৬৫; শকাব্দঃ ১৫৮৭ তরবা কুম।

১। খোজে=খোৎননবা চৈ, ম্লাইরিক লাইঙ ইননবা কলম।

লাইরেল মৈতিংঙু পোইরৈ খুঞ্জাওবা পম্ভৌ মপাবুংনা চোয়নৌ সনা কোন্দুম লাম্বোয়কপগুম ফমদৌ অঙম্বশিংগী মকমদা সনা খুংশীন্নরম্বা লাইরেল মপারী "মৈতিংঙু লাইনিংথৌ 'পাইখোম্বা" নাউন্না ওইবদা কংলৈ পুঙ মায়ল্লোল ইয়ু চীরেল লাংয়েল থক, চোয়নৌ সনা ফম্বাল লাংবু সনা খুংশীন্ননা পীনরম্ববু লোইদাম লাংবন থাদগী হোনা কংলা থৌ ফংলে।

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্ববু ব্রাঙম নিংথৌ অখুবা ( ব্রাংগোল নিংথৌ, মথং খনবা ) থৌ হাপলে। ময়াম্বুং তাংখোম্ববু "লালজিং পুরেল" হাপ্তুনা লাম্মী তেংগোল পুম্বগী থোদা শিল্লম পুহল্লে। ময়াম্বুং শামৈরাংনা "শমু হঞ্জবা" থৌ পুরে। মনাও ইবুংঙো লাংতেঙম্ববু "শগোল হঞ্জবা" থৌ হাপলে। [১]"লুপলেল লাকপা" না মাধব। [২]"থৌচারূপ লাকপা" শ্যাম। [৩]"কোংচরূপ লাকপা" ধনসিং। [৪]"লুপারূপ লাকপা" তোল্লেল। [৫]"চৌঙঙে চৌঙচরূপ লাকপা" নবো। [৬]"খাইচারূপ লাকপা" ঘনশ্যাম. নোংদম্বা শঙলেল পুবা লৌরেম্বা খোংনাং তাবা। ঙমতাই শঙলেল পুবা গোনোক থেংগ্রা। মতম অসিদা মায়চৌ নোংদম্বা অনীবু নুমিৎ নাইনা শঙলেল কাদূনা ফময়ে। শঙলেল অনী শঙবদি লাংগোল লুখোইনা শঙয়ে। লোয়শঙ ফম্বা কাবাদি মায়নৌ মচা কমেং ফদিবা; খুরু খুন তেম্পীবা; নম্বোল থোঙ হিমাইবা; ব্রাহেংবম খৈরোম্বা; [৭]"নোংলম্ব" না ব্রাইরোকপম পামচৌ। "অশৈ খোলফাংবা"

নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১০৪৪ দগী ১০৬৮ ; খুংগীনা ১০৭৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতিংঙু লোয়ল্লুবা নিংথৌগী মতমদা অঙোম নিংথৌ লালহাঙম্বা ; খুমন নিংথৌ শমল্লোক ফাবা ; মোইরাং পিবা খোকথৈ লাম্বাবা, শঙলেল মপু নোংদম্বা মায়চৌ নম্বোলবা; মাকলংবা অসিগা, লোয়নায় ফম্নাইবশিং ঙম্বা কৌখতুনা পানা তরুক থোক্লা খায়খিবা, পানা তরুকী মমিংশিংদি ১। অঙোম লুপ্প 'লুপলেল লুপলাকপা ,' ২। নোংমাই লুপ্প "থৌচরূপ ;" ৩। অকোঙ্ লুপ্প 'কোংচরূপ ;' ৪। খুরায় লুপ্প 'লুপা খুপা ( লুপারূপ,লাকপা ) ;' ৫। লৈচোল লাকপা তোল্লোং খোম্বা লুপ্প "চৌঙঙে চৌঙরূপ কৌয়ে। লুপ অমা ব্রাংপনা অতৈদগী খরা খরা খায়দুনা লুপ অমা শেময়ে। মমিংবু ৬। "খাইজসি" কৌয়ে। লুপ-তরুক অসিনা মাগী মাগী মথৌ মঙম পুদুনা ফম্বাল তোংয়ে ( শঙলেল পুবা লাইরিক্তী )। ৭। নোংলম্ব=অঙোমগী লাইফম তীনফমশিং পুবা নোংলুম নুঙনাউবী ( নুঙখোঙ নুনাওবীসু ) কৌবা নুঙবু লংমাইচীঙ চীঙগী খা থংবা

ন্নাইখোম লমছিং। "মাইবা পুরেল" ওইনাম .লায়বা। "মাইবা হুঞ্জবা" মোংশাতাবা তামচৌ। "মাইবা ছিদং" তোকপম ন্নাই। ¹"নাপ্পন লেম্বা" ইরোম মায়চাও। ²"নপফাবা" তোনচম মায়ঙৌ ³"নোংখ্রাইবা" শাইরোম সনারোক অসিনচিংবা লাংদাই শঙলেল, কাইবীরোল শঙলেল,

নাপোম উরাল চাঙদগী ফারুত্নুনা নোং চুদ্রবা মতমদা নোং তাননবগী থৌ পুবা অমা ; লোইজিং চাঙদসু লাই ওইবা নৃঙ 'অরোং নৃঙ' দা নোং তানবা ঈয়াং থৌনিরগসু তাই।

"চৈথারোল কুম্বাবা" কোবা অহানবা ( খৃংনম্ ) ফোঙখিবা লাইরিক্তুগীনা লামায় ৪ শুবদা, অনীরক শুবা ( খৃংনম্ ) ফোঙখিবগীনা লামায় ৯ শুবদা য়াওরিবা মৈতিংঙু লোইয়ুম্বগী মতমদ. পানা ৬ থোক্লা য়াওরি। ' পানা মমিংদি :—১। অঙৌবা ল্পতি ল্পলেল ল্প ; ২। নোংমাই ল্পতি থৌচাল্প ; ৩। অকোং ল্পতি কোংচাল্প ; ৪। থৃবায় ল্পতি ল্পথুবা ল্প্ ; ৫। লৈচোল লাকপা তোলোংখোম্বনা ল্প অমা চিংএ চিংচারুপ্। খুরাই য়াংলে ল্প অমা য়াংলে খাইচানখি। ৬। খাইচারুপ। অসিনা পানা ৬ থোক্লা লৈখিএ।" অসুম্মা য়াওরি।

১। নাপ্পন্ লেম্বা =লাইবা তিনবানা ( মন্ত্র-যন্ত্রনা ) লায়না লায়য়েংবা মাইবা অমা। ২। নপ্ফাবা=হীদাক সাংথক্লা অনা লায়য়েংবা মাইবা অমা। ৩। নোংখ্রাইবা ( অমেংপা হুঞ্জবা )=পূক্লা-শাদা খৃংনা মরী মতাঙ নমদ্না মরীদা নুংশিংনা য়েঙ্গবু শেম-শাবা মাইবা অমা।

ফমথৌ ৬৪ হায়বসি উকা লাথা" হায়না কোবা লাইরিক্তী অরোয়বদসু খরদঙ্ পল্লি। মতৃদি—"অঠৈকিনে, লাইয়ানা ফম্পাতি পাখংয়ে। পাখংপ্যাকা, লাইয়াকা সঙ কাইরেল্তা হিতিঙৈতা. লৈনুং থরুক অসৈপা ( পেনা ) না য়াহৌপাপু লাইয়ানা খাম্য়ে। "লাইয়িংথৌ-ও। য়াহৌকুনে। নিংথৌ নাঙাইরোই, ফমথৌ মহিসাংপু লৈতারিয়ে" হায়তানা খাম্য়ে। পাখংপানা মহাকৃতাকি লাইপংথৌ ৯ ( মাপল্ ) মা চিংথোক্লে। ১তি লাইয়িংথৌ হলপানে। ১তি খমলাপানে। ১তি মোংপা-হল্পানে। ১তি চাখাপানে। ১তি নাউকল্নে। ১তি মুরা নিংথৌনে। ১তি ল্য়াং পুল্সিপানে। ১তি মারচাঙ্নে। ১তি কৌপ্নে। লাই পাখং ৯ ( মাপল ) মতি অসিনে।০। লাইপংথৌ ৯ ( মাপল্ ) মা অসিপু সিল্পাতি। য়াংখৈরাক্পানে। খুরায়-লাকপনে। খ্ৱাইরাকপনে। য়াইসাকুল্ লাকপানে। চোংথাল্পা হল্চাপানে। মোং-থোল্পানে। পুণ্ড্রলপানে। হিয়াংলোই হল্চাপানে। সঙ্লেল্ লাকপানে। ৯ ( মাপল্ ) মা অসিনে। পাখংপাকি নিংথৌ মহিসাং. ফমথৌ মঙাইরোই হায়পাতি খুলফাংথৌ ৯ ( মাপল্ ) মা অসিনে। পোইরৈ খুল্ফাংথৌ তারিম্ নাইফাংথৌ হায়পাতি, শূপ্পা ফমদৌ ৬৪ ( হুম্ফ্-মরী ) নে। ফৈতোম্ অমাতি থম্নম্পাপু য়ারী পুরিপীনে।"

অহুমগী থৌগাইজুনা থৌ ফময়ে। পূন্না ফমদৌ অওম্বা হুম্ফু-মরীনা সনা কোন্নুংবু থৌগা-থৌপুত্থুনা শগ্ৎয়ে।

## মরাম খুন্দা চংনবা

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি পোইরৈ সনা পুঙ্দা ময়ায় কোয়রেল ঙোং, চোয়নৌ সনা কম্বাল-লাংদা ফমনা লৈঙাক থৌদা থৌ পুবা হৌরবস্থু সনা পুক্লীংদি নোং কোরৌ নোংজা অমতা অৱা খুরৌ থাংদনা নুংঙাইবা কৌবা লৈতে। কৌরৌ শীংবুম খুদীংগী অহীং ফংলে, নুংথিল ওইরে, পম্বৌ মপাবুং পোইরৈ খুঙ্গাওবনা থুপ্লমদাইদা তাকপীরম্বা সনা য়াথং নোংদসু অকাও পরৈ লৈক্তনা মরম অহুগী মৈতিংঙুগী সনা পুক্লীংদা অৱা হুইস্সোল লাং, পায়মা নুংশুক নুংবংননা কয়া থোক্লা ৱাখল তৌরকয়ে; "করম্বা কোরৌ মুমিৎ অমদা পম্বৌ হুপা ইবুংঙোগী নীংখিবা মরমসু ঐনা লম্মন শিংবা ঙম্মগদগে" হায়বগী মরমদা হীফম, চাফম, থকফম খঙদনা খনবা মথৈ মরম অহুতা হঞ্জন-হঞ্জন্না খম্মরকপবু, নোং কোরৌ নোংজা অমদি সনা পুক্লীংগী লেপ্পা পাঙথোক্লুবা ঙম্মগদৌবা অঙ্ তাবা ৱাখলগী ৱারেপ লীথূল অমদা হন্না হন্না খম্মরক্লে; "করিনো পাহুখোম্বা ঐনা ৱাখন্তা খন্দুনা ইথৌ ঙম্নবদি ইতৌ তৌদনা। অতুদি কম্দৌনা তৌবা হৌনবা? ঐবু ঐতনা সেমজগদবা ঐগী ইথৌবু ঐনা তৌজদনা কনানা তৌবীরগদগে? তৌগদবা, পাঙথোক্লুগদবা থবক্লা মীখুন্দা লৈখৱে। ঐদি ঙসি কংলৈ অসিদা নীংঙায় মঙাইদনা অশুম লৈথোক্লগা, করম্বা মতমদা কমদ্ৌনা ইথৌ পাঙথোক্লুগদৌরিবা? অতুদি মকম অসি থাদোক্তুনা পাইখোম্বা নঙনা তৌগদৌরিবা থবক মফম অতুদা চংপা তাইদনা। চংলবদি কনা কনা য়াওনা লোয়নবা? হন্দক্কী থবক অসিদি পুক্লাংগী মরেপ্পা ওইনরা, করম্বা মতমদসু তৎন-থা-নরোইদবা মপিজা মখোয়

তরাক্তুগী হেন্না লোয়নতুনা পুবদি মতাঙ খোঙকম অমা থোক্লরোয়রে। অতুনদি মরূপ্-মপিজাশিং অসিনা ঐগীদমক্তা লেপখিডেদা থবক অসিমদি পাঙথোক্লবা থৌশীন্দবা য়াদে" হায়না কয়া থোক্লা রাখল খন্থকুরবা মমৈদা রাখলগী লীখূল লম্বী তঙ তাবা লংলা লংজী) অমা ফংলতুনা লৈখিয়ে।

নোংমা কোবৌ নোংজা অমা কংলা থৌদা রায়েল কুচু শঙ ফম্বদা মৈতৈ অঙম্বশিংগী মফমদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা হায়রকয়ে; "লেপাক্কী অঙম্বা, য়ায়তোঙ খমদোংবশিং! অকল্ অথৌ ফম্নাইবা পুম্বনা মতম খরদঙ্ ইশানৌ রাংগোল নিংশৌ তোনশেন ওম্বগা লোয়নবীরমতুনা রায়েল নোংদম্বীবা মরম্ নচ। শকপা পাইখোম্বনা নিবা ওইজগে। অঙম্বশিংনা লৈবীরিডে অসিদা পাইখোম্বগী ইনীং তম্বা ওইজতুনা কোবৌ মতম খরদঙবু লৈকোয়জরুগে। অতুগা, পাইখোম্বা ঐনা কংলা থাদোক্তুনা লৈকোয়খি হায়বা অসিমসু কনাগী মফমদা অমুক তাহল-থঙহনবীরক্কবা।"

রাফম অসি না তা-নবদ য়াম্না চঙক্লনা থোক্লরতুনা অঙম্বশিংনা রা মখা তাথনা হংগৎলকয়ে; "লাইবেল মৈতিংঙ্ পোইরৈ লৈকোয় ফমশিবা সনা ইবুংঙোবু মফম কদায়দা লেঙথোক্লুগে হায়না নোংদম খনবীরিবনো?"

"অঙম্বা পুম্বা! মতু ঐ মফম খঙবা ওমজদে। অরেপ্পা মফমসু হৌজিক লৈত্রিয়ে। মতম অতুগী খল্লকইবা, নীংলকইবা মফম অহনা ঐগী চৎকদোবা মফমনি।'

"অতুদি সনা থৌগলদ কনা কনাবু খোঙলোয় ওইবীনবা নোংদম খনবীরিবগে?"

"অঙম্বশিং! হৌজিক মথোয় তরাক্তি শুরিয়ে। তরাক অসিমক মতম পুম্বদা ঐনা হায়বতা মখোয়না হীক্তোক্তুনা হোৎনতুনা পাঙথোক্লবা তৌবীগনি। শিরবসু মখোয়শিং অসিনা ঐবুদি খক থাদোক্লমলোই হায়না শরী রাশক্লবগুম্না চেৎনা লৈনরে।'

'লাইনিংথৌ! সনা থৌগল অসিবু ননাই ঐখোয়গী পায়মা-মুংদা

ইচিং-শিচিংনজরিবা রাখলবু কোক্লবা ওইরমগদ্রা ; মশক্তি শ্রমুক্তা খঙজবা পাম্বজেরে অত্তুবু সনা থোগল হৈনা তুংইন্ হৈ.শংবা মবুক লুতুং রাখল্লা মতম পুম্বদা মাঙ্ ওয়নরবা ; .য়াম্বা লুচিং থোগনবা ইচী-ইনাওশিং ওইরম্বা থোক্লবদি, ননাই ঐখোয়গীস্লু পুক্লাংগী চিংন পরৈ অৱাবসি কোক-চবা ওইজনীংইদা। অত্তুবু মশক মচুনদি খঙ্দবনিনা ননাই ঐখোয়গী ইপুক্লীংদা চমন্নন অৱা তুবৈ-ঈবৈ চনবা অমা ওইনা থোক্লরেদো —সনা ইবুংঙো।"

"অচুম্বা অওয়ব-মক্তনি শওম্বশিংনা হায়নীবিবা তাকপীরিবত্নু ; পাই-খোম্বা ঐবু কদায়দা. করিদা সোয়ঙামখিগদগে হায়দুনা মতম পুম্বদা কুপ্পা শেনবীত্নুনা অকাও পবৈ লৈতন। নুংশি চানবীবদগী ঙসি হায়বীরিবনে। ঐগা লৌয়নগদৌরিবা মখোয় তৱাক হায়বা অত্তুদি অতৈ অতোপ্পা কনা মসক অমা নত্তেয়ে ; 'খোঙ, খুৎ' মীং. না, চীন, পুক্লীং' মশক তৱাক অসিনে। ঐগী পুক্লীংগী 'রাখলনা' থবক্কী মপূ অমনে। 'চীন' হায়বা অসিনা 'ঐগীদমক অফ-ফত্তা হীরম কয়ামুক্তা থবক শীনবীনবা মৱূপ মপীজা অমনে। অত্তুগা. 'খোঙ-খুৎ' অনীন' ঐনা তোগে হায়না নীংলক্‌ইবা, খল্লকইবা থোরম অত্তুগী 'থৌওম্নবা' থৌ পুত্নুনা তোবীনবা লান্মী ওইবা মৱূপ অমনে। 'না' হায়বা অসিনা ঐবু মফম মতম. মতাঙ পুম্বদা কদায়দা, করিদা অফ-ফত্তা সোয়-ঙামখিগদগে হায়না ঙাকপী-কনবীবা, উকল্ ওই-বীগদবা মৱূপ অমনিদো 'মিৎ' হায়বা অসিনা খঙ্দ-উদবা, থেংনদবা হীরমশিংবু লমজীংনবা ঐগী মৱূপ অমনে। 'খোঙ খুং, মীং, নাকোং, চীন, পুক্লীং'. ঐগী নুংশি চাম্নরবা মৱূপ মপিজ। মখোয় তৱাক অসিনা রাখল লীচিং অমতা ওইত্নুনা ; থক কায়নবা. থাদোক্লবা লৈতনা তোগদৌরিবা থবক হীরম অত্তুদা মায়পুনত্নুনা তোরিঙৈদা থবক থোরম অত্তুবু মায় পাক্লকপা, মহই য়াল্লকপা, থৌঙমলোইদোবা মরমস্নু লৈতে। অত্তুগা. ঐবু মীনা.'থোইনা.লাক্‌চ-খুদুম্‌চনখিগনি হায়বস্নু অঙম্বশিং! ঐনস্নু মত্তুদা থোইনা রাখল খল্লুদেয়ে। অত্তুগা. হায়রিবা মখোয় তৱাক অসিগা ঐগস্নু

থোইনা পঙ্কায় কায়নবক্কনি হাযবস্মু ঐনা খঙ্গদে। মসিদা নঙোন্নর অঙম্বশিং খ্বায়গী নোংদমদগীস্ মনা-মনিল নাইদনা পাঙ্গন্নিঙৈ অসিদম ঐবু থবক মবম অমত্তং খঙ্জরুগে থৃজীন-থোরাঙজবনে।"

পাউবৌ অসি তাবদা, অঙম্বশিংস্মু ব্রা মখা তানাদনা হংথবা ঙম্নত্রস্নুনা; "শংগাই ময়া অথোবনা হংগেল তাউবা ব্রাবু য়াঙনম খান্নবা চেপ্‌শী পয়া মচা তাবগুম ব্রারম মচা তানা নীংথিনা চঙ্খোম্নস্নু হায়খরেদো। মরম অসিননিদনা মপাবুং মৈতিংঙু পোইরৈ থৃঙ্গাওবনা থৃপ্নমদাইদা 'লাইনিংথৌ' ম্নিংহুল তম্নলম্বদি" হায়না চিবোল-চিবোল ঙাংনরম্নগা, "লাইনিংথৌবু! করম্বা কোরৌ নুমিং অক্নবা, থবান মাকমৈ অশেঙ্বদা সনা খোঙলেঙ্থোকপীগে হায়না সনা পূক্নীংদা খনবীরিবগে?"

"অঙম্বশিংগী মফমদা মহুস্মু ঐ হৌজিক হায়দোক্পা ঙমজদ্রি। মখোয় তক্নক্না কোরৌ নুমিং অচঙ্বা হায়বা নুমিত্তুদা চংকদবনে; নুমিৎ অহু-মক্তি লেপ্নদ্রিয়ে।"

"মবম পূম্বা ননাই ঐখোয় খঙজরে। সনা পূক্নীংনা নীংঙাবহুক্তা থুংননবা থৌবুবীও। মপূ সনা নোংদম্নু লবাক্ট কোইরেল্ থক্তা থোংনা মতম পূম্বদা চৎচগদৌবা ননাই ঐখোয়নে। মরম পূম্বদা চিংন-পরে লৈবীগন্নু। সনা থৌগলদি লিংবদি লিংলে হায়রবু অত্তুবু, সনা পূক্নীংনা অবাং অমা অনীদদি য়াওবীখিবা পামজেদা।"

"মতু অচুম্বনি। অঙম্বশিংগী নয়াথংবু পাইখোম্বা ঐম্ন চম্নে কিপাও শানা য়াহুনা পুজনি। মহুক্তি চংলমদাইদা লোয়নগদবা মশক অহুবু খঙহঙ্গগে" অসি হায়না নুমিং অতুগী ব্রা খন্নবা লোইহুনা অঙম্বশিংস্নু মবাল-য়ায়দা লোইনা কূম্নখ্রে।

## মরাম খুন্দা লৈরবা

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অঙম্বশিংগী মফমদা চংকনি হায়বা খঙহনবা মতুংদা মনাও ইবুংঙো য়েংকী শয়েঙ-পাম্বোম ঐইরিবা তোনবা"

ওম্বগী মফমদা তৌগদবা মরম পৃম্বা নীংথিনা পূকমেল-পাউমেন্নচ্না তাকলে। মতুংদা ময়াম্বুং লালজিং পুরেল তাংখোম্বা ; ময়াম্বুং শামৈরাং শামু হুঞ্জবা অনীগী মফম-লাংদা মশানৌ তোনশেন ওম্ববু মখুজেং পায়দুনা খুৎশীন্নরম্লগা, মতুংদা চৎকনি হায়বা কনা খঙহল্লমদনা মৈতে অওম্বশিংগী ময়াথংবুসু কায়দনা "থাঙ খুবোম্বগা, তা খাঙসু নহাগা" অনীবু পুত্নুনা অহীংগী য়ুথক হুনবা মতমদা মবুথৌ নোংদা লাইবেল পাখংববু চেৎনা থাগোম্নহনা সনা কোন্নুং-দগী সনা খোঙলেঙথোরক্লে।

চৈথাবা ভাংলোম লমখাগী কুম ; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৫৯ ; খৃ: গী ১৬৬৬ শকাব্দ: ৫৮৮ শুবা লোইদাম শজীফু থাগী নিন্দুং ২০ ( কুন ) নি পানবা থবী চৈচেন্নদবা, থবা লালনংদবা কোরৌ অন্নবা শগোলশেন খুমিং অহীংগী থানা য়ুথক খানবা মতমদগী হায়খিবা মশক নীপাল অসিগা লোয়নচ্না লায়রা অনং তানত্নুনা চাকনী-ফিনিবা অমগী চেংলৌ শক্তম লৌ, চরৈ ফিমল মনজুনবা ফজেৎনরত্নুনা অন্নাংগী ম্নথোঙদা সনা খোঙলেঙখোরক্লে। ময়ুম কংলা শঙ্গায়লেলবু তুংওইনরমত্নুনা হাওরৈ অন্নাং হারম পাংনা অপনবা লৈতনা সনা খোঙলেঙলকপনা লমলেল মদাইমা চীঙমৈলাম্বা তুংওইনরম, লুন্নাং শঙবম মরমখৈ মাঙওয়না, খোঙহামপাং লমম্নুংশি তুবৎ নাতৈ শমজীল্লক, ফৈদিংখা, লময়েং, তেন-তোংয়ান মথং মথং তাল্লক্লুনা তুংওইনরম ; লমলেল কাউজেঙ পোকপী মশুমাঙ মম্না ওয়-ওয়নরম, অন্নাং লীকলাই কোংগোল শৌবী, কৌক্র লৈখা ঈনামুং লোকশা থেলশিং লালশীল্লক্লে। অম্নুম্না সোঙল-সোঙলবা নারক মোংসোং, চীঙম্নুং মালম্নুং, লোক-তায় কয়াবু অকী তুজুংবা লৈতনা সনা খোঙলেঙলকপনা কৈথেল মানবী তুংওইনরমত্নুনা থিংবা পনশা লম-ম্নুংশি য়ৌশিল্লক্লে। থিংবা ঈবোংখোংনী নোংপোক হাওরৈ পাংবা ঈখোংগী মম্নাদা থাঙ, তা ম্নাই ওইবা অনীমাবু মালেম লৈরোল চন্দুনা কনাবু উহল-খঙহন্দনা লোংলময়ে

মতম অসিদা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী চহি তরা মপুঙনে।

ইবুংঙো অসি মপোক অথোয় চঙখোনবা, মিকারবা শাহৌনা শাওঙ-শাবান ওইবা সনা মায়থোঙ্নে মৈতিংগু পাইখোম্বনা মরাম খুন্দা ব্রায়থুংলরক্তুনা খুল্লাকপগী মরাল য়ায় তন্না চঙশীল্লক্লে। লাইনিংথৌবু মরাম খুল্লাকপনা চেংলৌ শকতুম উবদা, মশক ঈখণ্ড-খণ্ডদনা মশক য়াম্না মুম্না শকখণ্ডবা, য়াম্নস্থ চান্নবা মরূপ মতম কুইনা উখিদ্রবা মপিক্তা অমগী মপারী-গুম্না তনৌ-তনৌনা হেক উখিরম্মী। অতুদা খুল্লাকপনা চীঙ্গোয় মপাউ নীংথিবা, কোল্লোয় অমেংবনা পাউমেল্লকয়ে; —“পারী নাউবা তনৌব-ও! চেংলৌ শককোয় হেনবা নহাকপু কনানো? পোইরৈ লমদম কৈদগী খুল্লাল্লক্লিবনো। অতুগা, ঐগী মরাম ইখুল অসিদা করি থবক্কীদমক শীঙেঙলনা থৌরাক শাবগুম তনৌরিবা পারী নহাক্লা মফম অসিদা খুল্লাল-লকপরা? খুল্লাকপা ঐগী ইফমদা হায়নীংবা করি থৌ লৈবরা? লাউ চঙ্লকউ— নুংশিদা, উদবা মতম নুংশাংখরেদো।”

লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা খুম্নকয়ে: — “পন্থৌ শকপা খুল্লাকপা! ঐদি পল্লেম নাউয়োক হাঙনা, পন্থৌনা লাংগোল্লক্কবা মচানে। ঐ অসে মৈতৈ তম্পাক মচানিস্থ হায়নৈয়ে। পল্লেম ঈমা পোকমাবী, পন্থৌ পোকমাবদি মন্নুং মতম চাদনা নৌনা সেৎ-কায়নখিবনা পল্লেম পন্থৌ অনীমাবু নচাদি শক্ খঙ্জহৌদ্রে। মৈতৈ য়ুমথোঙ খূদীংদা চাকনি-ফিনিদুনা চাউজরক্লবা লমজা মচানে লৈকায় পনবান্ লাননা য়ুমলক্-খুলক্তা নচানা চাকনি-ফিনিবা কোয়না অস্নুম চৎলুবদা, ইপা খুল্লাকপগী মতীক-মঙাল, মীয়োক মীচাল্ ফজবা কয়াবু নচানা হন্না তাজরকপদা, নচাবু পন্থৌ নঙগী নশাইকোন্দা মতম খরদঙ শাইদাংদুনা ইপুক চাক লঙ্জগে লাক-চৰনে।”

লাইয়িংথৌ পাইখোম্বগী নুংশিরবা চীনগোয় মপাউ তাবদা, খুল্লাকপদি মপূক্লীং অপেনবা, থোইনা হরাওবা কয়া ওইখ্রদুনা মশানৌ খুল্লাকপীবু কৌথোরকয়ে; — “তারিবরা খুল্লাকপী, নঙবু করি থৌ তৌরিবনো? মপাল-লাংদা থোরকউ-নহায়। কোরৌ ঙসিদি পারী নৌনা সেংন-

কায়নথিববু নোংদম্বা লাইনা নপারীবু কোয়না থিবীরক্কুনা মরাম ইখুল ইরাল-য়ায়দা রায়থুংলরে। নপারী অসিবু নরাল-য়ায়দা লৌশীন্দুনা নচা নাউকোনগনি খঙদবরা ?"

মশাবী খুল্লাকপগী চীনগোয় মপাউ তাবদা, খুল্লাকপীনা ইমুং মনুংদগী মপাল-লাংদা থোরক্কুনা মাংগোল খেঞ্জং লাংবু য়োরক্লগা হেক য়েংথোরক-পদা, শজীক পোপ্পা হুনবগুম্বা লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী মপুঙ ফানা নীংথিজরবা চেংলৌ মায়থোঙ লকাবু উরক্লে। চীঙলেম্বা শকথোঙ মঙাল ফজববু উবদা, খুল্লাকপী অসি মপুক্লীং হরাও তুজুংনা [1]মুংওল পুক্লীং হুনা মীৎলাং অনীমক্তা লাইজ পিরাং ঈহৌরক্কুনা পিরাংতনা মীৎকোয় লাইজ মীংফম তাউ, পেন্না য়েংলহুনা মুংশি থৌজাল মায়য়োক্লনা য়াথং হীকহায়ননা চীনগোয় পাউমেল্লকয়ে; "পারী ইবুংঙো মুংশিবা, লাংলেল কোঙয়াঙ রাপীহল-ও! নাউরা নঙদি লহাল নোং নপন পল্লেম নমা ঐবু থাদোক-লমহুনা থাজ কুমজা কন্না য়াম্না লমদম কৈদা খুল্লান্দুনা লৈরুরবনো? পারী ইচাগী চেংলৌ মায়থোঙ নীংথিজববু পল্লেম নমা ঐগী শমু মীৎথফম্বু ওইজবা ওইঙম্নরোইদ্রা হায়না পায়মা নিংদোল পোম, নিংশা চনীং তা-ঙমদনা অব্রা মৈশা লাং, কোরৌ নোংলেল অমতবু নোংগাংদনা লেল্লকপবু চীঙঙ্ খোইয়ুম নোংদম্বা মপুনা কোরৌ ঙসিদি পারী নঙবু ল্লেপ্পা নোং-দম্বীরে। পারী লাউ চঙলক্ও : নফম-লাংদা লৈররো; ফমলেল লুচিংফম তানফংলরো। পল্লেম নমা ঐনা লেন্নজবগী মশক্কুম মরামগী য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ হাঙদনা ইচা লাক্লেদো হায়দনা, পারী চেংলৌ উংনা লেন্নহুনা পুঙমগে" হায়না লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী শমু খুজেং হংজি পায়দুনা শম্লাং তোলগা নাল, কোল্লহনা মপাল-লাংদগী ইমুংলোমদা পুশিন্নবা থৌরাঙলকয়ে।

খুল্লাকপনা মতৌ অসি উবদা মপারী চেংলৌবু মুন্না য়েংহুনা পাউ-মেল্লকয়ে; "পারী নাউরা নঙবু পম্থৌ নপা ঐগী নশাইকোলসিদা ননীং তম্না লৈঙমজোও। নশাইকোন্দা হল্লক্লগা করিগী নপুক চাক লঙগনি।

১। নুংওন পুক্লীং হুনা—থুক লাউনা নুংশিবা ফাওবা।

পারী নঙবু সেংনখিবা কুমজা মতুংদা নংন কোন্দে অনোবী, চেংলৌ ঈঙ্না লমঙানবী; 'ইংঙাল্লৈ' কৌবী নচনবু [১]ফূয়রক্ক্না, পারী শেংনখিবগী অন্না মৈবু কোক্লবা পোত্থানফম্ ওইহ্নুনা নপন পল্লেম, পম্হৌ নপা ঐবু লৈরিবনে। নচন-নবুং অনীনা নয়ুম শঙলেলসি য়ুমশঙ-য়ুমঙাক্ক্না লৈরম-ও। পারী ইমোম অনীনবু লৈরবদি ইপাগী খুঞ্জা পুহ্নুনা পম্হৌ নপা ঐস্মু ইরৌ পামলৌ সূবা কোরৌ নোংগাংদনা চৎপা ঙম্লগনিয়ে" হায়না মমোম লাংলেল ইংঙাল্লৈবু কৌরকয়ে—"ইপাগী লাংলেল ইমোম ইবেম্মা ইংঙাল্লৈ! ইপাগী নাক্তা চঙলকউ-লাউ" হায়দুনা মথক্তা অমা শাৎত্রবী, মখাদা অমা পোমদ্রবী লৈচিল নোংফেন্নদ্রবদা নুংথিল কোরৌ নুমিৎকুম চেংলৌ হেনবী মমোম ইংঙাললৈবু কৌথোক্ক্না মমোমগী খুজেঙ হংজি পায়না মবুংগী মফমদা শিন্নরে; "ইপাগী ইমোম লাংলেল ইবেম্মা! নঙদি ঙসি কোরৌসিদগী হৌরহ্নুনা নবুংন। য়াদবা থোরম কয়াদা করিগুম্বদস্মু খক্ হীকতোকফরোইয়ে। নচী-নৌপ্ন চানা-চিন্ননা রাতান্নহ্নুনা লৈমিন্নৌ ও" হায়না ইংঙাল্লৈবু শিন্নখিরে। মরাম পম্হৌ-পল্লেম অনীনা মপারী মমোম অনীগী মতৌ মওং কয়াশিং উ-য়েংলগা মতম পুম্নদা অন্না পোত্থানফম ওইরহ্নুনা নুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়্নন। লৈমিন্নবা হৌরে।

## মচন মবুং পাউ শা-নবা।

মরাম খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনীস্মু মরৌ পামলৌ সূবা মতম ওইরক্লহ্নুনা তরা চাকঙল চা-থক্লরগা, খুল্লাকপনা খুল্লাকপীদা হায়রকয়ে; "খুল্লাকপী! কোরৌ ঙসিদগী হৌরহ্নুনা থাল্লৈ লৌরাঙ সূবা চৎঙম্লসে; তরা চয়োম পুনবা থোরাঙ ও। ইপারী নুংশিবা, ইমোম লাংলেল নুংশিবী অনীমাস্মু হৌজিক্তি ইরাল-য়ায়দা লেঙদনা লৈরেদো। মচন-মবুং অনীনা ইরাল শঙলেল-স্মুংদা য়ুমশঙ-য়ুমঙাক্ক্না লৈরবনিনা, ঐথোয় অনীস্মু থাল্লৈ

[১] ফূয়রক্ক্না - পোক্লক্ক্না।

লৌরাঙ স্নূবা কোরৌ নোংগাংদনা চংলসে” হায়দূনা খুল্লাকপীস্নু তরা চয়োম য়োমশীল্লে। খুল্লাকপনা মপারী-মমোম অনীমাদা চীনগোয় পাউমেল্লকয়ে : “পারী-লাংলেল অনীমা! হৌজিক্তি পন্থৌ নপা ঐস্নু পল্লেম নমা খুল্লাকপীগা লোয়নতুনা ইরৌ পামলৌ স্নূবা কোরৌ ঙসিদগী নোংলেপ্তুনা লোইদ্রি ফাওবা চংলগনিয়ে নখোয় অন মা লেঙদনা লৈতুনা য়ুমশঙ-য়ুমঙাকলম-ও। নপন্ ঐখোয় চংলেদো” হায়না শিন্নরম্লগা মরাল-য়ায়দগী খোঙশানখ্রে

খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনীনা মরাল-য়ায়দগী মরৌ পামলৌ স্নূবা খোঙ-শানখিবা ন্নুমিৎ অসিগী ন্নুমিদাংব্রাইরম কোরৌ হনবনা নরল চন, অমম লৈখৈ তাল্লক্লবা মতমদা তরা ফু হোনবা থৌরাঙলকয়ে। মতম অসিদা পন্থৌ মপা খুল্লাকপগী শগাই পল্লাল-থক্তা লাংগোই শগোল খুন্নপ চেনবগুম্না “কোদ্রোক-কোদ্রোক” হায়বা য়াব্রা মখোল অমা হৌনা ব্রাংলেল পূঙখায় মরম পূমনীল নিল্লকয়ে। অতুবু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা না তারবগা অকী তুজুংব-মক পোক্তুনা ব্রাংলেল পূঙখায় মরম তূমীন্না লৈ। য়াব্রা মখোলতু না-তাবদা মচল্লোয় ইংঙাল্লেদা পাউহংলক্‌য়ে ; “ইবেম্মা! নঙবু তাল্লিবরা? য়াব্রা মখোল অসিবু করিনো? ঙসি পল্লেম পন্থৌ অনীনা ইরাল য়ায়দা লেঙবা ন্নুমিৎ অসিদা তৌরক্লিবা অসিবু?”

“ইবুং ও! নিললিবা মখোল অসিদি মরক মরক্তা হেক হেক অস্নুম্না তৌরকয়ে ; পন্থৌ পল্লেম অনীনা লৈবদস্নুনে। মসি মৈতৈ কংলৈগী অকন-অথৌ লাল্লোই ফম্নাইবা, নিংথৌ মচা মস্নুগী তাঙজ লুরেলনে। হায়রিবা লুরেলশিং অসিনা মরক মরক্তা মথক থংবা তান্নবদা হেক হেক য়াব্রা খোঙ্গেল অসি তৌরকয়ে।”

মচন ইংঙল্লেগী পাউথুম মাব্রাখোল তারবমক্তদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি সনা পূক্লীংদা খঙহৌদনা থূক লাউনা ফাওরকখিয়ে। অতুগা ব্রা মখা তানা হংলকয়ে ; “ইবেম্মা! মরম অতুদি কমদৌনা তাহৌদূনা নহাক্র খঙলক্লিবা?”

“মতুগী মরমদি নোং কোরৌ অমা পন্থৌ পল্লেমগা লোয়ননা লৈরঙৈদা

য়াৱা মখোল অসি হুকায় কায়দনা হো-লাউনা তৌরকয়ে। অহুদা নচম্মা মিপাই কোকয়ি-কা, মিবেল থাবু খংনা কিবনা পল্লেম ইমাদা চেংনা কোন্দুনা কপখিয়ে। মতম অহুদা নচন ঐনা হংজবদা, মরম পুম্বা অসি পম্হৌ ইপা খুল্লাকপনা তাকপিবনে। অহুগা কোকপী লুরেল অহুম অমদি মতম হাক্কবু পঙকুই-কুইদ্রি, চহি কুমজা অহুমলোমদা মঙায়ম্লিয়ে। কংলৈ নিংথৌগী মশানৌ রাংগোল নিংথৌ 'তোম্নাম্বা' হায়বা অমগা, মপারী 'সনা হিহোল খুল্লাকপা' অমগা, মচা ইবুংঙো 'চাফবা' কৌবা মনাও অমগা, অঙম্বা খরগী তাঙজ লুরেলগা অসিদি মখোয়না মরাম খুন্দা লোইপোং থৌবা লাকপদা, পম্হৌ ইপা খুল্লাকপগা লমলেল থিংবা কারোংদা মরাম খুঞ্জাগা লোয়নবা অকনবা হুয়েল লাম্হেংনখিয়ে। মহুদা অহীংগী থৌদ্দ নুঙগী হুয়েল লান্দা পম্হৌ ইপানা হুয়েল লালঙমহুনা হায়রিবা লুরেলশিং অসি কক্ত্রুনা পুরক্লগা মফম অসিদা থমখিবনে। অহুগী নুমিত্তুদগী হোৌরহুনা য়াৱা মখোল অসি মরক-মরক্তা হেক-হেক তৌরকয়ে।"

"অহুদি ইবেম্মা! কোকপী লুরেলশিং অসিনা করি তৌনবা পম্হৌ ইপানা থমলিবনো?"

"মহুদি ইবুংলোয়! পম্হৌ ইপা খুল্লাকপগী শিবদা [১]লুখা থানবা থমলিবনে। অকন অথৌশিংগী তাঙজ লুরেলশিংনা মরাম ইপাগী অকন অথৌশিংনা শিবা মতমদা লুখা থানবা থমলিবনে।"

"অহুদি ইবেম্মা! তাঙজ লুবেলগী লুরেল মান্নবা ঙাক্কনে। অহুবু মফম অমতদা থমলিবা অসিবু কমদৌনা মশক খঙগদৌরিবনো?"

"মহুদি ইবুংলোয়! হৌজিক তৌনখিবা অহুদি মথক থংবা তাম্নরিবনে। খ্বাইগী মথক যোংনা মৈতৈ নিংথৌ মচানা থংলগা মথংদনা মচা ইবুংঙো অনীনা লৈবা অসুম্না লৈনরক্লবদা, লাংগোই খুরুপ থৌবগুম্বা মখোল থোরক্লম্ববু তোক্ক্রনা লৈখিবা অসিনে।"

"অহুদি মৈতৈ কংলৈ নিংথৌগী মচা-মশুনা মপা-মপূগী কোক লুরেলবু মরাম খুন্দা লোইগে হায়বদি খক্ লাক্কবরা?"

১। লুখা থাবা—চীঙমীগী মপা মপুনা শিরগা মকোক মখা থাদ্দুনা ফম্বা।

"ইবুং! মতুমক থিব মক্কি লাক্তরিয়ে। অতুগা লাক্লবস্তু পম্মৌগী শগায় পবল থকসিদা কাদুনা তূমান্না লৌথিবস্তু ঙমলোইয়ে।"

"মতুদি ইবেম্মা! করি মরম লৈবননো? মরম অতু মুন্না হায়য়ুবা তাসি?"

"ইবুংলোয়! মরাম ইপা খুল্লাকপগী য়াইপূঙ অচৌবা অমা লৈরিয়ে। শগাই পাবল-থক অসিদা য়েক্লবা হুরানবনা হেক কাখৎলুবা মতমদা য়াই-পূঙ অসিনা মরাম খুঞ্জ পূম্নবু তা-ননবা, হেক্তা য়াব্রা মখোল হৌনা মথন্তা য়ৈবক্কনিয়ে। কনাগুম্বা মীরাল য়েক্লবশিংনা হুয়েল লাল তারক্ল বস্তু য়াইপূঙ অসিনা মথন্তগী পাউজেন্না মরাম খুঞ্জা পূম্নবু তাহল-খঙহনবীরকয়ে।"

"ফগ্রেদা পম্মৌ ইপা ইবুংঙোগী য়াইপূঙ অসিদি। মসিমক্তা 'মরাম খুল্লাকপা' হায়না কোল্লোয় মমিংবু শীন্ন-থুংনা ফাওনা চৎলিবোরে। অতুগা, য়াইপূঙ অসিদি মফম কদায়দগী ফংলুবা; ম'সিদি খঙব্রা ইবেম্মা?"

"পূঙ য়াই অসিগী মরমদি পল্লেম ইমা লৈমা ফুনান চনূনা নোংমা ব্রারী অমা লীবীথিয়ে। মৈতৈ নিংথৌ শামৈরাংবনা অব্রাবু খূদুম চনগে হায়দূনা লোইবী চীঙশাঙ লাকপা চোথে ফুনান নিংথৌ তেলহৈববু হুয়েল লাল থৌনেক্তুনা অব্রা লৈপাকপু অকনবা হুয়েল লান্থেংনবদা, হুয়েল লালঙমতুনা 'সেল পূঙ য়াই' মথন্তা য়ৈজরকপা, য়েক্লবনি পাউতাকপা অমগা, 'পূঙ য়াই' অসিগা অনী অসি অব্রাদগী লোক্লকপনে। অতুবু, মৈতৈ নিংথৌ শামৈরাংগী মফমদ পূঙ য়াই অসিবু কৎপদা, মৈতৈ নিংথৌনা (ইপুথৌ ফুনান্দা পূঙ য়াই অসিবু) ফংজো হায়দূনা পীন-রকপনে হায়। ইপুথৌ অসিবু খূমন নিংথৌ কচেং ব্রায়েংমাংবগা পাথৌ মরূপ শান্নতুনা তরা চাকৌরগা, তরা চাক তোকপগী ব্রাংলেল ঙাইহাক পোথাতুনা তূমখুল তাল্লিঙৈদা, ইপুথৌগী শমু মীংলাং অনীমা হন্দোক্লগা করেম্নবদগী খূমন তাকপা তারবদা, মৈতৈ নিংথৌনা কূমদূনা খামজিন্দুনা খূমনবু কনবিরম্নগা, ইপুথৌবু হাওকপ চীঙশাঙ য়ৌনা থিনবীরক্কুনা থনম্নগা

হনখিয়ে। মতুংদা ইপুধৌগী থোৗগল ফংবীনবা কনা হন্না লৈখিদ্রবদা, লূরাং ফনানবনা হাওকপ চীঙশাঙদা লাক্লূনা থোৗগল লাংগন্দুনা লৈরময়ে। ইপুথৌ চোথে ফূনান্না শিবমদাইদা ইপুথৌ লূরাং ফনানবগী মফমদা মথুংস্থু লীরক্লগা তেন উতোং থাউ য়াইগা যাইপুঙ অসিমাগা হাওকপ চীঙশাঙবু

"তাংক্রু লমলেল" কৌবা লাইরিক্তা মথক্তা পল্লিবা মতাঙ অসিবু অসুম্না পন্দুনা য়াওরিবদি—"ফূনান নিংথৌ তেলহৈবগী মপারী পালা হোঙবনা চাউরবা-শাংলক্লহনা থূমন মীরৈবাক্তা চংখিহনা শাইদাংলুইহ্নে। থূমন নিংথৌ লুংবনা থোৗজাল পোৗথোক্তা লোয়নননা নুংশি চান্না থম্নীখি। ফূনান নিংথৌ তেলহৈবগী মপারী অহল পালা হোঙবগী মথাদা মশানৌ 'নুংকাংবগা, অয়াঙ পাম্বগা' অনীবু কোম্না পোক্লূনা ময়ূম মরাল-য়ায়দা থনম্লগা চোথে ফূনান নিংথৌদি থূমন লৈপাক্তা মপারী অহলবু থিবা চংখিরে। নোংমাই থূমন নিংথৌ কচেং বায়েংমাংপানা ফূনান নিংথৌবু য়েক্লবনি খঙলদ্না ফাদ্না মৈতৈ লৈপাক্কা পূন্না লৈবদা পুশিল্লক্লে। থূমন নিংথৌনা 'ফূনান নিংথৌ তেলহৈবগী মমীৎ হোত্তোকও' অনুম হায়ববদা, নিংথৌগী লৈমানসু থোৗশাদবা উরবদা, ফূনান তেলহৈবনা মাগী অথাক অবাউ য়াওবা লীরক্ল তেন অহনা থূমন লৈমগী থবাক্তা থাউ হায়না রাশক্লূনা কাপখিববদা থূমন লৈমগী খোমলাং থরক্তা পান্নহনা মবুক্তী মচাগা লোয়নহনা শিরে। অদুদা ফূনান নিংথৌ তেলহৈবগী মীৎলাং হোত্তোক্লূনা লৈপাক মনুংদা লৈরোল চন্দুনা ফূমজিনখিবে। মতুংদদি ফূনান নিংথৌ তেলহৈবগী মমীৎ ফূমজিনখিবা মফম অদুদা পামেল উ তেবা অচৌবা অমা ওইনা হৌবক্লে। উ তেরা অহনা মনা-মশিং পাল্লক্লবদা মনা অহনা কেন্দুনা মালেমদা তারকপা অহবু খোইয়ূম লাইশিংনা মৈ য়িক্লূনা মৈথূ থূহনবদা মৈথু মনম অহনা থূমন লৈপাক্তা চঙলক্লূনা মনম অহনা ফংবদা থূমন লোইন ঙাওরে। মপা মচা মতু মচা, মশু খঙ্নদ্রহনা লোইনা য়ানথংনা-খিনদংনহনা থূমন লৈপাকপু তাক্লদোরবদা, উ তেব অহবু য়ানথংলে। য়ানথংলিবা তেরা অহনা পাইরক্লূনা থাঙ্গা কমপোং তান্না লাকলে। মতুংদা অমুক অবাং পাংনা পাইরক্লূনা লাংগোল চীঙদা লৈবা লূরাং পুন্সিবগী মশাইকোল 'লাইরাল চীঙ' দা লাক্লূনা 'উয়ূংচক্ ময়ূঙ' ওইরক্লে। মফম অহবু থাঙ্গা মনিল নাইবা, য়ৌথাম তনং তনং পানবা চীঙ" হায়না কৌখিয়ে। পালা হোঙবগী মনাও নুংকাংবগা, অয়াঙ পাম্বগসু মৈতৈ লৈপাক্তা কূম্লক্লূন খোইয়ূম থুনফম লেন্দা লৈখিয়ে।" হায়না মথা তানা হায়রিবা লাইরিক অসিদা শুগায়না পন্দুনা য়াওবি। অহগা 'লাংগোই চীঙগায়রোল" কৌবা লাইরিক্তসু মথক্তী মতাঙ "থাঙ্গা মনিল নাইবা, য়ৌথাম তনং তনং পানবা চীঙ" হায়না পন্দুনা শেংনা য়াওরি। মথক্তী রারা অসি লৈবদগী ঙসি ফাওবা 'থূমন্না তেরা চাবা, থকপা তৌহৈদে অমদি পায়হৈদে" হায়নবা চাউনা লৈরি। থরা মান্নদবসু 'থাঙলোল থাঙচং" অমদি "থিরেল পোৗথায়বা" লাইরিক্তসু য়াওরি।

শিন্নরময়ে। মতুং অদুদা ইপুথৌ লুরাং ফনানববুস্থ ফুনান তেলহৈবা হায়না কোল্লোয় মিংগৌনদুনা পাল্লবদা। ইপুথৌ অসিনা হোঙনের শুম্বী পান্নদুনা নুঙকাংপামবগা, অয়াঙবগা অনী পোক্নুনা অয়াঙবনা ফুনান নিংথৌ ওইদুনা পোৎলম অসিবু ফংদুনা হাওকপ চৌঙশাঙদা অমুক পাল্লে। নুঙকাং পাম্বনা লংমাই নিংথৌ চনূ পান্নরগা তমদা কুমদুনা মপারী মোরাম্বা পোক্নুনা 'হিতম য়ুম্নাকনে য়াংঙবম' য়ুম্নাকনে ওইখিয়ে। ইপুথৌ ফুনান নিংথৌ অয়াঙবনা লংমাই নিংথৌ চনূ [১]মংশাঙম্বী পান্নদুনা লমনিংথৌগা, খানিংথৌগা মপারী অনী পোকয়ে। লমনিংথৌনা 'শল্লাম' য়ুমনাক ওই-দুনা য়ুম তাদুনা তমদা থৌগল্লরে।

ইপুথৌ খানিংথৌন' হাওকপ চৌঙশাঙ মনিংথৌবা ওইহৌদুনা লীরুঙ, তেন, উতোং খাউয়াইগা, পূঙ য়াই অসিবু ফংলে। ইপুথৌ খানিংথৌনা ঙাম্বুথুম্বী পান্নদুনা মপারী অয়াঙ, চাম্বগা, কৈতেম্বগা অনী পোকয়ে। ইপুথৌ কৈতেম্বনা হাওকপ চৌঙশাঙগী মনিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। ইপুথৌ কৈতেম্বনা পোক্লম্বা মপারী য়াঙম্ব ( য়াংথৌবস্থ কৌএ ) না হাওকপ চৌঙ-শাঙ খুবম অমুক তালফংলে। হাওকপ চৌঙশাঙ য়াংঙম্বনা মপারী লুরাং লেম্বা পোকয়ে। ইপুথৌ লূরাং লেম্বনা 'শম্বু নিংথৌ' পোক্নুনা, পন্থৌ ইপা 'শম্বু নিংথৌনা' পল্লেম ইমা অপোকপী— 'শাংথলেম্বী' বু পোক্নুনা মরাম লূদা হোংলকপদা, পল্লেম ইমাগী অওঙ্-অউন পোৎলম ওইনা লীরুঙ তেনগা, উতোং খাউ য়াইগা লোয়ননা য়াই পূঙ অসিবুস্থ তমলকয়ে। লীরুঙ তেন, পূঙ য়াই অসিগী মতীক-ময়ায়না পন্থৌ ইপা খুল্লাকপবু রেক্নবশিংনা লাকচ-খুদুম চনখিদ্রিয়ে। ইবুংলোয় ! মৈতৈ নিংথৌ মচানা মরাম্বু খুদুম চল্লম্বদি লীরুঙ তেন লৈত্রিবৈগী মতমদদা চল্লম্বনে।"

"মুংঙাইদা ইবেম্মা ! পন্থৌ ইপা খুল্লাকপগী কন্ননবা উকনবু অম্নাংপা লৈত্তনা লৈবসিদি নঙ-ঐগী থোইনা মুংঙাই য়াইফবনে। লীরুঙ তেম্মা

---

১। মংশাঙম্বী=মোলশাম পাম্বী কৌয়ে হান্ননা 'কৈকোই" কৌবা শাগৈ শল্লাইগী হৌরককম ইবা পুন্না অমদা য়াওরি।

মফম কদায়দা লৈরিবা" হায়না হংখিয়ে।

"ইবুংলোয়! মতুদি পন্থৌগী লুখুম ফকতোপ্তা যাল্লিবা অসিনি" হায়না অহীং নোংশোয় ভানবদগী তবা চাক চাবা লোইতুনা ফমুংদা চঙ্‌নতুনা লীশাঙ শীংনা রাবী শান্নবা হেক লোইবদা অতুম নোংঙাল তু হুল্লক্লে।

ইমুং ঙাল্লবা মতমদা পন্থৌ মপা খুল্লাকপা, পল্লেম খুল্লাকপী অনীশু যোৎলৈ নোংথাং ফান্না তেংপাক লাল্লু শা, হারু নোংগা ফৌ, খালৈ লৌয়াল-লুবগী তরা পিবুক লামদুনা মরাল-য়ায়দা হুলরায়রক্লে। পন্থৌ পল্লেম অনীমা রায়থুংলরবদা, মমোম ইংঙাল্লৈবু কৌরকয়ে; "ইপাগী লাংলেল ইবেম্মা! পন্থৌ ইপাবু অহীং চুপ্পা খাল্লৈ লৌয়াল্লুবদা তবা পিবুকসি লাম-খ্রেদা। ইপাবু তরা চাকঙল্ হৌদুনা পীজ-পীথক্লবা তৌঙম্‌ও। ইমোম লাংলেল নঙ্‌না তবা ফু হৌবিঔদা পন্থৌ নপা ঐস্থ রাংলেল ঙাইহাক অরা পোত্থাখিগে। তবা চাকঙল চাবগা মর্বৌ পামলোদা অমুক তন্না হনঙমগেদো" হায়খি। পন্থৌগী চীনগোয় তুংইন্না মমোম ইংঙাল্লৈ তরা ফু হৌতুনা পন্থৌ পল্লেম পীজ-পীথক্লে। চাবা থকপা লোইরবগা খুল্লাকপা, খুল্লাকপী তরা চয়োম পুনা অমুক তন্না খাল্লৈ লোকুমখরে।

খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনীনা খাল্লৈ লোকুমখ্রবা মতুংদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মযুম কংলৈদগী লাক্লিবা থৌবম অতুগী পাঙথোক্লবা রাখল লীথূল লম্বীবু হন্না হন্না খনবদা, সনা পূক্লীং রামনখিবনা তুফক-তুফাই চনবা ঙইখিতুনা চীনবান থক খা থ্রক-থ্রক লাংশিন্দুনা সনা মায়থোঙ হোংখরে। মফম খুদীংদা পামেল উ য়ুম্বীনা য়ুংবগুম চপ-চপ লেপ্পুনা রাঙাঙদনা লৈরক্লে। লাইনিংথৌগী মওং মতৌ উবদা, ইংঙাল্লৈনা তুমিন্না য়েংতুনা লৈবা ঙম-খিদ্রতুনা হংজে; —"ইবুংলোয়! তৌবীরিবা মতৌ মওং অসিবু করিনো? নচন্না অশুম য়েংজবা মতমদা মহৌশাগী মতৌগা থক ইমান-মান্নদে। মফম

লূরাং ফনানবা কৌবা ফুনান নিংথৌ ভেলহৈবা অসি শাগৈ শায়াইখিংগী হৌ-রকফম মৈহৌববোল 'কৈকোই" হায়না কৌবা পুম্না অত্তদা মকোক্তগী মথং মথং কাকথরকপনা থুমল্লোলগী মনুংদা লূরাং য়েক ঙইতুনা মখা ভানা ঙগারনা শেংনা য়াঙরি।

মফম খূদীংদা মুংশুক নুংবংনহুনা লৈবীবা মত্তৌ অসিবু পূক্নীংদা করি থুংদবা ওইবনো? মরম অহুবু নচন্দা চিংনবা লৈতনা হায়দোকপীও?"

"ইবুংগী ইবেম্মা ইংগাল্লে! ঐবু করি তৌরবরা? ইচীন-ইপ্‌নানা অহীং নোংশোইবা ৱারী শান্নবদা, তূম্বা মতমদা তূমহৌদবনা তৌওম্বা ওইরিনিয়ে। নবুং করিস্থু চিংনবা, পূক্নীং অৱাবা লৈঙমদে।"

"অহুদি ইবুং! নফম লাংদা অমুক্তা লেঙশীল্লগা পোথাহুনা লৈবীও। অহীং মিংশেল থাঙলুবগী তূমদবা শক্নকপু কোক্লবা তৌবীও।"

"ইবুংগী ইবেম্মা! নবুংদি পোকপদগী ঙসি ফাওবসি নুংথিল অমুক্তস্থু তূমথূল তান্দুনা থক অৱা পোথারক্তেয়ে।"

"ইবুং! করিনো নুংথিল মীংয়েঙ নাউশুম্মা খোমলেল তূমথূল তাল্লগা করম্বা অমাঙবা, অকায়বা লৈবনো; মরম অহু নচন ঐস্থু খঙজনীংয়ে?"

"ইবেম্মা! তনবা নীপাচা ওইবা ঐখোয়না নুংথিল পোবোপ্তা খোমলেল তূমথূল তানবা হায়বসি য়াম্না অমাঙবগী মশক্নে। পূক্নীং লৌশিং ফকচিল্লে। [1]পুন্সিগী পাউজেল য়ৈশীলয়ে; ত্তৌবা য়াবা ইথৌ ইঙমস্থু তৌহৌদে। মরম পূম্বদা মাঙ্‌ন-তাক্লবগী মশকনে" অস্থুম্না হংলকপা পাউহংগী পাউখুম পীরদুনা ৱারী শান্নরিঙৈদা মুংথিলগী মতম হৌজিল্লক্ত্‌না য়োইমায়ায় মালেম অঙানবদি মুমিৎ মতাও, তেল্লবগী অমম্বা নাৱল চনখি; কোরৌ মুমিৎ অসিমা অস্থুম মরেললে।

---

## ৱাখৈ ৱারেপ থাবা

কৌরৌ হনবনা নোংচুপ চীঙদোল লৈথখিহুনা অমমম লৈগৈ চল্লকপা মতমদা [2]তরা ফু হৌদূনা মচন-মবুং চামিন-থকমিম্নরগা; মফম মফম-লাংদা চঙ্‌নহুনা খোমলেল তূমথূল তান্নখিয়ে। কোবৌ মুমিৎ অসিগী অথেঙবা অহীং ইন্নুং ঙাল্লমদাই ওইরক্লবদা, লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী

১। পুন্সিগী পাউজেল য়ৈশীলয়ে=হিংহুনা লৈগদবা মতমবু শাংহন্দে; পুন্সিহনদে।
২। তরা ফু হৌদুনা=চাক থোংহুনা।

খোমলেল মঙলালচান্দ। [১]শজীক মতূঙ ইন, থবা মমৈ য়ায়থ্রবা পম্বৌ অপোকপা মপাবুং তোন্নাম্বনা লেঙলক্কুনা হায়রৈ ; "ইপাগী ইবুংঙো লাইনিংথৌ পাইখোম্বা ! হৌজিক ফাওবা মফম অসিদা নীংঙায় মঙাইদনা লৈথোক্লিবা অহুবু অদুবা ? নপন পাম্বৌ মৈতিংগু খুম্বাওবনা তাইবঙ চেঙজেল লোমহুনা থুপ্লমদাইগী অবোয়বা মতমদা, য়াম্বুং নিংথৌনা পাম্নীগী কোল্লোয়বু 'লাইনিংথৌ পাইখোম্বা' হায়খিববু অসি নোংগীদমক্লা ? করিগী অমুক ফকচিললিবনো ? ইংঙাল্লৈ ইবেম্মনা হায়রিবা অহু অচুম্বা ওইগনি শোয়ফরোহয়ে। নঙগী তৌকম থোক্লবা, হেনফদ্রবা নথৌ অহুবু লমজীং-বদি ইবেম্মা ইংঙাল্লৈনা থৌবাঙ-খৌশীল্লগা পাবীনা থৌবুহুনা পাঙথোকপা ঙমগদবনে। নদাইরেম ইংঙাল্লৈবু মরাম মপূঙ য়ায়দগী পুহুনা কংলৈ মপূঙ-য়ায়দা থাঙম্নবা তৌশিল্লু" অসি হায়রম্লগা খুদক্কা মাঙথোকখরে।

মঙলিবা খোমলেল মঙলাল অসিনা হেক মঙবা লোইবগা লাই-নিংথৌ পাইখোম্বদি খোমলেল মিকপ থোরক্কুনা মঙলাল অহুবু নীংশিংলুবদা সনা পূক্লীং ন্নুংঙনখিহুনা হীক্ল-হীক্লা কপুনা ফম্মুংহুদা হীগুনা লৈথি। লাইনিংথৌনা খোম্থোক্লা কপ্লিবহু মরাম চনু ইংঙাল্লৈনা না তারক্কুনা লৈবা য়াত্রহুনা "কদৌববনো ইবুংলোয় ? করিনো তৌবীরিবা মতৌ অসিবু মঙলাল-চাম্না হায়ববু তাইবঙ-পান্দা কপ্পনিদনা। খঙজরে মরম পূম্বা ; তোল্লিদা নূপীচা ওইনা পোকপা মপোকসে ওম্থোক্লা পঙনম্নু পোক্লকইদা। ঙসিদি নচন্না হায়জরিবসি তাবীয়ুকো। ইবুংগী নখোঙ-খাবু য়েংনা শরী পন্দোল লোম্না নচন্না রাশকচরিবনি। চিংনবা রাখলগী পরৈ থোকপীহুনা মরমশিংবু মহায়বীত্রবদি, কোরৌ ঙাসি হায়বা মুমিৎসিদা তোল্লবী নচন্দি তাইবঙ মপোক থাদোক্কুনা য়াইবী থরায় থাজখ্রগে ইরাইবক ফংনা থীরবী মপোক্তা পোক্লবী নচন ইংঙাল্লৈন। চিংনজরিবা মরম পূম্ববু তাকপীহুনা থৌশীন-থৌরাঙজরগা ইবুংগী পূক্লাং অন্নাববু কোকচবা ওম্বা থৌরাঙ লম্বী থোক্লবদা, নচন ঐনা থৌশীন-থৌবুদনা মতোকথ্রবম্নু ইপারোমদগী পু তরেৎ,

---

১। শজীক মতূঙ ইন, থবা মমৈ য়ায়থ্রবা=শিথিরবা, লৈথিত্রবা

ইমায়োমদগী পু তরেৎ, পু তম্নামরী অসি মখৈদি মুমিৎনা থানা পাল্লিবা মখৈ তাওনা ফংলবা মপোক অথোয়-চওখোনবা, তাইবঙ মপোক অসিদদি অমুক হন্না পোকওম্লক্কবা ওইখ্রসন্নু। মরম অহুবু অমুক্তা হায়দোকপিহনা খওহনবীয়, তোল্লবী নচন ঐঙোন্দা" হায়না থম্মোয় লাইয়ুম শোক্লা মুংশি মখৈ ফং, শরী পন্দোল লোম্না পন্দুনা মৈতিংঙু পাহখোম্বগী মফম্নাংদা হংলকয়ে।

মরাম চনু ইংঙাল্লেগী হেনফত্রবা শরী মখৈ ফংনা নামুং মতোল লোম্বা অরেপ্পবু না-তারহনা, অমুক হন্না খুমজিন্দুনা থম্বা য়াত্রবদা, খোমলেল মঙল্লাল চানগী মরমগা লোয়ননা লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মথং শীৎনা খওহল্লকয়ে; —"ইবুংগী ইবেম্মা! ইচনগী অরেপ্পা পুকচেল, ফজরবা ম্নাকম্বু তাজবদা ইবুংদি খৈনা পেনখরেদো। নহাল মখৈদি ঐগীদমক্তা লমজীংনবা কনা হন্ন-মক্তা লৈজদ্রে, চীঙঙু লাইবক থীরে হায়না কয়া ম্নানা ম্নাখল চাংজৌ লাম্ব ফংঙমদনা লম্মুক্লংনা লৈরুরবনে ইবেম্মা। অহুবু, কোয়ৌ ঙসিদি ঐগী ম্নারবা, চিরল্লবা মতমসিদা পুকচেল চাউবী ইচনগী অরেপ্পা পুকচেলবু ইবুংনা তশেংনা খওজরেদো। অসিদগী হেনবা ঐগী লাইবক ফবা, মুংঙাইজবা অমা লৈত্রে, ইবুং পেল্লে। ইবুংগী পুকচেল চাউবী ইংঙাল্লে! নবুংনা মফম অসিদা নহাল মখৈ চরৈ থূপচা-নরহনা লৈরক্লিবসে অতৈ কনা মশক অমা নত্তেয়ে; কংলৈ মপুঙ য়ায়দা হৌজিক পাঙ্গরিবা পাইখোম্বা কৌবা নিংথৌ ঐনে। ঐনা কংলৈদগী মরাম মপুঙম্নায় অসিদা লৈরমলিবসি নহাল নোং অমা ইচল্লোয় নহাকনা ম্নারী অমা নবুং ঐঙোন্দা তৌখিবা; চহি কুমজা অহুম হৌখ্রবদা, মৈতৈ নিংথৌরেল খুঙ্গাওবগী মশানৌ তোম্নাম্বনা মরাম খুঙ্গাওদা লোইপোৎ থৌবা ল্যাকপবু, লমলেল খিংবা কারোংদা মরাম ইপা খুল্লাকপগা অকনবা হুয়েন লাম্হেংনবা মক্তমদা, অহীংগী লান্দা মৈতৈনা মায়থি ফংহনা মহুদগী লৌরকপা তাঙজা লুরেলশিং অহু পম্হৌ ইপা খুল্লাকপগী শগাই পল্লাল থক্তা থমলি হায়খিবহু অতোম্না কনা মশক অমা নত্তেয়ে নবুং ঐহাকপু পোকপীরম্বা পম্হৌ

অপোকপগা, ইয়াম্নুং অনীগগী তাওজা লুরেলশিং তশেংবনে। হায়রিবা কোকপী লুরেল অহূম অসিবু তানফংলুগে হায়বগীদমক্তা ঐনা কংলৈদগী লাক্লগা মফম অসিদা লৈরকলিবা অসিনে। মরম অসিবু ওসি নবুংগী খোমলেল মগুলাল-চান্দা ঐবু পোকপা পম্ৱৌনা লেঙলক্লগা মপারী ঐঙোন্দা চেংনা তাকপীরৈয়ে—"ইপারী ইবুংঙো পাইখোম্বা। নওনা ওসি ফাওবা মফম অসিদা নথৌ পাঙথোকলুগনি হায়না লাক্লগা নীঙভায় মঙাইদনা পম্ৱহনা লৈথোকপদি চুমদেয়ে। মরম অসিবু লেপ্না পাঙথোকপীগদবদি নচল্লোয় ইংঙাল্লৈগী মতেংতনা থৌ পাঙবা ঙমগদবনে। অমুক কুইনা পম্ৱহনা লৈথোক্লগনু' হায়না তাকপীরম্লগা লেঙখরে। মঙলাল অসিনা হেক মঙবা লোইবগা নবুং ঐস্নু অহূম খোমলেল মিকপ থোরক্কুনা মঙলালসিবু নিংশিংলুবদা নবুংগী থম্মোয়সে ঙ্ঙ্বা ঙমদন। নুংশিরক্কুনা অহুগী কপলিবনে ইবেম্মা।"

ইংঙাল্লৈনা হংগৎলি "মরম অহুগীদমক্তা ওইবীরবদি সনা পুক্লীং ব্রাবীগনু। সনা খোঙলেঙগে হায়বীবা মতমদা হায়বীরিবা মশক পুম্বসি নীংবা থুংনা য়াওবীখো। লাইনিংথৌনি খঙদবা মরমনা নচন মরাম চনুনা হৌন-থৌগললোল-খুল্লোল. থকসি খাসি শক খঙদনা ব্রাহৈ নত্ত কারন কয়া চনখিবা পুম্ববু ননাইদি হাওনুবীনে। সনা খূয়া-খাদা লঙজখিবা অয়োল অরাল কয়া য়াওবা লেখিরবস্নু চঙজরিবী ননাইবুদি খোয়খালিনখা থাবীদনা অমুক্তা ঙাকপীরম্নু লাইনিংথৌ। মরম পুম্বা সোয়দঙামদনা নচন ঐনা ঙম্ব-মথৈ তৌজগনি" অস্নুন্না ব্রারী কয়া মচন-মবুং শান্নরিবৈদা ইমুং তৈনা ঙাম্মোরক্লে। মতম অসিদা খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনাস্নু 'তরা চয়োম লোগে' হায়দুনা মরাল-য়ায়দা অম্নুক ঙন্তানা হল্লকুনা ব্রায়থুংলরে। মমোম ইংঙাল্লৈনা তরা মথেল লুকোয় হৌদুনা পম্ৱৌ পল্লেম অনীবু পীজ পীখক তম্লে। খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনাস্নু তরা চয়োম পুহনা খাল্লৈ লৌয়ানবা অমুক তন্না কুমখরে।

পম্ৱৌ পল্লেম অনীনা খাল্লৈ লৌকুমখ্রবা মতুঙদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী

মক্কমদা ইংঙল্লে ইবেম্মনা হংগংলে,—"লাইনিংথৌ! য়াংলৌ লম্বী অশম্বা লমলেল থিংবা লম্বু তানবদি খঙবীবব্রা? মী খাইনা য়াংলৌ খোঙশান্নহ্নুনা চংনরিবা তম্পাক খোঙগুম খোঙগারম ওহ্নবা লম্বীদা তাম্বরক্তুনা লমলেল থিংবা ম্লৌবনা হানখিগনি। মতম অহ্নুদা লাইনিংথৌবু য়াংলৌ লম্মখাঙদা থহ্নুনা মরাম ইপাগী লাম্মীনা হুয়েল লানগোই চনবনা হানখিগনিয়ে। নচন্না অশম্বা য়াংলৌ লম্বী অমুক্তা তাকচগে, ম্রাংলেল ঙাইহাক লেঙ-থোকলুসে" হায়দুনা লাইনিংথৌ পাইখোম্বব্ মবাম চনূ ইংঙাল্লেনা থিংবা কারোং তান্না অশম্বা য়াংলৌ লম্বী লমদাঙ লমশাঙ শীৎনা, কোয়না চংনা পুহ্নুনা খঙ্নবা কয়াবু থিন-থিন্দুনা তাকখিয়ে।

কোরৌ মুমিৎ অহ্নু খাল্লে লৌয়ানবা লোইরহ্নুনা মুমিদাংম্রাইরমদা খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনীমা হল্লক্কুনা মরাল-য়ায়দা ম্রায়থুংলরে। মতম অহ্নুদা শজীক থবা অনীনা চ্চানবগুম্বা চাউবা লেপ্তম ফা-নরবা মপারী মমোম অনীনা তুংথ-মাঙথা নোংচুপ থংবা চীঙগোললোমদগী থোরক্কুনা লাকঙময়ে। মহ্নুদ পম্মৌ মপা খুল্লাকপনা চেংলৌ শক উবদা, চীনগোয় মপাউ হংলকয়ে;—"পারী. লাংলেল অনীমা! নখোয় অনীদি মক্কম কৈদা ম্রাংলৌ খোঙশাল্লবনো? পম্মৌ ইপাবু ঙাসিদি কোরৌ মুমিৎ চুপ্পা ম্রাঙবন মৈশা খাঙনা ম্রাহ্নি কোকতায় শম কৈথেৎ হান্ন তুপ, হান্ন নোংগা ফৌ তুমু লৈকন্ তৌ, মালেম লৈথিন তোয়না খাল্লে লৌতারুবদি শমু হকচাং চোকথবনা তরা পিবুক লামখ্রেদা। তরা লুথোং তম্নবা খরা থৌরাঙ-লোগবা ইপাগী লাংলেল।"

"পম্মৌ পল্লেম অনীগী লোইবী পামখা অথাপ্পগী মখা তাউজিং হৈকোল নীংথিববু য়েংদবা লোইদাম মনুং কুইরক্লে য়েংগে হায়দনা ইবুংলোয়বু পুহ্নুনা য়াংগোইরুববু তাউজিং হৈরাং মপানবী খরদঙ্ মতৌ মওং চারমদবা য়াওরমলে। হৈরাঙ মপানবী অহ্নুবু ফুকতোক্লগা, অনৌবা হৈরাঙ চাবা অনী-অহুমদঙ্ খাজরময়ে লোইদাম কুমওল্লবগী শীংনাং নাছই অকংবনা তাউজিং হৈখোঙ লোল্লবগী হৈপাল মখোঙস্থু খরদঙ্

পেংজনীংহুনা পেংথোক্লম্বা অংদা খোঙরায় মতমসু থেঙদোকখরে। পম্ভৌ ব্লারৌবীগনু নমোম মৈথৌ কন্না তরা থুংলৈ থুনবা অমুক্তা তৌজরুগে।" মমোম লাংলেলগী নুংশি চীনগোয় অথূম্বা পাউখুম তাবদা, "পারী ইমোম লাংলেল, পাউবৌ পাউখুম হৈশিংবী! তাউজিং হৈখোঙ পেংবদা কোরৌ মৈশানগা শা, ব্লাংবন মৈনগা কনবনে, হুমাং ঈরীক শৌবনা ইচা অনীদি নিংশা শদৌ থোংনা ব্লাঙম্লবিগনি। নফম-নফম লাংদা চঙশীনহুনা ব্লাংলেল ঙাইহাক্তা অহুক অব্লা পোথাজরুখো ও। পম্ভৌ নপা ঐসু ইফম লাংদা পোথাখিগেদো।

"পম্ভৌ! নমোম থোইনা ব্লাজদেয়ে। তরা লূক হৌদুনা মথেল লূকোয় থোংবা থাকপা লোইববগা নমোমসু তপ্পা অব্লা পোথাজবা ওইজগে" হাব্লরম্লগা মমোম ইংঙাল্লেদি মরাল শঙলেলনুংদা চঙখিহুনা তম্রা লূথোং তম, মথেল লূকোয় হৌবা লোইনবা থুংলৈ থুনা মৈথৌ কলহন্দুনা থোংবা থাকপা লোইখবে। অহুগা পম্ভৌ পল্লেম অনীবু পীজ-পীথক তমহুনা পুন্না চামিন থকমিন্নরে। চাবা, থকপা লোইরবদা, পম্ভৌ মপানা মপাবী মমোম অনীমক্তা চীনগোয় পাউমেল্লকয়ে; "পারী লাংলেল অনীমা! নখোম্লবু তাও। খাল্লে লৌয়াল তম্বসু কোরৌ ঙসি লোইরক্লে হয়েং কৌবা নোংগা-শোয় চীঙলেল নেংগা ঙানবদগী খাল্লে লৌ লিংনবা অমুক তৌর নিযে। মবাম খুঞ্জা কুমদুনা কোরৌ মরী মঙানিদি খাল্লে লৌলিংবা লোই- দ্রিবা মখৈদি ইপাদি মোংবা শঙলেল-য়ায়সিদা অমুক হনঙম্লক্লরোইদো। পাবী-লাংলেল অনীনা চেকশন্না ইয়ুম শঙলেলসি ঙাক-শেন্দুনা লৈরম্মুকো। নপনগী তাউজিং হৈকোল য়েংবসু, পল্লেম নমাগী লৈকোল য়েংবসু চং- লমগনু" হায়না মপারী মমোম্বু চেংনা পুকমেল পাউমেল্লহুনা কোবৌ হুমিং অসিমা পুন্না অব্লা পোথাহনা লৈমিন্নখিবময়ে। ইনুং তৈনা ঙাল্লক্লহুনা খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনীমা তরা চাকঙল চাবা থকপা লোইরবগা, তরা চয়োম চেংজেল পুহুনা অমুক খাল্লে লৌকূমখবে।

খুল্লাকপা, খুল্লাকপীনা খাল্লে লৌলিংবা মরাল-য়ায়দগী চংখিরবদা,

মরাম চনু ইংঙাল্লৈনা লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী মফম-লাংদা হংগংলি;
–"লাইনিংথৌ কোরৌ ওসিদি সনা পুক্লীং থুংনবা মুন্না রাখল তৌবীছুনা কংলৈ পুঙমায়োলদা সনা খোঙলেঙবা য়াবা মতাঙ অমা লাক্লে।"

"করিনো ইবেম্মা ইংঙাল্লে? য়াংলৌ লম্বী তাকপীবা অত্থুদি ঐদি থোইনা মুন্না খঙলুবস্থু নত্তেদো; চুন্না উব-মখৈদা উরিবনে। য়াংলৌ লম্বী অত্থুদা ঐবু চৎলুবস্থু নংতেয়ে। মরম পুম্বসি থোঙন্নবা থৌবুবস্থু ইবেম্মনা থৌবুবীছুনা কংলৈ মপুঙ-য়ায়বু ঋায়থুংজগে, য়াংলৌ লম্বী চিংবীও।"

"অচুম্বনি সনা য়াথং তাকপীবা। মরম পুম্বা নচন্না থোঙন্নবা থৌবু-জগনি। মসিদা নচন্না লমলেল থিংবা তাবা য়াংলৌ লম্বীবু লমজীংজছুনা সনা থোগল লোয়ননা থিনজবদা. অমুক হন্না হল্লকপা মতমদা নচন ঐদি পম্থৌ ইপানা খঙলগনিয়ে। পম্থৌ ইপানা নচন ঐবু য়াইবী মাঙ-হনখিবা অমা, নত্রগা মরাম ইখুন্দা লৈহন্দবা অমা; মরম অনী অসিগী মন্নুংদা অমদি ওইরনিয়ে। মফম অসিদগী মরম পুম্বদি নচন্না খুজীন থোরাঙজত্নুনা থোরৈ তেংবাংজগে ননাইবু লমলেল থিংবা লমদম ঋৌনা চৎপা অসিদদি সনা খুয়া-খাদা নচন্না নিজরি।"

"করিনো ইবেম্মা! নহাকপু থিংবা য়ৌনা চংলগা করিগী অমুক তন্না নখুন্দা হনরাইখিগদৌরিবনো?"

"লাইনিংথৌ! ননাইদি মরাম চনুনে।"

"মছ ঐনা খঙ্দবা নত্তে, মুন্না খঙ্লবনে। ইশানৌ নঙগী লম্মনবু মতম অত্থুদা পাইখোম্বনা শিংবা ওইজগে। পাইখোম্বা হায়বসি মৈতৈ কংলৈ মপুঙ-য়ায়দা পাঞ্জবা কংলৈগী নিংথৌনে। ঐগী লৈমরোল ফমথোল তরেৎতি ইশানৌ নঙগী নফম-লাংদা নিংথৌ ঐনা তশেংনা পীরবনে। অত্থুগা, ইশানৌ নহাক অসিবু নত্তনা নিংথৌ ঐগী তাল্লোয় অমা থিছুনা পিবা ফম্বাল তোংবা থোক্লবদি— ইচা-ইশু চাদা নাউদাছুমা অমুক পোকখরোই। পাইখোম্বা নিংথৌ ঐগী তাল্লোয় অচানবীনি হায়না কনাগুম্বী নূরা চনূরা অমদা ইপুক্লীং ঋাখল অমুক হন্না তৌগ্ররোইয়ে। মরম অসিগী

অরেপ্পা লেঙ্‌ল হোংলরোইদবা মশক্তি থৌদূ নূঙপাকথক অসিদা ফমদূনা ইশানৌ নঙগী নমাঙ-মক্তদা শরী নামুং পন্দোল লোমনা অবেপ্পবু হায়-ঙম্লবনে। মরম অসিবু হোংতুনা কায়রবদি —নিংথৌ পাইখোম্বা ঐদি মৈতৈ নিংথৌরেলগী সনা পুয়াদা তিনঙমদবা ওইরসম্ভু ; ইশানৌ নঙগী নমাঙ-মক্তদা হায়রিবসি, ইপুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবনা লেপ্পা তার-খঙল-শুনো। নিংথৌ পাইখোম্বা ঐগী লৈমরেলদি নহাকনে" হায়দূনা থৌদূ নূঙপাক-থক্তা ফমদেঙদূনা শরী নামুং মতোল লোম্না পন্দুনা মরাম চনূ ইংঙাল্লৈবু মুংশি লম্মল ম্রাখৈ ম্রারেপ থাতুনা মবুক ম্রাখল তঙ্‌ তানা খঙহনখিম্লময়ে। মতুংদা ইবেম্মা ইংঙাল্লৈনা খূজীন থৌরাঙনা কোরৌ মুমিং অতুম্মা নোংলেন্দুনা চাবা তূম্বা মচেং ওইনা লৈমিন্নখিয়ে।

## মরামবু মায়থী পীবা

মরাম খুঞ্জা পূম্বা ঙম্না হৌতুনা পম্হৌ মপা খুল্লাকপগী খাল্লৈ লৌ লিংলকপা কোরৌ শীংবুম মরীনি চল্লক্লে। খাল্লৈ লৌরাঙ কম্না সূনরকপদা মরাম খুঞ্জাশিং শাম্বা পাংগল ময়েং তানরক্লে। মতম অসিদা মরাম চনূ ইংঙাল্লৈ, চেংলৌ ইঙনা লমঙানবী পায়মা লৌশিং চাউবীনা তরা চাকঙল হৌ, মথেল লুকোয় থোংবা লোইরতুনা লোইবী পামদা ওঙবী লা, চাললৌ লাদি নীংথিবী, হাওবা লাদি তোম্নেম্বা লারাক মতা ফবদা তরা থৌগল লাংনবা চয়োম চেঙজেল য়োমশীল্লতুনা, থৌরাঙ পূম্বা লোইখরে। অতুগা পম্হৌ নপা খুল্লাকপগী য়াইপূঙ তম্না চঙশীনখিতুনা পূঙগী পুঙমায় অনীমা য়ানথংখরে। মতম অতুদা খাল্লৈ লৌলিংফমদা পম্হৌ মপা খুল্লাক-পগী শমু মশাদা নিংথম খিল্লম চননা তুজুংলকই। অতুদা খুল্লাকপনা খুল্লাকপীদা হংলকয়ে ; —"করিনো খুল্লাকপী !"

"কৈদৌরবনো খুল্লাকপা ?"

"খুল্লাকপী ! ঐবু শমু হুকচাংসি নিংথম খিল্লম তুজুংলকইদা। ইল্লাল-য়ায়দা

লৈহোরিব। ইপারী, ইমোম অমীবু কৈদৌরবনো? পায়মা থম্মুং হৌনা মুংনাংলকয়ে।"

"হে ইশাবী খুল্লাকপা-ও! নপারী, নমোম অনীবু কনানা করি তৌবা ওম্নগদগে? খাল্লে লৌরাঙ স্থবা অসিদা খোঙনা খুৎনগা ঈঙ্‌বগা, চাবা তূম্বা মচেৎ ওইনা তৌবগা অহুক নিংথম খিরূম তুজুংবা ওইরিনিয়ে।"

"অত্থরনে খুল্লাকপী?"

"ওইগনিয়ে খুল্লাকপা, করি তৌরোই চিংনমুও" হায়না অস্থুম্না পাউ শানত্থনা অমুক হম্না খাল্লে লৌরাঙ লিংত্থনা খুঞ্জা ময়ামগা লোয়ননা অন্না মুংঙাই পোখানফম ওইনা "হে-হা হোই, হো হোই-হো," হায়না শৈশক শৈরাউরকপগী অরেপ্পা লৈতনা থোরকপা য়াব্বা খোম্থাংনা লোইবী চীঙমায় নাপোম্বু পূমনীল নিল্লক, লোকমায় মরাঙ হৌনা মা-মাগী মথৌ মঙমশিংবু শিনপাঙ্‌নবা লৌরাঙ কম্না স্থত্থনা লৈনখিয়ে।

অসোমদনা মরাল-য়ায়দা শগাই পল্লাল (পাবল) থওগী লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা "কোকলেল অহূম্বু" লৌথরক্লে। পন্থৌ মপাবুংগা, ময়াম্মুং অনীগগী কোকলেল অহূম শকউবদা, চেৎনা কোল্লত্থনা লাইনিংথৌ পাই-খোম্বদি সনা পূরুীং থোইনা মুংওন্না মুংশিরক্তুনা মীৎম্না লকা অনীদা লাইজ পিরাং শিম্থনা পাউমেল্লকয়ে; "পন্থৌ ইপা ইবুংঙো! নপারী নোংদম থীববু করি ওইরসিগে অপোকপ।! নপারীগী পাইমা ব্রাখল লম্মুক্রুবনা কুমজা থরা মুংশাংনা খাঙদুনা মফমসিদা লৈবীরমলেদো; নপারীবু ব্রারৌবীগনো। লমজীঙ থৌরাঙ লম্বী উরুদবনা কয়া থোকখি-রবনে। হৌজিক্তি কংলৈ মোংবা ঈরাল-য়ায়দা য়ৌখিনবা নপারী থৌগল ফংজরগেদো অপোকপা" হায়দুনা ফিবোঙ মরাক তাইবা অমনা কোকলেল অহূম্বু চেৎনা য়োমশীল্লগা মৈতিংঙু পাইখোম্বগী সনা হকচাং নমদা থোং-গৎলত্থনা চরৈ নাহোং শানা পোখৎখরে। মদাইরেম মরাম চনু ইংঙাল্লৈনা লীরূঙ-তেন, উতোং খাউ য়াইগা, তরা চয়োম লাঙবম্থ য়াওশীল্লে। মপাম মরাম মপুঙ-য়ায়দগী পুন্সিগী অরোয়বা খোঙহৌ ওইনা মশাবী লাইনিংথৌ

পাইখোম্বগা ঙাইরোইননা লোয়ন্নিন থৌগল ফংনা মরাম চনু ইংঙাল্লেনা লমলেল থিংবা তাবা য়াংলৌ লম্বী লমদাঙ অশম্বদা মনিংশা থকহোম্লনা শদৌ থোং, খোঙকাপ নাউরৈ থু, [১] অচেল খংলৈ য়াঙনা লমজীং ওইরহুনা চেম্বরক্লে।

মপারী মমোম অনীনা কংলৈরোমদা তম্লকপা মতম অহুদা অশোমদদি মরাম খুল্লাকপগী শমু হকচাংবু অঙাওবগুম খোইয়ুম লাইগী খূদম শাখিন ওম্থোকপবু ফাওরক্লবদা ; —"মাঙলে মাঙলে খুল্লাকপী ! খুল্লাকপা ঐগী শমু হকচাংদা খূদম ওম্থোকপা অমবু তোংলরে। হৌজিক্তি য়েক্লবনা ঐবু খুত্থুম চনখ্রে ; মল্ল ফংনা মাঙলম্লগনিয়ে।" "ঐগী মরাম খুঞ্জাশা ! খাল্লে লৌ লিংবা তোকঙমখোও নঙগী-নঙগী নখূৎতা খূলায় মতৌক চাবশিং ঙম্লা পায়্নজম-ও ; ইয়ুম মোংবা ঈরাল-য়ায়দা খুদোং থীবা অমা থোক্লম্লগনি। মতম ল্লাংলেল থীন্থদনা কারুসি'' হায়দূনা খুঞ্জা পূম্বা হুপ্না হৌদুনা খুল্লাকপগী মরাল-য়ায়দা অচেল খংলৈ য়াঙনা লমহৌরক্লুনা ল্লায়থুংলরবগা, মপারী, মমোম অনীবু খুৎলাম তোয়না কৌরকপদা, মল্লা-মপাউ অমতা তাবা লৈখিদরে। মিপাই কোকৃঈ কানা মফম খূদীং চঙনা মীৎয়েং শানখৈ তারকপদা, খুল্লাকপগী মখূৎসু খূলায় পূম্বা লৈরমদরে। অশাউ খাম্বী মৈহৌনা য়ারেল খোংখৈ চিক, মীৎল্লাং অনী ঈ কানা, [২] তকলৌ শীদঙ শোন্না পাউমেল্লকয়ে ; "অচৎচা লাকচৈদা ! মবানীনা লৌতুনহুনা তৌখ্রবোরে অসিদি। অহুদি করিনো, য়েক্লবরা-নত্তবরা য়েংখিগে'' হায়না শগাই পল্লান-থক্তা কাখত্তুনা য়েংবা মতমদদি লুখা থানগে হায়বা "কোকলেল অহুম" য়াওরমদবা উরক্লে। মহুদা মরাম খুল্লাকপদি অমুক হেন্না য়াইবী মমুং হৌনা তিল্লাং খোয়শাওবা থেংখিহুনা শমু মখোঙ তম্থীন-থীন, য়ারেল খোংকৈ ক্রক-ক্রক চীক্লদূনা, "অচৎচা, মৈত্তৈ নিংথৌ নমথাক লৌনম চাউবা ! কোরৌ ঙসিদি য়াইবী লৌগে খঙগনি'' হায়রম্লগা শগাই পল্লাল-থক্তগী শালাউখোল লাল্লাউখোল ল্লাউরহুনা মালেম থক্তা চোংথরক্লে।

---

১। অচেল খংলৈ য়াঙনা=খোঙজেল থুনা য়াঙনা চেনবা।
২। তকলৌ শীদঙ শোনমা=(লাকচৈদা হায়না) তকপী শোন্না।

মরাম খুল্লাকপগী থৌওং মতৌ উবদা পায়মা লৌশিং চাউবী খুল্লাকপীনা মশাবী খুল্লাকপগী অশাও খাম্বী মৈমাও থক্তুনা ৱাংলেল ঙাইহাক খামলিঙৈদা, মপারী মমোম অনীবু লমদম খরা তামখিনবা হায়দুনা মথংলেলগী শমু মমাঙ, থংনা কোন্দুনা থৌখামজৈয়ে; "অমুক্তদি ঙাইবীখো, হাওকপ, চীঙশাও মনিংথৌবা! পায়মা খোয়শাওনবীগনো, য়াইবী মন্নুং হৌবীগনো, উনবী পূক্নীং অমুক্তা ফাবী-ও। পায়মা খোয়জঙখোয়দানা তিল্লাং থগ্নোংনতুনা অমুক্তা নিংশা লৈখে তাবীখো-ও; অতুগা য়াম্না চীনগোয় পাউমেন্নখিসে ননাওগা। খুঞ্জা পুবা নিংথৌনা অতুক তফিংতফিংনতুনা কম্বি হক থোক্না শাউরগা, নচা নরোয় পুম্বনা করম্না থৌবুগবনো? শাউবীরিবা মরম অতুবু অমুক্তা তরা থোকুস্সু পায়মা ৱাখল তৌবীখো-ও?"

"খুল্লাকপা ঐনা শাউরিবসি চুম্মবরা হায়দুনা থৌথোক-থৌওং অসিবু নচা অনীগী থৌরম ওইনা লৈবগুম উঙম্মী, অতুননিনে খুল্লাকপী। ঐনা শাউরিবা অসিবু শাউফম থোক্তা? নচা অনীবু শামাম্নবা লেংমান্নবা, মশুং মরেংগা ওইনবা ঙহাক্তনে। ইমোমগী নীংজবা মরম্মু কায়হল্লগা, খুল্লাকপা ঐগী নুংঙাইববু ওইগদৌৰা? মখোয়গী মরম্মু ঐনা কায়ননবা খূজীনথৌরাঙগে তৌবা নত্তেয়ে। খুল্লাকপী! মরম অসে ওইথোক্তবা থবকনে। মৈতৈ নিংথৌ মচানা অরোল লৌনম তৌতুনা লৈরম্বা ওইরমলে। মপা মপূগী কোকলেলবু পুখরে। ময়ুম ফুনান মপাগী লীরাঙ তেনস্মু য়াওখরে।"

"অতুগীদমক ওইরে, পুজসমু। পায়মা খোয়খা-লিনখা থাবীগনো; পম্থৌ পল্লেম অনীগী মরনবু কনানা ওইগবনো, ইচানা ওইগদনে। ইচানা অতুদা পুজবদা অতুক য়াম্না পায়মা থন্নুং হৌনা শাউরিবা শাউবীগনো। ইপাম ফুনান ময়ুমদগী মরাম লূদা হোংলকপদা ননাওবু কয়া য়াম্না পুরকপগে? মতুস্সু খম্বী-ও? নমোম লাংলেল ইচানা মৈতৈ লূতীন তানজবদি নরায়বকইরায়বক ঙমখৈ লৈতনা ফৰনি।"

"চুময়ে খুল্লাকপী; অতুম্নদি ওইরগা নঙনা মরামদা লূ হোংলকপদি নয়ুম ইয়ুম য়ানতুনা হোংলকপনিদো। ইমোম লাংলেল ইচাদি মতু নত্তেয়ে।

মৈতৈ নিংথৌ মচানা মপাগী মপুগী মাঙসোক তাল্লকপদা থৌওম্নবা হায়দুনা থক্তা অমা শাংতা, খাদা অমা পোমত্রবী, তাওনা শাৎচরিবী, পুক্লীং নিলনা ঙানবী, চেংলৌ শক্লা হেল্লবী নমোম লাংলেল তোমপোকপীবু চীরোল লৌনম তৌতুনা পুখিবনে। ইমোম লাংলেল ইচাবু মৈতৈ কনানস্থ য়াওম্লোই। খুল্লাকপী। নঙগী রাবু ঐনা লৌদবা নত্তে। মরম অসি লৈবনা লাংলেল ইচাবু মৈতৈ মখুত্তগী লৌহৌনবা থৌবাও তৌবনে" হায়বল্লগা মরাম লান্মী-শিংদা ওনশীল্লদুনা "ঐগী মরাম লান্মীশা! অমুক পল্লগন্নু। মায়গৈ শীল্লা পারী, ইমোম অনীবু থিবা খঙনবা তান্থবো" হায়দুনা চীঙলম মায়কৈ শীল্লা অপনবা লৈতনা মবাম লান্মীশিংগা লোয়ননা অচেল খংলৈ য়াঙনা তান্থরক্লে। খুল্লাকপবু রাংলেল ঙাইহাক অমা মশানৌ খুল্লাকপীনা ফাদুনা থনগ্বদগী শম্ খোঙশাল্লক্তুনা মচা অনীগী [1]মার খোঙগুল লীনা খোঙ হৌরক্লে। মবাম লান্মীশিংগী শালাওখোল-লাল্লাউখোলতনা চীঙমায় নাপোম পুমনীল লিল্লকতুনা লোইবী চীঙথক্তগী ইঙা নোংজু ফুযনা তাবগুম অতৎ-অখম লৈতনা পল্লঙদা লৃংথবকপা, হুম্বরকপা থৌদ্র নৃঙশিংতনা লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী য়াংলৌ খোঙশানফম লম্বী অমা লৈখিদরে। মতম অসিদা মদাইবেম ইবেম্মা পায়মা লৌশিং চাউবী ইংঙাল্লৈনা য়াঙলৌ লমদাও অহাও-অহাওবা মফমশিং য়েংহুনা মশাবী নিংথৌবু সনা থোগল লমজীও-লকয়ে। [2]কোবৌ হনবনা নোংচুপ চীঙদোল লৈথখিবা নুমিদাংরাইবমদা লমলেল থিংবা ঈখোং ঈরাঙমাবু লাইজ ঈরাল থোরক্লে। মতম অদুদা মবাম লান্মাশিংনা হুয়েল লালগোয় চল্লা থত্তুনা মায়কৈ শীল্লা লৈখরে।

মবাম লান্মীশিংগী হুয়েল লাল্লোংশিং উবা মতম অসিদা শরাক ফরবা পানবা কৈবেল অথৌবা, শাবেল নোংশা নিংথৌগুম শাফম লানফমদা হৈ-শিংনা থৌববা, তনবা নীপা থোক্লবা মৈতিংঙ লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অকী-ভুজুংবা লৈতনা মবাম্বু মীথাদা, হাওবা তাংশক্তনা মফম অদুদা নহাল নোংদা মরাম খুন্দা লাকপা মতমদা থিংবা ঈখোংগী ময়াদা মালেম

১। মার=খোঙ্গুল, খোঙলম। ২। কোরৌ হনবনা=নুমিংনা।

লৈরোল চন্দুনা থনম্বা। "থাও খূবোম্বগা, তা খাওস্নহা য়াইওইব" গা অনীবু মালেম লৈবোল মুংদগী মপাললাংদা সনা। খুংনা পায়না হুয়েল লালফম মায়য়োক য়ানা শত্রোক্নু না। হেক থাওলেল নাপন্ হাইদোরক্লে মতম অতুদা থাও, তা অনীগী মতীক মযায মভান্তনা মায়কৈ শুংদাই থক-খা তরামা শীনবা থুংনা ইলং-লংনা ভান্দুনা। কজেং নোংথাং লৈমগুম কোরৌ নোংদোল থক্তা লৈচিল নোংফাইগী মরক্তা অমদি কুমদম নোংহৌ কনবগী মবক্তা মনীং-মখা তম্না শান্নবগুম লোইবী চীওমায় নাপোম, লোক তায়, অসোওবা, অমম্বা খাক্তনা ইলং-লংনা পূমভাল-ভান্দুনা লৈ। পায়মা লৌশিং চাউবী মবাম চন্ ইংভাল্লেমা মশাবী লাঃনিংথৌ পাইখোম্বগী মফম-লাংদা লালওভ্, মীংথীংলবগী মখূৎস্থ লীব্লওগ'; য়ায়বা তেনবী য়াইওইবগা লালশিল্লকলে; — "মতম ওইবে লাইনিংথৌ, লীব্লও তেন থোনবীরো। মরাম লাম্মীনা মায়কৈ শীনবা থুংনা ঈকোয় কোযশিনখিত্নুনা হুয়েল লাল-গোই চনশিনখরে। ননাইনা লমজীও লম্বী অশুম য়েংজরকপদা সনা খোওলেওকম য়াংলৌ লম্বী অমা লৈখিদবে।"

মদাইরেম ইংভাল্লেগী য়াব্রা মপাউ তাবদা, মথৌনা-মরৌশিংদা মীনা তানফংদ্রবা মৈতিংগু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মদাইরেম ইংভাল্লেদগী লীব্লও-তেন, উতোং খাউয়াইবু তম্না লৌশীল্লে। পায়রম্লিবা থাও, তা অনীস্থ মফম চানা য়ানশিল্লত্নুনা মখূৎস্থ লীব্লওগা, য়ায়বা তেনবী য়াইওইবা অনীমা খুৎপায় চেৎনা পায়রগা, সনা হকচাংবু তনবা নীপা থোক্লা শেংগম শানা লেপ্লত্নুনা "পম্থৌ মপাবুং, ময়াম্বুং অমদি অওন্বশিংগী লম্মনস মতাও চারে শিংহৌরগে" হায়দুনা গোইনা ন্থংভাইতবনা সনা পুক্লীংবু য়াইবী কলহৌ নীক, য়ারেল খোংফৈ চীক্লত্নুনা মরাম লাম্মীশিংনা লাকপা, চও শীল্লকপা মপাবু মীৎয়েং পান্দম লাক্লা য়েংল-য়েংলত্নুনা মাওফদ্রবা হু পুবা তেনবী য়াইওইববু লীবী থম্মোয় লক। তিং, লাকা তেনমৈ লাকনা য়েক্লবা তম্না কাপশীল্লক্লে। অম্মুম্না অবৎ-অখম লৈত্না তেনমাও তম্না লাকপা, লাক্তবা থিদনা অমদগী অমদ, মথং মথং লানশীনখিব।, তেনবী য়াইওইবগী থৌওং মতৌ উবদা, মরাম লাম্মী অয়াম্বদি থরায় মিরেল

পাই, অকী তুজুং পক্লরে। পানবা কৈশকপা, কৈরেল তেংথানবা, তুবী মসোঙ চাউবা মৈতিংঙ্ পাইখোম্বগী হুয়েল লাম্থেং কনবগী লাম্থেং মথৌ কনবনা ব্রায়রা তেম্থারকপগী মরাম হাওয়াম পুন্নমক্তি লালশোক মায়য়োক য়াঙমদা, খোইরেল মশা পাইবগুম ওন্না কায়দুনা লালজেল মাঙওইনখিরে ; পোয়ন্নু ফোবোম তাবগুম লূতুরে।

---

## ময়ূম কংলৈ তমল্লকপা

মরাম লাম্নীশিংনা মায়থী ফংনা লালজেল মাঙওইনখিবা মতৌ উবদা, পায়মা লৌশিং চাউবী ইংঙাল্লেনা অমুক অহাঙবা খোঙথাঙ লম্বী য়েংলয়েংলতুনা সনা মাঙদা থা, মশাবী নিংথৌবু লোয়য়িল থৌগল ওইনা য়াংলো লমজাওলক্কুনা পুরক্লে। মরামগী লাম্নীশিংনা মখা তানা অমুক হন্না হুয়েল লাল হৌরক্কবা অতুদদি লাইনিংথৌ পাইখোম্বগা, মদাইরেম মরাম চনু ইংঙাল্লেগা শাবী-শানৌ অনীমা তুংথ-মাংথা অহীং মিংশেল খাঙদুনা কংলৈ মরাল-য়ায়, সনা কোন্নুং পাংনা লেপ্তুনা খোঙদা-খোঙ্গারক্লে।

ঈন্নুং তৈনা ওাল্লবদা থিংবা পনশাবু তুংওইনবয়্লগা তুরেল অচোব ঈবান্দূনা কৈথেল মানবী মরমথৈ, অন্নাং কৌব্রু লোকশা চীঙশাং পরেংশিং, সোঙ্‌ল-সোঙ্‌লবা চীঙন্নুং মানন্নুং লোক তায় কয়া লালশীল্লক, ময়ূম কংলৈরোমদা লেপ্তুনা তম্লকপবু নোংপোক নোংচুপলোমদা লৈখ্রিবা চাউরচাউববা, রাংলবা চীঙশাংশিংনা মবোল মরোল নাইনা কয়া অমা লৈবা উখ্রি।

অহীঙগী লীক্লাবু খাঙ, মুংথিল কোরৌ মৈশা লাং, অন্না পোত্থারক্কবনা য়াংলো তূশাঙ শীংনা খোঙশাল্লকপবু মালেম অঙানবা কোরৌহনবা মুমিংনা চায়রকপা, মুমিংনা চীঙয়া থাং, তময়ানা কোরী চেনবা মতমদা চাবীয়া লোক, পায়মা খোয়রাওনা মুংশি লম খোংনাং মখোঙ য়ৌশিল্লক্কুনা রায়থুংলরে। মফম অতুদা মদাইরেম ইবেম্মা পায়মা লৌশিং

চাওবীনা নীংঙোলগী চয়োম্বু চরৈ কিশি থোক্লনা মশাখী নিংথৌ পাইখোম্ববু তরা থৌগল লাংহুনা পীজেয়ে। মফম অহুবু লাইনিংথৌনা তরা চয়োম থোক্লনা লূক হাবা মফমনি হায়দুনা "চরা ব্রানফম" হায়না তেংথানৈয়ে। মতুংদা [1]পোইরৈ শৈশকপা, ব্রাংঙম তেংথানবনা "কূরাও পোকপী" হায়নরি। তরা লূক হাবা লোইরবগা অমুক অরা পোত্থাবা তৌদনা কূরাও পোকপী তুংওইনরমহুনা অহীং মিংশেন খাঙনা নোংশায়বা য়াংলৌ তূশাঙ শীংনা মথং মথং কংলৈ ত্মা সনা খোঙলেঙলকলে।

ঈমুং তৈনা ঙাল্লবা মতমদা মপা চীঙচেং চীঙমৈ লোম্বগী হাইথ্ররকপা মরমখৈদা ব্রায়থুংলরহুনা, তুরেল অচৌবগী মপা ময়াদা ব্রাংলেল ঙাইহাক অরা পোত্থাহুনা লৈ। মহুদা মৈ ভংঙ পাইখোম্বনা মদাইরেম মরাম চনু ইংঙাল্লেগী মফমদা চীনগোয় পাউমেল্লকয়ে ; "ইশানৌ ইবেম্মা ইংঙাল্লে, নূরা ইনেম মচা-ও ! নপাম মরাম লোলয়ুময়ায়দগী মিপাই কোকয়ি-কা, নিংশা থকহেন্নহুনা অচেল খংলৈ হৌ, তরাবু চাকতংদা, লাইজ ঈয়োক্তনা য়াংলৌ তূশাঙ শীংনা নথংলেল হৈনা তুংইল্লকপদা অহীং খোমলেল তূমফদা, মুংথিল কোরৌ মৈশা খাঙলক, অরা পোত্থারক্লবনা [2]হুমনখ্রে। মফম অসিদা অরা হকসোং লাংলিববু শমু ঈচীক লাংনা ব্রাংলেল ঙাইহাক্তং লৈরম ও। নয়ুম কংলা মোংবী নরাল য়ায়বু য়ৌশিল্লক্লেদো। ইশানৌ ওইবী নহাক্না মনীং তম্না লৈঙম্নবা মরম্ব ব্রাংলেল পুঙগোয় অমতং নশাবীনা থৌশীন-থৌরাঙলুখিগে" হায়না মশানৌ ইংঙাল্লেবু মফম অহুদা থনমলে। অহুগা লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অরোল লমদা সনা খোঙলেঙলক্লনা মনাও ইবুংঙো ব্রাংগোল নিংথৌ তোনশেন ঙম্বগা উনহুনা মরম পুম্বা চীনগোয় পাও-মেন্নহুনা তাক্লম্নগা মদাইরেম ইংঙাল্লে নাক্তা হনখি। মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বনা কোরৌ মুমিত্তুদা শঙলেল অমা শাবা লোইননবা অঙম্বা লৈপাক মীয়াম খ্বাই চঙনা ঙম্না হৌদুনা শাহল্লগা, ময়াম্বং নিংথৌরেল লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী

১। পোইরৈ শৈশকপা, ব্রাংঙম তেংথাবনা= মৈতৈ ঈশৈ শকপনা অমদি হায়নবনা।
২। হুমনখরে=ব্রামনখরে।

অচা-অগ্রক, অহাউ-অথুম নীংথিনা শীল-লাংদুনা থেল্লোং লুকমায়-থক্তা হাপ্পা পুরক্কুনা তুরেল অচোবগী ঈখোং মপাল, কোনা কোচিন্না শা'রিবা, মপা পুঙ চীঙমৈলোম্বা হিদেল তানা অঙম অথৌ, সনা কোম্মুং মম্মুংগী লৈমরোলশিংগা লোয়ননা লাক্কুনা লাইনিংথৌগা, মদাইরেমগা অনীনা চাম্মিন-থকমিন্নতুনা রাখিবা মরম কয়াবু নৌহৌনা নীংশিংনতুনা অন্নাবা পুম্বা কোক্কুনা পুক্লীং রাখল অমতা ওইনা মুংঙাইনতুনা লৈমিন্নরময়ে। মফম অত্তুবু "অন্না কোক্না হিথাথেল" হায়না কোল্লোয় মিংল্ছল তমখিয়ে।

মতুংদা মৈতৈ চনূরা নূরা শক্কোয় হেললিবী ইশানৌ পুম্বনা—

"অন্নাং চাউগোল্ ঈরেল্দা
তাঙম্বা লৈরাং অসিবু
পাম্ব্বা কনাগী লৈবাংনো ?
মুংশিনবা য়াওবরা ?
লাক্কুনবু খূনবীরো।"

অসুম হায়না শৈশক্লতুনা শৈথা নবদি মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অপাম মুংশি পূকতিন্নববী মদাইরেম মরাম চনূ ইংঙাল্লৈ ওইবীবু রাংলেল ঙাইহাক্কুং মফম অত্তুদা থনম্বা মতাঙবু পাউরৌ ওইনা মিংলেল মিংছল ওম্হোকখিয়ে।

মালেম অঙানবা কোরৌ হনবা মমিংনা নোংচুপ চীঙদোল লৈথখিন্নমা অমম্বা নারল চল্লকুবা মতমদা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বন। মদাইরেম মরাম চনূ ইংঙাল্লৈবু পুবক্কুনা সনা কোম্মুং কংলা তম্না লেঙলক্লে। মতম অত্তুদা মনাও ইবুংঙো রাংগোল নিংথৌ তোনশেন ঙম্বমা মন্নাম্মুং নিংথৌবু অন্নাং থোঙদা ঙাইতুনা লৈরময়ে। মচী-মনাও উনতুনা সনা শঙগায় য়োনা লেঙশীলক্লগা শারম্লিবা অনৌবা শঙলেন্দা লাইনিংথৌগা, ইংঙাল্লৈগবু থনম্লগা, তোনশেন ঙম্বা মশানৌদি মাগী শঙ্গায় তম্না হনগ্রে। মতুংদা রাংলেল ঙাইহাক লৈরগা মৈতিংঙু লাইনিংথোনা সনা পুক্লীংগী রারম পুম্বা মদাইরেম ইংঙাল্লৈগী মফমদা তাকপীরম্লগা সনা শঙ্গায়দা লেঙশীনখরে।

শারিবা অনৌবা শঙলেল অতুবু অঙম্বা, লৈপাক মীয়াম খ্বাই চঙদূনা কোরৌ নোংলেন্দনা লোইননবা শাখিবা শঙলেলনি হায়দূনা "নোংলেল শঙ্" হায়না কোল্লোয় মিংছুল তমলে।

অসোমদনা মরাম খুল্লাকপা, খুল্লাকপী ( পম্বৌ পল্লেম ) অনীমক্তি অরা মুংঙাইকম শঙদনা অহীং মুংথিল অনীমক্তা মুমিং থা য়েংবগুম য়েংজতুনা মুংশি চাননা নাউয়োক্লা থমজরকপী তাঙনা শাংচবী মমোম লাংলেল্ ইংঙাল্লে তোমপোকপীবু 'করি কমদৌরমগদগে' হায়বগী মরমদা কোরৌ শীংবুম খূদীংগী পূক্লীং অকাও পরে লৈতনা নীংশিংতুনা লৈখিয়ে।

## ফম্বাল পাউখুমদবা

চৈথাবা লোয়তোংবম চাউবগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৬০; খৃঃ গী ১৬৬৭; শকাব্দঃ ১৫৮৯ গী মনুং নোংঙাল্লবা মতমদা ফমদৌ অঙম্বা, লৈপাক মীয়াম পূম্বনা তিল্লবদা মনাও ইবুংঙো ব্লাংগোল নিংথৌ তোনশেন ঙম্বনা ময়াম্বুং মৈতিংঙু নিংথৌরেল পাইখোম্বগী সন্না খূয়া-খাদ্দা। "মৈতৈ খুবম থৌপুবা, নোংদম পূম্বা" কত্তুনা লৈপাক মীয়াম, অঙম্বা, নিংথৌবু লীচিং অমতা ওইহনুনা হরাও মুংঙাইনরে।

মুমিং অসিগী মতুংদা মৈতৈ অঙম্বশিংনা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্ববু "কংলা মেন ফম্বাল তোংনবা" খুজীন থৌরাঙ তৌতুনা, ইবেম্মশিং অমবু থিননবা থৌরাঙদুনা, ফম্বাল তোংনবা মরমবু নোংগাংদনা সন্না খূয়া-খাদ্দা হংগৎলি। মরম অসি মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা তারক-খঙ্লক্লতুনা মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বগী মফমলাংদা মুংগী মরম পূম্না খঙহল্লি। মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্ববু সন্না ফম্বালগী মরমদা লৈপাক্লী, অঙম্বশিংগী মফমদা পাউখুমদনা লৈ।

## উক্রোং হোঙবা

মৈতৈলোন্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মপাবুংগা, ময়াম্বুং অনীগা মংলেল মফম অমা কংলা মনুংদা সেম শাবা লোইদুনা অঙম্বা, লৈপাক মীয়াম তিন্দুনা চুকশা মৈথাদুনা নিংথৌরোল মচা মস্থশিংগী কংলা মেন্দা তিন্দুনা [১]মংলেলবু থৌদু নুঙ চন্দুনা নীংথিনা থমখিয়ে। মতুংদা অহুম্মক্কী [২]উক্রোঙ হোঙদুনা মথৌ মঙম লোইখিয়ে। লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা পম্থৌ মপাবুংগা, ময়াম্বুং অনীগগী মরমদা সনা পুক্লীংদা নীংতুনা থৌ পুরুববু [৩]তাম্থেং ময়ুং কুইনা, লেমথোং মফৈ পাকনং তানফংতুনা থৌদোল লোমলে।

---

## ফম্বাল মেন ব্রাখন্নবা

মৈতৈলোন্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী সনা পুক্লীংবু অব্রা তুরৈ ঈরৈ চননা ব্রাখন্দ' খন্দুনা লৈখিবনা নোং কোরৌ নোংজা অমতা হরাও তয়ায়া নুংঙাইবা কৌবা লৈতনা লৈ। "থবক মরম অমদি তানফংলে। মসিদা তানফংলিবা মরম অসিবু তানফংনবা থৌশীনবীতুনা থোবুরক্লিবী ইবেম্মা ইংঙাল্লে অসিগী মরমদা পাইখোম্বা ঐনা শরী নাম্মুং পন্দোল লোম্না অরেপ্পা হায়খিবা থৌরমদি তানফংনবা মরম্মু থৌশীনবীনবা ঐগী কনা হন্না লৈখিদরে; ওম্থোক্নসু তোনখ্রেদা পাইখোম্বা ঐবু। অতুবু, ইশানৌ তোনশেন ঙম্বগী মফম-লাংদা হন্না হন্না অথাকপা লৈতনা ঐনা খঙনবা মরমশিংবু হায়খ্রবনে! মসিদা ইশানৌনসু অতুগা অঙম্বশিংনসু থবক মরম অসিদা ব্রাহৌদোক্কবসি করিননো? অতুদি অঙম্বা, লৈপাক মীয়াম্না য়ানীংদবনা ওইরবোইরে। অতুদি পাইখোম্বা মচীন-মব্রা চত্তবা নঙনা নিংথৌনি হায়দুনা অঙম্বা, লৈপাক মীয়াম তিনবা মতমদা লৈপাক্কী ব্রায়েল কুচু শঙদা ফম্বা য়াওরুবগী করি

১। মংলেল=মোংফম; শিরগা হকচাং মৈ থাদ্না (লোইশনফম) ফুম্ফম।
২। উক্রোঙ হোঙবা=ফিরোম্ন; কির্ত্তন; শোরাং শোনবা।
৩। তাম্থেং ময়ুং কুইনা, লেমথোং মফৈ পাকনা=ময়ুং মফেল, মরাক-ময়ুং, পাক-চাউনা।

থৌশীনবা ঙমলিবগে? মতুগীদমক্তা পাইখোম্বা ঐনা থৌশীনবস্নু ঙমদে। অঙম্বশিংনা য়াদবা থবক্তা নিংথৌনা মনীং মখা তম্না নমথেক-নমজা-নহুনা থৌ পুবা, মহু মৈতৈগী [১]চৎলম লুতীন্দা চৎন-তৌনরক্কবনা থক লৈখিদে। অহুনদি লৈপাক, অঙম্বশিংনা য়াদবা, পামদবা চৎলমবু পাইখোম্বা ঐনা চৎলমদবা। মরাম চনূ ইংঙাল্লৈবু কংলা মেন ফম্বাল তোংবদা মৈতৈ লৈমরোল ফমথোল তরেৎ থোংবীবু মাবু হাপকনি হায়খিবস্নু কায়দনবা, ইশানৌ ইংঙাল্লৈগা পুন্সি তূশাঙ্ শীৎনা খোঙবু অমতা ওইমিন্নহনা লেম্ননবা মরমদি— পাইখোম্বা নিংথৌনা মেন ফম্বাল তোংদ্রবদি ইদাইরেমস্নু লৈমরেল ফমথোল হাপ্তুনা ময়ুম তরেৎকি মমা শকপী; লৈপাক্কী, অঙম্বশিংগী মমা, মৈতৈ পিবাগী লৈমরেল ওইদবনিনা লৈপাক্কা নীংবস্নু কায়দে। নিংথৌনা হায়খিবা ময়াথং অরেপ্পস্নু কায়বা লৈতে। পাইখোম্বনা ফম্বাল তোংদবনা লৈমরেল ফমথোল ওইদবনে। অহুনদি ঐস্নু কোরৌ ঙসিদগী কংলা ব্রায়েল থৌদা কুচু শঙদা থৌগাহুনা ফম্বা য়াওররোইয়ে" হায়না চপ য়ুংনা ব্রাখন্দুনা হুমিৎ অহুদগী হৌনা কংলা ব্রায়েল কুচু থৌদা শঙ ফম্ববু তোক্কনা লৈখিয়ে।

"মৈতিংঙ্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা কংলা ব্রায়েল কুচু শঙ ফম্বা য়াওদবা মতমবু নোংশাংলক্লে" হায়দুনা অঙম্বশিংনা মনাও ইবুংঙো ব্রাংগোল নিংথৌ তোনশেন ঙম্বগী মফম-লাংদা হংগৎলি; —"মনাও ইবুংঙো ব্রাংগোল নিংথৌ মথং খনববু! মৈতিংঙ্ নিংথৌরেলনা ব্রায়েল শঙদা লেঙখৎলক্কনা ফমখিদবা অসিবু সনা হকচাং মুংঙাইব্রহুনা লেঙ্খৎলক্ব্রবরা? নত্রগা সনা পুক্কীং থুংদবা মরম অমা লৈবনরা? মরম অসিবু মনাও ইবুংঙোনা করিগুম্বা মরম খরদি খঙবী-তাবীবা লৈবীবরা?"

"চুমমি অঙম্বশিংনা হংবীরিবা ব্রাফম অহু। থৌদা নোংদম্বা লৈপাক্কী মপূনা ব্রায়েল শঙদা ফমখিদবসি থাজ ফনা নোংশাংখরে। সনা হকচাং ঈবস্নু থোইনা লৈবা উজদে। মসিদা য়াম্বুং নিংথৌনা থৌদা ব্রায়েল শঙদা লেঙখত্তনা ফম্লবদি অঙম্বা লৈবাক মীয়াম্না ফম্বাল তোংবগী মরমদা

১। চৎলম লুতীন—ইপাগী ইপুগী চৎনা পথাপ্।

নোংগাংদনা হংগৎপা অতুদা য়াম্নুং নিংথৌনা পাউথুম ঙমদবনা শঙলেল ফম্বা য়াওখিদবনে।''

"মনাও ইবুংঙো! নয়াম্নুংনা সনা ফম্বাল লাংবগী মরম হংগৎপদা, সনা পূক্লীংনা থুংখিদবা মরম্নু করি লৈবননো?"

"মতুদি অঙম্বা! লৈপাক মীয়াম পুম্বনা পাবুংগা য়াম্নুং অনীগা মংশক তান্দুনা চূকশা মৈথাবা, উক্রোঙ হোঙজবা তানফংজবা অসি পূম্বা মরাম চনু লাইরেম্বী অমনা থৌশীনবীরকপদগী সনা পূক্লীং থুংনা তানফংজবা ওইখিমানে। মতম অতুদা য়াম্নুং নিংথৌনা থৌদূ নূঙপাক থক্তা ফমদেঙনা ইপুথৌ নোংদা লাইরেল পাথংববু পন্দুনা শরী মথৈ ফং, নামুং মতোল লোম্না হায়খিমানে। 'ঐনা নীংলিবা মরম অসিবু তানফংহল্লবদি নিংথৌনা ফম্বাল তোংবা মতমদা মৈতৈ লৈমরোল ফমথোল তরেৎ হাপ্তুনা পাইখোম্বা নিংথৌগী লৈমরেল ওইবদ মরাম চনু লাইরেম্বী নঙ নত্তনা নিংথৌ পাইখোম্বনা মেন ফম্বাল তোংলরোই হায়না শরী ব্রাথৈ ব্রারেপ্নতুনা মরাম চনু লাইরেম্বী অসিনা লৈবা খৈবীকপু থৌরাঙ থৌশীনবীতুনা থৌবুরগা, মরাম খুঞ্জাওবু অকনবা হুয়েল লাম্হেং মায়য়োক্নতুনা, মরামগী লাম্মীশিং পুম্ববু নমথেক্লম্লগা, লাইরেম্বীনা য়াম্নুং নিংথৌবু য়াইবী থরায় কল্লকনা সনা পূক্লীং তানফংলকপনে।' মরম অসি লৈবনা মরাম চনু লাইরেম্বী অসিবু নত্তনা লৈপাক্কী মমা অতোপ্পা অমা হাপ্তুনা মেন ফম্বাল তোংবদি তোংলরোই হায়না সনা পূক্লীংদা লেপ্পা থনখিবনা কংলা ফম্বেদা ফম্ববু কাখিদবা ওইবনে।"

"মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বগী থোইনা হক্লবা ব্রাফম অসিবু না তা-নবদা, অঙম্বা লূপলেল লাকপা তক্লক্লা মনুংদা ব্রাফমশিং তা-নরগা হংগৎলকয়ে, —"মতুদ, মনাও ইবুংঙো! মৈতৈগী চৎলমদি লৈমরোল ফম্বাল কায়ঙম্বা চৎলমনিদো। অতুবু, সনা য়াথং শরী পন্দোল লোম্না হায়খ্রবনিনা লৈপাক খ্বাই মীয়াম কৌখৎতুনা চৎলম অসিবু অফ ফত্রা তরেৎতন্না থোক্লা খন্নফম থোকপ্রা? অতুগা, ইবেম্মা লাইরেম্বী অতুবু হৌজিক্কা মফম কদায়দা লৈরিবা?"

"অঙম্বা লৈবাক মীয়াম্ন কিজবনা, অঙম্বশিং খ্বাইনা হৌদূনা কোরৌ নোংমদা লোহ্নবা শাখিবা 'শঙলেল' অহুদা য়াম্নুং নিংথৌনা লাইরেম্বী অহুবু থমজরি।"

"মরম পুম্বা ননাই ঐখোয় খঙজরে। খন্নবা য়াব-মখৈ তরা থোক্লা খন্নহুনা সনা পূক্রীং কায়দনবা মতুংদা অমুক হন্না খন্নখিসি। খোঙব্রায় মতমস্থ ঙসিদি মথেঙলে; হন্ননবা থৌওম্নসে' হায়দূনা অঙম্বশিং ঙন্না ব্রায়েল শঙদগী হন্নখ্রে।

মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বগা, অঙম্বশিংগা ব্রা খন্নরবা মতুং, নোং কোরৌ নুমিৎ অমা পোইরৈ মৈতৈ সনা লৈপাক অসিগী শীনবা থুংনা শগোল পাউজেল লাউথোক্কনা লৈপাক মীয়াম, ময়ুম তরেৎকী লুচিংবা মখৈস্থ ঙমনা সনা কোনুংদা কৌখৎলে। কংলা ব্রায়েল কুচু থৌদা শঙদা অঙম-অথৌ, ফম্নাই-তুনাইবা, য়াইতোঙ খমদোংবশিং, লৈপাক মীয়াম পুম্বা চীক্ল-চায়না ঙমদনা খোঙ্গারক্কনা তিল্লরবদা—"মৈতৈ লৈমরোল ফমথোল তরেৎপু মরাম চনূদা হাপ্তুনা ময়ুম তরেৎ লুচিংবা, লৈপাক্কী মমা ওইনবা তারে। ব্রায়েল মপূগী মপূ সনা নোংদমখ্রবনে। লৈপাক মীয়াম পুম্বা! তাদবা, খঙদবা তাহৌবা। ব্রায়েল সোয়ফদ্রবা মৈতৈ নিংথৌগী মপূ সনা নোংদমখ্রবনে" হায়না অঙম্বশিংনা তাদ-খঙদবা লৈপাক মীয়ামগী মফমদা লাউথোক্কনা তাহল-খঙহল্লে।

মতম অহুদা লৈপাক মীয়াম পুম্বনা লৌচিং অমতা ওইনা খোল্লাউ লাউনরক্লে—"মরম অদো অমুক্তা ঙাহ্বীখো ও। [1]নোংদম্বা শঙলেন্দা ফমদূনা মৈতৈগী চৎলম লূতীন পুয়া ফাক্কনা অমুক্তা অঙম্বগী মীৎয়েঙ তাবীখো। [2]লাইবকচন লূতীন নামুং ঈবু যৌবু নোংদমখোল্লবু তৌবীগনো। হৌখিবা মাঙলমচত্তগী হোনা চৎন তৌনরক্কবা ব্রায়েল পরিং পথাপ কায়দনা ব্রাচপ্ ব্রারেপ থাবী-ও। ব্রায়েল অচাল মীরায় খায়না নমথেক-নমজানহনা নংত কারন থাবীবা মরম্বু অঙম্বা মপূনা নোংদম্বীদবা। নোংদম্বা

১। নোংদম্বা শঙলেন=পণ্ডিত লোয়শঙ।
২। লাইবকচন লূতীন নামুং—লাইরমলেন্দা তিনহৈদবা।

শঙলেন্না নোংদম্বা চৎলম্ মৈতৈ চংলম লাইবকচননে" হায়না লৈপাক ঈরাঙ ঈহৌ চাউনা ব্রা-ব্রা লাউনা নিল্নারক্লে।

লুপলেল লাকপা, থৌচারূপ লাকপা, কোংচরূপ লাকপা, লুপ্পারূপ লাকপা, চীঙ্ঙে চীঙচারূপ লাকপা, খাইজসি লাকপা, হায়রিবা অঙম্বা তরুক্লা মতম অসিদা "লৈপাক ঈরাঙ-ঈহৌ চাউমনখ্রে। লৈপাক্কী য়াইফনবা তৌসি হায়দুনা ভৌকুবনে। মসিদ ময়ুম লৈপাক খ্বায় পুম্বনা য়াদবা, চংলম নত্তবা, ব্রায়েল কারন্নবদা ঐখোয়ম্ থৌ পুরোইয়ে। লৈপাক্কী চংলম কায়দনবা ঐখোয় পুম্বা থৌবুজগনি। পায়মা পুকলৌনা খোয়খালিনখা হেক থানখিগন্নুসে মতাঙ্ননে। খোঙব্রায় মতমস্ মথেঙলে ; কোরৌ ঙসি হায়বা অসিদি ইয়ুল মোংবা নরাল-ঈরালয়ায়দা হন্ননবা তৌরসে। নোংদমবা শঙলেন্দা চংলম লূতীন পুয়া ফাকপদি নুমিং থা অচঙ্ অথোক, কোরৌ নুমিৎ অরুবা, মাকমৈ থবান অফ-ফত্তা য়েংতুনা মতুংদা অমুক খন্ননবা তৌরসে। কোরৌ ঙসিদি মতাঙ অসিব্রাইদা হন্ননবা তৌরসে" হায়না লৈপাক মীয়াম তিনবদা ব্রা খন্নতুনা ব্রায়েল থৌকুম্নরক্লে।

অঙম্বা তরুক্লা মতুংদা অফ-ফত্তা কয়া থোক্লা খন্নৈয়ে – "করমনো! মৈতিংঙ্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী হন্দক্কী শরী ব্রাশক অসি ওস্থোক্লা হকনা লুখ্রেদা! মসিবু লৈপাক্কী ময়ুম তরেং পুবনা চংলম লূতীন কায়ফদে ; লাইরকচন নামুং তৌফদে। ইচিঞ্জাক তিন্নদবনা লৈপাক্কী মমা ওইতুনা লৈমবেল ফমথোল কাফরোই' হায়বা অসি ঐখোয়গী চংলম লূতীন লাইরকচন অচুম্বনে। লৈপাক্লা য়াদবা পামদবা থবক্তা সনা পুক্লীং থুংনবনি হায়দুনা থৌঙম্নবা থৌবুরুরে, লৈপাক অসি নিংথৌরোলশিংগী পুয়াদা চংলম লূতীন থৌলিংদবা তাগদৌরি। মসিবু মরাম চনু অসি লৈবনা থোক্লিবা চংলমনি। অতুগা মরাম চনু অসিনা সনা নাক্তা লৈরিবা মখৈদি মৈতিংঙ্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বম্ তাল্লোয় অমা থিতুনা ফম্বাল তোংউ হায়বা য়াররোইদৌরি। মসিনদি শরী নমুং কায়দনবা লৈপাক মীয়াম্না নীংবস্ থুংননবা মরম অসিবু থৌ পুবা ওম্বা ঐখোয়না থৌঙম্নবা থৌ পুবা তাই। ইনাওশা!

মরাম চনু অসি লাইনিংথোবুদি তাহল-খণ্ডহন্দনা মুংদা খুজীন থোৱাণ্ডহনা সনা নাক্তগী তাম্মোকখিনবা কন্না হোংনবা তাইয়ে। নত্রখদি মরাম চনু অসিদা [১]খোয়ঞ্জী মিহুল তমখিহনা মচা ইবুংঙোশিং পোক্লক্লবদি তুংদস্নু অকায় অরানবা চংলম মথং মথং লেংনা থোক্লবা তাই। অহুন্নদি নামুংবা চংলমদি ওম্ব-মখৈ চত্তনবা নখোয় ঐখোম্লনা থিংননবা হোংনবা তাবনি" হায়দুনা ( অওম্বশিং ) লিচিং অমতা ওইনা কয়া থোক্লা রা খন্নহনা, অহাওবা মফম, মতম, মতাও চাবা য়েংহনা অওম্বশিং মনুংদা থোশীন্নবা লৈনখি!

১। খোয়ঞ্জী মিহুল তমখিহনা=খোয়দৌ মখাদা অঙাং মীয়োলখিহনা।

*** মৈতৈগী মমাণ্ডডৈদগী হৌনা নুপা নুপীশিংনা লৌন-লৈনহনা য়াবা, য়াদবা মথল মখাগী মরম অসি অচেৎপা চৎনবী পথাপ অমা ওইহনা মতম শাংনা চেংনা ঙাক্লা লৈরক্লে। নুপা নুপী অনীহনা মশাগী চৎনবী চৎনা পথাপ ঈনাৎ ( চৎলম ) অহ অমত্তা ঙাক্তনা মশা মশাগী মুংঙাইনবতা খন্ন-হন্না নামুংবা, লৌন-লৈনবা য়াদববু লৌন-লৈনরবদি মহনা মশাগী লৈখা তানা মাওজবতা নত্তন লৈপাক্কীদস্ন হেন্না মাওহল্লকই। অসিগুম্বা চৎনরোল পথাপ হান্নদগী লৈরম্বা অসি অমুক্কা হেন্না চেৎশিন্নবা হায়দুনা নৌহৌনা মৈতিংগু নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদা খোইয়ুম, তাইবঙ অওম্বা লৈপাক মীয়াম তিন্নদুনা মুত্তনবা চেংনা থনম্মী। মহুগী চৎনরোল অকরুবা য়াওরম্বহ "কংলৈ শঙলেল পুবা" লাইরিক্তগী খরদং শত্তোক্তনা মখাদা পীজরি।

মৈতিংগু নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ২৭ : খৃঃ গী ৩৪ শুরকপদা লোইদায় কালেল থা নিমাংগী কোরৌ হুমনি পানবদা সনা ফম্বাল তোংবা লোইরহনা, মৈতিংগু পাখংবনা খোইয়ুম, তাইবঙশিং ওম্না তিন্দুনা রায়েল কুচু শঙ ফম্বদা হায়রক্কয়ে; "ওসি ফম্বাল তোংবা মুমিংকী রায়েল কুচু শঙদা নোংদমবা মায়চৌ 'তাংঙখা মরিবা', কাইবীরোল শঙলেল পুবা মামচৌ 'ললহাংজমবা', অইশ অমাইবা শঙগী পোইরৈ রাঙম খৌফুবা নুবাং শীংজবুং অমাইবা, পোইরৈ শৈশকপা রাঙম তেংথানবা নহাপা মোইরেং চাম্বা, লৈচুং

খুং-খুং অচিবা, নোংপোক অচিবা, লাইয়িংথৌ পোইনাউতা, অঙোম পিবা চীঙরাংলক্কী পুরৈরোমবা, য়ুম ৬০ ; লুৱাং খুম্থিবা পিবাগী য়ুম ৩৩, খুমন পিবা অবোংনচিংবা য়ুম ৬৬, মোইরাং পিবা ঙাংছুন্থোক্কী য়ুম ৩২, ময়ুম পিবা মবীনা মাগী মাগী য়ুমশিংগা লোয়নতুনা মৈতৈ অশায়-অশম পুম্বা রায়েল কুচু শঙদা মীতিন ফমবাল লাংলরে। মতুদা মৈতিংগু পাখংবা পিবানা হায়খি ; —"হৌ কংলৈ লম্ম-হনবা পোইরৈ মৈতৈ সনা লৈপাক অসিদা মৈতৈ ঐখোয়গী লৈজবা 'চৎলম লুতিন' মরম অসিবু থৌ কাউদনা থৌ পুনবা কোরো ঙসিদগী মীতিন অসিদা নৌনা অমুক হৌতুনা থম্নবা লেপ্নসি। কংলৈ ফমবাল শিন্নবদা পিবা তরাক্না শীন্নগদববু পিবা মরীদা থৌ পুনা শিন্নরেদে। মসি খাবা ঙানবগী ইবুথৌশিংনা লৈহৌভৈদগী থৌ পুরকপা মৈতৈ ঐখোযগী চৎলম্ব থৌ পুতুনা নামুং চৎলম থৌ পুকবদগী ময়ুম পিবা অনী লাইবকচন্দগী (লাইবমলেন্দগী) মূৎলে, তাক্রেদো থৌবম অসি মতুংদসু তৌফদে। চনু নিঙোল লুহোং লূতীন লৈহুল য়াবৌনবদা (য়াতুনা লোনবদা) ময়ুম য়েক লূপ য়ুম তিন্নবা (লৈনুং পু তিন্নবা), পেলোল তিন্নবা, শাইন্নক তিন্নবা, শাদা ওনব, তুমন; লুখ্রা অসি য়ুমদিন্নবদা থৌ খক পুকদে। লাইরকচনগী পিবা নাওদা থমফবোইয়ে।

চৎলম অসিবু পুরবদি লৈবাক্কী অরাপা তানফংবা ওইজসনু, মচু মঙাল শামসনু। পাগী পুগী ইচিঞ্জাক নোংদম্বা চৎলমগী চিঞ্জাক নত্তবা চাবা লাইরকচন্দা (লাইবমলেন্দা) নামুং চিঞ্জাক থৌ পুবা য়াওবক্লবদি মৈতৈ কংলৈগা চাদিন নাউতিন্নফবোইয়ে। মশাগী চিঞ্জাক তিন্নবা য়াবা কাঙলূপ অমা ওইনা থম্নসি। থৌ কাউদনবা 'মৈতৈ চিঞ্জাক নামুংবা' কৌনা লৈনসি। ময়ুম য়েক লূপ তিন্নবা লুতীন য়ারোনববদি লাইরকচন খূদীংদা নামুংথ্রবনে। মশক অতুদি ঐ, খ্বাই কনাগা তিন্নবা, ফমশিন্নবা তৌফদেয়ে। মশাগী মুংঙাইজনবা মফম অমা সেম্বীতুনা লৈহনসি। মফম অতুবু 'হাওচোংপন' হায়না থাগোনসে। মফম অতুদা লৈবা মীশকপু থৌবু চৎলম অসি চৎপা কাঙলূপনি খঙনা লৈহনসি।" (হাওচোং পন্দা লৈবা মীশিংদি কোইয়েৎ অশংবা য়েৎকনি।)

"লৈরিবা পুম্বনা পাখংবা ঐগী নমথাঙগা, শাইচোল ফুরিংকা, নমশা পজেঙ, উরীসেক য়েৎপা লৌথোক্ত্না থল্লবনে। চরৈ ফি-রোল অসে পরম খৌরম খঙ্না সেংনসে। ৱায়েল নোংদম হৈশিংবা, লাইরকচন কায়দবা, শাদা, লালদা হৈ-শিংলবা অত্নগুম্বা মশক্লা খৌরম য়েংনা পাখংবা ঐনা মনা ফি-রোল ওইনা থল্লগা সেংনসে। চরৈ ফি-রোল অসে ফংলবা মহাকপু লৈপাক্লা অরাল-অন্থুই লৈববু ঙাকপীনবা থৌবুবীগনিয়ে। মশাদা চৈ থাংবা মীচৈ তম্বদি পাখংবা ঐবু য়ৈবা, চৈবনে। মাগী অকায়বা মরম্বু তাক-পীরম্লগা, মাগী মতীক মঙম্ চবৈ ফি-রোলবু পাখংবা ঐনা লৌশীল্লগা, মঙম্ থীনা লৈপাক চঙনা নোংদম্লসে। নত্রবদি পাখংবা ঐবু হাৎপা, চৈবা, য়ৈবগী লঙ্জবা অয়োল-অরালবু তানফং ও। চরৈ ফি-রোল অসি পাখংবা ঐনা ঈতীক ইঙম চাদনা চরৈ ফি-রোল ফিশেৎপপু শুনা ঈনীং ঈথা তম্লা সেৎলবা, ৱায়েল অচাল মীরায় খায়না ফিদম্লবস্থু ইবুথৌশিংগী মতীক মঙালবু তানফংদবা ইহাক-থক্কী ঈতীক ইঙম্বু শাম্বা তানফংজবা ওইসম্লু' হায়না নোংদম্বদা, ফম্লিবা মীতিন পুম্বনা থৌয়ানন্থনা ৱারেপ ৱাচপ থানা থমলে।

মৈতিংঙ্ নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৪৬; খৃঃ গী ১৫৩ শুরকপা কালেল থাগী নিলমাঙদা কংলৈ পুঙদা খোইয়ুম লাইরূপ পুম্বগা, তাইঙশিংগা পুল্লা ফম্বদা, মৈতিংঙ্ নোংদা লাইরেল পাখংবনা হায়—"ময়ুম কংলৈ শঙবা পিবানা কুমজা অমগী ৱায়েল থৌদাবু সম্থোং অপানবা লাইয়িংথৌ ময়ুম সনা মহিগী নোংদম অমদি নোংদম্বা শঙলেল ফম্বা মায়চৌ নোংদম্বা অনীগী ময়াথংবু পাওহংবা, কুমজাগী নোংদম ময়াথংবু কায়দনা কংলৈ পিবানা থৌঙম থৌবু ৱায়েল নোংদম্বা, নোংদম্বীবা ময়াথংবু নমথেক নমজা-নন্থনা কংলৈ পিবানা মনীং-মখা তম্লা থৌবু ৱায়েল নোংদম্বা ওইরক্লবদি 'পিবা ফম্বাল মরা তাদবা ওইসম্লু। মবুক ঈরাঙ হৌনা লৈপাক ফম্বা তানফংসম্লু।' অন্থগা ময়ুম পুম্ববু লাইরকচনগী মরম অসিবু কায়না থৌ পুরবদি 'মপা মচা শকখঙ্নদবা, লুবাক মখুম নাইদবা, লৈপাক্কী অৱা

অনং তানকংনবা ওইনাসে।' থৌবম অসি মথৌদি নখোয় ঐখোয় ময়ুম পুম্বনা থৌঙাক-থৌবু থৌঙম্বা তৌনসে "

"ময়ুম খূদীংনা কাউদনবা চংলমদি ময়ুম য়েক তরেৎ লৈববু মঙাদা লৈরিবা, পিবা তরেৎ লৈগদববু মঙাদা লৈরিবা, পিবা তরেৎ লৈগদববু লাইরকচন্দা নামুংবা লুতীন য়াদবদগী পিবা মঙাদা লৈখবে। মতুদি ( ঙানবা য়েক ) মঙাং নিংথৌ চনূনা পোকপা 'তাংখুক লুখোই' না মমা পেলোল তিন্নবা মঙাং চনূ লৌদূনা তাংকোই পোকয়ে। তাংকোইনা ময়ুম থাদোক্লুনা মমা পেলোল তিন্নবা চনূ লৌদূনা মঙাং যুমদা শাইদাংহনা লৈ। লাইরকচন ( লাইন্নমলেন ) দা নামুংহনা পিবা তাকলে ( পেলোল নামুংবা কৌয়ে )।

[ য়াওরম্বা মরম অমনা শকাব্দ: ৩৮৯ দা পানখিবা মৈতিংঙু নাউফংবনা থৌবান নিংথৌ য়োইরাংপোক পুন্সিবগী মনাওনিপা য়ায়মা কচেং খুয়ি য়াবনা পোকপী খয়োইবোন কাইরৈমগ , অনীগুবী য়াওরোইবম ( য়াও-রৈবম ) চনূ অপানবীগা অনীমা পান্নেয়ে। কাইরৈমানা মৈতিংঙু শামৈরাং পোকয়ে ; নিংথৌ ওই। অনীগুবী য়াওরোইবম চনূ অপানবীনা মচা নীপা অম্মা পোকয়ে। শঙলেন মপূ নোংদম্বা মায়চৌ অনীনা অঙাং অসিদি লুতীন নামুং ঈনি হায়বগী থমংঙাং ( থমংলাং ) হায়না মিংহল্লি।"

( পেলোল নামুংবা ) —"ইবেম্মা য়াওরোইবম চনূনা পোকপা মচা ইবুংঙো থমংলাংনা য়াওরোইবম চনূ অমমুক পান্নহনা চীঙমৈস্নু কোইরেম্বগা, মনাও শরীকপগা অনীমা পোকয়ে। মমা পেলোল শাদিন নামুংবা ঈনে লু তিন্দে। চীঙমৈস্নু কোইরেম্বনা চীঙগাংবম চনূ পান্নহনা খোঙলাম্বগা, নোংয়িনবগা অনীমা পোকয়ে। খোঙনাম্বগী ঈনা য়েনখোম শিন্নাইবা ওইখি।" অস্নুম্মা মৈতৈগী চংনবী অমা ওইনা ঙাক্লা চংনবম্মী হায়বস্নু য়াওরি। মসিবু পেলোল নামুংবা কৌয়ে। ]

খাবা শাগৈগী য়ুমস্নু মবুথৌ 'খাবা তরুম কোহুব' দগী হৌনা লাইরক-চন্দা নামুংবা চনূ লূ মক্তা লু তিন্দুনা মথং লেংনা চাদা-নাউদারকপনা য়ুম লেপ্পা ওইনা লৈরে। অতুগা 'ঙানবা' 'খাবা' যুম অনী অসিদি লাইরকচন্দদি

পা অমতা, মা অমতনা পোক্লম্বা মচী-মনাওনে হায়খি। অতুন্নদি য়ুম অনী অসি খোইয়ুম লাইরকচনগী কায়দনবা মমিং অমতা থাগোনা 'খা-ঙানবা' হায়না থম্লগা মযুম পিবা থৌ পুনবা মমা পুরৈলেমগুগী হৌরকফম লুবু মায়চৌশিংনা কাউদনবা লাইরকচন নামুং হন্না লৈহুনা থম্বা পরম্বু মমা পেলোলগী য়ুম চীঙরাংলক্কী অঙৌ পাম্বা পুরৈরোম্বা য়ুমনা পিবা অহুমগী মথৌ মঙম পুরসনু" নোংদম্না লেপখিয়ে।

চেংলৈ -হুইমু লৈমনা পোকপা চেংলৈগী নোংপোক লৈহৌ নোংলেল চীঙ রারোক তাবা (লমলেকশাং কবুই হাও ওইবগী মনাও) নুঙ্ঙৌ য়ুমথংবনা য়েক লুপ অমা রাৎপা অসিদি ঐগী লূপনা ওইগে' হায়না মৈতিংঙু পাখংবদা হায়জরবদা। হরাও তয়াম্না য়াখিয়ে। "নুঙঙৌ য়ুমথংবা নঙগী লূপ অসিদি খোইখুম লাইরকচনগী য়েক লূপ শাখায় (শাগৈ) য়ুম তরেং শুদ্রবদা, নোংদা লাইরেল পাখংবা ইহাকথক্তা য়ুম অসিমা শাগত্তুনা য়ুম য়েক তরেং শুনবা লেপখি হায়বা কাউদনবা য়ুম (য়েক) গী মমিংবু কোরৌ ঙসিদগী হৌনা 'শরাং লৈশাংথেম' থাকোনরসি। হৌফমদি খাবা-ঙানবগা লূতীননা পোকলেল পোকপা লৈতাং পাত্তা নুঙ্ পাৎ, উবু থম্না ঈরুফম ওইয়ে। নঙগী নুঙ্ মচুনা শংলেল অৱাওবা মচু পায়রো" হায়না নোংদমখিয়ে। ল্যাইরকচন্দা নামুংবা মরম অসি মখৈ ঙাক্লহুনা থিংগদবনে। অতুদি য়েক লুপ শাগৈ শল্লাই তিন্নবা, য়েক লূ তিন্নবগী য়ুমখায়বা য়ুম্নাকপু চনূ মৌ হায়নহুনা লুহোং লূতীন তৌনফদে।

ঈ য়েক শল্লাই তিন্নবা মশেনগী চনূ লৌরক্লবদি ময়ুমগীদু, লৈপাক্কীসু য়েক্লবা, অমাঙবা, অৱা লৈখম তাবা তাইবঙ মপোক পুন্সিগী লাইরক-চন (লাইরমলেল) লূতিন্দা অমুক হন্না তিন্নবা য়াদ্রবগী মশাদা লাইগী চৈথেঙ্ কংও। পিবা থৌ পুফদে। লূ তিন্নবা য়াবা মীরোল লৈকরোইয়ে। মাসিবু য়েক থোকপা কৌয়ে।

"মুংনবা" লুহোংখ্রবী চনূ মৌবু লূ তিন্নফদে। মতুদি ঐগী য়ুম্না লৌরম্বা, ঐগী য়েক লুপ শাগৈগী য়ুমদাবনা লুত্তিন থারম্বা (লৌরম্বা)

চন্ মৌবু লোন-লৈনফদেয়ে। অসিগুম্বা লুহোংলুববী চন্ মৌনা ল্ অমদা অমুক হাথরগা ( ময়ুম পান্নরগা পোক্লকপা মচা নীপা অতুনা পিবা থৌ পুবা য়াদে। লাইরকচন্দ ( লাইরমলেন্দ ) সু নামুংয়ে। লোঞ্জা ( মীবোল, মীথাঙ ) অনী য়ৌদ্রি মখৈদি পিবাগী থৌ পুফদে। মসিবু নামুংবা কৌয়ে।

নামুং চৎলম মিংহুনবদি থকশী খাশি নারেং থাংবা, মিংগৌ-থাগৌ কায়নবা ( থক্লা খাদা থংব, খানা থক্তা থংবা ) চন্ নিংঙোলবু লোন-লৈনফদেয়ে। অসিগুম্বা থকশি খাশি মিংগৌ থাগৌবদা ক য়ম্বা চন্ নিংঙোল লৌফরোয়য়ে। মতুনা পোকপা মচানা পিবা থৌ পুকরোই নামুংয়ে। লোঞ্জা ( মীবোল, মীথাঙ মবৌদি লাইবকচন ল্ তিললোই ; মসিবু নামুংবা ( অসি পোক্লবপবু মুংনবী মচা ) কৌয়ে।

"শাদিন নামুংবা" য়ুম্নাক শাগৈ অমগী ল্দা ল্ তিন থাকরবী ( ময়ুম পাল্লুববী ) চন্ মৌবু অমুক অতোপ্পা ল্ অমদা লুতিন থাফদে। অসিগুম্বা চন্ মৌনা অমুক হন্না ল্ অমদা হাথনা ' ময়ুম পান্না ) পোক্লকপা নীপানা পিবা থৌ পুবা য়াদে : লাইবকচন নামুংয়ে। লোঞ্জা অনী ( মীরোল অনী ) য়ৌদ্রি মখৈদি নামুংনশে। মসিবু শাদিন নামুংবা কৌয়ে।

পেলোল নামুংবদি মপাবু, মপূবু পোকপা মবেল, মবেনথৌ অনীগী য়ুম ; মাবু পোকপা মমাগী য়ুম লৈফম অনী অসি শুরোল অমা ফাওবা লোন-লৈনফদেয়ে। মসিবু পেল্লোল নামুংবা কৌনসে। অসিগুম্বা মমা মবেল য়ুমগী চন্ নিংঙোল লোবনা মবেল ঈবু লোম্বা লাইরকচন ওইনসে। পেল্লোল নামুং ঈনা পিবা থৌ পুবদি লোঞ্জা অমা শোকফদেয়ে।

শাইরাক তিন্নবগী চন্ নিংঙোলবু লুহোংহুনা ল্ তিন্নবদি নামুংয়ে। মতুদি মপাদি তিন্নদবা মমাদি তিন্নবা য়ুম অনী অসিনে ( মুপী অমনা য়ুম্নাক শাগৈ অমগী মুপাদা য়ুম পাল্লম্নগা ( ওঙ্লম্নগা ) মচা নীপা অমা পোক্লম্নগা খাহনরকুনা অতোপ্পা য়ুম্নাক অমগী নীপা অমদা অমুক ওঙ্লগা মচা অমুক পোক্লরগা নত্রগা মতুগী মচা-মশু শুথাঙশিং অতুসু লোন-লৈনবা য়াদে। মসিবুসু শাইরাক তিন্নবা কৌই। মতুদি—মোইরাং অন্নীবগা,

চেংলৈ খা-ঙানবগসু শাইৱক তিন্নৈ। ) অসিগুম্বা পোকখিবা মচাবু শল্লাই ল্‌তিন্নবা হায়না মচা মশু চন্‌ লৌন-লৈনববু নামুং ল্‌তিন ওইনসে। শাইৱক তিন্নবা নামুং ঈগী পিবাদি লোঞ্জা মঙা লাইগী তীনগী থৌরম শোকফদে নামুংয়ে।

ল্‌ খমথ্রবী ( মৱা মপুরোইবা মতম চাদনা লৈখিত্রবী ) চন্‌ মৌবু ল্‌ অমদা অমুক হাথনা পোক্লকপা মচানা পিবা থৌ পুবা য়াদে, লাই-ৱকচন নামুংয়ে। পিবা থৌ পুবদি লোঞ্জা ( মীথাঙ ) অহুম শুদনা লাইৱকচন ল্‌তিন শোকফরোই নামুং যেনমৌনসে। হায়ৱিবা থৌরম অসিগী মনুংদা অমতং থৌবুৱবা মহাক্তি মাগী চাদা-নাউদানা লাইৱকচনগী ময়ুম পিবা ওইৱবদি য়ুম্নাক শাগে অহুগী মতীক মঙালমু শাম্মী। লৈপাকসু অৱা অনং ওইগনিয়ে। নামুং মৱম অসিবু পুবা মশা অহু চামিন-থকমিন্নফদে। ইমাং নিংশা তানফংনহুনা লায়থুং লায়না মনিং মখা তম্বা, মীশি মৱম খঙদনা পুন্সি, ইপুন্সি মবা লেলফু তান্দনবা থৌবু মৱম ওইৱক্‌না মীপুম খুদীং অমাঙ্‌বতা তানফংনবা ওইগদবনে। লীতিন অসিবু খায়বদা য়াঙমত্রবদি নামুং মৱমু থোয়েংনা থৌবুৱকপশিংবু তোপ্না থম্বীহুনা লৈননবা মায়কৈ মৱীমক্তা লৈফম মৱী সেমহুনা থমসি। মখোয় অহুগী চংলম লূতিন্না ইপাগী ইপূগী চংলম্বা চংলম লূতিন পথাঙ য়ৈনা, পুথাং ফাওনা ঙসি ফাওবা চংলিবা অসিব্‌ থৌওইদবা চীঙদা লৈবা চেংলৈ হাঙ খোংজাইগী চংলম ল্‌তিন্দা মবুক হোখল খম্না লৈৱিবা কাঙবুনি কাউদনবা মখোয় অহুনা লৈহন্নবা লৈপাক অসিগী মায়কৈ মৱীমক্তা হাওচোংপন' হায়না থম্মু হৌৱসে।

লৈপাক অসিগী ইপা ইপূগী থৌবম খুদীংমক্তম মাঙলমচংকী চংলম ল্‌তিন লাইৱকচনবু নামুং চংলম থোক্তনবা নোংদম্বা শঙলেল মপূ নোংদম্বা মৱুগী মকমদা থৌবু চংলমু হুংনগনি। নোংদম্বা মৱুনা তাকওম্নকপা ময়াথংবু মী, লাই পুম্বনা ওমবা পুগনিয়ে। নোংদম্বা মৱুগী ময়াথং নোংদম চংলমু থৌওইদহুনা নমথেক নমজা-ননা মনিং-মখা তৌনা নামুং চংলমদা পুনৱবদি

লাইশঙ, তাইবঙ্সু, কংলৈ পিবা ওইরবসু পাখংবা ঐবু হাংপা মরালগী লঙ্জববু ওইতুনা লৈপাক্কী মাঙ্ন-তাক্নবা ওইসনু। লাইরকচনগী য়ায়েল সোয়ফদবা নোংদম্সু নোংদম্বা শঙলেল মপূনা লাইরকচন ল্তিনবু নামুং মরমদা শিন্তাক নোংদম পুরগা মশা মাঙবা ওইঙম্মু। চাদা নাউদা ফাওবা মতীক মঙাল লৈঙমদবা ওইখ্রসনু। নোংদম্বা মাগী অয়োল অরাল শরুক্‌নে" হায়না থম্বা হৌখি।

লৈম্নুং পেনতিন্নবা—খুদম অহানবা হৌরকপদদি মবেন তিন্নবা, মবেন অমতদগী পোকমিন্নরকপা ; ( অমদা হায়গে ) অঙোম শল্লাইদগী "কাম্বাম্নে, অকোয়জমনে, নিংঙোলবমনে, লাইতোনজমনে, হুইরেমনে" য়িমমাক মঙামা অসিনে। অতুগা ল্বাং শল্লাইদগী "খোল্লামনে, সম্পাল্তুরাম্নে, খোই-বমনে" য়িম্নাক নীপানম অসি লৈম্নুং পেন তিননৈয়ে অমদি য়েকনে। হৌরকফম মবেনদি অমতনে, লৌনহৈদে নামুংয়ে। অসুম্না নিংথৌজা, খুমন, মোইরাং, খা-ঙানবা, চেংলৈনচিংবগীসু লৈম্নুং পেনতিন্নবশিং লৈরি। অসিদি হাপ্তুরে।

পাখ্রগা ( তুমন ) লুখ্রাবীগা পান্নবদি কায়দে। লাইরমলেল পিবা থৌ পুবদি পুফদে নামুংয়ে

লৌনবা য়াদবা চন্ নিংঙোল লৌতুনা পান্নরগা পোকলকপা মচাশিংবু "মুংনবীমচা" কৌনৈ।

মচাগী মমৌ থিবদা য়ুম্নাক শাগৈ, মপা মপূ হৌরকফম ( থিনা ) য়েংহুনা লৌনৈ। মপাগী মমিং মথা মান্নবা নিপাশিংদসু চন্ নিংঙোম্না য়ুম পান্নদে। মমাগী মমিংগা মান্নবী নুপীসু নীপাতুনা লৌনদে, নামুংনৈ। মনেম মতুং ইনবা—মপাগা পোকমিন্নবনা অতোপ্পা য়ুম্নাক শাগৈ অমদা য়ুম্বালখিরগা পোকপা মচাতুগা পিবা মচাগা লৌন-লৈনদে. মনে মতুং ইনবা কৌই মীয়োল অহুম শাঁদ্রোওবা মখৈ পিবা থৌ পুফদে নামুংনৈ। মথক্তসু মরূপিদা শনরে। অতুগা মানা তাকপীবা মচা মনাই লৌবা অসিদুখেসু নামুংয়ে অতোপ্পা য়ুম্নাক শাগৈ অমগী মচাবু য়োক্লুনা য়ুম্নাক শাগৈ ওল্লকনু মানা তাকপীবা

## থাংগালগী লাল

চৈথাবা কৈশাম লংমাইগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৬১; খৃঃগী ১৬৬৮; শকাব্দঃ ১৫৯০ শুবা কুম অসিদা অৱাং মকেঙ, থাংগাল হাওনা ঈৱাঙ কন্না তৌরকয়ে। অতুদা মৈতিংঙুনা অৱাং মকেঙ থাংগাল লাল ঙাক্লবা ময়াম্বুং ইবুংঙো তাংখোম্বা লালজিংলেলবু লাম্মী খরা পীদুনা থাখিরময়ে। মতুং মুমিং হুমনি শুবদা ময়াম্বুং ইবুংঙো তাংখোম্ববু মকেঙ, থাংগালনা হুয়েল লানগোয় চনখ্রে হায়রবা পাউবু লাম্মী অমনা সনা কোম্মুংদা চেনখৎলক্লুনা মৈতিংঙু নিংথৌরেল লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী সনা খুয়া খাদা হুংগংলৈ।

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা পাউ অতুবু হেক কংবদা "য়েৎকী শয়েঙ পাংগল ওইরিবা ময়াম্বুং তাংখোম্ববু কন্ননবা খোঙলৈ খরা থুনা থূজীল থৌরাঙলুগে। মফম অসিদা অমুক কুইনা পম্থতুনা লৈবা য়াবা মতম নত্রে" খন্দুনা মদাইরেম মরাম চনৃগী মকাইফমদা সনা খোঙলেঙলক্লুনা খঙ হললৈ, —"ইশানৌ ইবেম্মা! নায়তোম চাবী কাওরেল শনগুম ওইহুনা নোংমা নীনিদং অতুক্ লৈরমও। [১]পোইরৈবু সোঙকিদা, মহু মীথাদবা অৱাং মকেঙ, থাংগাল খুন্না হুয়েল লালহৌরক্ত না ইশাবী লালজিং পুৱেল তাংখোম্ববু ঈচন্ ঙাংম লালগোয় চনখিহুনা খুদোং চাদনা লৈহৌরে হায়না লাম্মী অমন' হৌজিক্তা চেনখংলক্লুমা পাউদম্নরে। ময়ম অসিগী

১। পোইরৈবু সোঙকিদবা, মহু মীথাদবা=মৈতৈ (ঐখোয়) বু কিদবা, মী থানদবা।

শাংলক্লগা মাগী হান্নগী শাগৈ য়েক অতুগী চন্ নিংঙোল মচা মঙবু লৌন-লৈনবা য়াদে (লৌনদে) নাম্মুংয়ে। মতুম্মু শাইক্লক তিন্নবা কৌই, মথক্তসু হন্না হায়খ্রে। পু তিন্নবা=মথক্তা মপা মপূ অমতা ওইবদগী মথং মথং পোক্লক্লগা খাইদোয়ক্লখিবা অতুমুনি।

---

মকেঙ, থাংগাল্ [1]লমকেৎপবু খুতুম চল্লনবা নশাবী ঐবু অত্তুক চৎলুখিগে।"

মশাবী মৈতিংঙ্ নিংথৌরেল পাইখোম্বগী মপু সনা নোংদমখোল না তারগা, মদাইরেম মবাম চন্ ইংঙাল্লৈদি খঙহৌদনা মিপাইনা থম্মোইদা থুক লাউবা অমা ফং, অৱা মুংশি মুংওল লাংনা মীৎস্না পিরাং ঈহৌনা পেহৌ-পেহৌনতুনা [2]হীকহায়নননা হংগৎলকয়ে ; —"লাইনিংথৌ! সনা পুক্লীংগী থৌণীন্নদি হেননা কনবীরেদো। অত্তুবু, লাইনিংথৌনা সনা কংলা থাদোক্লমতুনা সনা খোঙ লেঙবীখিবা থোক্লবদি, লৈপাক অওম্বশিংনা মতম পুম্বদা মীৎকুপ নাহুম হাওদনা অসোয় অঙাম থি-য়েংনা শেন্নতুনা মতাঙ চাবা লাকপদা লোইবী মরাম চন্নি হায়না পল্লেম পাম্বোবু পীবল-পাবম্নবীতুনা তাম্বোকে খূজীল থৌরাঙলিবী ননাইনিদো। ননাইবু করি-গুম্বা মফম অসিদগী তাম্বোকপীরকপা থোকলবদি ইপাম মরাম ইখুন্দা হনখিবস্মু, পম্বৌ ইপা খুল্লাকপনা ননাইবুদি অমুক হন্না চঙহল্লম্নরোইয়ে। লাইনিংথৌবু নত্তনা মাঙ-তুং য়েংখিবদা ঐগী তাইবঙ কনা হন্ন-মক্তা উজদ্রবী, ইদোম তরক্লা ঙাহৈরবী, ৱাখল থেল্লবী ননাইনে ; ননাইবুদি থাদোকপীগনো লাইনিংথৌ। সনা নাক্তা অস্তুম লেঙদনা লোয়য়িল থৌগল ফংনা হৈনা তুং ইঞ্জতুনা ময়াম্বুং কনবা ননাইস্নু চৎচগে।"

"ইশানৌ ইবেম্মা! করি ৱানোনে ওইনা চাউৰী মুংশি চান্নরোই! মতুমকস্নু ঐনা খঙ্দ-উদবমক্তি নত্তে ; মুন্না খঙলবনে। করিগী অতু ৱোলা নপূক্লীংতুদা অত্তুক পিদোন্নস্নু মথোয় কানা অৱা মুংশি শেংন-কায়নবগুম মৈচাক পুতুনা ৱারুরিবনো, চিংনগন্নু। নঙনা নীঙলিবা ৱাখলদো মাঙফম থোকপা মফমদা নঙগা ঐগা খক তৎন-থানদনা মাঙমিন্নগদবনে। অৱাং মকেঙ থাংগালগী লাল অসিদি নশাবী নিংথৌ ঐগী ইথক্তা তারক্লিবা হুয়েল লালনিদো। ঐদি য়েক্লববু মায়থী পীদূনা খুদুম চন্নবা, থৱায় পোম্বা য়েংনতুনা শমান-লেংমাম্নবগা অকনবা হুয়েল লাম্বেংনবা চৎপনি। কংলৈ

১। লমকেৎপা=মঙক কনবা, লমহেনবা।

২। হীকহায়ননা=হেকঙাই নুংঙ্গেংচেংনা, কপ্লীং কপ্লীং তৌনা হায়দুনা।

মমুং অসিদা ইশানৌ নঙবুদি শোক-পনগদবা নশাবী প্যাইখোম্বা ঐনা লৈরিবঁে ( হিংলিবঁে ) অসিদা হৌজিক ফাওবদি তাঙ্জ মরু ঈহুল্ কনা তমজ্রিয়ে। অরাং মকেং, থাংগালগী হুয়েল লালনা হেক লোয়বগা, নশাবী ঐস্থু অমুক পম্বা তৌদনা য়াব মখৈ থুনা য়োরকুবা তৌগনি ; মত্থগী অমুক চিংনবা তৌগনো। ঐদি মফম অসিদা অমুক কুইনা পম্থতুনা লৈবা য়াবা মতম নংলক্কে” হায়দুনা মশানৌ ইংঙাল্লৈবু মপুক্নীং থৌনা হাপ্না নুংশি চীনগোয় পাউমেন্নতুন। খেমজিল্লম্লগা, মনাও ইবুংঙো শগোল হঞ্জবা “লাংতে-ঙম্ব” বু কৌশিন্দুনা “ইয়াম্বগী ইবুংঙো শানৌতোন ! ইয়াম্বনা মফম অসিদা হল্লক্তি্বা মখৈদি নতৈমাসিবু থাদোক্তনা চেৎনা শঙদুনা কোরৌ খরদঙ্ লৈরম্ও। নতৈমনা নীংজবা খৈবীকপু থুংনবা ইশানৌ নঙনা থৌশীনবীতুনা মরম পুম্বা সোয়দ-ঙামদনবা তৌবমও। ইয়াম্বুং কনবা ইয়াম্বা অতুক চৎলুখিগে” হায়দুনা মশানৌ লাংতেঙম্বদা চেৎনা চীনগোয় পাউমেন্নতুনা শিন্নরম্লগা লেঙথোন্নক্লে।

মীখা পোনবা পামদবা, মীনা লাক্চ-খূতুম চনবা য়াদবা মৈতিংঙু নিংথৌরেল পাইখোম্বনা চরৈ শাফি লালফি থোপ্লিনখিরে। শাদা হৈরবা, লালদা থৌরবা তনবা মীখখায় লাম্মী খরগা সনা থৌগল খোঙলোয় ওইতুনা লালশা শগোল মঙ্গে মরু খে ঙদাঙবা শক্রুপ্পা শাবন হাপ্পবু নাকথং য়েৎ-ওয় অনীমক্তা অরাম্বাইদু তেন্দোং কাকুপ থল্লা হাপচীল্লে। য়েৎথাঙ-ওয়থাঙ, নমলোল তা য়ানশিল্লতুনা শেম শাবা লোইখরে। মবুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংববু চেৎনা থাগোন্নরগা লাংগোই শয়াঙ থক্তা লেঙখৎখিতুনা লাংগোই খূর্জি মিতম পায়, অপনবা লৈতনা মালং চৈরোয়ননা, খমগোল লেংদিন্নবা থুনা য়াঙনা থৌদরকপনা অরাং থাংগাল খূঞ্জাও য়োশিল্লকুনা রায়থুংলরে। ময়াম্বুংবু হুয়েল লালগোয় চল্লমলিবা মকেও, থাংগাল লাম্মী তেংগোলবু মৈতিংঙু পাইখোম্বনা শক উরক্লবদা সনা পুক্নীংবু হকনা নুংঙাইতবনা পায়মা কলহৌ নীক, থম্মোয়দা মরৈ চাম্ম চাম্মা পাল্লবা খাম্বী মৈরীঙম লম্মন শিংনিংবগী পম্মেং অমা ওইখয়ে। মৈতিংঙনা

শালাউখোল-লাল্লাউখোল লাউর-লাউরদনা মৈতৈ লাম্মীশিংগা লোয়ননা লাইরেল নোংশা মনিলখোলগী পোইরৈ মরাঙ্ হৌ, রাঙম মথি নাইনা মকেঙ, থাংগাল লাম্মীবু তাংশক্তা রাঙম মীথাদনা লালমীৎ ঈ কোরী হৌ, খুৎপাক্ তিল্লাই মেন, তিমেন খাঙতপ্ পায়না লাংগোই শাজৈ খুম্মোন রৈ. খুৎনেৎ নাকথং কাও, থংলৈ লমথা তম্, ফুজীল্লকলে। মকেঙ, থাংগাল লাম্মী তেংগোল তম্না চবাম্নবা পানবা কৈরেল অথৌবা, শারেল নোংশা নিংথৌগুম অপনবা লৈতনা ফুজীল্লক্তুনা ময়াম্বুং তাংখোম্ববু হুয়েল লানগোয় চল্লমলিবা য়েরুবশিংগী মথক্তা শিগনি চিংনবা লৈতনা পম্নাঙ্ পনমাঙ্ পল্লক ফাও, লালফম চবুক খায়না কাং-খোং চাইনা থুগাইহুনা সুংশিজরবা ময়াম্বুং তাংখোম্ববু কনখিয়ে। মতম অহুদা য়াম্না খুদোং চাদনা লৈরম্বা ময়াম্বুংগী মতৌবু শকউবদা, মৈতিংগুগী সনা পুরীংদা থোইনা লুংশিবা অমা পোকখিরময়ে।

নিংঙাই চাউবা মকেঙ, থাংগাল লাম্মী "অমুকশেম, থাঙকংপাল, তরাংসুক" কৌবা লুচিংবা অহুম্মা ফারগা মখুৎ তুংবুন্নেয়ে। মকেঙ, থাংগাল খুম্লাওগী লোইপোৎ "কিবোঙ, চমেললোল, রাংগোল পূককৈরোল" হাও-পোৎ অহুম-অহুম খোমদুনা কংলৈদা খোঙগাররবা থৌরাঙলে।

## মপোক মখুপ তমখিবা

### ( ইংঙাল্লেনা থুপখিবা )

কংলৈ অসোমদনা মনাও ইবুংঙো শগোল হঞ্জবা লাংজেঙ্গুনা মসুং অসিদা মতৈমা মরাম চনু ইংঙাল্লৈবু অকী-তুজুং ওইনা ময়াম্বুং নিংথৌরেলগী লেঙকত্রবা, অকনবা সনা য়াথং নোংদম্বু কায়দনবা অহীং স্নিংশেল থাঙুনা মনীং থুনবা থৌগল খাজংনা শেন্নহুনা লৈ। মকেঙ, থাংগালগী লালবু খুয়ে চনবা লোইহুনা কংলৈদা খোঙগাম্নবা থৌরাঙবা অহুগী অহীং অমুদা মনাও ইবুংঙো শগোল হুঞ্জবা লংজেঙ্গুনা মহা ওইনা নোংলেন

শগুগী মপাললাংদা মরাম চনু ইংঙাল্লৈগী থৌগল ফংনা কন্না শংদূনা অগুম লৈরম্বদগী অহৗং তাংলৌ লৈনা থেঙ্জীল্লক, নোংয়াই ঈচীক হুল্লকপা মতম ওইশিল্লকপদা ফল্লাগুদা ভাথহনা বাংলেল ভাইহাক্তং উইবগুম তৌগ্রমানে। মতাও অতুমক্তদা লৌরঙ শীংখোঙ ওইরিবা লৈপাক্কী অঙম্বা মখোয় তল্লক অহুনা মীৎকুপ নাহুম য়েংনা ভাইনরকপা মতাঙবু তানফংলহুনা, মশক মশা কনাবু খঙহন্দনা. মায়থোঙ চরৈনা খুম, অরোলবা চরৈ ফিমু শেৎনা খুজীল থৌরাঙলদুনা "নোংলেল শঙ" তম্না চেনশীল্লরগা শঙলেলগী চিরা মরীমক্তা খাম্বী মৈ চুদূনা থাররে।

মতম অহুদা ইবেম্মা মরাম চনু ইংঙাল্লৈনা লৈরিবা নোংলেল শঙ অহুবু খাম্বী মৈচাকখোল তাররবদা, মপাল-লাংদা চেঙ্খোরক্লনা —"লৈপাক মচাশা ! মৈহৌ মৈচাকলে ; অমুক্তা কনবীও" হায়না য়ারা খোনফম হৌনা হন্না হন্না লাউজরকয়ে। অহুবু মৈহৌ মৈচাক্লগা ওইবনে, কনা হন্ন-মক্তা মাগী মাবু তাবীবা লৈতনা, লৈপাক অঙম্বশিংনা মরাম চনুবু অকী তুজুং ওইবা অয়াকপা য়ারা খোনফম্না অশাবা মীচৈ ওইরহুনা- "হায় মরাম চনু ঈকায়দবী! মৈতৈ চৎলম থৌলিংদবী! নঙগুম্বীনহ্ লৈপাকী মমা ওইহুনা, লৈমরেল ফমথোল ফম্ববু করি মতীক নঙল্ ওইবরা? মুজা নতীক নত্তেয়ে। হৌজিকমক মফম অসি থুনা থাদোক্লুনা নপাম পোইরৈ লমদা খোঙদাখিরো; য়াত্রবদি নশা অঙাং ওনগদবনে খঙ্ও" হায়না অকী তুজুংনবা অয়াকপা য়ারা মীচৈখোল হন্না পীরকপবু না তারবদা মরাম চনুদি অকী তুজুং ফংনা তাঙজ ঈকায় নংলবনা অমুক খাঙথনা লৈবা য়ারক্লহুনা মফম অহুদগী তাম্বোরক্লে। মরাম চনু ইংঙাল্লৈ মায়কৈ শল্লাই খঙদনা লেঙখরে।

মনাও ইবুংঙো লাংতেঙম্বা শগোল হঞ্জবু চহি ৮ (নীপান) দা মঙায়রিবা মাউরা অঙাংনগা ওইবগা, করি তৌজবদি ঙমদা, হায়কম ভৌকম খঙদনা ভীঙঙক মায়ঙরুহুনা মত্তৈমা মরাম চনু ইংঙাল্লৈনা লেঙ্গখিবা মায়কৈ তম্না য়েংলগা মীৎয়া পিরাং লাইজ ঈহৌনা চাক্লা খাগুদুনা

লৈহৌযে। মবাম চনূ ইংঙাল্লেনা মীৎম্না ঈরা চেন্না হায়জরকপদা, মৈতৈ অঙম্বশিংনা মৈহৌ মৈচাক কনখিবগা, মাগীনি হাযবা তাইবঙ কনা হন্না লৈবা উখিদবে মদোম তবক্কা অথেংবা তাংলৌ অহীং অমম্বা অহুদা লমদম পোইবৈ খুঙদনা ঈকায মাযথী লালনংনা পন্দনা য়াংগোইবকপনা "অন্নাং চাউগোল হিদেল" হাযরিবা মফম অসিদা রাযথুংলরে। মফম অহুদা যৌবক্লবদা মবাম চনূনা রাংলেল ঙাইহাক পোথাহুনা মীৎলু পিবাং শিন্থনা হীক্ল-হীক্কা কপ্লহুনা রাখল কয়া তৌবকযে ;--"ঐবু ইপাম মবাম খুন্দা পম্থৌগী শঙলেল যাযদা অমুক হনখিবসু হৌজিক্কি যারবোই, ইপন্না লৎনা থোঙ থিংলম্নগনিযে। ঐবু মফম কৈন্দা য়াংগোইসিবনো ! পোইরৈ কৈন্দা চৎলগা কনাদা রাযথুংলুগবা ! পল্লেম কনাগী মবাল যাযদা শাইদাং-সিবনো। মুজা লাইবক থীবাবু তবঙ মাপং ওইঙমলে। নহাল নোং ইপাম মবাম খুন্দা লৈৰিঙৈদদি লাইনিংথৌনা মদোম [১]হলরাই নোংদসু যান্না কোল্লোয় নুংওনবনা যাথং পাউহায় অথুম্ববু মুজা নাপাদা নুংশি চীনগোয পাউদম্না মীৎমৈ তোবান থা, খোয়রুম মোমোন নোক, নুংশি পূক্রীং যুমদীন্নন খুজেঙ হংচি লাক্কা [২]যোয়চানবীখিয়ে। মাঙলমচৎকি নুংশি থৌবাঙ পুন্নমক্তি শীঙঙেল অবেম্বা, লৈবাং অতিংঙাবু মওয়রে। চীঙঙু ঐবু কবিগী লাইবক থীবনো ? [৩]য়ামচেং কশা চাউরিবনো ওম্থোকয়ে! চীঙঙ লাইবক থীবী ঐগুম্বীবু কনা লৈঙমলোইয়ে। ইশাবী ইবুংঙো নুংশিবা থংলেল কবি ওইবসিবনে ! নহাল নোং ইপাম মরাম ইরাল য়ায়দগী [৪]পম্থৌ ঙমসি রাশক্লা, পল্লেম ঙমসি তেমশীংনা পুন্সি তোলোই তানমিন্নসি হায়না পোইবৈ কংলৈ মপূঙ য়ায়দা খোঙদামিন্নবকপবু শরী পন্দোল লোমদনা লাইনিংথৌবু নুংশি শেংনা, পাম্মু কায়নৌ হায়না করম্না তমখিগদৌবিবনো কল্লকয়ে" হায়না পায়মা নুংশি মুংওন্না চাক্লা

১। হলরাই নোংদসু=হল্লকপদসু। ২। য়োয়চানবীখিয়ে=লুন্না চান্না তৌবীখিয়ে।
৩। য়ামচেং কশা চাউরিবনো=য়াম্না নৈথায় থিনগাইবী ওইরিবনো। ৪। পম্থৌ ঙমসি রাশক্লা, পল্লেম ঙমসি তেমশীংনা—(ইপা ইমানা হান্নবা অমত্তা ইন্দনা) ইপানা হান্নবসু লৌরোই, ইমানা হান্নবসু ইল্লোই।

তেংথাহনা লৈরিভৈদা, মানা ব্রায়থুংলরিব। মফম অহুবু খঙ্‌লক্লহনা ব্রা মখা অমুক তানা ব্রাহোম্লকয়ে, —"এনা ব্রায়থুংলরিবা মফম অসিবু নহাল নোং ইপাম মরাম খুপ্পাওদগী খোঙদামিন্নরকপা মতমদা মৈতৈ কংলৈ য়োগদোরে : মফম অসিদা ব্রাংলেল ঙাইহাক অব্রা পোথাহনা লৈরমও ; ইদাইরেম নঙবু ননীং তম্না লৈনবা ব্রাংলেল পুঙল্লপ অমতং নিংথৌ এবু খুজীন থৌরাঙলুগে, মশানৌ এঙোন্দা সনা য়াথং তাকপিরমহনা মুজা লাইবক খেল্লাই থীবীবু থনম্লগা, লাইনিংথৌনা সনা কংদা লেঙখিবা মফম অহু য়োববোরে মফম অসিবু নৌহৌনা নীংশিংলুবদা এবু অহোয়নহুম পায়মা মুংওন্না চাকপা হেক্সিল্লক্লে। এনা মফম অসিদা অব্রাবা অসি খাওদুনা লৈরবদি লাইনিংথৌবু মফম অসিদা সনা খোঙলেঙ্‌লক্কুনা অমুক হন্না এবু লৌবীবখিগদ্রা ? লাইনিংথৌনা সনা কংলা মপুঙ য়ায়দা লৈরি-ভৈদদি অমুক হন্না হলব্রাইরক্কুনা হবাও তয়াম্না এবু লৌবীরৈয়ে। করিগুম্বা মফম অসিদ অব্রাং চাউকোল লান্থোক্কুনা হলব্রাইরকপা থোক্লবদি লাই-নিংথৌনা এবু থিবীরক্কুনা মফমসিদা উনবা ফংবদি য়াই। মরম অসিদি সনা পুক্লীংদা নীংশিংনফম ওইবিবা মফম অমনি। মফম অসিদা পম্বহনা এবু ব্রাংলেল ঙাইহাক্কুদি ঙাইহনা লৈখিব্রগে" হায়না পিরাং চদূম চদূম শিম্বনা হীক্ল-হীক্লা কপ্তুনা অব্রা মুংশি মথোয় হাপ, অহীংগী লীক্লাবু খাঙ্, অকী তুজুং থাদোক্লা মফম অসিদা মশাবী নিংথৌবু লেঙ্‌লকখিগনি হায়না চেংনা থাজবা ওই, থম্মোয় চাক্লা খৌরাংনা ঙাইহনা লৈখিরময়ে।

মফম অসিবু মৈতিংঙ্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মরাম চদূ অমগা লোয়নহনা মরাম মপুঙ য়ায়দগী য়াংলৌ তুশাঙ শীংনা ব্রানা শাংনা য়াংগোই-মিন্নরকপদা, মফম অসিদা ব্রায়থুংলরববু অব্রা পোথানফম থেলবু ওইহনা মুজা মীংচী কেনা, নূরা হেদৌ কামিন্না, মুংওন ব্রারী ব্রাতাম্ন কয়া চীনগোয় পাওমেন্নহনা মরাম চনূবু থমখিরময়ে হায়দুনা মৈতৈ য়ুমথোঙ খুদীংনা "অব্রা পোথাথেল্-ও" হায়নরম্বদগী অথেঙ্‌বা তাংলৌ অহীংগী মমৈ ওইরক্লবা, তাইবঙ মীখোল তারক্কুবা নোংয়াই ঈচীক হুনবদা অব্রাং চাউকোল্

মপান্দা মরাম চনু [1]ৱাংবন কশা চাউবীবু মদোম তবক্লা ৱানা খাঙনা ৱাংলেল খরদঙ্ অমুকসু হন্না ( মফম অসিদা ) লৈবম্বদগী পোইরৈ শৈশকপা, ৱাংঙম তেংথা নবনা "অৱা কোক্ল-থেল" হায়নবে। মতুংদা "অৱাং চাউকোল হিদেল" হায়না ওস্পোক্তুনা কোল্লোয় তেংথানখিযে

"অৱাং চাউকোল্ হিদেল্দা
তাবিবা লৈরাং নাচোম্সে
তিল্লাং খোয়জঙ্না খোয়দাবা
পাম্বা কনাগী লৈরাংনো ?
[2]লৈরাংনা মরাক্ শাম্ব্রিখৈ
নুংশিনবা কনা লৈবরা ?
লাক্তুনবু খুঞ্জল্লো খুঞ্জল্লো ॥"

অসুম হায়দুনা মথংলেল মমান মচাগী নুংশি চান্নবী, লৈরাং লৈঙম তানোবী মরাম চনু ইংঙাল্লে কৌবীবু "শীঙঙেল্ লৈবাং নাচোম লৈ" গা নুরা মাগা অমতঙুম পান্দম্লতুনা পোইরৈ মৈতৈ যুমথোঙ খুদীং শীনব-থুংনা মতমগী ফোগু লীরোল ওইতুনা তারা চেঙচা তান্না চেঙঙৌ মাযঙৌ তানবদা শৈশরুনা শৈথানখিরময়ে।

মরাম চনু ইংঙাল্লেনা থেঙ্লবা অছৌং মমৈ ওইরক্লবসিদা মশাবী নিংথৌ ( পাইখোম্ব ) বু সনা খোঙলেঙলক্লরা হায়না কযামুক অৱা ঈথৌ লাংনা মফম অহুদা খাঙ্ঙমদনা খাঙ্, চাক্লা ঙাইতুনা লৈবকপবু, মতম কৌবনদি অগুম হৌজিললক্তুনা নোংপোক চীঙ্খে পাংবরোমদা শজীক্লা মসোঙ চাউনা কাখৎলক্, থবানা ঈনুংবা খায, ঈনুংবা মমৈ ৱায়শীল্লক্তুনা নোংঙাল তুবুম খবা খবা উবক্লে মতম অসিদা ঈনুংবা তৈনা ঙাল্লমদাইগী য়াহৌ ঙনবী চেক্লাচা চীঙসোঙ অমুবী, চবোই উচীনাউশিংনা য়াৱা খোম্থাং নাইনা অমু-মুক নোংঙাল পাউজেলবু যাকরক্লে। চেক্লা পাউদোইখোল না তায়রক্লবগা

১। ৱাংবন কশা চাউবী=লাইবক থীবী।
২। লৈরাংনা মরাক শামব্রিখৈ লৈরাংনা লৈমন চঙ্জিখৈ

মবাম চনূদি অব্রা পোখাফম খঙ্লক্রা, মিপাই কোকয়ি কানা অচাকপা কযাবু ফংজিন্নক লৈফম খাণ্ডফম খঙ্জীল্লক্রবে। শমু হকচাংবু শীন্না ব্রাখল্লা ফুনাৎনক্না হুমাং ঈবীক কানা মখা ত'না ব্রাখল তৌবকয়ে;—"মতম অসিবু অহাংগী মমৈ ব্রায়বক্লগানে। ঈন্নুংবা নোং ঙানগদৌবগী চেক্লা পাউদোইবক্লিববা? নৎতে সোয়দ্রবরনে, ঈন্নুংবা নোংগা সোয়গ দৌবসিবু?' হায়না ব্র'খল ঙকচা নবিঙৈদা, কাইবৈ যেনখোং অঙনবা তম্লকলে। চেক্লা মপাউ তোয়বকপবু না তাববদা: নোংপোক চীথৈ পাংবরোম য়েংলত্নুন "সোয়দনে কাইবৈ যেনখোংস্নু তম্লকলে। ঈন্নুংবা নোং ঙাক্লমদাইগী অঙনবা কাইবৈ যেনখোং পাউজেলনে; নোংঙাল তুবুম উবক্লেদনা। য়াহৌ ঙনশী পোনবী চেক্রাচাশিংগী ঈন্নুংবা পাউজেল তোয়রক্লে। ঐনা মফম অসিদা খাঙদূনা লৈথোক্লবস্নু তাইবঙ অচং-অঙক মখৈনা উখ্রগা মবাম চনূনি শাযন সোয়দন ঈকায় মাগথী পীদূনা তাইবঙ্ অসিদা খুঙ্গোযনবা থোক্লগনি। অব্রাং য়াংলৌ তুশাঙ ইন্না চেলবস্নু মৈতৈশিং য়াহৌনবক্লনা থোবকপনা হাল্লগনি। ঐবু কবম তৌসিবা? ঐনা মফম অসিদা অশুম খাঙদূনা লৈথোক্লবস্নু মতম্না হৌজিক্তি লৈবা য়ারক্তরে। খা নোংচুপ থংবা চীঙগোল অসিদা চঙশীন্দুনা ঐবু ব্রাংলেল্ খবদঙ্ খাঙদূনা লৈকুরগে লাইনিংথৌনস্নু লেঙ্লক্ত্রবনিনা। ঐগী তাইবঙ কনা হন্ন-মা লৈশিদরে" হায়না মবাম চনূদি মীৎসা নাপোম অনীমক্তা লাইজ পিরাংতনা পূমচোং চোৎশীল্লক, হীক্ল-হীক্লা কপ্, পোনবী লাংদা থূরবা চেক্লুম্বী, পাম্মূ ন্নুংশি লাংদা থূ, ন্নুংশি সেংনা ঙমদা, পাম্মূ কায়না ঙমদবগী কাযনা মৈচাক্রা [১]অব্রা লৈখম তান ন্নুংশি পঙ্গেং ফংনা মশাবী নিংথৌবু সনা খোঙলেঙ্লক্লববা হায়না অম্-মক চেংলৌ তাম্না তুং হন্নদি য়েংজা, ককঙাওনরবী মদাইবেস্নু মপাং সেৎন কায়নরক্লবী পোনবী ব্রায়থংফম খঙদ্রবী নাহৈতোম পাইবী চেক্রাগুম মদোম তক্লা ওই, নমু কনাবুদি খঙ্হন্নীংদা তাইবঙ্ কনা অমবু শক উহন্নাংদনা চীঙমৈ হাইথ-লোম্বদগী খা নোংচুপ হারম পাংলকপা।

১। অব্রা লৈখম তান্—ব্রাবদা খম্ থেং।

[১]মুন্না লোক্লেল্ কোল্,
খোইয়ম্ লাইয়িংথৌ !
মুন্না অতোন্বগী মচীঙ্লেল্ ।
[২]হাওকপ্ মনিল্ নাইবা চীঙ্ ;
সোংকাংদনা পানবা চীঙ্ ;
হাওকপ্ শাদা কৈবেল লম্-ও ।
[৩]য়োয়মায়ায় লাইরেল্ তাউতন্বনা
সোঙলেল্ ময়াঙ লাক্না চীফম্বা ;
লোয়য়ালাক্পা খোঙ ফেল্ থৌবনা ফম্বাল্ থোং ।
চীঙলেল নাপোম তবা-মাথোই শুবা চীঙ্ ;
অন্নাং ঈরোক্ তরা-নীথোয়না কোনবা চীঙ্ ;
কৌবা চীঙ্লেল্ মহাক্তো
লাইবু নূবা তবেংকা,
লাই পাখঙ্বু তবেংকা
থৌদু নূঙপাক্ থক্তা
ফিবুল্ ঙাইরোই হুন্ন-চীঙ্ ।
লাই পাখঙনা হুল্লগা
লাই নূরানা ওক্লো চীঙ ;

---

১। মুবা নিংথৌ=লাংগোল নিংথৌ লাংগোল লাইরেম্মা। ২। হাওকপ্ মনীল নাইবা চীঙ=মতম শাংনদবগী হৌনা হাওশিংসু লৈতা-খুন্দাদুনা লৈবকপা চীঙ।
৩। য়োয়মায়ায় লাইরেল তাউতনবনা সোঙ্লেল ময়াঙ্ লাক্না চীফম্বা=অহাঙবা অতিয়া মকোয়দা তাউদুনা তন্দুনা হায়বদি পন্দুনা লৈবিবা তরু-তহেন্না নীংথিরবা লাই অথোয়বা নুমিৎনা তরং তরং হেক হুনথোরকপা (থোরকপা) দা (লংমাইচীঙ চীঙগী চীঙশাং নাপোম অবাং পাংখিবা চীঙমৈনা ঙাম্ ঙাম্না (লোইরোইননা) হাইথরকপগী অবোয়বগা, চীঙ্খে চীঙগীনসু খাগী চীঙমৈ নাপোম্না নেম্-নেয়না লোমথখিবা অনীমক্কী থংনদুনা হায়বদি তাইনরিবা কুৎথনা তাবা মপা থোকপদা) মাগী মসেক মঙাল অরাবনা লাক্তুনা হেক মৈশন্দুনা হান্না তারিবা মক্ষক ওইরিবা।

লাই নূরানা হুন্নগা
লাই পাখঙনা য়াম্নৌ চীঙ ;
চীঙ্‌ মিংগীদি—
ফিবুল ঙাইরোই চীঙ্‌
থৌদূ অয়ুঙ্‌বা, চেঙচা অরেম্বা।
কৌপা মদাইমাদি -
[১]অথীঙ কোরে থিংকোরে,
[২]লাইরেল কোকপা থিংকোরে ;
মশাবী চীঙকোল কৌবগা
মশানৌ লাংকোল কৌবগা
ফমলেল লম য়েন্নঙৈদা
[৩]মুন্না নিংথৌ অতোনবা
লাংকোন কৌবনা কোনবা লম
[৪]ঙাংচেং পুন্সি লোকপু তম্লক্লে।

নমোম তাইবঙ-লক্তা শাওনখিবী, অপাম নুংশি কায়নরক্লবী মরাম চন্‌ ইংঙাম্লেনা মশাবী লাইনিংথৌ পাইখোম্ববু সেৎনবগী অন্না মৈশা পু, থংলেল নুংশিববু কায়নরকপগী খাঙ্‌ঙমদ্রবা মেচাকখোল কয়াবু ফং, মপুক অন্না মৈশা লৈখম তান, অঙাওবীগী পান্দমগুম শম্নাঙ ঈফা ফারহুনা পিরাং চদূম চদূম শিন্থনা হীক্ল-হীক্লা কপ্তুনা লাকপবু, —পন্থৌ মুন্না নিংথৌনা উরহুনা মমোম্না লাক্লিবা মায়কৈদা য়াথোরক্লুনা মুন্না লোকলেল মতা ফবা ঙাংচেং মশীলোক্তা থৎতুনা নুংশি মথৈ ফংনা থুৎলাম তোয়না মপাউ

১। অথীং কোরে থিংকোরে=সোয়দরে সোয়দরে। ২। লাইরেল কোকপা থিংকোরে=পোকমিননবা সকসোয় সোয়দরে। ৩। মুন্না নিংথৌ অতোনবা =মন্নাম্বুং চীঙকোল কৌবগী মনাওনি, মমিংনা লাংগোল নিংথৌ, লাংগোল লাইরেম্মা কৌই। ৪। ঙাচেং পুন্সিলোক - তঙ্কা রাঙমলোল পান্থোইবীনা মন্থ লাই পাখঙ তরেৎমাগা, খোয়নৌ লাই নূরা তরেৎমাগা খাবা মরাল স্নায়দা স্নাংগোইরোই (চংলোই) চায়নবগী লোম্না লোম্না ঙাঙনরময়ে হায়বগী মকমবু ঙাংচেং মশীলোক কৌয়ে।

তোয়রকয়ে; —"ইপাগী লাংলেল চরৈহল! ইমোম নঙবু তাবিবরা? তাইবঙ-লক্তা য়াথোক্লুরগা কারগী অহূক পায়মা হক্লা ৱারীবনো? ইমোম নঙগী মপোক লাংওল লোমদ্রা তৌবনে। পম্নে, নপা এনা লৈরিভৈদবু ইমোম ইচাগী লৈফত্র পাম্নৌ নপা এনা ফমলেল লুচিংফম্বু তানফংনবা হায়বগী নকাবু চাউনা নীংথিনা লম কললিয়ে। লাংলেল ইচানা [1]পায়মা খোয়জঙনা তিল্লাং খোয়দাজববা, নংলেল মৈতৈ লক্তা য়াথোকখিবা, নুংশিবনা ইমোম্বু পামজববা, লাংলেল নঙ তবু খন্দূনা লববা, নমান মচা লাইনিংথৌবু মফম অসিদা খোঙদোযবক্তুনা লাকখিগনি ৱাগন্নু; পাউজেল-পাউরৌ ৱাৎঙমলয়ে। ইমোম ইচাগী ফমলেল লুচিংফমদা ভাগ্ঙমন্থুনা লৈঙমলো মৈতৈ কংলৈ অসিগী [2]কুমজা লাকযেল লাংদাই শেহৌদা লৈপাক্কী, নিংথৌগা অফ-ফত্তা, নুংঙাই য়াইফ, পাউতাক-পাউজেলবীনবা ওইহ্নুনা লেঙদনা লৈগদবা লাংলেল ইচানি। ইমোম ইচাগী পাউতাকখোলবু তারগা, অমাই অনপ লৌশীন্না পুরুম ঈনাং থোনিংনা [3]খোঙগা লম্বু থিংনফম্বু ওইবীগদবা লাংলেল নহাক্নে। [4]খমন্নুং কিকোই লৌশিং লৌওন্বী, নুরা পাউথেম হৈবী, অচঙ থোঙদি খোর্জেংলগা, অশি থোঙদি থোঙহাঙবী, নবেনথৌ খোঙ্গা লাইবেম্বীগী খোঙথিল লম থিন্ফম্বু ইমোম নঙগী নশাইকোন্দা থিল্লক্তুনা লাংলেল ইচানা মগুম য়ুমফম অফ-ফত্তা নোংদম্মা মপোক লাংওন তম্বীগদবা নহাক্নে। য়োয়মায়ায় লাইরেল তাউতন্বনা সোঙলেল ময়াঙ লাক্না চাফম্বা, লোয়য়া লাকপা থোঙফেন থৌবনা খুনকং তরেৎ হুয়েল লাল্লোই পূঙ. ৩খেল লাকচীন ফম্বা য়োৎকী থেংকু সূবনা লমকন চীঙ; চীঙনুং কৌবা চীঙ; অৱাং কৌবা চীঙ; নোংপোক কৌবা চীঙফম অসিদা লাংলেল নঙবু লৈরবো. কোবৌ ঙসিদগী"

১। পায়মা খোয়জঙনা তিল্লাং খোয়দাজববা=থবায়না তাজবা। ২। কুমজা লাকয়েন লংদাই শেহৌদা=চহিগী অনৌবা হৌবা নোংমা পানবা শজীবু থাদা।

৩। খোঙগালমবু=শিরগা থবায়গী চৎনবা লমদাংবু। ৪। খমনুং কিকোই লৌশিং লৌওনবী নুরা পাউথেম হৈবী=শিরমদাইগী অরোয়বা মতমদা নুংশি চান্নবা মীগী মশক লোয়হনা মোইথেম তৌদুনা মীগী মরোশিংবু মাঙহনবী লাইরেম্বী অমা।

অসি হায়দুনা মরাম চনু ইংঙাল্লৈবু পম্থো লাংগোল মুরা নিংথৌগী লাই-কোন্দা লৈরত্নুনা শানথ্ পখিয়ে।

---

## সেৎন-কায়নবগী নাউরোই তেংথা

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অরাং মকেঙ, থাংগাল লোই চন্দুনা লাম্মী লুচিংবা লমকেৎপা ফারুপবু ময়াম্বুং লালচিং পুরেল তাংখোম্বগী মফম-লাংদা শিন্নত্নুনা পুরকহল্লগা, লাইনিংথৌদি "মদাইরেম ইংঙাল্লৈবু করি ফত্ত-নুংদবা থোক্নমগদগে" হায়বগী সনা পূক্লৌংদা কয়ামুক চিংনবনা অরা মৈশা লাং, রারোই কৌবা ওমদনা অহীং অত্নুদা লাংগোই শগোল তোংত্নুনা অহীং নোংসোইব। অপনবা লৈতনা কংলৈরোমদা লেপ্তুনা খোঙ-গারকলে। নোং হেক ঙানবদা সনা কংলাদা রায়থুংলরত্নুনা, মদাইরেম ইংঙাল্লৈনা লৈরিবা "নোংলেল শঙ" তমনা অপনবা লৈতনা পরপ-পরপ লেঙশীল্লকয়ে। নোংলেল শঙনা ঈম চাকখিত্নুনা তাঙগোয় উংমৈ ওইনা লৈরম্বা, নুংশিজরবী মদাইরেম ইংঙাল্লৈনা লৈরমদবা অত্নুদা মিপাই কোকৃঈ কানা মচা সেৎন-কায়নরবী শনবীগুম লাইনিংথৌ ঈকায় তুজুংবা অমা লৈতনা মায়কৈ শল্লাই শীন্ন-থুংনা ইবেম্মবু— "ইশানৌ ইবেম্মা ইংঙাল্লৈ! নূরা ইনেম্মচা পাম্মবী! নহাকপু পোইরৈ মফম কৈদা লৈবগে? নশাবী ঐম্মু থুংলরে; তারিবরা চান্নবী" হায়না খুৎলাম তোয়না চারু চাক্লা কৌত্নুনা কোয়থি থিরকয়ে। মতম অত্নুদা মশানৌ ইবুংঙো লাংতেঙম্বা শগোল হঞ্জবগা থেংনত্নুনা মরম পূম্বা পাউদমত্নুনা "অরাং পাংনা মফম খঙদনা লেঙখি" হায়না ময়াম্বুং নিংথৌদা হংগৎলি।

মত্নুদা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা পাউ অসিনা তাবগা পনবা লৈতনা অরাং পাংনা লাংগোই শগোল থৌদরক্লুনা মপা চীঙগী চীঙমৈ হাইথবা লমলেল মদাইমা লমনুংশ "অরা পোখাথেল" বু য়ৌশিল্লক্লুনা রায়থুংলরবদা। মফম অত্নুদা নুংশি পরিং থাত্নুনা নৌনা খোঙদামিন্নরক্লবী

মদাইবেম্বু লৈবিববা হায়দুনা কয়ামুক খোবাংলবা নুংশি মীংয়েঙগা লোয়ননা তগা-তহা কোয়না চংনা যেংখিবমমি। মদাইরেম ওইবীনা ইকুঙ্গ কুইদনা মফম অতুদা লৈরম্বগী খুদমদি উবা ফংলক্ ; মশানৌনদি লৈরমদবা, মায়কৈ পান্দমদি লাকওমদা, চংখিবগী খোঙ্গুল লমস্থু অমুক খঙখিদ্রবা অতুদা থব্রায়গী মপাল মউ ফুকখিবগুম নুংশি পম্থ্রংফমস্থু খঙলক্তা, নুংওন পেম্ন ফমস্থু অমা লৈত্রবদা, য়াব্রা খোনফম থোক্লা নুংশি কায়না ব্রাশক্লা থম্মোয় লাইযুম থীংনা চাকখিবনা অমু-মুক নিংশা ফুয়না ফুয়না হোল্লক, মীংস্না ঈরা ঈহৌ চেন্না মদাইবেম্ব খুৎলাম তোয়না কৌতুনা নাউথেম নাউগুম্না নাউকোল্লকই ;

“চাঁঙ্দা শাৎপা ইংঙাল্লে !
[1]চিন্নদনা কেমখিবা
কল্লকুইদা কল্লক্য়ে।
অব্রা পোখা হিথা থেন্দা
লেরম্গব্রা লাকুপবু
লৈরাংবু কেম্দুনা মাঙ্ত্রবোই
কল্লকুইদা কল্লক্য়ে ॥
লৈরাং নঙ্না কেম্খিবা
[2]মনুং পাউজেল্ ওইবনরা ?
[3]শীঙঙেল্গী মব্রাক্স্থ শাম্খিদে,
লৈরাংগী লৈখোক্স্থ লোম্খিদ্রি ;
লৈরাংবু করম্না কেম্খিবা ?
কল্লকুইদা কল্লক্য়ে।।

---

১। চিন্নদনা কেমখিবা কম্বাল তোংবদা লৈমরেলবী হাপখিদনা মনুং মতম চাদনা মাঙখিবা ; থাঙঙ্ থঙা লৈখিদবা। ২। মনুং পউজেল ওইবনরা=মিরণী অরোয়বা মতমদু ওইবনরা। ৩। লৈরাংগী মব্রাকসু শামখিদে=লৈরাংগী ফজবা মচু-মমেলসু মাঙখিদে।

লৈরাং মথোক্ কাজবী
ইংঙাল্লৈ কৌবী নহাক্পু
অরাং লোইবী চীঙব্রাংমাদা
[1]চারী মপাল্ থাববু
রাখল্ থেনবা পাইখোম্বনা
মৈতৈ কংলা ঈরাল্-য়ায়্
নোংলেল্ শঙ্দা থারগা
পিবা ফম্বাল্ লাংবদা
লেন্নবা লৈরাং ওইতুনা
ফম্বাল্ লাংগে থোবুবা
মন্নুংগী মতম চাত্রিবৈদা
মালংগী ঈতুল্ কনবনা
লৈরাং নঙ্বু কেম্থমানে
কল্লক্‌ইদা কল্লক্‌য়ে ॥"

অসুন্না মদাইরেম ওইবীবু চাক্লা তেংথারক্তুনা রাখলগী তরঙ্ মালংদা ভাউ, তেল্লবা রাংলেল্ খরদঙ্দা সনা পুক্লীংদা মরাম চন্ ওইবীগী নুংশি চেংলৌবু ময়েক মচু লানা পান্দম মপা লৌ. মিরেল্ শক্তম্ লাক্শীল্লতুনা মাঙ্গী থৌথোক্শিং কয়াগা লোয়ননা তত্তনা নীংশিংলক্পবু সনা মাঙ্দা নুংশি চেংলৌ শক্তমতু লেপ্লা শংশঙ উরক্লবদা, অমুক্তা থোইনা হেন্নতুম শীংথাবা ওমদনা কায়না মৈচাকখোল চাম্ব-চাম্বা হন্না খুজীং ওইশিল্লক্, সনা হকচাংবু শীন্না রাখন্না থুঙ্গাংশাংলক্তুনা হুমাং ঈরীক্ কারক্, মালং ঈচীক্ থেম্. কোরৌ নোংবু লৈনা য়েং, রাংবন্ থোইনা য়েংলদনা লাংগোই শগোলগী [2]নাংবু য়ৈর-য়ৈরতুনা ওন্ন-থোইনা অরা মৈচাক খাঙ্দুনা লৈখিরময়ে।

১। চারী মপাল থাববু=নাউয়োকচরীবীবু। ২। নাংবু=নাকথীংবু (শগোলগী শাবন্দা য়াওবা খোঙ, খুবোমবু য়োম্বগুম্না নাক-য়েং অনীমক্তা ঙাক-থিংতুনা থম্বা অমগী মমিং)।

মৈতিংঙ্‌ লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী ওইবিবা থৌথোক অসিবু শঙ্‌লেল মপু নোংদম্বা লৌবেম্বা, থেংগ্র। মায়চৌ নোংদম্বা অনীনা না তাবরুদুনা মবাল-য়ায়দগী হৌনরগা নুংশি কাযনা মৈচাক ব্রাখলনা সনা হকচাং শীন্না কুপ্তুনা লবিবা সনা নাক্তা লেঙ্‌লক্‌না লাইনিংথৌদা হংগৎলি ; —

"লাইনিংথৌ !
কবি তৌঙমলিবনো ?
মালংবা মাস্থ কৈদৌদে,
লৈবাংস্থ মরাক্‌ শামখিদে ;
শীঙ্‌ঙেল্‌গী লাংওল্‌ লোম্বনা
কেনজবা শীঙ্‌ঙেল্‌ লৈবাংনি।
মশাই কোন্দা কুমদুনা
নোংদমগী শঙ্‌লেল্‌ শাদুনা
লৈপাক্কী খুবম্‌ ওইনবা
পাউজেল পাউতাক্‌ লৌনফম
মাগী সেম্বীদুনা থম্বা ও,
অন্না পোৎথা নকম ওইগনি
সনা পুক্লীং লিনকোই-নুংদা
তুরৈ ঈবৈ চন্দুনা
অমুক্‌ থোইনা ব্রাবীরুগনু
সনা শঙ্‌গাযদা লেঙ্‌শীনলসি ॥"

অস্থুম্না মাযচৌ নোংদম্বা লৌবেম্বা খোংনাং তাবগা, থেংগ্রাগা অনীমানা থেম-নৌদুনা লাইনিংথৌ পাইখোম্ববু সনা কংলাদা পুবক্‌না লেঙশীল্লক্লে। সনা পুক্লীংগী থোইনা অরাববু কোক্লবগীদমক্তা নোংদম শঙ্‌লেন্দা কোবৌ হুমিং মঙানি চুপ্পা ফমদুনা মবোল পুম্বা তাহলদুনা খঙহল্লি। নোংদম্বা মাযচৌ লৌরেম্বনা হংগৎলি . — "লাইনিংথৌ ! ইবেম্মা মবাম চনু ইংঙাল্লে হায়বী অসি সনা পুক্লীং থুংনবগীদমক্তা নবেনথৌ হুমজাও লাইরেম্বীনা

লাংওন তৌহ্নুনা পোল্লকপা মশক্তি। ইবেম্মা অসিদি ময়ুম খুবম লিংহ্নুনা লৈপাক্কীদমক্তা লৈরগদবনে ; সনা পুল্লীং ব্লাবীগনু।"

মতুদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা ওক্তুনা হংজৈ ; —"মতুদি মরু! হৌজিক মফম কদায়দা লৈরিবনো মহাকপু?"

থেংগ্রানা মতাঙ্ অসিদা ওক্তুনা হংগৎলকয়ে ; —"লাইনিংথৌ! ইবেম্মদি খোইযুম লাইরমলেলগী মপাম লাংগোল মুল্লা নিংথৌগী মশাই-কোন্দা লৈখরে। লাইনিংথৌবু তীল্লুক পাউমেল অমতং চীনগোয় পাউ-মেন্নখিগে হায়দুনা খোইয়ুম লাইরমলেন্দবু খাঙ্‌ঙম্লিয়ে।"

মরু মচা থেংগ্রাগী ব্রা অসি তাবদগী লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি মদাইরেম মরাম চনু ওইবীবু চেংলৌ শক্তম উনিংলকপগী লৈঙম খাঙঙম-খিদ্রহ্নুনা নোংদম্বা মায়চৌ অনীগী মফম লাংদা হায়জৈয়ে, —"অতু ওইরবদি মরু নোংদম্বা অনীনা খোইয়ুম মুল্লা নিংথৌগী মশাইকোন্দা লৈথ্রবী ইশানৌ মহাক্কী নাক্তা নশু ঐবু পুবীহ্নুনা মহাক্কা অমুক্তা ঙসি অসি উনহনবীয়ু। নশুনা মরু অনীবু লেঙবীনবা খৌরাংনা হায়জরিয়ে। মফম অতুদা হৌজিক লেঙনবা তৌরসি, মরু অনীনা য়াবীও" হায়না হায়জরক্লবদা, নোংদম্বা অহল অনীনম্নু য়াবীহ্নুনা, মায়চৌ নোংদম্বা অনীবু ঙাইরোইনদা ঙাংজেং পুন্সি লোক, [১]থারৈ লেমলৈ কৌবা লোক, চীঙলেল নাপোম তরা-মাথোই, অয়াং ঈরোক তরা-নীথোই শুবা চীঙগী চীঙব্লাঙমাদা পুহ্নুনা লাংগোল মুল্লা নিংথৌগী খোইয়ুম মশাইকোল তম্না সনা খোঙ লেঙলক্তুনা ব্লায়থুংলরে।

মরু নোংদম্বা অনীনা ইবেম্মা মরাম চনু ইংঙাল্লে লাইরেম্বীবু ব্লাংলেল পুঙলুপ অতুমদং থেম-নৌনা থেমথোরকপ্পবু তাইবঙ মপোক-লক্তা মহাক্কী মহাক ওইরিবী হান্নগী চেংলৌ শক্তম অতুমক য়াথোরক্তুনা লাইনিংথৌ পাইখোম্বগা চেংলৌ শক উনহল্লে। মদাইরেম মরাম চনুগী চেংলৌ মশক

১। থারৈ লেমলৈ কৌবা লোক=মখা মায়কৈদা লৈরিবা লোক ; লাংগোল চীঙগী লৌকশাঙ্গিং মথৎ মথৎ থীরকপগী অরোয়বা মখা থংবা থারৈ লেমলৈ কৌবা লোক।

উরক্পা-মক্তদা মশাকী লাইনিংথৌনা ইবেম্মগী নাক্তা লেঙশীল্লক্লুনা খাঙঙন-দ্রবা নুংশি কায়না মৈচাক কযামুক্পু হন্না ফংলকপা ওইবহুমা ছায়রকয়ে, —"ইশানৌ ইবেম্মা ইংঙাল্লে, থরায ঐগী চান্নবী! নঙাক্না নশাবী ঐবু থাদোক্লুনা মফম অসিদা লৈরমলিবা মতৌ অসিবু করি মক্তৌ কৌবগে?"

মফ্দা মশাবী লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী মফম-লাংদা ইংঙাল্লে লাইরেম্বীনা হংগললকয়ে; —"লাইনিংথৌ। ম ৭ম খবগীদমক্তা তাইবঙ মপোক্তা পোক্লম তুনা লাইনিংথৌগী সনা থৌগল তেংবাংজরম্বনে। মফম অসিদা লৈজবগে ঐগী শঙলেল তম্বীরো থাজ কুমজা খুদীংগী অফ নুংঙাই, অন্না অনং তানুফংলগদবা পুম্বগী পাউজেল-পাউতাফচবা ওইনা লৈজবগে, সনা থৌগলবু ওইহুন।" অম্বম্না নুংশি চীনগোয়নবল্লগা মফম অতুমক্তনা শাম্বুপখ্রে।

লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি ব্রাংলল খবদঙ অন্না মৈচাক কযাবু নুংশি চৈখেংখোল ফংবা ওইহুনা লৈরম্লগা, নোংদম্বা মাযচৌ অনাগা ডাইবোইননা সনা কোন্নুংদা হল্লক্লুনা লৈববে। লাইনিংথৌনা খুৎ হৈবশিং থাদুনা লাংগোল মুবা নিংথৌগী খোইংুম মশাইকোন্দা ইবেম্মগী শঙলেল অমা চিবা মবী লাইখল তানা শাদুনা অমাই লাকলৌ শীন্না, অশৈ খোলফাং লেংন্না শঙলেলবু শঙ কাদুনা লৈকৎলে।

চৈথাবা সম্বাম তান্নাগী কুম; নোংদা লাইবেল পাখংবগী কুমশীং ১৬৬২; খৃঃ গী ১৬৬৯; শকাব্দ ১৫৯১ শুবা, মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি প্যানখংলকপা লোইদাম থাজ খুদীংগী, ভাংজেং মম্বী লোক্তী লমদম, ইবেম্মা মরাম চনু ওইবীগী মশাইকোল শঙলেন্দা হেক হেক খোঙগুম্লক্লুনা নুংশি মৈচাক খাঙনা অমাইবী অমাইবনা খোইয়ুম পাউজেল হায়ববু তার-তাবদুনা লৈরক্লে। মতম অসিদা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি খোইয়ুমগী পাউজেলখোল তারবসু অন্না পোথাফসু ওইবা লৈত্তে। অশুম খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্তুনা লাইনিংথৌনা ইবেম্মগী খুবমদা লেঙশীল্লক্লুনা — "ইশানৌ ইবেম্মা ইংঙাল্লে! থরায় ঐগী নুংশি চান্নরোই! অহীংগী লোইদাম থাজগুম চেংলৌ মায়থোঙ লকাবু ঈঙনা ঙালনা

থুমথোইবী ! নুরা নওগী খুবম অসিদা নশাবী ঐনা হেক হেক লাক্লগা অরা মৈচাক রাখলসে কোকওমগাররা হায়রবু কোরো নোংমা নোংমগী অহোয়নতুম অরা মৈচাকপু হেনগৎলক্লে ; মৈচাক কোরুফমু ওইগবরা ওইওমদেয়ে। লোইদাম রাকচৌংগী চীকথমং গ্লা থেওলবা তাংলো অহীং ঈনুং সোয়য়ায়মাদা তৎতনা তারক্লিবা [1]অরাং লমগ্লা খাবা উললেন্দা উনথমগী থৈজুপ মায়থা সেংন-কায়নবগুম নশাবী ঐদি কোরো থাজ খুদীংগী অরা মৈচাকপু খাওফম খওদনা থোইগৎলক্লেদো চান্নবী। কোরো ওসি নোংদগী হৌরদুনা থরায় মিরেল শক্লবী ! ইশানৌ নওগী নমিং মিংছুল অমা তম্লমগে, ঐনা লাকপা ডাইরমও।"

"ইশানৌ নঙ্গী খুবম্দা
মৈতৈ, ময়ুম্ তরেংকী
পিবা চঙ্লম্ থোক্লবদি
নঙ্গী কায়না রাশক্লা
ঐনা রাবগী মতৌগুম্
রান্নহোবা ওইসনো ॥

ইশানৌ নঙ্গী নপাউখোল্বু
নশাবী ঐনা তাজবা
লাক্ওমজবা ওইরগা,—
[2]লরাই কোয়রেল্ থকৃতা
মানা মানা কোনা কোনা
লৈহৌ কৌববু চাঁওঙ্ মওাইরোই ;
খোইযুম্ মহিশাংবু
লাইজ তরঙ্ থকৃতা

১। অরাং ... খাবা উললেন্=অরাং মারকৈরোমদগী নুমিদাং অখেঙ্বা মতমদা লাকপা ( তারকপা ) তমথিরবা উন, ( খাবা শল্লাই কৌবা অমসু লৈ )।
২। লরাই কোইরেল থক্তা মানা মানা ... =তাইবঙ্ পুন্সি চেঙজেল্ লৌইরক্তুনা অরোয়বা মতমদদি থোঙ্ডাক লাইরেম্বী ( থমনুং কিকোই লৌশিং নুংঙনবী )

কৌবরোল্ মচা অহল্বনা
চীঙ্ঙ্ থৌরাঙ্ কৌবগী
মোংবা মাগী য়ুমদাও শঙ্
শঙ্গায় মকোয়লেল্ ॥
[1]কৌবা মদাইমাদি—
সনাকোয় য়োয়মোংবনা
[2]মোংবা য়ুম্জাও শাগৈদা
উরেপ্ চারা ওইনবা

---

না মা-মাগী অপাম্বা নুংশি চান্নবা মশক ওইনা লারগা কৌথিদ্রনা লৈহৌরোই য়াদনা লোয়নখিবা, অদুগুম্বা ওইরিবীনা। খমনুং তুরেল ঈপাক চাংজৌ লাল, খোইয়ুম কৌববেলগী মমোমলোই ওইরিবীগী থৌরাংফম ওইবিবা মাগী মোংবা মশঙ্গায়।

১। কৌবা মদাইমাদি=কৌথিবা মমিং অমদি। ২। মোংবা য়ুমজাও শাগৈদা উরেপ চারা ওইনবা ... কোঙয়াঙ্ সোয়নিফম - খ্বাই নুংচেং পিবানা মশাবী তাউহুই-রেং অহনবা ( নুমিৎ ) কাপগৈদা মশানৌ হাওনু চখাননুনা মশাবী মমান মচাগী মন্নাথং তুংইন্না হোয়ন্নাদ্রনা মপামদা কোঙয়াঙ রানিবা লাকখিরম্মী। মদুদা পন্থৌ কারল লমবুবনা মমোমগী মফমদা হায়খি— 'ঈমোম লাংলেল ইবেম্মা। নঙদি নপোং মশক খঙদেয়ে; ঈল্লেল্ য়াই অমসু মাঙ্হল্লেদো। অরাং ঈরোক ১২ না কোনবদা হোরিবা লাংলেল কোঙয়াঙ রা অসিদি য়োইরেল খাবী লেংনা তিন, অমাই লাকলৌ লৌশীন, অশে খোলফাং লেংনা তিন্না কোঙয়াঙ রাবু নিনবা রানে, সোয়ফুত্রবা চীঙদা হোবী রানে। লাংলেল ইচানা নিবদা পীবা য়াবা রা নত্তে। লৈপাক অঙ্গীগীদমক্তা থম্লগে, ইপা মাঙহল্লরোই" হায়খি। মমোমদি কোঙয়াঙ রা ফংদ্রদ্রনা ইকাই নুংশি য়ান্ননা হন্নকপবু য়াংলৌ লম্মখাঙদা মবুং কারল লমঙাক্পকা ওক্কুরদ্রনা মবুংনা রাহংবদা, পন্থৌ মপানা হায়বা রাবু পাউদমলবদা, মবুং চকপা থোংখোং কারল লমঙাকপনা শাওরে। "ইচন্না মপাম রানিবা লাকপবু পন্থৌ ইপানা পীদে হায়দ্না হনখিবা অদুবু নবুং ঐনা করম্না য়েংদ্রনা লৈহোগনি। লাও, নবুংগী য়ুমদগী লৌনাংবা অপাম্বা রাদা য়েংদ্রনা লৌঙমখো" হায়দ্রনা মবুংগী য়ুমদগী "মরোং লাংকপ্ ৯ ফাংবা পুল্সি লৈনিবাবু" য়ান্দুনা শমু লেংদা থোংনা পুঙয়ক্তনা মশাবী খুত্তা শিন্নখিরম্মী। মশাবী খ্বাই নুংচেং পিবা হাওচোংবনা কোঙয়াঙ রা অদুনা লীক্লঙ অমা শারগা, অরেম্বা মথৈনা তেনজৈ ঙাক্তা শাদ্রনা মখুৎসু খুংলাই ওইনা লীকংপ তেনকাপ্ তমদ্রনা মতম খরা লৈরম্নগা অরোয়বদা নুমিৎ মশাবী তাউহুইরেং অহলববু কাপখিবা রা। কোঙয়াঙ রাপন্ অসিবু খৃঃ গী ২৬৪ দগী ৩৬৪ ফাওবদা পানখিবা মৈতৈলোন্

অশৈ খোল্ফাং লাংনা
অমাই লাক্লৌ লৌশীন্না
কোঙ্য়াঙ্ সোয়নিফম্ ॥
কৌবা মদাইমাদি—
খুন্ফম্ চীঙ্না তাবা
ঙাংচেং তানা তাবা
[1]থাঙ্কা মনিল্ নাইপা
য়ৌখাম্ তনং তনং পান্পা চীঙ্নে ॥

---

তাউথিংমাংগী মশাবী ( ময়াম্বুং ) ঙাংঙোই য়োইমোংবনা য়ুমজাও লাইখল তাবা য়ুমগী চিব মরী ফাংবা শাবদা লাংগোল চীঙগী অরাং ঈরোক ১২ কোনবা ঙাংজেং মদী লোক্তা হৌবিবা য়ারোক্কী উরেপ চান্না ( যাত্রা য়া ) ওইনবা অশৈ খোলফাং লাংনা অমাই লাকলৌ লৌশীন্না কোঙয়াঙ য়াবু য়ান্দুনা য়ুমজাও শাখিরম্মী হায়দুনা য়ুমজাওবুনা য়োইমোংবগী মমিং লৌদুনা "মোংবা ময়ালয়ায়" হায়না কোনরি। অমদি য়ুম্ফাল তুরেলস্ য়োইমোংবনা তুদেংলম্মী হায়বগী য়ুম্ফাল তুরেলবুনা 'তুরেল মোংবা তুখুন ইন" হায়না লাইরিকশিং অরীবদস্ পল্লি।

ভাইবঙ মীনা অহানবদা লৈকু লৈরায় ( লৈনুং লৈখুল ) অকুৎপদা লৈনদুনা পান্নরময়ে। অদুগী "খুল" কৌয়ে। মফম অদুদা মীশিং পুন্না পুন্না লৈরম্বদগী য়ায়ক্তুনা মচেৎ তোখাই তোখাই থোরকলে, "লৈকায়" কৌয়ে। অহানবদা "খোয়পুঙ্ য়ুম" শাদুনা লৈরিঙৈদদি "মোমন্ খমতোংবা ' কৌরময়ে। মথংদা লাংয়ুমদা লৈরক্লে। খোয়পুঙ য়ুমদি লাংয়ুমগা মান্নয়ে। খোয়পুঙ্ য়ুম্না ঈকোয় কোয়শন্না মতোল তুম্না শারগা শাইজীনগা লৈপাক্কা শমজিননৈ ( শোক্লে )। লাংয়ুমদি খোয়পুঙ য়ুমগা মওং মান্নরগা য়ুম্বী মখোঙ য়াংখৎতুনা শাইজিন্দি লৈপাক্কা শমজিন্নদে। মতুংদা কোয়রেঙ, য়ুমশা শাই। মাদি মাংগোলগী মথোল লৈতেং য়াওদবা শাদুনা লৈরকয়ে। মতুংদা য়ুমজাও লাইখন তানা নিংথৌ খাগেম্বগী মতমদা সনা য়ুম্বী মাংগোলগী লৈতেং শঙমায় পান্না ইংখোল কারন য়েংলগা পরিং লাংশৎ থাদুনা হকচাংগী কান্নাৎতগী লৌদুনা কা য়াংনা শাবা য়াবগী থা, মুমিং থবান পুংফম অফ-ফত্তা কন্না য়েংলবা মতুংদা উবেপ ( যাত্রা ) হুন্দুনা শানরকই। মদুগী মরমদা অকুপ্পদি য়ুমশারোল কৌবা লাইরিক্তা য়াওরি। মরু ওইনা শাগদোরিবা মীদুগী শাবা য়াবা মতম, কন্নচিংবা কন্না য়েংনরগা য়ুম শানৈ।

১। থাঙ্কা মনিল নাইবা=( লাংগোল চীঙগোয়রোল কৌবা লাইবিক্তা য়াওরী ) "থাঙগা অমুকোই কমপোং অঙোকোইনা লাইয়েল তাউরোইনাইবু" থাঙগা

[1]নুংপাল্ মনিল্ নাইবা,
ঙাংচেং পুল্সী লোক্,
থারৈ লেম্লৈ লোক্,
চীঙ্লেল্ নাপোম্ তরা-মাথোই,
অরাং ঈরোক্ তরা-নীথোই
শুবা চীঙ্গী চীঙ্বাংমাদা
পাউজেল্ পাউরো ঙাইহুনা
তাঙম্জববু ওইরবদি —
পুন্সি মরা তা-নবা
থৌনি ফম্লেল্ ওইসনু ॥
সনা তাঙ্গা লূপা তাঙ্গা থাহুনা
পুন্সি নোংশাংনা লৈমিংববু
চহি কুমজা খূদীংগী
পাউজেল্ তা-নফম্ ওইসনু ॥
[2]থোঙ্ঙাক্ অশি থেল্
[3]মকোই নুংওল চীঙ্,

মেলপৃঙ থক্তা তেরা কাঙলংমৈ, 'থাঙ্গা উ পুন্সিববু শাংলক্লবগী মখিম থাঙগা মনিল নাইবনা তেরা কংলৈ মৈবু থাচিক্লবগীদমা পাথং য়োমলোই হৌ, নুরা য়ূমদাং শাংনা হোইরো হয়া লাউনা য়াম্লেক্লবগী অবাং লাইনা পাংমাদা উয়ুঙ উয়া'য়াওনা পাইখিয়ে। থাঙগা উনা লানখিয়ে। অদু নোংগীবু 'থাঙগা উরাল চীঙ' কৌয়ে।" (মর্তাঙ অসিবু লাইরিক অসিগী মথক্তা লমায় মশীং ৬০ ৬১ ফাওবগী মথাদা 'তাংগু লমলেল" লাইরিক্ত য়াওরিবা অদুদসু য়েংবীও, অরোয়বদুদা শেংনা পল্লি। মথক্তা শৈথারোল অসিগা "লাংগোলি চীঙগোয়রোল" লাইরিক্তা মায়বা মওঙদা য়াওরি।)

১। নুংপাল মনিল নাইবা=লুরাং শল্লাইনা খুন্দাফমগী মনুং চনবা লমদম, অমসু ওইরিবা। ২। থোঙঙাক অশি থেল, মকোই .. =শিখিরবা থরায় ওইবশিংনা মকম অসিদা থেক্লরদুনা (পোথাদুনা) তাইবঙ মপোক্তা, হনসি হনঙমদা, থম্মোয় নুংওয়া য়াখিবনা ফে-ফে লাউনা থাঙ্নফম্ ওইরিবা চীঙ্।

৩। মকোই নুংওল চীঙ্=অশিবগী মপূক্লীংবু থোঙঙাক লাইরেম্বীনা নুংথঙনহন্দুনা (তাইবঙ রাখল কাউহন্দুনা) রায়েল থোদাফম ওইরিবা (লাংগোল) চীঙ; শিরবদা শাদৈ ঙাইরি মচা মঙনচিংবা লৈহৌরিবা হায়বা কাউহনবা চীঙ্।

খমন্নুং মীংস্না তানা লূক্নফ চাঁউ,
য়াবা ফেবে লাউনা ফম্নাঙ চাঁউ;
মুন্না মশাইকোল্বু থোঙ্শঙবী
খমন্নুং কিকোই মুংঙনবী
'লাংগোল্ লৈমা' কৌবসি
কোরৌ ওসিদগী হৌনা॥"

অস্নুম্না মীংস্না ঈরা চেন্না তেংথারক্লগা লাইনিংথৌ পাইখোম্বা সনা কোম্নুংদা হল্লক্লে।

চৈথাবা থৌনাউজম লোকথূগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৬৩; খৃঃ গী ১৬৭০; শকাব্দঃ ১৫৯২ শুবা অসিদা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী সনা পূক্নীংদা মশানৌ মরাম চনু (ইংঙাল্লে) ওইবীবু মতম খূদীং খল্লরোই কৌবদা ওমদে: অকাও পরৈ লৈজনা মুংশি ইখৌ লাং, মীংকুপ খূদীং শংশঙ মাঙদা উ, খল্লু খূদীং কাষমা মৈচাক ফং, মুংশি পস্থুংফমদি খঙদা, মুংওল পেন্নকমস্থু অমা লৈতা, মরূ লেলফু য়াওদ্রবা পামেনগুম, লাইজ ফংদ্রবা লেমলৈগুম ওইরদুনা মুংঙাইবা কৌবা লৈতা, অরা পোথাফম খঙদনা সনা পূক্নীংদা ঈহাওদা হাঙ্—তবও মালং ওইদুনা লেল্লকপবু, নোং কোরৌ নোংজা অমদি থংলেল মশাবী লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী খোমলেল মঙলাল-চান্দা ইবেম্মা মরাম চনু ইংঙাল্লে লাংগোল লৈমা ওইবীনা লেঙলক্নুনা—

" লাইনিংথৌ!

অরিগীদমক্তা সনা পূক্নীংদা য়াবীবনো?"
মরম অতুগীদমক্তা য়াবীগনু।
সনা ফম্বাল্ লাংনবা
নিংথৌয়োল্ পুয়াদা থা-নবা
পাম্নমা য়াম্বল্ তৌবীও;
মাম্নবা ঈহুল্ কন্বমান্নি।

ননাও ঐনা শাংলুবস্তু
সনা পূক্লীং থুংনবা
লম্জীং থৌগল্ তেংবাঙ্জগে
ইপোক্ ঈথুপ্ মরৈ তম্মুবনে।
ননাওনা নীংশিংজবা মরমসে
থৌশীন্ থৌরাঙ্দবা তৌবীগন্নু;
পিবা নাউদা কাংফদে।
লাইনিংথৌনা সনা ফম্বাল্ তোংনবা
খুজীন্ থৌরাঙ্বু নোংদম্বীদ্রবদি
নচা নগু পুম্বস্তু
চাদা নাউদা সোয়গদৌবে:
মরম অসিদদি তৌবীগন্নু।
লাইনিংথৌগী সনা ফম্বাল্ মুমিত্তা
ননাও ঐস্তু লাক্চদ্নুনা
সনা ফম্বাল্ থেম্‌নৌনা
মেন লৈকৎপা ওইজনিয়ে।
অরা মৈশা লাংনা
চাক্লা খাঙ্দুনা লৈবীবা
করম্না য়েংদ্নুনা লৈশিগে
ননাওস্তু লৈঙম্ খাঙ্ঙম্লক্কে।।"

অস্তুম হায়না মশাবী নিংথৌগী মকাইফমদা মীৎসাজরা চেন্না খোমলেল মঙ্ফাওনরমদুনা মুংশি কোল্লোয়নরম্লগা ইবেম্মা ইংগাল্লে লাংগোল্ লৈমদি অস্তুম শাস্তু পখিরে।

লাইনিংথৌ পাইখোম্বা খোমলেল মিকপ থোরকুনা লৈ। মশানৌ ইংগাল্লেনা তাক্লম্বা মঙলানবু থল্লরগা অমুক অহোয়নদুম হেন্না রাঙমখরে। মতুং মুমিং অমদা মৈতৈলোন্ লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী খোমলেল মঙলান্

চান্দস্থ, অদুগা মশানৌ ব্রাংগোল নিংথৌ তোনশেন ঙম্বগী মণ্ডাল-চান্দস্থ মবুথৌ পাখংবনা পাউতাক পাউজেল অমা পাংখক অমত্তা ওইনা তাক্লময়ে। খোমলেল মংলালচান অদুবু ময়াম্বুং নিংথৌগী মফম-লাংদা পাউদমজগে হায়দূনা অয়ুক অঙনবদা ঈন্ধ্র মায় তারগা, মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বনা মৈতিংঙ্গী সনা নাক্তা চঙ্লকয়ে।

মৈতিংঙ্ নিংথৌবেলনা মনাও ইবুংঙোবু শকউবদা, খোমলেল মণ্ডলাল-চানগী ব্রাখন্দুনা লৈরম্বদগী মনাওবু মুংশি চান্না কৌবীরকয়ে; "ইশানৌ ব্রাংগোল নিংথৌ! লাউ চঙলক-ও। ইয়াম্বদা করি হায়নিংবা থৌ লৈবরা? করি ব্রাবু তানসিগে? হায়য়ু ইয়াম্বদা।"

"য়াম্বুং নিংথৌ! ননাওনা সনা খূয়াখাদা খুরুমজরিয়ে। মঙ্লাল অমতা পাউদমজগে, সনা খূয়া খাদা লাকচরিবনি।"

"কদায়, ব্রাংগোল নিংথৌ! কমদৌবা হায়য়ু? ইনাও ইবুংঙোগী মণ্ডলাল অদু য়াম্না চঙখোন্না তাজনীংবা ইনাওগী মণ্ডলালনে; হায়য়ু কদায়?"

"য়াম্বুং নিংথৌ! ঙসি অহীংগী মণ্ডলাল অসি অয়োল-অরাল পূম্বদি ননাও খঙজদববু ঙাকপীগনি। হংগৎতবা য়াদবগী সনা খূয়া-খাদা ননাওনা হংগৎচরিবনে। ইপুথৌ তুবী পাখংবনা লেঙলক্লুনা ননাওবু কৌথোক্লগা হায়বীরকয়ে, 'তোনশেন ঙম্বা! নয়াম্বুং নিংথৌগী শরী ব্রাশক কায়দূনা পল্লেল ইমা মশক খঙহন্দরে। তোনশেন ঙম্বা! নঙনা [1]ফুজরু শঙলেল-মুংদা [2]সনা লীফক থারগা, নিংথৌগী ফিরোয় ফিঙাম শুনা থাদুনা ঐগী লৈথেং লৈরাং তম্না ঐবু পূরুম লৈপায়জো-ও। নবুথৌ ঐনা নপারী ওইনা শাংঙমগে। নয়াম্বং নিংথৌদি মাগী শরী ব্রাশক হক্পনা লীপূনশবনিনা,

১। ফুজরু শঙলেল-নুংদা—মপাংগন্না সু-নোংম্বা ঙমজদ্রবা খোঙতেক খূৎতেকপা নচিংবা শঙ অসিদা কারিগা খুং-শাগী থুম্মুক তাইরুকচিংবা পন্না, লীনা লোনবা, শাবা লোয়শঙ অমগী মন্নুংদা।

২। সনা লীফক-লুব্রাং তৌনা শাবা ফক, চরাই ফক।

নাউদা ঈকাংহনখরে।' অসিবু তাকপীরম্লগা অতুম মাঙথোকখ্রে।"

"চুময়ে ইশানৌ ব্রাংগোল নিংথৌ। ইয়াম্বনা মবম পুম্বা নফম লাংদা ব্রায়থ্রবা অতুনি। য়াম্বসু ইপুথৌগী নোংদম অমা মঙতুনা, মতুগী ব্রাখন্দুনা লৈরমম্লিবা .অসিনি। মঙলাল অতুদা ইপুথৌনা লেঙলক্তুনা ব্রা কৌবসু ঙাঙদে। লীরুঙ অমগা তেনবী-য়াইওইবা অমগা য়াম্বদা পীনবী। য়াম্বনা পুরককসু হন্ন মক্তা য়েংবীদে। ইপুথৌদি অশুম-লেঙথোকখ্রগা পামেল লাংকুপলে মখোঙ, খুমন পুঙগী লোন্নবা চৈরক্তা থৌদ, নংঙপাক-থক অমদা কন্নদেঙতুনা ব্রা কৌবদা ঙাঙবা লৈতনা ত মিন্না লৈখিদো মতুদা নয়াম্বা ঐসু খোমলেল মিকপ অতম থোকলে। ইশানৌ ইচী-ইনাওগী মঙলাল অসিগী অশেঙবা মরোলদি শঙলেল মপূ নোংদম্বা মায়চৌ অনীগী মকাইফমদা পুহং-পাউহংজরগা খঙ লগনিযে। অহন অনীবু কৌখত্তুনা হংলসি। ইশানৌনা নোংদম্বা অনীগী মরাল-য়ায়দগী খরা কৌখৎলুও" হায়না মশানৌ তোনশেনঙম্ববু থৌশীরক্তুনা কৌখৎলুরবদা, নোংদম্বা অহল অনীসু নোংদম্বা শঙলেন্দা ব্রায়থংলবতুনা খোমলেল মঙলাল-চানগী মরমসু পাউদমতুনা হংজেয়ে।

নোংদম্বা মরু মচা থেংগ্রানা পাউথুম্লকয়ে, — "লাইনিংথৌ! তাকপীম্লিবা লীরুঙ, তেন অনী অসিগী মরমদি মীরোল অমগী তুংদা থোক্লগদবব ফাকপনি। ননাও ইবুংঙোগী মঙলালচান অসিদি ননাও ইবুংঙোসু ননাও ঈবেম্মা থমত্ররনি। হংগৎলিবা মরম অসিদি লাইনিংথৌগী সনা পুক্নীংদা অমা থোক্না ব্রাখল তৌবীবনা ফগত্রা হায়না খনজেয়ে।"

"খঙজরে মরু মচা, মরম পম্বা" "অতুগা মরু নোংদম্বা অহনগীনা খজদোকপীরা? মরম অতুসু তাজনীংয়ে?"

"লাইনিংথৌ! মরম অসিদি থোইনা অমক হংগৎচনীংঙাই লৈজদে। অতুগা তৌবীগদবদি থুৎলৈদদি খরা থ না থৌবুবীবনা ফগনি। নপারী নাউবা ওইমল্লগা সনা পুক্নীংদা অরাবা থোক্কনিয়ে।"

"খওজরে মরু। লৈপাক্লা নীংবা থুংমবা মরম অত্থু খৌ পূজনবা তৌজন্নগে" অস্থুম হায়না খোমলেল মওলাল চানগী থৌথোকপু লেপ্পন্রে। "মৈতিংঙ, লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অন্নৌবা [1]তাল্লোয় শমা থিল্লুনা সনা ফম্বাল তোংবা তারে" হায়না ময়ম লৈপাক প.ম্বনা তানা খওনখিরে।

চৈথাবা হৈস্নাম তেনবগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৬৪; খৃঃ গী ১৬৭১; শকাব্দঃ ১৫৯৩ শুবদা হাওবম চন পোংজেল 'খোম্বীবু' লৈমরেল ফমথোল হাপ্পবা কালেন থাগী তরা-নীথোইনি পানবদা লুহোং-লকয়ে।। ইঙা থা তরা তরেৎনিদা ময়াংলৈমা কৈশাম চন তাংখোম্বী চওখিয়ে। থব্বান থাদা লাংমাইজিং চীঙ লৈকিনথৈয়ে। মেরা থাদা নাউ-শোমচা পুখ্রনবনচিংনা ঙৌবা শনলান্দা কৈ অহুম ফাই। অমদি নাম্থোক-খিয়ে।

## ফম্বাল মেন তোংবা

লাংবঃচক্কী কুমশীং ৪৭৭৩; চৈথাবা থোদাম খোঙজোম্বগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৬৫; খৃঃ গী ১৬৭২; শকাব্দঃ ১৫৯৪ শুবা কুম অসিদা অঙম্বা তরক্লা থৌশীন-থৌবুনা নোংদম শওলেন্দা মুমিং থা অচঙ আথোক য়াইফ মুমিৎ প.ঙফম য়েংলে। লোইদাম কালেল থাগী নিলমাং থাহৌ হুমনি পানবা কোরৌ লৈপাকপোকপা থব্রানমিচাক থয়ায়না পানবা মুমিংতা য়াইফবা প.ঙফম ওইরহুনা মৈতিংঙ লাইনিংথৌ পাই-খোম্বনা কংলা মেন ফম্বাল তোংনবা পোইরৈ লৈপাক শীন্না লৈকায় পম্থাং য়ৈ, শগোল পাউজেল থাদনা ফম্বাল পাউজেলবু তাহল-থওহল্লে। অঙম অথৌ, লৈপাক মীয়ামশিং ঙমনা খোঙগা-নরক্লুনা সনা কংলা মপ.ঙ য়ায়দা চীরু-চায়না ঙমদনা থেল্লরে।

অঙম্বা তরক্লা লুচিং থৌ পুত্থুনা [2]লৈপাক নোংথৌ তুবা উয়ুঙগী

১। তাল্লোয়—মতু, নূপী, পুন্সিগী অক্ষ-ফওা হীরম কয়ামৃক্তা পুক্ষচেল-খোইজেল অমত্তা ওইনা নুংশি চান্নবা তাথোক তাশীল ঙোহুনা লোইনরীবী নূপী।
২। লৈপাক নিংথৌ তুবা উয়ুঙগী—মেন ভরুংগী।

থক্কা, থাংগৎতুনা, কংলৈ শঙবা পিবানা সনা ফম্বাল মেন তোংনবা [১]অমাই অনপ লৌশীন্না, য়োইরেল খাবী লেংনা তিন্দুনা অশৈ খোলফাং লাংনা রাঙব খৌবুনবা, শিন্তারুবা নাইদনা মা-মাগী মরম খঙনা খৌবু নোংদম পুনরক্লে। কংলা মেন শুরুংবু চোয়নৌ ফম্বাল লাংদা লেঙশীন্দুনা ফম-দেঙগদবগী ফিজঙগী মখাদা লাইনিংথৌ পাইখোম্বগা, মদাইবেম ইবেম্মা হাওবম চনু পোংলেলখোম্বীগা অনীনা লেঙশীন্দুনা লৈ। মতম অদুদা শঙলেল মপু নোংদম্বা মাইচৌনা লাইমিং লাইশোন তমতুনা, অঙম্বা তরাক্লা নুংকেং (মুংজেং) পাংতগী নোংঞ্রং শরী নামুং ইরাফমদগী ঈশায়ফু তরাক পায়দনা লাইজ ঈশিং ঈসোক্লুবগা থক্তা লাইজ ঈহৈদুনা নিংথৌ লৈমা অনীনা ঈরা শান্দেংলে।

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ কুরু (মরু) গী চকলেল তহূমগী খ্বাঙলী মাঙদা লাইখল তানা, চরৈবু কোনখাঙ ফুরীৎ, চারী নীঙখম, চরৈ ফি লৈরুম নমথাং থোনজীল্লে। কোক্তুগা তাঙজ লিনগী কোকলেল মানবা অকরুবা মচু মমেন তরেৎ শুবা কোকথোল লুহূপকী তুংদা নোংলৈশং, উরী-শেক্, চোম্নাংনা শাবা শমজীরৈ, লুবেল লাইচাউ চিলশিল্লে। ইবেম্মা হাওবম চনু পোংলেল খোম্বীসু চবৈ কুমশং ফনেক, কাব্রং কানোক খ্বাঙদা শেংচিন্দুনা খ্বাঙলী ফানা লীফানা চবৈ কোনখাঙ ফুরীৎ অঙাঙবা থোললে। খুৎশি নাতি, লীককোয় লীকফাঙ, ঙক্তা শিজিললে। লুরেল লাইজাউ, উরীসেক্ হাপ্পা লুতোল শম্নাঙ কোয়ফারে। ফিকেৎ নমথাং লেংকাই থাউওন য়ান্দুনা লাইনিংথৌগা, য়েৎকা-ওয়গা কায়দনা কংলৈ [২]মেল্ চোয়নৌ সনা ফম্বাল লাংদা লেঙখত্তুনা ইবেম্মা হাওবম চনু পোংলেল খোম্বীনা ওয়দা ফম্বাল লাংনা লৈমরেল ফমথোল তরেৎ কাবীবু হাপলে।

---

১। অমাই অনপ লৌশীন্না, য়োইরেল খাবী লেংবা তিন্না—মাইবনা ম্যাইবগী, মাই-বীনা মাইবীগী, পেনানা পেনাগী ম্যা-মাম্নী হৌনবা মথেংশিং শীন লাঙ্তুনা।

২। মেল— মপা মপু অপোকপগী হৌফম শাংফম

নোংদম্ব। মায়চৌনা কংলা নৃঙংকোৎপীবু তাক্কুনা কোল্লোয় মিং-হুল তমলে। মতম অসিদা কোরী থরাওচি খোং, চোও সেকপিল খাল, অশায় অশম্না য়েৎথাও ওয়থাও, সেনথক-সেনখা, কাওহায়-হুমাই থৌগল্লে। অমাই লাকলৌ শীন্না অশৈ খোলফাং লেংনা নিন্না থেম-নৌনা লৈশী লৈথোন্দুনা কৎলে। খোঙরায় মতম্ভু কোরৌ হুমিৎন। য়ুথক খানবা য়োরক্কবদা; মৈতিংঙ, লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মদাইরেম মরাম চন, ইংঙাল্লৈ লাংগোল লৈমাবু কায়না মৈশা লাংনা নীংশিংলক্কুনা সনা ফম্বাল লাংনা মশানৌনা লৈখিবা মায়কৈ তম্না মায়ওন্দুনা ফম্বাললোল লীরোল ওইনা শৈশক-লকলে, —

"চীঙদা শাৎপা ইংঙাল্লৈ।
নোংলেল্ শঙদা থারম্মী
শীংঙ্ঙেল' লৈরাং তোম্শাৎপী
লৈরাংগী মরাকৃম্ভু শাম্দনা
চিন্নদনা কেন্খিবী—
কল্লকৃঈ - দে।।
অরাং লম্দা হেল্লীবা
লোইবী চীঙশাঙ মনিংথৌবা।
মশাই কোন্দা শাৎলম্বী
শীঙঙেল্ লৈরাং নহাকৃপু
ঈরাল্ য়ায়্দা থারগা
পাখঙগী তোলোক্ থকৃতাবু
লৈথেৎ লৈরাং ওকঁঙমগে
নিংথৌনা রাখল্ তৌহ্না
আ পুরকৃই, পুরকৃই — দে।
লৈরাং মান্বী ইংঙাল্লৈ!
লৈরাংবু ওইবী নহাকৃপু

কংলানা মোংবী ঈরাল্-য়ায়্
নোংলেন্ শঙদা থাবদি
মালংনা ঈহূল কনবনা
আ তান্খিরে, আ তান্খিরে,

এঃ এঃ— দে ॥

লৈরাং মানা কেনবদি
শীঙ্ঙেলগী মরাক্সু শাঙ্খিদে,
লৈবাংগী লৈখোক্সু লোমখিদে;
মালংনা ঈহূল্ কন্বনা
মনুংগী মতম চাদনা
আ—কেন্বনি আ—কেন্বনি,

ঈঃ ঈ; দে ॥

মালংবা ঐস্সু কৈদৌদে,
শীঙ্ঙেল্না লৈহৌ রক্পদা
লোইবী য়াংগেল্ লকৃতাবু
লৈরাংনা শাংঙম্ লক্পনা
শীঙ্ঙেল্গী লৈখোক্'পু লোম্দ্রিঙৈ
মনুংগী মতম্সু চাদ্রিঙৈ
মালংগী ঈহূল্ কন্বনা
আ - কেন্খরে, আ—কেন্খরে

এঃ এঃ দে ॥"

অসুম্না হায়দ্না মৈতিংঙ্, লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মদাইরেম্ মরাম চন্ ওইবীবু শৈশক শেংহৌনা শেথাবগা, ফম্বাল লৈকুম্নকপা মতমদা— অশৈবা রাইখোম লমহিংনা লীরোল অসি হন্না শৈরাউ শৈশক খোলফাং লাংতুনা লাইনিংথৌ ফম্বাল লৈকুমদ্না সনা সঙ্গায়লেন্দা লেঙ্শীনখি ! সনা ফম্বাল তোংবা কুম অসিদা মনাও ইবুংঙো তোনাশেন ওম্বা খয়োইবেল ঙাংবম চন্ ঙাইখোং ওম্বী ইবেম্মবু ল্হোংলক্নুনা লৌরে।
চৈথাবা খুমুকচম য়োলচাগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৬৬; খৃঃ গী ১৬৭৩; শকাব্দঃ ১৫৯৫ ওবা কুম অসি হৌখীরে।

চৈথাবা লৌক্রাকপম পাইরোংগী কুম; নোংদা পাখংবগী লাই কুমশীং ১৬৬৮; খৃঃ ১৬৭৫; শকাব্দঃ ১৫৯৭ শুবা অসিদা ইংতেল থাদা ময়াম্বুং তাংখোম্বা নোংগাখ্রে।

চৈথাবা চনম্বম শামুরোক্কী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭০; খৃঃ গী ১৬৭৭; শকাব্দঃ ১৫৯৯ শুবা অসিগী মেরা থাদা মনাও ইবুংঙো লাংতে ঙম্বম্ব শুগুদা লোই থাই। য়াইস্কুল লাকপা ললহাং ঙম্বগা নহারুপ লাকপা লংমাইথেম লাংমৈগা ...না লুচিংহনা নোংফৌগী ফৌ য়েম্থোকপা চংয়ে।

চৈথাবা খ্বাংথৈময়ুম লোনতাইগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭১; খৃঃ গী ১৬৭৮; শকাব্দ: ১৬০০ শুবা কালেনগী শগোলশেন মুমিক্তা কশাগী ফরা লাইয়ুম শঙ কায়য়ে। ইত্তা থাদা মোইরাংথেমচা, শগোলশেনবা হঞ্জবা লরাংনা চিংহনা মুংকোন্দা লাল নাইয়ে। লাল ঙমহনা মী ৩০ ফাইরে।



## নাউবা লাংওন তম্বা

চৈথাবা শোয়বম খম্বগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭২; খৃঃ গী ১৬৭৯; শকাব্দঃ ১৬০১ শুবা মৈতিংঙ লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা সনা ফম্বাল তোংবা মতুং নোংমা নোংমা হৌজিল্লকপনা কুমজা

"চৈথারোল কুম্বাবা" কৌবা (লাইরেল্লাকপম ময়ুম ইবুংঙোহল সিংহনা অহানবা ইং ১৯৬৭ তা ফোঙবা) লাইরিক্তদা মৈতিংঙ পাইখোম্বনা ফম্বাল তোংবা অমদি মৈতৈ লৈমা পোংলেল খোম্বীনা ফম্বাল তোংবা অমসুং লুহোংবগী মরমদা মতম পীদুনা অসুম্না লাইরিক্কী লামায় ৩৪ শুবদা য়াওরি। মথুদি :— 'চৈথাবা ভাংলোম লমথাগী কুম, শকাব্দ: ১৫৮৮ শুবগী য়াকচিং থা ৫নি ইরাইদা মৈতিংঙ পাইখোম্বনা ফম্বাল কাইএ।" হায়না য়াওরি। লামায় ৩৫ শুবদনা "কৈশাম লংমাইগী কুম; শক ১৫৯০ দা শজিফু থা ৫ নি। ইরাইদা হাওবম চনু পোংলেল খোম্বী ফম্বাল কায়এ। লাঃ ৩৬ শুবগীদা হৈস্নাম তোনবগী কুম্ শক ১৫৯৩ থা ১০ নি শগোলশেন্দা মৈতৈ লৈমা পোংলেলখোম্বী লুহোংএ" হায়না অসুম্না য়াওরি।। হাওবম চনু পোংলেখোম্বী মৈতৈ লৈমা হায়রিবা অসি পাইখোম্বা নিংথৌগী লৈমনি। হায়না লুহোংলগা (লোয়গা) মতুংদা ফম্বাল তোংবা তোনয়কপবু 'চৈথারোল কুম্বাবা" কৌবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মতম অসিদি মথক্ মখা ওন্ন-তৈনবা লান্নবা ওইফম থোকই।

তন্নাক লানখিত্লুনা, তবেৎ শুবক্লবা ফাওবা ইবেম্মশিং অসিবু [১]নাউদারকপা অমত্তা লৈখিদবে। মতম অসিদা মৈতিংঙু লাইনিংখোম্বগী সনা পুক্লীংদা খল্ল-খল্লরগা কোরৌ নোংম-নোংমগী অন্না হকশোং লাংনা চিংনবা পবৈ কয়া ওইশিল্লক্লে। "কবমনো! ঐনা লঙজখিবদগী ইনাও ইবেম্মা অসি ফাওবা মপারী মমোম অমত্তা ঙসি ফাও [২]ফয়রক্তবা অসিবো অশুম্মক ফংলবোইদৌববা! অত্তুবু ইশানৌ ইবুংঙোগী খোমলেল মঙলান-চান্দম্নু ইবুধৌনা তাকপীত্লুনা পাউদমখি। অদূগা শঙলেন মপূ নোংদম্বা মায়চৌ অনীনম্নু তাকপীবদগী ইনাওগীদমক রাখন্দুনা ঐনা ফম্বাল তোংত্লুনা লৈমরোল ফমথোল তবেং হাপ্পিবনি। অসিদা ঐনা করি অমুক খুজীল থৌবাওবা থৌশীনবা রাক্তুনা ইনাওগী ইচা ফংজ্রিবরা।" হায়না রাখল তৌত্লুনা [৩]তম্পাক য়মদগী নোংদম্বা মাযচৌ অনীব কৌখত্তুনা নোংদম্বা শঙলেন্দা অমরক হননা মবম অত্তুগীদমক্তা চিংনবা লৈবা খৈবীকপু পুহং-পাউহংজে।

মরু নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বা খোনাং তাবনা হংগংলি,—"মৈতিংঙু সনা ইবুংঙোগী সনা পূক্লীংবু নূংনাংবীগনো। নবুথৌবু তাইবঙলেনদা থোকওমগদবগী ঙাইওমদনা ঙাইত্লুনা লৈঙম্লবনে। মসিদা থোকওমদবা অসিদি লাইনিংথৌগা, ননাও ইবুংঙোগা অনীনা নবুথৌবু [৪]চাজা অনৈবু য়ুকৌবীদবনা তাইবঙ শাওন থোকওমদবা চঙঙমদবনে।"

মতুদা মরু মচা থেংগ্রানা ব্রা মথা তানা মৈতিংঙুগী মফমদ হংগৎলকয়ে; – "লাইনিংথৌ! হন্দক নবুথৌগী [৫]লাংওন অসিদি হায়দনা

১। নাউদারক্তবা=অঙাং পোক্লক্তবা। ২। ফয়রক্তবা=(অঙাং) পোক্লক্তবা।
৩। তম্পাক য়ুম=লৈমগী মপাম, পণ্ডিতশিংগী ময়ুম।
৪। চাজা অনৈ য়ুকৌবা=শনখোম, চাকহাওগী চেঙ মকুপ হৈ মনম নাইবা হৈক্কাং (লাফাই) নে, চুহি, খোইহি (ভোত্তুনা তিন্দুনা ইরাং থৌরম তৌদুনা পীজ পীথকপা। ৫। লাংওন=মপোক অমা ওন্না পোকপা।
মৈতিংঙু তুবী চন্নাইলোংবা শকাব্দ: ১৫৯৫ ইঙা থাদা নিাথেন চন্নাইলোংবা পোকন্নে" হায়না চৈথারোল কুম্বা লাইন্নিক্তা য়াওরি। মতমদি মথক্কীসিগা খন্না শোয়নবা লৈন্নে।

থাজবা লাংওন নগ্তেয়ে; উদ্রিবা মখৈদি থাজবীররোইয়ে। অভৌবা, অখণ্ড-বতনা খণ্ড্দূনা থাজগদবা মপোক লাংওননে। অদুগা পল্লেম মমা পোকমাবী শাবীদি ননাও ইবেম্মা ব্রাংগোল লৈমা খয়োয়রোল ঙাংবম চনু ঙাইখোং ঙস্বীবু পল্লেম পোকমাবী শাহনবীয়; সোয়ফদনা নাউরা অসি তানফংজ-গনিয়ে। নোংদম্বা মরুনা তাকপীখিবা চাজা অনৈ য়ুকৌজরবদি মতম অসিদা ইবেম্মা লৈমরোল ফমথোল তরেৎ কাবীদি য়াওহনবীগনো। নবুথৌ লাংওন্না [1]নাউরা অংগো অংগা পাল্লবা মতমদা ইবেম্মবু লেঙ্শীনবা য়াগনি, কায়দেয়ে, ইবেম্মদি য়োকচবী নাউরোইবীনে। পোকচবীদি ননাও ইবেম্মা ঙাংবম চনূনা পোকচবীনে” অস্তুম হ য়না মায়চৌ অনীশী নোং-দম চীনগোয়দগী না তারবদা, ফূজরু শঙলেল লৈংনূ মথক্তা শঙলেল অহনবা অমা মৈতিংঙ লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা অপনবা লৈতনা উরুং পুরেন্দা খঙহন্দুনা থ্না শারে।

অদু নোংগী য়ুকৌ পোৎলম মণীং শুনা লাঙ্লাবগা [৩]সনা লীফক লুরাং নোংফং তৌনা ফকনেল মরাক ময়ুঙ্ মান্নবা অমা চূম য়ৈনা শাদুনা থমখরে। কমেংনা শাবা খাঙশেৎ, নমথাং, তোলোক, নিংথৌবী ফিরোল শাইচোলবা, লৈথেং লৈরাং, লুরাং তৌ মতোল তরেৎ, লৈরাং থম্বাল অঙাঙবা লৈনা চাম্ম-নীপাল পানবা, থৌদূ নুঙ অঙাঙবা থাম্না সনা লীফক মথক্তা থারে। মোলখাং চাকহাওগী চেঙ অকুপ্পা, হৈফাং ওমপোৎ, শলখোম, চুহি, খোইহিনচিংবা চাইরেল পুখম অমদা নৈত্নুনা থীৎতুনা থমলে। পোইরৈতোন চাকহাওগী চেঙ চাইরেল পুখম অমদা হাপ্লগা, ওমপোৎ হৈফাং চঙ্ থোকপা অমগা, কা, মনা হৈ মনম নাইবা হাপ্তুনা সনা তাঙ্গা লূপা তাঙ্গ। থাদুনা মরু মচা থেংগ্রানা থৌরাঙ পুম্বা লোইরে। অদুগা মচা মনাও শকপা লাংগোল লুখোই শঙলেল শঙবরু থাদূনা শঙলেলদগী নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বু পাউ তাক্তুনা কৌরুরবদা মরু নোংদম্বা লৌবেম্বস্থু লেঙলক্তুনা পুরুম ফম্বাল লাংলরে।

---

১। নাউরা অংগো অংগা=অঙাং নীপা নীপী।

মনাও ইবেম্মা খয়োইরোল ঙাংবম চনু ঙাইখোং ঙম্নীসু মফম অতুদা চঙশীল্লক্কু না থৌনিগদবগী মক নোংদম্বগী নাক্তা ফম্বাল লাংহুনা লৈরবে। মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বগা মনাও ইবুংঙো তোনশেন-ঙম্বগা মচী-মনাওনা শঙলেলগী মপান-লাংদা লৈররে। মরু মচা থেংগ্রাগা লুখোই শঙলেল শঙবগা অনীনা মরু লৌবেম্বা খোংনাং তাবগী তুংঙইননা ফম্লহুনা মরুবু থৌগন্দুনা, মরুগী পাউতাক ঙাইহুনা লৈনখ্রে।

নোংদম্বা মক লৌরেম্বনা ফাংখোঙ মরীমক্তা থুবাক অতুম্লক হন্না খু, চীন চুপ্তুনা থেম-নৌনা কৌরগা চাইরেল পুখম অথেলপোৎ ময়াদা সনা কোনয়ায় অমুক পায়বগা লাইমিং কোল্লোয় শক-শোন্না তাইহুনা থমলে অতুগা লৈকৎ-লৈহুল তমতুনা পুকুম্লবগা যেংখিবদা, নোংদম্বা মরু লৌবেম্বা অহন্না নাউব্রা লাংওনগদবা খোইয়ুম লাইবু শকউরে। মরু নোংদম্বগী মীৎ-লোং অনীমা উইশিন্না লীক লৌদুনা হীরী তোংদম ফাননা সনা লীফক মথক্তগী মিংলেল মিংখেগা লোয়ননা তক্তনা চিংলক্লে। লীক মরু অমা পায়দুনা মরু ১০৮ (চাম্ম-নীপান, লক্ হেক শুবা মতমদা খোইয়ুম মাদি সনা লীফক মথক্তগী লৈটীলগুম নোংফাইগুম থোরক্তুনা মনাও ইবেম্মা থৌনিজরিবী ঙাইখোং ঙম্বীগী লৱাই কোয়বেল তম, ফাংতোক্লা য়াঙলম খায়না চঙখিতুনা কুম্লক্লগা পম্লেমগী শীন য়োমনুংদা লৈখিবে। খুদক অতুদা ইবেম্মা ঙাইখোং ঙম্বীবু মালেম লৈমায় থক্তা উপ্পা তুথখিবে। খুদক অতুদা মরু নোংদম্বা লৌরেম্বসু মীৎলাং অনীমা হেক পাঙথোরক্লে। মতম অতুদা লাংগোল লুখোইনা মনাও ইবেম্মবু মালেম লৈমায় থক্তগী কোনথংলগা মক নোংদম্বগী নাক্তা ফমহন্নলে। মতুং অতুদা নোংদম্বা অহল লৌরেম্বনা মৈতিংঙু পাইখোম্বগী মফমদা হংগৎলি- "লাইনিংথৌ! মতমসি হাক্লা পংকুক্ত কুইররোইদমানে। ননাও ইবেম্মা কোরৌ নোংমা নীনি অসিদা ৱাংগোল শঙকুম্বা য়ারক্লগনিয়ে" হায়না পুরুম লৈপায়বা লোয়নবদা; লেঙশীনখরে।

লাংবম থাদা খোংঙাই কৈরোইদগী হৌনা ফৈয়েং ফাওবা লম-শেময়ে। লমতা থাদা ছুই ঙাওহনা মীশিং চীক্তুনা শি। লম্বী খোংবাল শেম্বা লোই। লমতা থাদা তুরেল অমনবা শেম্বা লোইয়ে।

---

## মৈতিংঙু তুবী চরাইলোংবা পোকপা

চৈথাবা হৈস্নাম কীয়াম্বগী কুম; নোংদা লমই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৩; খৃঃ ১৬৮০, শকাব্দঃ ১৬০২ গুবা কুম অসিগী লোইদাম শক্লীফু থাগী নোংমা পানবা কুমজা লাকয়েল লাংদাই শৈহৌ থাংজ নুমিত্তা মরু নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বনা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী সনা থাদা হংগংয়ে — "লাইনিংথৌ! ঙসি কোরৌসিদি ননাও ইবেম্মা কুম-থা গুরল্লবনা [1]রাংগোল শঙগুম্বা নুমিৎ ওইরে। অহীংগী য়ুথক খানবা মতমদা মপারী লাংওন থোকঙমগদৌরিয়ে"

মরুগী পাউতাকখোল তারগা থৌরম পূম্বা শীল লাঙদূনা মনাও ইবেম্মসু ফুজরু শঙলেল-নুংদা রাংগোল শঙৎমলে। মায়চৌ নোংদম্বা অহলগী থৌগল খাজংনা লাংগোল লুখোইস্নু হৈনা তুংইন্দুনা লঙলেলদা থৌরম পূম্বা য়েংহুনা লৈমিন্নখি। মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনে, মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বনে, ইবেম্মা ফমথোল তারেৎ কাবী পোংলেল খোম্বীনচিংবস্নু রাংগোল শঙলেলগী মপাল-লাংদা থৌশীন-থৌরাঙদুনা লৈনরি।

মতম অহুদা নোংদম্বা মরু লৌরেম্বনা অহীংগী লোইদাম্ন য়ুথক হেক খনবা মতমদা মনাও ইবেম্মা ঙাইখোং ঙম্বীবু সনা ফকলেল ময়াদা খুক্উ শল-শানা কুল্মা লৈহন্দুনা লাইনিংথৌবু মিংগৌহন্দুনা মিংছুল মিংলেল তম্লক্লে। মিংছুল মিংলেল থাকৌনা ওম্বা হেক অরোয়বগী রাংলেল মীংকূপ অহুদা ইবেম্মা ঙাইখোং ঙম্বীবু উপ্পা তুথখিরে। মনিংশা নাহুয় ইপোম

---

১। রাংগোল শঙ = চাবোকশঙ।

ইহুল চাউরপ্না ফুয়না হে'ন্দুনা "হুঁম-হা," হায়না অরা পোথাহুনা মনিংশা হোন্দোরক্কে তৌবদা, পল্লেম মমাগী শীনয়োম-হুংদগী—"নাউরা অঙাং" অমবু য়াঙ্‌লেম খায়না তাইবঙ্ মপাল-লাংদা চোংথোরক্লুনা সনা লীফক মথক্তা পারী নাউরা শকহেনববু অংকো নাউয়াল ফানা তাইবঙ শাফোঙনা "হুঙা'' হায়না মীকপ্পনা লোংনা তাহুনা লৈররে। মতম অহুদা মরু মচা থেংগ্রোগা, মপারী শক্লবা লাংগোল লুখোইগা অনীনা চঙ্‌শীল্লক্লুনা ইবেম্মা ঙাইথোং ওম্বীবু খয়ায় পায়কন্নহুনা লৈরম্মী।

ইবেম্মা লৈপাক্কী মমা শকপী লৈমরেল ফমথোক্ল কাবী পোংলেল খোম্বীনা মপারী নাউরাগী হুঁংঙা মীকপখোল না তারকলেঁ। মতাঙ অহুদা রাংগোল শঙলেলহুংদা ইবেম্মা পোংলেল খোম্বানা লেঙশীল্লক্লুনা সনা লীফক মথক্তা লোংনা য়াতাহুনা লৈরিবা "নাউরা'' অহুবু সনা খুৎনা ফৈবম্ননা পমখৎ-লহুনা মফম অহুদগী মপাল-লাংদা থৃনা য়াঙনা পুথোরক্লগা লৈপাক নোংথৌ তূবা ফম্বাল উয়ুঙ মখোঙগী অরাং কৌরু পাংনা, ওইদা পুঙগীনা চীঙখৈ পাংবা, নুঙকোইপীগীনা নোংচুপ হারম, য়াবীরোক্কীনা চৈরক অহাঙবদা লৈবা পুঙ অমগী মথক্তা ইবেম্মনা লেঙশীন্দুনা ফয়্নগা মায়ওল লাংগোল মুরা নিংথৌগী উকোললোমদা ওল্লহুনা খোঙ অনীমা ভিংথোক্লা লৈরগা, মপারী হুংজানববু ফৈবম্নহুনা 'মরাম চনু লাইরেম্বী ইংগাল্লে লাংগোল লৈমা''বু খুঁংলাম তোয়না কৌরহুনা মীৎস্না লকা অনীমক্তা লাইজ পিরাং শিন্হুনা তেংথাজরকয়ে;

"অরাং লমদা হেল্লীবা  
মনিংথৌগী মমোম্ লোই,  
কংলৈ নোংলেল্ শঙদা  
সনা খুৎনা থারম্মী!  
করি মরাল লৈদুনা  
শীঙ্‌ঙেল্ নঙ্‌বু কেন্‌খিবনো ?  
লৈরাংবু মরাক্ শামদবী  
মতাঙ্ চারে লাক্ওম্লো।

ইমাগী নপারী নাউব্রাবু
নাউয়োক্ নাউকোল্ তম্বীবা
খোঙ্ব্রায় মতম ওইগুম্লে।
পল্লেম্ নঙ্বু নত্তুনা
নাউবা অংগো অসিবু
খোমলাং কনানবু ইন্গদগে?
পল্লেম্ নঙ্বু থোক্ঙম্তুনা
লাক্লো নপারীবু খুৎশীন্নজগে॥"

অসুম হায়দুনা মীৎস্না পিরাং শিন্থনা কল্লদুনা খুৎলাম তোয়না কৌরক্লে। ইবেম্মা লৈপাক্‌। মমা ওইবী পোংলেল খোম্বীগী নুংশি তেংথা নাওইনা মীকপ মীরাওখোলবু না তাবদা; ইবেম্মা লাংগোল লৈমনা লৈঙম-খাঙ্ঙম্লক্রতুনা ইবেম্মা পোংলেল খোম্বীগী লকা-নুংদা সনা ফম্বাল লাংলরতুনা মপারী নাউয়োক-নাউকোন্নবগী-দমক্তা খোম্লাং ওইনা নোং-দম্লতুনা পীনরক্লে! খোইয়ুমগী নোংদমখোল লেপ্পা ফংলতুনা পোংলেল খোম্বী ইবেম্মদি হৈজীঙ হৈগূল ফারবা তাউজিং হৈরাঙখোয় হৈগুল্লবা লাইজ খোমলাংবু খোমলাং চাইজী ঈহৌরক্লবদা; থংবাক ঙানফমদা খুমলিবা চরৈ থাখুম মচীবু হাং, তাইবঙ মউ শারেপ তান্নবা নাউব্রানা চানবা থোইনা হাউবা চীন্দম হৈবু পল্লেম মমা ওইবীনা নুংশি থৌজাল মায়য়োক্লনা মপারী নাউব্রা তনৌববু চেৎন চান্নদি থাদা কোন, খোমলাং থীকলেল মায়য়োক্লনা খোবোম থন্না তাল্লূক চীন চন্না লৈখিরমগ্লে।

লৈপাক্কী মমা ওইরিবী ইবেম্মা পোংলেল খোম্বীনা তৌখিবা মওং মতোবু মশাবী মৈভিংঙ্ পাইখোম্বনা শকউবদা অহোয়নদুম গুরুতুনা ইবেম্মনা চৎখিবা খোঙগুল লীরক্লনা সনা খোঙলেঙথোরকপা অতুদা তৌরমলিবা থূজীন থৌরাঙবু উবদা সনা পূক্লীংদা রাংলেল মীৎকুপ খরদঙ্ ওক্চা-নতুনা ইবেম্মগী মওং মতৌ য়েংলতুনা লৈ। মতম অতুদা নোংদম্বা মরু মায়চৌ অহল গুনীনা মনাও ইবেম্মা ঙাইখোংঙম্বী, মনাও ইবুংঙো তোনশেন

ঙম্বা, মায়নৌ মচা লাংগোল লুখোইনচিংবা মফম অহুদা ঙম্না লাক্কুনা ইবেম্মা পোংলেলখোম্বীনা মপারীগী খোম্নাং ইন্দুনা লৈরম্ববু মীৎলাং থীৎনা য়েংলহুনা ব্রাংলেল ঙাইহাক লৈরগা মায়চৌ নোংদম্বা লৌরেম্বনা লৈমা মতৌ উরবগা হংগৎলকয়ে;— "অঙকপনিদা লাইনিংথৌ ! খোইয়ুম লাইগী ব্রায়েল নোংদমখোল: চাঁঙঙুবা মাগী থৌশীন মথৌরাঙ হায়-বসি ওইথোক্তববু ওইথোবকপা. সোয়ফদবা মপোক হায়বহু ওইববোরে। চাঁঙঙু মাগী নোংদম্না খোইয়ুম লাংওন শংশঙবনি। মনাও ইবেম্মা চাপোকপী; নাউকনবীনা লৌরেম্বা, খেংগ্রা, লুখোই নাউয়েংবী। লাইনিংথৌ পাইখোম্বা, মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্বা শমু মীকোক তরেৎনা নাউব্রা মাবু পোকঙম্বা অসিদা, শীংথা-নবদা য়াওব্রবী অমনা মপারী কৈদা সোয়-ঙামখিগদগে হায়দুনা খোম্নাং মায়োক্লরিদা। নুংশিদা !" অসি হায়রম্লগা মরু লৌবেম্বা তুমিন্না লৈখিয়ে।

মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মহুদা পাউহংজেয়ে, 'মরু নোংদম্বা ! পাউতাক অসিবু ঐদি ওন্থোক্লা ঙক্লা খোকখ্রেদা? শীংথা-নবদা য়াওদ্রিবী মোমনু নুজা কনানা নাউব্রা মাবু খোম্নাং মায়োক্লরিবনো?"

"লাইরেল মৈতিংঙু পোহবৈ লৈকোয় ফম্বা-ও। মবম অসি হায়-নরনুশি, সনা পূক্লীং ব্রানবনি।" অম্মুম হায়না মৈতিংঙুগী মফমদা হং-গৎলি। মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি মরু নোংদম্বগী ব্রাফম অসিনা তাকুবগা সনা পূক্লীংদা কাউঙমদ্রবী মরাম চনু ইংঙাল্লে লাংগোল লৈমাবু হেক নীংশিংলক্কুনা মীৎম্না পিরাং লাইজ ইহৌরক, থম্মোয় লবা নুংদা অহোয়নহুম নুংওন মৈশা লাংলক্কুনা "খঙজরে মরু ! মরম পূম্বা। কাও ঙমদ্রবী মাগী ব্রাখন্না পুন্সিগী অরোয়বা মতম ঙাইরবা, ব্রারেপ থমদবা পাইখোম্বা ঐনি" হায়রম্লগা মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি মীৎম্না ইবা চেন্না নুংশি কায়না মৈচাবখোম্না লকানুংদা থুক থুক লাউনা থুম্মাংলক্কুম্না সনা শঙগায়মনুংদা লেঙশীনখিরে।

মতূং অদুদা মনাও ইবুংঙো তোনশেনঙম্বা, মনাও ইবেম্মা ঙাই-খোং ঙম্বী অনীনা ইবেম্মা লৈপাক্কী মমা ওইবী হাওবম চনূ পোংলেল খোম্বীবু থেম-নৌদুনা সনা শঙ্গায় তম্না পুশিনখিরে। অস্নম ত্তোরবগা নোংদম্বা মরু অনীসু মরাল-যায়দা খোঙ্গ্ মখরে। লাংগোল লুখোইনা মরু নোংদম্বগী মথাথং পুদুনা শঙলেন্দা হঞ্জিল্লক্‌না নোংদম শঙলেল, কাই-বীরোল শঙলেল অনীবু শঙদূনা খৈখিয়ে।

---

## বংমোনশিং খুম্থোকপা

চৈথাবা শাইরোম মায়মুগী কুম: নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৫, খৃ: গী ১৬৮১; শকাব্দ: ১৬০৩ অসিদা প্রয়াগতগী মৈতৈ লৈপাক্তা ব্রহ্মচারি বিষ্ণুরামনা ময়াং হৈবোক চনূ পাননায়ে, মাগী ঐদি ব্রহ্মচারি ময়ূমনে। ব্রহ্মচারি চক্রবর্তিনা মতুগা লোয়ননা থোরকয়ে। মাগী ঈসু ব্রহ্মচাবি ময়ূমনে। মুগুধগরগী জয় কৃষ্ণ গোবক্ত্না লৈশাংখোং চনূ পাননায়ে। মাগী ঈদি হৈককসি ময়ূমনে। মকুন্দ কৌবা অমশু গুজরাট তগী থোরকয়ে। মাগী ঈদি বাচস্পতি ময়ূম কৌয়ে। অসিদা লোয়নারকপা তখেন্দগী গোনোক স্নরল, বলরাম মচীন মনাও অনীমা থোরবয়ে। স্নবননা খিন্নুংগৈ চনূ পাননাদুনা কোঙয়াম্বা পোকয়ে। কোঙয়াম্বনা মোইরাংথেম চনূ হাওবী পান্নদুনা মেঘরাম পোকয়ে। কোনোক কোঙয়াম্বনা শিরবদা মোইরাংথেম চনূবু শিজগুরুময়ূম খুইব সিদ্ধান্তনা লৌখিয়ে। মচাশু

"চৈথারোল কুম্বা" লাইরিক্তা মৈতিংঙ্ তুবী চরাইলোংবনা পোকখিবা মতম্ অদুম্মা য়াওরিবদি— 'খুমুকচম য়োনচানা চৈথাবা কুম: শক ১৫৯৫ শুবা ইঙা থা ৫নি পানবা থাংজ নুমিত্তা নিংথেম চরাইলোংবা পোকয়ে" হায়না অফোঙবদা য়াওরি। লাইরিক্সিদনা "চৈথাবা হৈক্সাম কীয়াম্বগী কুম শকাব্দঃ ১৬০২, লেইদাম পজীফু থাগী নোংমা পানবদা মৈতিংঙ্ তুবী চরাইলোংবা পোকয়ে" হায়রি। অদু ওইরবদি চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরিবা চরাইলোংবা পোকপা "মতম অসিগদি চাশন্নদুনা য়েংবদা চহি ৬/৭ লোম পোকপা মতম শোয়নমনা উয়ে। অনী অনিগী মমুংদা অমদি লাল্লগনি।

মচানি হায়না ম্বাদুনা লৌশীনখিরে। মচাগী মমিংদি মেঘরাম কৌয়ে। মাগী শীজগুরু মযুমদা চঙখিরে। কোনোক বলরামনা ানশোনবী কৈ চনু মুবী পান্নদুনা প্রেমানন্দ পোকয়ে। প্রেমানন্দনা বাচস্পতি ময়ুম চনুবু পান্নদুনা মচা নীপা অমা পোকয়ে। প্রেমানন্দনা শিববদা মতু বাচস্পতি ময়ুম চনু অরীবম শগোললাই লাৎপমনা লম থোক্না লৌখয়ে। মচাস্মু লৌখবে; মাগী ঈদি অবীবমদা চঙখিরে। নন্দগ্রামদগী মতিরাম ধোকীস্মু থোবকয়ে। মাগী ঈদি ব্রহ্মপূর তাবা অঙোম'লাই লাৎপা গুরু ময়ুমনে।

— —

## নাউরা মিংছুল তম্বা

চৈথাবা লাংতনবম ময়াংগী কুম; নেংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৫, খৃঃ গী ১৬৮১; শকাব্দঃ ১৬০৪। মৈতিংঙু নিংথৌরেল লাইনিংথৌ পাইখোম্বদি মদাইবেম মরাম চনুগী মুংশি কায়না মৈচাক ম্বাখন্না হীপ-ফম, চাফম, থকফম খঙলক্তনা কোবৌ নোংমা নোংমগী থম্মোয় লকাবু থুম হৎলক্তুনা মুংঙাফম খঙদনা সনা হকচাং ঈরকনে। মতুংদা মৈতিংঙু পাই-খোম্বনা মনাও ইবুংঙো তোনশেন ঙম্ববু পাদুনা নোংদম্বা মায়চৌ লৌরেম্বা, থেংগ্রা অনীবু মরাল-য়ায়দগী কৌখৎলুদুনা মচা ইবুংঙোগী নংপোক ময়ি, অফ-ফত্তা খেল-চাংবু য়েংহল্লে।

মতুংদা মরু মচা থেংগ্রানা হংগৎলে;- "লাইনিংথৌ! নচা ইবুংঙোদি থোইঘুম লাইগী মপোক সংসঙবা মওয়রে। হন্দক অসি লাইনিংথৌনা নচা ইবংঙো অসিগী মপোক মম্বিবু ইদ য়েংদনা লৈরম্বসি নচা ইবুংঙোগী খোঙনা য়াইফবা অমনে। নচা ইবুংঙোনা চৎলিবা মপালগী চৎলমগা, মপোক্তা কবি অমতা হোংনবা, লান্নবা লৈতোয়। হৌমিন-কামিন্নবা মরেং-মমান্নবশিংগা শান্নরে, মানা মীপোক থোংনা লুচিংবা মওয়বা হঙ্জিল্লক-পদা কংলা মেল শঙদা ফাওগৎলক্লগা চাংদম পুঙগী অন্নাং পাংব; খুঁমম পুঙগীনা খা মৈরম পাংবদা থাবিবা থৌতু নুঙফাল অসিদা কোরৌ শীংবুম খুদীং নচা ইবুংঙো অসিনা হেক হেক ফমদেঙলিবা অদিদি নবুথৌ পুম্বনা ফম্নবম্বা থৌতু নুঙফাননে। অতু নোংগীদমক্তা অকাউবা, চিংনবা লৈতনা ফমদেংলিবনে। নচা ইবুংঙো অসিগী মতীক নঙালনা লৈপাক অসিগী ম্বহে

নশিন হৈবশিংবু মীবৈপাক লাননা কোললোয় মমিং ফাওনা চৎপা ওই-গদৌরিয়ে। মঙালনা থ্.মহৎতনা লৈপাক্কী অহৈ অশিং পূম্ববু শিন্তাক-পিবা, চৎলম লূত্তিন সেম্বা মশক অমা ওইগদৌরিয়ে। হৌজিক নচা ইবুং-ঙোগী চহি কুমজা অহূম শুবক্লে। মবম অসি কায়দনা কোল্লোয় মমিং অমতনা মশক অহূমদা মিংহুন্দুনা নচা ইবুংঙোগী কোল্লোয় মিংহুলবীয়ু। অদুগা নচা ইবুংঙোগী মিংহুল মিংলেল তম্বদি নোংদম্বা মরু অহনবু তমহন-বীবনা য়াইফবা ওইগনিয়ে।"

মরু মচাগী মরা তাবদা মৈতিংঙু পাইখোম্বনা হায়জৈয়ে,— "মরু মচানা তাকপীবা মবম পূম্বসু তাজরে; খঙ্জবে। পারী নাউরা মিংহুল তম্বা অসিবু মরুনা নোংদম্বীতুনা থোনবীবা পামজৈয়ে।"

নোংদম্বা মরু লৌবম্বনা হংগৎয়ে,— "লাইনিংথৌ! নচা ইবুং-ঙোনা তাইবঙপান ফাওবা অসি 'তৌনা শাবা ফক' মথক্তা লোংনা তাতুনা পোকঙম্-থোকঙমখিবনিদো। অতুনদি নবুথৌ খোইয়ুম লাইরকচন্দা লুরাং নোংফং তৌনা শাবা ফক অসিবু লাংব-চক অসিদা 'সনা লীফক' হায়না কৌয়ে। খুম্বুং চক্তা নবুথৌ তাঙতা লাংঙন পাখঙ্বা কোনসৌরেন্না মচা ইবুংঙো সেন্দ্রেং নিংথৌ অপামববু পোকহৈদা থাখিবদা তৌরাং ফক্কী মমিংবু 'চরাই' কৌয়ে। হন্দক নচা ইবুংঙো অসি মতম অতুদা পোক খিবা সেন্দ্রেং অপাম্বা হায়বসি নবুথৌ খাবা তাউরোইনাইগী লাংওল অহূম-শুবা মতমদা কৌনবা ফক্কী কোল্লোয মমিংনে। হন্দক লাংব-চক্কী নবুথৌ নোংদা লাইরেল পাখংবনা চক মরী অসিগী মন্নুংদা 'পাখংবা' হায়না লাংওল্লকপা কোল্লোয মিংলেল অসিসু অহূম্নক শুবা লাংওলগী মথং লেংনা শমথবা নাউদা ওইবা নচা ইবুংঙোনি। মরম অসিনা খুম্বুং চক্কী নবুথৌনা ফমখিবা তৌরাং ফক্কী মিংলেলবু লৌতুনা হন্দক নচা ইবুংঙোনা ফমখিবা ফক অসিবু 'চরাই ফকলেল' কৌনসি। চরাই ফকলেলগী মথক্তা লোংনা তাতুনা পোকঙমখিবনি খঙ্নবা রাংগোল শঙগী থোক্লখিবা থোঙবুসু 'চরাই থোঙ' (চিরাই থোঙ, কৌনসি। নচা ইবুংঙোবু পল্লেম মমা

ইবেম্মনা খোমলাং ইল্লবা মফম অসিমাস্ম চরাই খোময়িন পূঙ' কৌনসি। কোরৌ নুমিৎ খূদীংগী নচা ইবুংঙোন। ফমজবা থৌদ্, নূঙ পাক অসিবুস্ম 'চরাই নূঙফাল' কোল্লোয়নবসে। মিংলেল মরম অসিনা মিংলেল অমদগী মিংলেল অহূম্না অমা লেপ্পা হায়বা মিংহুলবু মসিনা ওইঙমগব্রা ? লাই-নিংথৌ ! মিংলেল অসিদি মঙানা অমনে, অনীদগী অহূমনি, অহূম্মক্লা অমনে।" চৈথাবা য়াংঙম্বম কোয়'রংগী কুম; নোংদা লাইবেল পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৬; খৃঃ গী ১৬৮৩, শকাব্দঃ ১৬০৫ অসিদা মচা ইবুংঙোগী চহি অহূম মপূঙনি। থাজনবা চহি মবী চঙবদা মিংহুল ক্ষমহুনা মপোক লাং-ওল ময়িবু য়েংহুনা মচা ইবুংঙোবু "তুবী চবাইলোংবা" হায়না কোল্লোয় মিংহুল তমলে।

চৈথাবা য়াংঙম্বম কোইরেম্বগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৬, খৃঃ গী ১৬৮৩, শকাব্দ. ১৬০৫ শজিফু থাদা শঙগায় য়ুমজাও শাইয়ে। তন্না লোনজাই লাল নায়রে. নান্দি খোম্মাবেংনচিংনা লান্দা মী ৩৬ ফারকয়ে। কালেল থাদা য়ুমজাও হোঙয়ে। ইঙা থা থাংজ নোংমা পানবদা ইবুংঙো লাংতেঙম্বা শিয়ে। লাংবন থাদা কৈশামচা লাইরেল লাকপা থিংকোনচিংনা ময়াংদগী শামু লাবা পবনসিংগা অমোম প্রতিকাগা অনীমা ওকযে। ময়াং মুপী অমশু থোবকয়ে। নিংথৌ নাবদা থ্ংলৈয়ে। মংশাম-কৈদা নিংথেমনা থম্চেংশুং চুগজাকস্নুং চানৈয়ে। মৈতিংঙু পাইখোম্বনা নামফৌ নাই ঙমযে। পোইনু থাদা নাওসোমচা পুখ্রনবনা অমরক হুন্না নামফৌগী ফৌ য়ৈবা চংযে। লোয়শঙ্ খূদীং হিয়াং থোকয়ে। ব্লাকচিং থাদা লোকলাওপ্ঙগী থিংঙেল তৌফাংয়ে। থা অনী লৈনায়ে। কুম অসিদা সোমসোক লাল নাবা চংলি। অতুদা খুৎসু খুঁৎলাই য়াম্না খোম-লকয়ে। মৈতিংঙুনা অবানবা চংপা, হুরান চীথি তৌবশীংবু চৈরাক য়াম্না কনহুনা মীহাৎ মীপুন ফাওবা তৌয়ে।

চৈথাবা কৈশাম লনহাংগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৭, খৃঃ গী ১৬৮৪, শকাব্দঃ ১৬০৬ অসিগী শজিবু থাদগী

হৌনা কালেন থানে অনীমাদা মৈতিংঙুগী সনা য়াথং মতূং ইন্না হুইত্রোনবা আরোকসিনা লুচিংহুনা লৈপাক মীয়াম চঙনা নাকা তুরেল থিংয়ে। অহুগা তুরেল মরীল তন্না তৌয়ে। লাংবন থাদা লোনতাই খুন লাল নাইয়ে। লান্দা মী ১৫ ফারকয়ে। ইরোম লোইনাই ভাশিংবগা, লুক্রাম মোনসাম্বগা অঙম্বা অনীমানা লুচিংহুনা লৈপাক পুন্নমাগী লু তৌয়ে। সনা লুপা ফংলকপদি নিংথেমদা কৎলৈয়ে। সেনচাও পুখমদি কোরি তান্দুনা শাং অঙাংবনা তোমান পুঙজাও শাইয়ে। শাং অঙাংবনা লুচিংহুনা সোমসোক লাল নাসে হৌয়ে। খাম্রন ব্রানশঙ শাবম্সু থোরকয়ে। নাউসোমচা পুথ্রনবনা মুরা থেম্বদগী উনিংথৌগী হিয়াং হিরের্ল অমা শারগা পুথোরকয়ে। কবো খারি পুন্নমা কৌথোক্তুনা লুপা থাঙ, ফুরিৎ, লুহুপ, সেকপিল পীনৈয়ে। পোইমু থাদগী ১০নি পানবা থাংজদা সোমসোক লাল নাগে তৌবগী ব্রা তান্নগে হায়দুনা চীঙকোল চীঙদা নোংমৈ পান্দমলিঙৈদা কংলা শঙগায় য়ুমজাও মৈ হৌহুনা তোকয়ে। ব্রাকচিং থাদা মী হাক্লা কিনৈয়ে। কৈথেল কাবা কিনৈয়ে। নিংথি সনা খোনবসুং কুম অনী শীংয়ে। থা অহুদা ইনথ্রেন নাহুন শাবসুং উশাবা খুল্লাকপসুং শামু শেনবা হিদংসুং, সৌপাম পুন্সিসুং অহূম্মানা খারিদা শামু ফাবা চঙখিয়ে। সনা হাক্তক অসিদা থোং চেকনা শাবা হৌয়ে। পাচা হনজবনে লুপলাকপা পুন্নমক হাপয়ে।

চৈথাবা ভাংলোম পুলসিগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৭৮; খৃঃ গী ১৬৮৫; শকাব্দঃ ১৬০৭ অসিদা মৈতিংঙু পাইখোম্বা পোইরৈ খুনখোম্বা তায়ম নাইখোম্বা লাইরেল সনা মহাকথক অসিদা মবুথৌ মৈতিংঙু নাউফংবনা পাল্লকপদগী হৌনা নিংথৌ মরোল ৩৯ (কুম্ভ্রা-মাপন) গুরবা ফাওবা চকপা সেংব্রাইশিংনা মনীং মখা তন্না লম হেল্লক্তুনা লৈরকপনা খূদুম চনবা ঙমদনা মতম শাংনা লৈরকই। অসিবু চকপা লাম্থেংনহুনা সেংব্রাই নমথগে হায়না লাইরেল মৈতিংঙু পাইখোম্বনা শাউখিহুনা পাম্বোমগী পাংগন্না পোইরৈ মৈতৈ পুন্না হুপ, ব্রাংঙম পাক্লা

তাইনা সনা খোঙলেঙনা চকপা সেংবাই খলপোক মপুঙ য়ায়বু ঈন্ন। কুপ্প-গুম্না ঈকোয় কোয়শীল্লগা ময়ূম মৈ থানা হুয়েল লান্দাবদদি চকপশিং কয়ামা শি, পুমচায় চাই, লালচেল মাঙ্ওইনববু চকপা লালচিংবগা, হৈখোম্বগা, কেনেঙবগা, কেহাম্বগা মরীমরুচিংনা লান্দা মী ১০০ (চাম্মা) ফাঈয়ে। চকপা খুনগং পুম্নমাবু খোমগৎতুনা থোবাল কৈবুংদা থূল তাহল্লে।

চৈথাবা নোংপোকপম খোম্বগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮১, খৃঃ গী ১৬৮৮; শকাব্দঃ ১৬০৮ অসিদা ইঙা থাদা হরোম লোনমাই ঙাশিংবনা চিংনা অহল্লপ্না থংথিন লাল নাহয়ে। লান্দ্রা মী ২০ ফারকয়ে। থবান থাদা তোকপা খুন শন হুববু কৈরোইনা কোয়রে হায়তুনা নিংথেম চত্তুনা লাল তানয়ে। লান্দা মী অরুম ফাইয়ে। কোম্না শিং চনবনা ফারকয়ে। লাংবন থাদা খা কৈথেলগী নঙ তুইয়ে। থা অসদা লমলোংকে শঙবা অনীন ফৌ হুবম্বা ফংতুনা হাংনয়ে। কবোদগী শানু লমশাসুং মনমদা য়োৎপী য়ৈশন্দুনা শিখিয়ে। মেরা থাদা পাম্হোহবাগা শঙ নম্বোলবা শাবা হৌয়ে। তন্না লোইশিল্লে। হিয়াংগৈ থাদা হিজমচা নোংথোলবনা চিংতুনা ওকসু লাল নাবা চৎয়ে। য়ৌদনা হল্লকয়ে। থা অত্তুদা তাংখুল কানাই হিংচাববু অহোঙগৈ চংনোংদা হাৎনৈয়ে। নিংথেমগী নোংনিংখোই তেকয়ে। লমতা থাদা সনা শঙগায়রেল শাবা হৌয়ে।

চৈথাবা চনম্বম চাউবগী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮০, খৃঃ গী ১৬৮৭; শকাব্দ: ১৬০৯ অসগী কালেন থাদা লৌক্রাকপম পোরৌনা চোথেদগী হি ইখাই চাইবা শাতুনা চিংথোরকয়ে। ইয়ু লূরাংদা কৈ অমা ফাইয়ে। কৈরাং থোং অমা লুরাং শংবমদা হনন্নু অনীমা কেনা চীক্তুনা শিয়ে। ইঙা; ইংঙেল থা অনীমাদা পুকশ্রিনা ফৌ অয়াম্বা চায়য়ে। কুম অত্তু চাক তাঙলময়ে। অত্তুদা অশোন অনা খেবীকপু নিংথেম পাহখোম্বনা সনাথোঙ মমাঙদা ফমদুনা ফৌ য়েনবায়ে থবান থাদা মৈতৈংঙ থাঙ্গদা ঙা চাবা কুময়ে। লেনতাই নিংথৌ লংমৈশোনবা হাৎনৈয়ে। মেরা থাদা

লাংগোন্দগী কৈ ৮ চনয়ে। মঙানি সৌকাবনা ফাইয়ে। ৩ নি কৈশুমদা ফাইয়ে। পোইন্নু থাদা মৈতিংগু নিংথেম পাইখোম্বনা কৈথেল থোক্কুনা কৈ অহুম শীজ নিংথেমমুবী য়াওনা থিনবিয়ে। ব্রাকচিং থাদা লোইরম কৈশঙ, য়ুমশঙ, খূনচা নাইজ খাক্তনা নীপা ৫১৪ না চেকফু ১৪ তরা-মরী) লিংহন্দুনা চেক য়িকয়ে। চেকশিং অহুনা সনা শঙগায়নচিংবা উত্রা য়ুমথোল শানৈ। তননা হান্নগী লৈরম্বা অমনবা চেকশিং শীদোকয়ে। থা অহুম চুপ্পা চেক শাইয়ে। লমতা থাগী ১৭নি পানবা শগোলশেন্দা উত্রা শঙগায় শাবা হৌয়ে।

চৈথাবা ব্রাংখৈরাকপম খোঙচোম্বগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮১; খৃঃ গী ১২৮৮; শকাব্দঃ ১৬১০ অসিগী থব্রান থাগী ১৪ নি লৈপাকপোকপদা নিংথৌজম চনু থোইবীবু মংশারাকপদা পীনৈয়ে। থা অসি শগোল্স মরাই তাইয়ে হিয়াংগৈগী ১৭নি পানবা লৈপাকপোক পদা পাউনম হিদেন্দা লাংরেল অমনা ফৈহুনা ঈশিং থিংগৎলে ফাইরেল থাদা শগোনশেনবা হঞ্জবা লুব্রাংবনচিংবনা নোংথৌ লার্ল লুময়ে। খোই-ফুরাংনচিংবা লান্দা লাম্মী ১৪ ফারকয়ে।

চৈথাবা থৌগ্রাইজম কোইরেঙগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮২; খৃঃ গী ১৬৮৯; শকাব্দ ১৬১১ অসিগী শজীবু থাদা মফম কয়াদা লাল নাইয়ে। লালদি মহৌগী খোইরুব্রাংনে; ব্রোকফুন কৈয়াংলেলনে, লোনতাইগী চামপরেংনে অহ্মনচিংবা লান্দা ১২ ফারকয়ে। ফাইরেল থাদা সৌক্রাকপম পোরৌনা ময়াং শা ওকপা চৎয়ে। অহুগী মতুংদা তম্পাক লাইস্নুং, ফৌকৈ, *সংলাংমৈ, লংশঙ, অচানবা লোয়শঙ, তোলাইরোই লোয়শঙ, শামুশঙ, শঙ তরেৎমা মৈ হৌয়ে। লমতা থাদা নিংথেম পাইখোম্বা শীজগা লোয়নন থাদা ভাথিবা চৎয়ে।

চৈথাবা লৌক্রাকপম মুবগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮৩; খৃঃ গী ১৬৯০; শকাব্দঃ ১৬১২ গী শজিফু থা, থা অহল থাংজদা

---

*সংলাংমৈ =নিংথৌগী ফি শেৎনবা শঙ।

মৈতিংঙ্‌ পাইখোম্বা খা ঙাথিবা থ্‌ংলৈয়ে। ২৯নি পানবা নিংথৌকা-বদা শগোলশেম্বা হঞ্জবা লুব্রাংনচিংহনা অনান, নানফৌ, মৱৈ পুং, শাগাং খুনগং মরীমাবু চাক তাঙ্‌লমহনা চাক পাঁজগে হায়না থেমথৈয়ে। তননা লান্দা ১৫০ ফাহৌয়ে। নাকপ্‌না ঈহাবাইদা থময়ে। ইঙেল থাগী ৬নি পানবা নিংথৌকাবদা নাউশোমচা শেলুংবন' চিংনা নোংফৌ লম্বী ফাংয়ে। হিয়াংগৈ থা মরীনি পানবা লংমাইচিংদা হিজমচা নোংথোলবগা, নাউ-বেমচা পুখ্রনবগা অনীমানা চিংনহনা নোংফৌদা ফৌ যৈবা চংয়ে। ১১নি লংমাইজিং নুমিত্তা থুংলৈয়ে। ১৩নি লংমাইজিংদা চেক ঈরাংয়ে। ২৪নি নিংথৌকাবদা মুখোঙ শাবা হৌয়ে। ব্রাকচিং থা লংমাইজিংনা হলয়ে। ২০নি পানবা ঈরাইদা নোংফৌ, থোনলাং অশেবা লোয়শঙদা থম্ববু চেন-খিববু ফংয়ে। ফাইবেল থাদা নিংথেম, শীজ লোইনা নাইয়ে। নিংথেমদি কৈখোংদা ঙাথিয়ে। অহু মতুংদা নিংথেম, শীজ ইহাবাই নাকপ্‌পা পন-শাবা য়েংলুইয়ে। লমতা থা মঙানি পানবা নিংথৌকাবদা নিংথেম, শীজ লৈমতাক উরাং পাই য়ৌনা ঙাথিবা চংয়ে। ১৯নি লংমাইজিংদা থ্‌ংলৈয়ে।

চৈথাবা শনথাম লুকোক্কী কুম, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮৪; খৃ: গী ১৬৯১; শকাব্দ: ১৬১৩ শজিফু থা ১৬নি ঈরাইদা তখেন্দগী শামু থাংকোকপা লাবা অমগা, অমোম অমগা অনীমা পুথোক্লকয়ে। ১৭নি থাংজদা লোইনাই ঙাশিবনা চিংনা অহল্লূপ্পা মসেম খূন্দা লাল নাবা চংয়ে। য়ৌদনা হল্লকয়ে। কালেন থা ২২নি লৈপাকপোকপদা ওইনাম পাংঙারানা চিংনা নহারূপ্পা লাল চংয়ে। থৱান থা ১৭নি পানবা ঈরাইদা নৌসোমচা লূব্রাং শেলুবনা চিংনা অৱাদগী শামু ওকপা চংয়ে। লাংবন থা ৫নি পানবা নিংথৌকাবদা নৌসোমচা লূব্রাংবনা অৱাদগী শামু অমোম অমা লাবা অমা ওকলুবা থুংলৈয়ে। ব্রাকচিং থাদা ওইনামচা শেলুংবগা, অচোইবা হঞ্জবা লূব্রাংগা অনীমানা লুচিংহনা শঙ তরামানা লাল চংয়ে। লমথোন, শগাং অনীমা লাল নাইয়ে। লালদা নৌসোম্বম পাংঙারা শিরকয়ে। লমতা থা ২৫নি শগোলশেন্দা কংলা শিয়ে। চৈথাবা হাওইবম অমুগী কুম, নোংদা

লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮৫, খৃঃ গী ১৬৯১; শকাব্দঃ ৬১৪ শজিফু থা ২নি শগোলশেন্দা কংলা শাবা হৌয়ে। কালেন থা ১৩নি পানবা লৈপাক-পোকপদা কংলা হোঙয়ে। মেরা থা ১২নি পানবা য়ুমশাকৈশদা মৈতিংঙু নিংথেম্ পাইখোম্বনা চিংনা লাম্মী তেংগোলগা লোয়ননা সোমসোকতা লাল নাবা চংয়ে। ২১নি ঈরাইদা মৈতৈ লৈমা পোংলেল খোম্বীনা মৈনম সোকমুবু নিংথেম পাইখোম্বদা শীয়ে। সেকমুদি কন্দোং লৈহেলনারকয়ে। মৈতিংঙুনা সেকমুবু কললে হায়দুনা মথৌ কোকপৌখিয়ে। হিয়াংগৈ থা ৯ নি পানবা লৈপাকপোকপদা মৈতিংঙু থংলৈরে। ৱাকচিং থাগী ৪নি পানবা লংমাইচিংদা নাউসোমচা পুথ্রনবগা, লংমাইথেমচা নাহাৱূপ লাক-পগা সোমসোক লাল নাবা চংয়ে। লাল ঙমতুনা লান্দা মী ১৫ ফারকয়ে। চঙ, থাঙ, নোংমৈ, পিয়োং, শগোলনা চিংবা লোক্লকয়ে। ফাইরেল থাদা অৱা লাল কারকয়ে হায়দুনা নৌসোমচা পুথ্রনবগা, লংমাইথেমচা নহাৱূপ লাকপগা অনীমানা লুচিংতুনা অৱা লাল তানবা চংয়ে। ১৫নি থাংজদা হাওবমচা কোইরেঙ্গম্বুং, লাইতোনচম তোরাম্বুং অনীমানা ইংথ মপান্দা শিরৌয়ে।

চৈথাবা কৈশাম শামুগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮৬; খৃঃ গী ১৬৯৩; শকাব্দঃ ১৬১৫ কালেন থাগী ১৪নি পানবা য়ুমশাকৈশ ঙুমিত্তা অঙৌ পানবা লমফেল ঙম্বনা লুচিংতুনা সোমসোকতা ফৌ য়েবা চংয়ে। তোরেৎ সেনজাও ঙমতুনা নূঙনা থোং শাতুনা লালয়ে। ফৌসু য়েরমতুনা মংশাগী নিংথেমগী কৈদা চল্লময়ে। লালদা মী অনী ফাইয়ে। শামুক. ইরোই লোক্লকয়ে। অরোকপা মঙাক্তা তননা পীনায়ে। থৱান থা থাংজনা হললে। ২৪নি নিংথৌকাব্দা পনতাগী উমংদগী উ য়াল্লে হায়-দূনা ফমদোবু য়োৎহিং চললে। মেরা থা ঈরাইনা হললে। ৮নি ঈরাইদা থোইদিংজমচা অমনা শল হূই হায়তুনা খমলাংবদা হাৎনায়ে। ৯নি পানবা থাংজদা খোংনামচা অমা চাখাবদা হাৎনৈয়ে। কুম অত্তুদা কৈনা মী হাকনা শোকয়ে। লাংবন থাদি লংমাইজিংনা হনয়ে। ৫নি শগোল-

শেনদা শীজ কৈথেল থানবী পোকয়ে। অচোইবা হঞ্জবা; থিয়াম কোংয়াম্বসুং অনীমা শিয়ে। পোইন্নু থাবু ব্রাকচিং থানে হায়দুনা ব্রাকচিং লৌতাই। ২৩নি লংমাইজিংদা কোংবা লৈনাইয়ে। নিংথেমগী হুলাই তেকয়ে। কোংবা লমলোং থাইশিবদা থংবিচারৌ অমা কৈনা চীক্কুনা শিয়ে ফাইরেল থাংগী থা অহল নোংমা পানবা শগোলশেন মুমিত্তা য়ুমজাও হৌয়ে। ফাইরেল লমতা শজিক থা অহম্মাদা থুমখোং চিংয়ে।

চৈথাবা নোংপোকপম লংলাইগী কুম. নোংদা লাইগী কুমশীং ১৬৮৭; খৃ: গী ১৬৯৪; শকাব্দঃ ৬১৬ শজিবু থাদা হঙ্গুন কৈশঙবনা ফিগে হুই হায়দুনা মপাদি ককচিংদা ঈরাৎনৈয়ে। মচাদি মনাতোল লেলগে। কালেল থা লংমাইজিংনা হনয়ে। ১৪নি থাংজদা নহারুপ লোয়শঙ্ মৈহৌই। ইংঙা থা নোং কাংদুনা লাই পুথিবা খোম কৎয়ে। লাংবন থা ঈরাইনা হনয়ে। ২১নি শগোলশেন্দা মৈতে লৈমা পোংলেকখোম্বী হি তোংয়। হিয়াংগৈ থাদি লৈপাকপোকপনা হনয়ে। নিনী পানবা য়ুমশাকৈশদা নিংথেম্নচিংনা হি তোংয়। হিয়াংগৈ থাদি লৈপাকপাবপনা হনয়ে। নিনী পানবা য়ুমশা কৈশদা নিংথেম্নচিংনা সোমসোক্কা ফৌ য়ৈবা চৎয়ে। লান্দা ৯ ফারকয়ে। শগোল অনী লোকলকয়ে। লাল চেন্নৈয়ে। ৮নি ঈরাইদা থংহৈয়ে।

চৈথাবা হাওবম মুংয়াম্বগী কুম; নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮৮; খৃ: গী ১৬৯৫; শকাব্দঃ ১৬১৭ কালেল থাগী ৭নি পানবা য়ুমশাকৈশদা ইতোক হাওখুন লাল নাবা সানয়ে। পারা কিয়াম্বা খোংঙাইবা তখেন্ নোংফৌ অমসুং অহম্মা লৌরোয়ে। ১২নি নিংথৌখাবদা ইতোক নাবা থুংলায়ে।

হিয়াংগৈগী ১৫নি পানবা য়ুমশাকৈশদা তাংখুন পোংবৌতোংবনা ইতোক মুপী অহুম ফারকয়ে থবানমিচাক মমৈ পানবসুং থোকয়ে। পোইন্নু থাগী ৮নি লংমাইচিংদা পোৎসেং। তুরেল চোংবনা শেঙ্গাও অচোয়বা হুই হায়দুনা মোংবা হনবদা হাৎনৈয়ে। লৈতানাথেম্বদি মখুৎ ককয়ে। লমতা থা ১৫নি শনবদা মৈতিংঙ্ পাইখোম্বা কৈনোদগী তম্না ঙাথিবা

লেগুয়ে। চাইরেল থাঙ্গা য়ৌয়ে। হিরমস্থু তৌয়ে। থিন্নুংগৈদা উয়ুমপোক য়ৌয়ে! ২৯নি ঈরাইদা সনা কোন্নুংদা থংলৈয়ে।

চৈথাবা য়েংখোইবা লাংমৈগী কুম। নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৮৯; খৃঃ গী ১৬৯৬: শকাব্দঃ ১৬১৮ শজিফু থাগী ১৩নি পানবা ঈরাইদা নৌসোম অরোইনা ইতোক হাওবু শরী সোন্নবা চংয়ে। লাংবন থাগী ২নি পানবা শগোলশেন্দা হিজমচা নোংথোলবনা নোংচুপ লমদা হিয়াং চিংবা চংয়ে। ১৭নি ঈরাইদা নিংথেম চরাইলোংবানা য়াইস্কুল লাক্লিগৈদা চোম্বা লানতিংতৌ খুললেন লাল নাইয়ে। লম তরেংতি নিংথেম চরাইলোংবনা ফাইয়ে। লমশিংবুদি হাওবম ময়োন ঙম্বনা ফায়য়ে। ২৪ নি পানবা ঈরাইদা থংলৈয়ে! মেরা থাগী ৬নি পানবা লৈপাক-পোকপদা ময়াম্বুং খাইরাকপা খোংজোম্বা শিয়ে! পোইন্নু থাগী ৭নি পানবা থাংজদা লৌরেম্বা শং খুবা হঙ্গবা, হুইদ্রোম্বা কৈরুঙবা অনীমানা লুচিংহুনা তখেন লাল তাবা চংয়ে। ১২নি পানবা শগোলশেন্দা তখেন নাতোং পাইনা চিংনা মী ১৬ ফারকয়ে। ২৫নি পানবা নিংথৌকাবদা ইহারাই নাকপ্পদগী অনান নানফোবু চাকপরৌগী মীনা লালজিংহুনা কবোরম চেনখিববু লৈয়ু শুংবনা ফারকয়ে। ফাইরেল থাগী ১নি পানবা থাংজে নুমিংতা লৈপাক্কী মমা ওইবী হাওবম চনু পোংলেন্নু খোম্বী নোংগাখিয়ে। ১৮নি পানবা য়ুমশাকৈশদা ইঙৌ শঙগা; ফিশা শঙগা অনীমা মৈ হৌহুনা চাকয়ে। শামু থংকোকপা থাদোক্তুনা য়ুমথৈ লাইদা চঙখিয়ে।

মৈতিংগু লাইনিংথৌ পাইখোম্বনা মীৎকুপ অমতা থাদোকপা লৈতা মচা ইবুংঙো চরাই লোংববু কয়ামুক মুংশি চান্না চহি কুমজা খরা লোয়-নহুনা চংলম লূতীন অয়াম্ববু নাউরা ওইনা খঙনবা চঙখোন্না তম্বীহুনা খঙহল-হৈহললে।ঃ

মৈতিংগু লাইনিংথৌ পাইখোম্বগী সনা পুক্লীংগী য়াখন্দা চিংনবা অমা লৈখিবনা কোরৌ নোংমা নোংমগী সনা হকচাংবু খঙহৌ-খঙহৌদনা কংশিন্নক্লে। মচা ইবুংঙোবু কংলৈ পুবা ময়ম তরেংকী থৌ পুবা ঙম্নবা

চঙখোম্না তম্বীহনা শিন্নরে। মচা ইবুংঙো তুবী চরাইলোংবনা য়েক্লবা তিংখং লৈতনা ময়ূম তরেংকী পিবা লুছিংবা ওইহনা লৈপাক মরা তপ্পা পাল্লক্লে।

মতম অসিদা পম্থৌ মপাবুং লাইনিং পাইখোম্বগী সনা হকচাংবু খুদোং থীনা ঈরক্লে। ছৈথাবা চনবম্ শোরাগী কুম্, নোংদা লাই পাখংবগী কুমশীং ১৬৯০; খৃঃ গী ১৬৯৭; শকাব্দঃ ১৬১৯ শুবদা পুলসি চহিবু ৪১ (নীফু মাথোই) শুরকপা মতমদা অল্লাং শরূ লূতোং লৈনা মরা লেলফু রায়রক্লবা, পুন্সি ঈরাল লৈনা লৈরাং মল্লাক্ শমজীল্লক্, শীগুঙেল লৈচূ ওনখিহনা ফম্বাল্ চহি ৩১ (কুম্ত্রা-মাথোই) গা থা অহূম; থাজনবা চহি ৩২ (কুম্ত্রা-নীথোই) চঙলকপা ফাওবা চূপনা পাল্লকপবু মতমগী অবোয়বা পাউজেল থুংলরহনা সনা পূক্লীংগী অরাবা পরৈ কোক্তুনা তাইবঙ্ পূন্সি মপোকপূ থাদোক্লম্লগা কোরৌ নোংগা লম্বী তানখরে।



---

নখৈ অমা ওইরে

---

মৈতিংগু পাইখোম্বা মনাও তোনশেন ঙম্বনা খয়োইরোল ঙাংবম চনু ঙাই-খোংঙম্বী পাম্নহনা ছৈথাবা ক্যাম্বগী কুম; শকাব্দ: ১৬০২; খৃ: গী ১৬৮০ গী শজিবু থাগী নোংমা পানবা থাংজ নূমিত্তা মৈতিংগু তুবী চরাইলোংবা পোকয়ে। চরাই-লোংবা নিংথোনা খৃঃ গী ১৬৯৭ তা শাংপম চনু মকক লোইখোম্বী নুংখিল চাইবীগা লোয়ননা ফম্বাল কাখি। নিংথেম চরাইলোংবনা শাংপম চনু নুংখিল চাইবী মকক্ লোইখোম্বীনে, হিজম নোংথোনবম চনু শেনগোইরেম্বীনে. থাংজম চনু থবা ঙম্বীনে মনাও ইবেম্মা অহুম পাম্নহনা শাংপম চনু নুংখিল চাইবীনা গরিবনিবাজ মল্লাং ঙম্বনে, লোইয়ুম্বা সনা কৈথেল তাবনে, মচা ইবুংঙো অনী পোকই। হিজম চনু শেনগোইরেম্বীনা খমপাম্বা (কোংয়াম্বা) অকোয়জম তাবা পোকয়ে। থাংজম চনু থবা ঙম্বীনা খমলাং পামশাবা রাংখৈরাকপগা, মুংয়াম্বা খুরায় লাকপগা মচা ইবুংঙো অনী পোকয়ে।

# অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | মৈতিংঙু লাইনিংথৌ পাইখোম্বা ( চীঙদা শাৎপা ইংঙাল্লৈ ) | মমল | লুপা | ৫০.০০ |
| ২। | মৈতিংঙু সেন্দ্রেং কুপাত্রেং | ,, | ,, | ২৫.০০ |
| ৩। | পোনবী-লাং ( থরায় হকচাং ) | ,, | ,, | ২০.০০ |
| ৪। | খুন্নুং কোক্কায মপী | ,, | ,, | ২.০০ |
| ৫। | লইমা যেংলিঙৈদা খুন্নু কাবা ( চেংলৈবোল ) | ,, | ,, | ২০ ০০ |
| ৬। | মতমগী খোঙলৈ তাকপা পুযাশিং | ,, | ,, | ২০.০০ |
| ৭। | কেগে চাযনা পুঙ্ ( ঐতিহাসিক ড্রামা ) | ,, | ,, | ১০.০০ |
| ৮। | মৈতিংঙু তুবী চবাইলোংবা | ,, | ,, | ১৫.০০ |
| ৯। | লইমা চন্দ্রিকা | ,, | ,, | ২০.০০ |
| ১০। | কংলৈ ফম্বাল থাদোকপা | ,, | ,, | ৮.০০ |
| ১১। | খুবাক ময়ি য়েংনবা | ,, | ,, | ২৫.০০ |
| ১২। | মোইবাং কংলৈ লমথোল্ | ,, | ,, | ৩০.০০ |

লাইবিক্সিদগী কনাগুম্বা মীওইশিংনা লৌথোক্লুনা শীজম্নগদবা লৈরবদি অয়িবগী অয়াব-মা হান্না লৌবীসি । মসিগী ফংফম থোকপা হকশিং অয়িবগী ঙহাক্লুনি।

মনিজাও

মফম :- ব্রাইডা প্রেস কৈশামথোঙ বজার ইম্ফাল